তরুন ভারত্তী

# তোত্তো-চান

(থোংনাওদা লেপ্পী নুপীমচা)




তেত্‌সুকো কুরোয়ানাগী

হন্দোকপা

পূর্ব্বা য়াগিয়াণ কুশাব্রাহা

-ঃ লাই য়েকপা ঃ-

চিহিরো ইৱাসাকী

মণিপুরীদা হন্দোকপাঃ

চিংগাংবম নিশান নিঙতম্বা

TOTTOCHAN (Manipuri)




অহানবা ফোঙবা ২০০৫
ইণ্ডো-জাপান ফ্রেণ্ডসিপ এসোসিয়েসন
কৈশামথাং, এযাবপোং বোড, ইম্ফাল, মণিপুব।



মমল : লুপা ১২৫

মখুম য়েকপা :
এল. মঙলেম সিংহ

লাইরিক মনুংগী লাই য়েকপা :
চিহিবো ইৱাসাকী

ময়েক শাজিনবা :
ঐজ্ঞা কম্প্যুটব প্রিন্টিং সেন্টব, নাওবেমথোং বাজাব, ইম্ফাল।

ছাপা নম্ফম :
গ্রোম ওফসেট প্রেস, শিংজমৈ মাযেংবম লৈকাই, ইম্ফাল, মণিপুব।

**Grom Publishing House**
Uripok, Cheirap Court, Imphal - 795001 Manipur (INDIA)
Phone : 2222283
Fax : 0385 - 2400203

# ব্রামাঙ য়ানবা

তোমোএ হায়না কৌবা শিন্দমশঙ অসিবু লিংখৎপীরম্বা অমদি হৌদোকপীরম্বা সোসাকু শ্রীকোবায়াশীগী মরমদা খরদং ইনিংবসি চহী কুমজা কয়াদগী ঐগী পূক্লিংদা পোক্লম্মী।

লাইরিক অসিদা ইরিবা শৈথারিবা পূম্নমক ব্রাখলনা শাবা অমত্তা নত্তে। মসি পূম্নমক অচুম্বা তশেংনা থোকখিবা ঙাক্তনি। অদুগা মদুগী মতুংদগী থৌদোক খরদি ঐঙোন্দা নিংশিংদুনা লৈহৌই। মসিবু ইনিংলুবগী অকনবা ইথিল অমগা লোয়ননা ব্রাফম অমা লাক্লম্মী, মদুনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপসি ঙম্লম্মী। মদুগী তেমশিংলুবদি ব্রাশক কায়বা অমগী মপুঙ ফাবা অমা ওইনবগীদমক লাইরিক্কী তাঙ্কক অমদা ঐনা ইরম্মী, অঙাং ওইরিঙৈদা শ্রীকোবায়াশীদা ঐনা চাওরগা তোমোএদা ওঝা ওইদুনা লাইরিক তম্বীগনি হায়না ব্রাশক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং ব্রাশক অদু ঐ ঙাকপা ঙমখিদে। মদুগী মহৎতা ঐনা হোৎনজবা অমনা লৈরিবা মীয়ামদা শ্রীকোবায়াশীগী মরমদা অচুম্বা খরা তাকচবা অমসুং থমজবা অসিনি। মহাক করম্বা মীওইনো অঙাংশিংবু মপান নাইদনা নুংশিজবা অমদি মখোয়বু লাইরিক হৈহনবা, মসিগী মরমদা করম করম্বা পান্দম লৌখিবগে হায়বসিনি।

শোক ১৯৬৩ দা শ্রীকোবায়াশী নোংগাপ্রে, ঙসি মহাক হিংলম্লবদি লাইরিক অসিদা হাপচিনবা য়াবা খরসু হাপচিল্লমগদবনি। মসি ইনা ইনা খল্লম্মী, অদুবু ঐনা ইরিবা অসিদি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ খোইথুম্নরবা থৌদোকশিং অদুবুনি তশেংনমক করিগুম্বা অরেপ্পা পান্দম অমগা লোয়ননা পরিং চুম্না খল্লিবা ব্রাখল্লোনগী খোঙচৎ খোঙথাং অদুবুনি। ঐনা ইখং খংহৌদনা খল্লম্মী, “ইসে! শ্রীকোবায়াশীগী মপূক্লিংদা মসি খল্লমগনি নৎত্রগনা মহাক্না করম হায়না খল্লম্রিবা। থিগৎলুবা খুদিংমত্তা ঐহাক ঙক্লম্মী, লাংতক্লবা মীপাইবা অমসুং ঐগী পূক্লিংগী মফমদা মপাল নাইদবা তৌবিমল অমগা লোয়ননা।”

ইশামক্তা ইশাগী মরমদা ঐহাক মসি লেপ্পা ওইথোক্লমদে মদুদি হন্না হন্না হায়বম্বা ব্রাঙাঙ “নহাক অফবী নুপীমচা অমনি” না ঐবু করম্বা ঙমখৈ ফাওবা চৈঙাক পীরম্বা, ঐহাক্না তোমোএদা মীং চল্লমদ্রবদি অমদি ঐগা শ্রীকোবায়াশীগা থেংনরমদ্রবদি চপ চানা ঐহাক লাইবক থীবী নুপীমচা অমগী অমুবা কালিনা তৈরমগনি অমসুং ঐহাক নীংবা কায়রবশিংনা থেংনবা লক্লকরবা নুপীমচা অমা ওইরমগনি।

১৯৪৫, তোকিওদা এরোপ্লেননা লান্দারক্তুনা মৈ হৌদুনা তোমোএ মৈনা চাক্তুনা তুমখিরম্মী। শ্রীকোবায়াশীনা স্কুল অসি মশানা তুংশিনজবা শৈশানা শাবনি। মরম অসিনা মদু অমুক শাবদা মতম চঙ্গলে। লান মতুংদা মফম অদুমক্তদা নুপীমচাগী মহৈ শঙ অমা হাংদোক্লম্মী অমসুং ঙসি মদু চাইল্ড ইড়ুকেসন ডিপার্টমেন্ট ওফ কুনিতাজি কোলেজ ওফ ম্যুজিক লিংখৎপদসু তেংবাংলম্মী। মহাক্না মফম অদুদা তাল-ব্যায়াম (ইউরিথিম্ব) তম্ফম ওইরম্মী। মমৈথংদা কুনিতাচী প্রাথমিক স্কুল লিংবদসু মহাক্না তেংবাংলম্মী। করিগুম্বদসু মশানা মংজবা মংগী শিন্দমশঙ অমুক হন্না শেমগৎপা লিংখৎপা ঙমদনা চহী ৭৯ দা নোংগাখিরম্মী।

তোমোএ গাকুএন তোকিওগী খা নোংচুপতা তোকিও রেলরে লাইন্দা, জিয়ুরাওকা ষ্টেসন্দগী মিনিট অহম খোঙনা চৎপগী অথাপ্পদা লৈরম্মী। মফম অদুদা ঙসি পীকাঁক সুপর মার্কেট অমসুং চাওরবা পার্কিং অমা ওইনা লৈরে। হৌজিক নুমিৎ অদুমক মসি খঙলবসু মদুদি ঐগী থায়নগী খুদম অমত্তা লৈত্রে। ঐহাক নিংশিংবা লিচিংনা কন্না চিংদুনা মফম অদুদা চৎলম্মী। পার্কিং মফমগী মনাক্তা ঐনা গাড়ী খজিক তপথরে "মসি অদুগুম্বা মফমনি, মফম অসিদা রেলগী ডাব্বাশিংদা ক্লাস ওইদুনা লাইরিক তম্ফম অমসুং শানফম, পার্কিং মফমগী ইন-চার্জনা ঐগী করিগুম্বা ব্রা অমত্তা য়েংদনা লাউরক্লম্মী, "গাড়ী থাফম নত্তে।"

হেক হায়নিংলম্মী, "ঐহাক গাড়ী থাদুনা থমগদবা নত্তে, ঐহাক ঙাইহাক থায়নগী নিংশিংবা য়েংবা লাকপনি। করম্না ঐগী ব্রা মহাক্না খঙগনি, ঐহাক গাড়ী থৌরম্মী। য়াম্না লুবা অৱাবা অমনা ঐবু অৱাবা নুঙাইতবা অমনা কোইশিল্লম্মী। মফম অদুদগী চৎলবদা ইশা পুম্না হমাংনা লুপ্লম্বা ঐনা খেংনরম্মী।

ঐহাক খঙই তাইবংসিদা অথোয়বা লাইরিক লাইশু হৈবা কয়া অমা লৈরগনি, অৱাংবা ফিদম অমসুং অঙাংশিংবু মপান নাইদনা নুংশিন্না লুনা তৌবা, ফিদমনিংঙাই ওইবা মহৈশঙ লিংখৎপা মথৱায়না পামজবা কয়া অমসু লৈরমগনি। ঐনা মসিমসু খঙই মংলিবা মং অসি মংফাওম্বদা কয়া লুনা থোকই হায়বসি। ১৯৩৭ দা তোমোএ লিংথ্রিত্তৈঙে মমাঙদা শ্রী কোবায়াশীনা চহী চা কয়া ম্যুজিক তৌদুনা থবক অসি তৌগে হায়না নিংলম্মী। অমসুং ১৯৪৫ দা অদু মৈ চাক্তুনা তাংগোই ওনখিরম্মী। কয়াদা মিকুপতা মাংখিবা মাগী শক্তম অদু।

ঐনা চেৎনা থাজরম্মী ঐহাক্না তোমোএদা লৈরিঙৈদা শ্রীকোবায়াশী য়াম্না থৌনা লৈবা মতমনি অমসুং শেমগৎ-শাগৎপা মতম ওইবা থৌরাং চংথোন্না পাঙথোকপা মতমনি অদুবু ইখং খংহৌদনা অমাংবা থোকখিবা মতমদুগী ঐগী

পূক্লিং অব্রাবনা থল্লম্মী। করিনা লাল অদু থোক্রমদ্রবদি অঙাং কয়া মাগী নুংশি চাওবা অচাম্বা খোনফমদা হোম হোম চাওরমগনি।

ঐনা লাইরিক অসিদা শ্রীকোবায়াশীগী শিক্ষা সিদ্ধান্তশিং ইম্বা হোৎনরম্মী। মহাক্না খনজবদি অঙাং পূম্নমক মহৌশানা ফবা অঙাং ঙাহাক্তনি তৌরিগুম্বসুং মহৌশাদগী লোইনরকবা লমচৎ মপালগী ওইবা ব্রা তারগুম অমসুং চহী লেংগা ওইবা মওংদা লমচৎ কয়া থেংনরবদি লাইনা মাংঙি মদুদগী ফংবা শিক্ষানা মখোয়না হোৎনজবা হায়রিবা অফবা লিজৎ অদু ফুতোক্না অদুগা মদু মখোঙ শোম্বা ঈশিং চাইবা অমসুং ফগৎহনবা, মরমদি অঙাংশিংনা মশাগী প্রতিভা লোয়ননা চাউজনবা।

শ্রীকোবায়াশীগীদমক্তদি মশাগী হৈনবী লমচৎ য়াম্না মমল য়ম্রম্মী। মহাক্ন পামবদি অঙাংশিং হেক য়ারিবথে হৈনবী লমচৎকা লোয়ননা শফুদোরকপা। মহাক প্রকৃতিবু নুংশিরম্মী। মহাক্কী মচা অতোম্বী মিয়ো-চাননা হায়রম্মী। মাগী মপানা মানা পীকলিঙ্কেদগী মসি হায়দুনা য়াম্না শাংনা কোয়বা পূরম্মী। চৎসি ঐখোয় প্রকৃতিগী অল লয় থিরুসি।

করিগুম্বা চাওরবা উপাল মনাক্তা চত্তুনা মাবু পাম্বীগী মশা-মরেং অমসুং উনাশিংনা হাইবা লেঙবা য়েংহল্লমই। মঙোন্দা উনাশিংগা অমসুং উপালগা লৈনবা মরী তারক্রমই। নুংশিংনা তপ্না কয়া শিংপা মরমনা মখোয়না নোম্বা-হাইবা করম্বা মওংদা মায়ওন্দা ওনখিবা, মসি পূম্নমক অসি ফাওবা য়েংহৌনবা মচি লেঙদনা হোৎনরম্মী। অদুগা করিগুম্বা নুংশিং লেপখিবা থোক্রবদি শিংলিবা ঈপোম অমগী মথক্তা হুম্রক্লিবা অদু কুইনা য়েংদুনা লৈরম্মী। শিংলিবা নুংশিংতুদা নত্তে। চেল্লিবা তুরেল তূ-খোং সু মুম্না য়েংলম্মী। মনাক্তা চেল্লিবা তুরেল মপান্দা চৎতুনা চেল্লিবা ঈচেল অদু য়েংলম্মী। মিয়ো-চাননা ঐঙোন্দা হায়রকই-- অদুম কৈদৌনুংদসু চোকথবা লৈরমদে।

মসিদা পাবিরীবশিং ঙক্না থোক্রমবা য়াই মদুদি লানগী মরক অসিদা জপানগী সরকারনা পরিং নাইদবা স্কুল করম্না চলাইগদৌরিবনো। মফম অসিদা শিন্দমশঙ মপুঙ ফানা অহাঙবা ব্রাতাব্ররনদা পাঙথোক্রম্মী। তশেংনমক কোবায়াশী মশানদি প্রচার তৌবসি য়াম্না তুকৎচনা থল্লম্মী। লান হৌদ্রিঙৈ মমাঙদসু মহাক্না স্কুলগী ফোটো অমত্তা নম্রমদে। পরিং নাইদবা মওং মতৌ অদু খংহনিংবগী ব্রা লৈরমদে। মরম পূম্নমক অসি য়েঙলম্মী। থরদি ছাত্রা-ছাত্রিশিং ৫০ (য়াথে) তাম্বা য়ারবা পিকলবা মহে লোইশঙশি ময়ামগী মীৎয়েংদগী তন্দুনা মশাগী মঙাল অদু কন্দুনা লৈরম্মী। অনিগুবা মরম অমনা মসি ওইরমগনি মদুদি শিক্ষা মন্ত্রালয়না শ্রীকোবায়াশীবু পণ্ডিতকী মওংদা ইকাই খুম্নরম্মী।

নবেম্বর তারিখ ৩ খুদিং - ঐখোয়গী নিংশিংনিঙাই ওইবা তোমথিন ওইরবা শান্নবা নুমিৎ অমনি - নুমিৎ অসিদা তোমোএগী হান্নগী ছাত্রশিং কুহোনবুম মন্দিরগী কা - অমদা অমুক হন্না পূন্না উন্নরম্মী। কনানা করম্বা মতমদা কদায়দা লাইরিক তমখিরম্মী, মসিদা খন্ননবা অমুক লৈরমদে তৌইঙম্বসুং হৌজিক ঐখোয় চহী ৪০ রোম লাম্লেক্লক্লে খরনা য়াখেগী মনাক য়ৌশিন্নক্লে। ঐখোয় পূন্নমক্কী ইচা-ইচাশিং চাওনরক্লে, অদু ওইরবসু ঐখোয় অমনা অমগী অঙাং ওইরিঙেগী য়ুমনাক্কী মিংদা কৌনরম্মী। অদুম হায়না হান্না তৌবা হঙোইদনা ঙাঙনবা অদুম ঙাঙনরম্মী। শ্রীকোবায়াশীনা তরাম্না চান্না তৌবা অদুগী মনুংদা অমুক হায়না উন্নবসিসু অমনি।

মসি তশেংবনি ঐহাকপু হান্না অহানবা স্কুল অদুদগী তাম্লেক্লম্মী। স্কুল অদুগী মরমদা ঐহাক অদুক য়াম্না নিংশিংবা ঙন্নমদে, অদু ওইরবসু ইমানা ঐঙোন্দা বঝাই খোংবা অমদি ইহান হানবা স্কুলগী মরমদা তাকপীরম্মী। তশেংনা হায়রবদা স্কুলদগী তাম্লেকপা য়াফম অসি হায়রকপদা ঐহাক ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইতবা পোক্লম্মী। 'তশেংনমক ঐহাক য়াম্না লম হেনবা ওইরব্রা'? মতাং অদুদা চাওরাক্ল চহী মঙারোমগী মমাঙদা অমুকী মতমদা দুরদর্শনগী শো দা ঐনা অসিগুম্বী নুপী অমাগা খঙনখিরম্মী মদুদগী শকখঙনবা হায়বদো অদুম ওইখিরম্মী। হায়রিবা নুপী অসি থাঙ্গেশেংবদি ঐগী ক্লাসকী থংনবা কা অমগী ওঝানুপীনি। মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খিবা য়া অদু তাবদা ঐহাক ঙকপনা ঙমখৈ থেংলম্মী।

নহাক ঐগী থংনবা ক্লাসতা তম্লিবী ছাত্রী ওইরিনি, অদুম হায়না হায়রম্মী। অদুগা ঐনা করিগুম্বা ক্লাসকী মরম অমগী ওঝাগী মনাক্তা চঙবদা লমহেন্দুনা শুপ্নগী মপান্দা লেপ্লিবশিংবু য়েংলম্মী। ঐনা মনাক্তা লাকপদা মহাক্লা করিগুম্বা অমা খঙনিংদুনা হংলম্মী মদুদি নহাক করি মরমগীদমক তাম্লেক্লিবনো? নঙনা করি অরানবা ফত্তবা তৌখিবা লৈবগে। নোংমা নঙনা ঐঙোন্দা হংখিরম্মী। অদোম বঝাই খোংবা তাবা পাব্রা? ঐহাক কৈদৌঙেদসু হায়ফম খঙলমদে-- নঙোন্দা করম্না য়াফম অসি তাক্কনি। মরম অসিনা ওঝাগী কাদগী থোক্লক্লিঙৈ মমাঙদা মপান্দা য়েংলম্মী, অদুনা ঐনা নঙবু মপান্দা লেপ্পা উরমদ্রবদি ঐহাক চংলমলোইদবনি। নঙগী ক্লাসকী ওঝানা করিগুম্বা অয়াম্বা মতমদা ঐঙোন্দা নঙগী মরমদা য়ারী শারম্মী। অদুদা হায়রকই, "নঙগী নুপীমচা অসিনা তৌরিবা অসি করিনো" মরম অসিনা কায়নথংদা মহাক্লা দুরদর্শন্দা লাকপা মতমদা নঙবু খংনিং নিংশিংলকই। থৌদোক অসি য়াম্না কুইববগী য়ানি। অদুবু নঙবু থেঙনবা অহানবা ক্লাসকী ছাত্রী অমা ওইনা নিংশিংদুনা নিংশিংহল্লিবনি।

তশেংনমক্তি ঐবু ক্লাসতগী মপান্দা তাম্মোক্লকপা হায়বদি ঐ কবিমত্তা নিংশিংলমদে। অদুগা ব্রাফম অসি খল্লুদুনসু কায়দে। 'তশেংবা মত্তি অয়ুক্কী শো দা লাক্লিবী লৈশাবী মানবী মশম ঙৌবী থৌজাল হৈবী ওঝা নুপী অসিনা ঐঙোন্দা থাজবা থমই, ঐবু তশেংনমক স্কূলদগী তাম্মোকখিবনি'।

অদুগা মফম অসিদা ঐহাক ইমাগী মফমদা তৌবীমল উৎপা পামজে। ঐবু ঐগী কুনগুবা বার্থ-দেগী মমাঙদা ব্রাফম অসি করিমত্তা হায়রমদে।

"খঙব্রা নহাক করিগীদমক্তা স্কূল অদু হোঙলিবনো?" মহাক্লা ইথং খঙহৌদনা হংলক্লম্মী। ঐনা হায়দ্রিঙৈদা মহাক্লা মায়থোং লামজিন্দনা হাইরক্লম্মী "করিগী হায়ববু নহাক অহানবা স্কূল অদুদগী তাম্মোকখী"।

ইমানা মতম অদুদসু ঐঙোন্দা হায়বা য়াই, "হৌজিক নহাক্লা তৌগদৌরিবসিবু করিনো, স্কূল অমদুসু নহাকপু তাম্মোক্লে, অদুগা হৌজিক অতোপ্পা স্কূল অমদুদগীসু অমুক তাম্মোকপা তারবদি নহাক করি তৌগনি?"

অদুগা ইমানা অসুম হায়না খরা হায়রম্নবা ঐহাক তোমোএ-গাকুএন দা অহানবা খোঙ থাংবা মতমদা কয়াদা নুংঙাইতবা কয়া য়াম্না ইকায়জরমগদবা, মরা লুনা তবা উগী গেট, রেলগী ডিব্বা দা ক্লাস তৌবা অদু ঐহাক অদুক য়াম্না নুংঙাইরমদবা য়াই। অচুম্বনি, ঐনা লাইবক ফবদগী ঐনা অসিগুম্বা ইমা ফংজবনি।

মতম অদু লান তৌরম্মী। মরম অসিনা তোমোএদা ফোটো খরদমক নম্বা ফংলম্মী। হায়রিবা ফোটোশিং অদুদা স্কূল অদুদা মশাগী অরোইবা চহীগী ক্লাসশিংগী অঙাংশিংগী ফোটো নম্বদা ফজনা থোকই।

অয়াম্বা মতমদা ক্লাস অপূম্বা কা ময়োন মমাঙদা লৈরিবা সীড়ীশিংদা পুন্দ্রিঙৈ মমাঙদা "চৎসি চৎলো থুনা তৌরো, ফোটো নমহৌসি" মসি হায়রম্মী অদুগা মতম অদুদা অতোপ্পা ক্লাসকী অঙাংশিংসু ময়াম মরক্তুদা চঙলক্লম্মী। মমৈথংদা কনানা করম্বা ক্লাসকী অঙাংশিংনো হায়বা খন্দোকপা লুরম্মী। ঐখোয় অমুক হন্না উজবগী ছিরম অসিদা য়াম্না য়ারী শারম্মী, শ্রীকোবায়াশী হায়রিবা অঙাশিংসিদা করিমত্ত হায়রমদে। মহাক্লা খল্লম্বা য়াই, গুপ্নগী ক্লাসকী চৎনবী নিয়ম অমা ফোটো নম্বগী মহৎতা স্কূলগী অঙাংশিং পুম্নমক্কী তশেংবা ফোটো অমা নমহৌবনা ফগনি হায়না। হায়রিবা ফোটোশিং অদু উরগা ঙসিসু মখোয় তশেংনমক তোমোএগী আম্বাগী মহুৎ শিনবা ওইরি।

তোমোএগী মরমদা ঐ অমুক্কসু য়াম্না ইবা য়াই অদুবু খন্না অসিদা ঐহাক পেঞ্জৈ ময়াম্না মসি খঙবিবা মদুদি তোত্তো-চানগুম্বী নুপীমচা চহী মপুঙ ফারবী অমনা মায়কৈ তাকপদগী অসিগুম্বা নুপী অমা ওইখি, মহাক্লা মীয়ামগী মরক্তা ঙসি তিল্লরি।

ঐনা চেৎনা থাজে ঙসি তোমোএগুম্বা স্কুল কয়া অমা মায়কৈ মরিমক্তা লৈরগসু হিংসা তৌবদা ময়েং তাগদবা লৈতে। হিংসা তৌবদা য়াৎকদবা লৈতে। অমসুং অসুক য়াম্না অঙাং স্কুলশিংদগী চেন্নগদবা লৈতে। তোমোএদা স্কুলগী পুং তাম্নবা মতুংদা কনাগুম্বা ছাত্র অমত্তা ময়ুমদা পামদে অমসুং অয়ুক হেক ওইবগা স্কুল য়ৌনবা থোইরাংলম্মী। অসুম্না ওইরম্মী ঐখোয়গী স্কুল অদু।

সোসাকু কোবায়াশী, মহাক্কী নুংগী ওইবা ইথিল অমদি মিৎয়েংনা অঙকপা স্কুল অসি লিংখৎখিরম্মী, মহাক জুনগী ১৮, ১৮৯৩ দা তোকিওগী অৱাং নোংচুপ থংবদা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক্না মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী অমসুং ঈশৈদা মথ্বায় লুপচবম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুমগী মনাক্তা চেনবা তুরেলগী মপান্দা লেপ্পুনা লৈ অমসুং থাপ্না মায়োক্লরিবা হারুনা পর্বত ফাওবা। তুরেলনা ত্রোং ত্রোং লাউনা চেন্দুনা থোক্লিবা খোঞ্জেল অদু ঈশৈগী যন্ত্রনা খোংবগুম্না মহাক্কী য়াখললোনবু লমজিংলম্মী।

লায়রবা লৌমী অমগী মচাশিংগী মনুংদা মহাক্না খ্বায়দগী তোনবনি। মশাগী অহানবা ক্লাস লোইরবা মতুংদা মহাক এসিষ্টেন্ট টিচর ওইনা ফনা কুইনা অৱাবা খাংদুনা লৈরম্মী। চহী য়ামদ্রিঙৈসিদা এসিষ্টেন্ট টিচরগী সর্টিফিকেট ফংবা অসে মহাক্কী অঙকপা মতিক চাবগী প্রমাণনি। মসিদগী মতম খরগী মতুংদা তোকিওগী অহানবা স্কুল অমদা মহাকসি হাপ্লে। ছাত্রশিং তম্বীবগা লোয়ননা ঈশৈসু নৈনরম্মী। মরম অসিনা মহাক্কী আশা চাউবগী মপুঙ ফাবা খুদম অমনি । মহাক জাপানগী খ্বায়দগী ফবা সঙ্গীত শিক্ষালয়গী ডিপার্টমেন্ট অমদা ওঝা ওইবা ফংজরে। হায়রিবা শিক্ষালয় অসি ঙসি 'তোকিও ইয়ুনিভর্সিটি ওপ ফাইন আর্টস এণ্ড ম্যুজিক কৌই। মফম অসিদা স্নাটক ডিগ্রী ফংলবা মতুংদা মহাক হারুজীনাকামুরা না মরম ওইদুনা লিংখৎপা সাঈকাই প্রাথমিক শালাদা সঙ্গীতকী ওঝা ওইরম্মী। হারুজী অসিগুম্বা অঙকপা মীওই অমনি, শিক্ষাগী খ্বায়দগী মরু ওইবা অহানবা খোঙদাফম মহাকপু লৌনরম্মী। মশাগী স্কুলগী ক্লাসশিংদা পাঠক্রম ক্রিদা হাপচিল্লম্মী। অঙাংশিং মদু পারগা মশাগী ওইবা জ্ঞান অদু ফংননবা অমসুং আত্মা সন্মান হেনগৎপা ঙমজনবা। মফম অদুদা অঙাংশিং অয়ুক ঙন্তানা লাইরিক তম্মী, নুমিৎ য়ুংবদা কোয়। ব্রা-উ পাম্বী খোমজিল্লি, লাই য়েকই, ঈশৈ শকই, হেড মাস্টরগা ৱারী শাই। শ্রীকোবায়াশী চিন্তনগী অসিগুম্বা পথাপ অসিদা য়াম্না পামজবম্মী অমসুং মমৈথংদা তোমোএগীদমক্তসু মহাক্না পাঠক্রম শেম্লম্মী।

মফম অদুদা ঈশৈ তম্বী তম্বীনা শ্রীকোবায়াশীনা অঙাংশিংগীদমক্তা ঈশৈগী লাইবিকা অমসুং ইবম্মী। হায়রিবা লাইরিক অসিদা শেঞ্জাও পায়বা বৈবান ইবাশাকী

না য়াম্না মথ্বায় তাজরম্মী। মিটসুবিশী কৌবা চাওরবা লল্লোনবা অমনা লিংখৎপা ইবাশাকীগী ইমুং মনুং অদুবুনি, বৈরান ইবাশাকী ললিত কলাশিং য়োকখৎপা মীওইনি। জাপানগী ফাওরবা সঙ্গীতকার কোশাকা য়ামাদাবু মহাক্না য়াম্না তেংবাল্লম্মী, লোয়ননা মহাক্না শাইকাই স্কুলবুসু মতেং পাংলম্মী। শ্রীবৈরান না কোবায়াশীবু লাইরিক খুতম্বীগী পথাপরোল নৈনেনবগীদমক্ত ইয়ুরোপ তাম্না থানবা প্রস্তাপ তৌরম্মী।

মতৌ অসুম্না শ্রীকোবায়াশীনা ১৯২২দগী ১৯২৪ ফাওবা চহী অনী ইয়ুরোপতা লেল্লম্মী। মরক অসিদা মহাক স্কুল কয়াদা চৎলম্মী অমসুং পেরিসতা ইমিলেজেমিকিস ভেলক্রোচগী মনাক্তা ইয়ুরিথিমিক্স (খুবাক শাজেল) দা ষ্টদি তৌরম্মী। হন্নক্লগা মরূপ অমগা লোয়ননা মহাক সাইজী কিংদর্ন গার্ডেন লিংখৎলম্মী। শ্রীকোবায়াশীনা কিংদর্ন গার্ডেন গী ওঝাশিংদা 'নখোয় অঙাংশিংবু হান্ননা চল্লবা উচল অমদা চনশিন্নবা থৌরাং তৌগনু, মখোয়গী অব্রাংবা আশাদু থুদেক্কনু, মখোয়গী মং নখোয়না মংলিবা মং অদুদগী কা হেন্না ব্রাংলিবনি। সাইজী কিংদর্ন গার্ডেন অসিগুম্বা কিংদর্ন গার্ডেন হান্না জাপানদা লৈরমদে। মখোয়বু মহৌশা লাইরেম্বীগী মতম্পাক্তা থাদোকউ ' হায়না হায়রম্মী।

ডেক্রোসগা লোয়ননা মশাগী চখনবগীদমক্তা শ্রীকোবায়াশী ১৯৩০দা অমুক হন্না ইয়ুরোপতা চৎলি। মশাগী হায়রিবা খোঙচৎশিং অমসুং য়েংলবগী মতুংদা মহাক জাপান্দা হন্নক্লগা মশাগী স্কুল লিংখৎকে হায়বসি চপ য়ুংনা লেপখিরম্মী।

১৯৩৭ তা জাপান্দা তোমোএ হৌরবগা লোয়ননা মহাক্না য়ুরিথিমিক্স সমিটি জাপান্দা লিংখৎলম্মী। অয়াম্বা মীনা মাবু জাপানদা য়ুরিথিমিক্স হৌদোকপগী মওংদা নৎত্রগা লানগী মতুংদা উনিতাচি কোলেজ ওফ ম্যুজিক্কীদমক্তা থবক তৌবগী মরমদা নিংশিংলম্মী। মহাক্কী শিক্ষন পথাপ অসিবু মুন্না খঙবা ঐখোয়গুম্বা মী য়াম্না ব্রাৎলি। তোমোএগুম্বা অতোপ্পা স্কুল লিংলবা মীওই উবা লৈখিরমদে। তোমোএ মৈ চাক্লবা মতমদা মহাক্না খ্বায়দগী ফবা স্কুল অমা লিংখৎনবগী কল্পনা তৌরম্মী। নাক য়েংতি স্কুলগী নিল খোংবা করিমত্তা নাচুংদনা মহাক্না থৌনাগা লোয়ননা হংলম্মী। "হৌজিক ঐখোয় করম্বা স্কুল লিংখৎসিগে।"

ঐনা লাইরিক অসি ইন্দ্রিঙেদা ঐহাক মসি খঙলগা হায়নিংঙাই লৈতনা গুক্লম্মী-- ঐগী নুংতিগী দূরদর্শনগী থৌরম পরেংদা "ত্রেক্সুকোসরুম" গী প্রদুশর, মাগা লোয়ননা চহী কয়া থবক তৌমিন্নখ্রবনি, মহাক মশানা চহী ১০দগী শ্রীকোবায়াশীগী মরমদা রিসার্চ তৌরি। শ্রীকোবায়াশীগা উন্নবা নৎতে মহাক তৌইগুম্বসুং নুপী অমদগী মহাক্কী থবক তৌনিংবগী অপাম্বসি পোকখি। মহাক অঙাংশিংগী য়ুবিথিমিক্স ক্লাসতা

পিয়ানো খোংবী নুপীনি। "অঙাংদি অসুম্না চৎতে হায়বসি খঙবিদ্রে।" শ্রীকোবায়াশীনা খুৎচৎ অদু শেমদোক্লদুনা হায়রকই, "মহাক অঙাংশিংগী মরমদা অসুক্কী সেন্সিটিপ ওইরম্মী। মখোয় নুংশাশ্বয় করম্না হোল্লি অমদি করম্না হাই-হমই হায়বা খঙই। কাজুহিকো সানো, ঐগী নির্মাতা মশাগী লাইরিক মপুঙ ফাহন্নিংই হায়রম্মী-- করিনা তাইবংসিগী গুক্লবা মীওই অমগী মরমদা অমুক হন্না থিজিনবা গুম্ন বগী উপায় থিননবা।

চহী কুন মমাঙদা নহা ওইরিবা পাথং সম্পাদক কোদাংশানা নুপীগী চেফোঙ অমদা তোমোএদা ইবা ঐগী চে অমা থেংনরম্মী। চেনা মপৈ অমা নপশিল্লগা ইনাক্তা লাক্লগা হায়রম্মী। ঐনা ইজরিবা অদু চাওথোকহল্লগা লাইরিক মপুম অমা ওইনা ওইহনবীয়ু। ঐনা অইবা অদু অরানবা খরা য়াওবদগী অতোপ্পা থবক অমদা শীজিন্নররে। মাগী ব্রাখল অদু মশক অমা থোকহল্লক্লবদা নহা পাথং অদু ডাইরেক্টর ওইখিরম্মী। অদুগা মীওই অদু কাতশুহিসা কাতো কৌই। মহাক্না ঐবু লাইরিক ইনবা ব্রাখল শীবতা নৎতনা মদুবু মপুঙ ফাননবগী আত্মা বিশ্বাস সু হাপ্লম্মী। মতম অদুদা ঐহাক লাইরিক ইসু ইরমদ্রি মরমদি মপুঙ ফাবা লাইরিক অমা হায়বসিগা হায়নিংঙাই লৈতনা অকিবা পোক্লম্মী। মমৈথংদা অমুক্তদা তাঙ্কক অমা ইগনুসু হায়রম্মী। তাঙ্কক অসিগী মচেৎ অমা ওইনা কোদাংশাগী "ম্লং ক্লমেন" দা হাপ্লম্মী। হায়রিবা লেখ অসি ফেব্রুয়ারিগী ১৯৭৫দগী ডিসেম্বর ১৯৮০ ফাওবা মথং মথং হাপ্লম্মী।

মরকসিদা থা খুদিংগী লাই খনবদা শিমো-সাকুজী, নেরিমা-কুতোকিওদা লৈবা, চিহিরো ইবাশাকী ম্যুজিয়ম ওফ পিকচর ক্লাসতা হেক হেক চৎলম্মী। চিহিরো ইবাসাকী অঙাংশিংগী লাই য়েকপদা অফাওবা অমনি। অঙাংশিংগী লাই য়েকপদা চঙখোনবা অসি সংসারদা লৈরিবা অতোপ্পা লাই য়েকপনা অসুম্না য়েক্কনি থাজদে। মহাক্না অঙাংশিংগী মপান নাইদবা ভাব ভঙ্গীমাশিংদা শেংনা উংলম্মী। মহাক থা তরুক অমসুং থা তরাগী অঙাংশিং ফাওবগী ভাব মওং য়েক্লম্মী। মহাক্না য়েকপা লাইশিং ঐগী লাইরিক্তা হাপ্লিবসিগীদমক ঐহাক কয়াম নুংঙাই হায়বা ঐহাক হায়ঙল্লমদে। হায়রিবা লাইশিং অসি অঙকপা ফংনা ঐনা ইরিবা অদুগা চান্নে। চুহিরো ইবাশাকী ১৯৭৪ ইংদা লৈখিদ্রে অদুবু মীশিংনা ঐঙোন্দা হংলম্মী, মহাক অদোমনা লাইরিক ইবা হৌবা মতম অদু ফাওবা হিংলিব্রা? মসিনা তাকপদি মাগী লাইরিকশিং অসি তশেংনা মাল্লম্মী হায়বসি তাকপনি। মহাক্না অঙাংশিংবু মখল মখাশিংগী শক্তমদা য়েকই।

চুহিরো ইবাসাকীনা লাই লীশিং তরেৎ থল্লম্মী। ঐহাক মাগী মচনুপা ম্যুজিয়মগী এষ্টিটেন্ট রেজিষ্টার অমসুং মাগী নুপীগী অয়াবা মতুং ইন্না লৈরিবা লাইশিংসি অদু

য়েংবা ফংলম্মী। ঐহাক ইবাসাকীগী মপুরোইবগী মফমদা তৌবিমল উৎচরি, মহাক্না লাইশিং লাইরিক্তা হাপ্পবগী অয়াবা পীবিবগীদমক্তা, ঐহাক্না নাটক ‘করি তাদাসু’ ইজনবা ম্যুজিয়ম ইক্যুটর ওইবগীসু তৌবিমল উৎচরি। ঐহাক ম্যুজিয়মগী থৌদাং পুবী অমনি। ঐনা ইশানা ইরুবসিদা শুকপা অমদি চিংনবা অমা লাকপদা মহাক্না ঐবু লমজিংবী থৌনা পী।

মিও-চান অমসুং তোমোএগী মরূপ মপীজাশিংনাং ঐগী তেংবাংলকপসি ফোঙদোকচরি। লাইসিগী জাপানী ইডিসনগী সম্পাদক কোইকো ইবামোতো গী মফমদসু ঐহাক্না তৌবিমল উৎচরি করিনা মহাক্না ঐঙোন্দা মতম খুদিংদা হায়বীরম্মী, ঐখোয় তশেংনমক লাইরিক অফবা অমা ওইনবা ইগদবনি।

লাইরিক অসিগী জাপানী টাইটলগী ব্রাখলসি ঐঙোন্দা চহী খরগী মমাঙদা ঙাঙ-শানবা প্রমাণ পাম্বে অমদগীনি। মতম অদুদা মীয়াম্না হায়নবদা কনাগুম্বা মীওই লুতোন্দা হিংলি নৎত্রগা চীংখোঙদগী তৎশ্রে- মতম অদুদা মখোয়না হায় খোঙনাওদা লেপ্পী- তশেংনমক ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদা খোঙনাও ময়াদা বঝাই খোংবশিং লাকপা উননবা লেপ্পী। অদুনা অহানবা স্থূলদা অঙকপা মওং অমদা হিংলম্মী। ময়ামদগী তোঙাননা চীংখোঙ নাম্নেক্লবা অদুম্না অদুগা টাইটল অসিগী অতোপ্পা ব্রাহম্নোক অমগা লৈ, নুংঙাই য়াইফবগী খোঙনাও অদু ঐগীদমক্তদি তোমোএদা হাংদোক্লে।

ঙসি তোমোএ লৈত্রে। তৌইঙম্বসুং লাইরিক অসি পারগা মিকুপ খরগীদমক্তা অদোমগী কল্পনা মংফাওনরবদি ঐগীদমক্তা মদুদগী হেন্না নুংঙাইজবা করি অমুক লৈগনি।

তোকিও ১৯৮২।



তোত্তো-চান নম্বগী চহী শুপ্নগী চহী অহম শুরকপা মরক অসিদা থৌদোক খরা থোকখি- ঐহাক মসি ঙকতবা ঙমদে, অদুগা ঙমখৈ লৈতনা হরাউদবসু ঙমদে। ঐগী নুংশিজরবা হেড মাষ্টর অমসুং তোমোএগী মরমদা ইজরুবসিদা ঐগী লাইরিক অসি বেষ্ট সেলার অমা ওইগনি হায়বসি ইশানা থাজরমদে। অহানবা খুৎনমগী চহীসিদা মসিগী কোপী লাক্ষ ৩৫ য়োনখিরম্মী। হৌজিক ফাওবদা লাক্ষ ৬০ য়ৌখি। মসি জাপানগী প্রকাশনগী ইতিহাসতা রেকোর্ড অমনি। মসিতনা পুম্নমক্কী মরুওইবা অর্থ ওইরমদে অদুবু জাপানগী কোনা কোচিনদগী নুংত্তিগী ইরকপা চিঠি মপে মপে লাক্লম্মী, মতম অদুদা তশেংনমক ঐগী লাইরিক অসি পানে হায়বসি ঐনা খঙলম্মী।

অঙাং অহল খাক্তনা চিঠি ইরক্রম্মী-- ইরক্লিবসিগী মনুংদা চহী ৫দগী-১০৩গী মীওই ওইগনি। ইরক্লিবশিংগী চিঠিশিং অদু পারগা পূক্লিংদা নুংঙাইবা ঙাকত্তা ফাওরম্মী। ইরক্লিবশিংগী মনুংদা প্রাথমিকী ছাত্রশিংনা ইরকপা পারগা ঐহাক ঙক্লা থোক্রম্মী। অঙাংশিং অদুনা লাইরিক অসি পারমগনি হায়বসি ঐহাক মংদা ফাওবা মঙলমদে, তৌবগীদি অরুবা চীনীগী ময়েক্তা লোয়ননা অরাইবা পাড়া ইবদা য়াম্না চেকশিন্না ইখিরম্মী। হৌজিক মতমগী চৎনবা শীজিন্নবা ৱাহে কয়া শীজিন্নখিরম্মী, ক্লাস টুদা তম্লিবা অঙাংশিং লোনগৈগী মতেংনা তোঙো-চান পায় হায়বা ৱাহৈসি ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকখি। ক্লাস টুগী পীক্লিবা ছাত্র অমনা ইরকপদা শোইনায়বা অঙাং অমা উবদা "আহো, য়াসুকী-চান নৎত্রগা অরে, তোমোএগী ছাত্র ওইরমগনি হায়না খল্লম্মী। মতম অদুদা মহাক্লা মতুংদা তানদুনা হল্লো হায়না কৌরুবদা মদুগী পাউখুম পীরকপদা পূক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরম্মী। য়েংবিয়ু তোমোএনা লোইশিনখিবা চহী নিকু শুরবনি। তশেংনমক অঙাং হায়বসি অঙকপনি।

অঙাং কয়ামুক্লা ইরকপা চিঠিদা তোমোএ মৈনা চাকখিবা উরগা লান হায়বসি য়াম্না ফত্তবা থৌদোকনি হায়না খল্লি হায়রম্মী।

অঙাংশিংদা ফাওবা ৱাখল্লোনসিনা ঐনা হোৎনজরুবা পূম্বা মহে য়াল্লম্মী অদুগা তশেংনমক লাইরিক ইরিবা ঐগী থম্মোয়দা ৱাখলসি ফাওই-- স্কুলদা ওঝা ওইরিবা অমসুং নহা ওইরিবা ইমাশিংসু শ্রীকোবায়াশীগী মরমদা পারগা মসি হায়বিবা "হোয় মহাক মপূস্নি কখোক্লবা মীওই অমনি, অঙাংশিংবু লুনা চান্না তৌই, য়াম্না নিংই, অদু ওইরবদি কয়াম নুংঙাইগবা"। অদুগা মসিবসু পূক্লিংদা খঙে ওঝা ওইবশিংনা মখোয়গী শীংনবা ৱাখল্লোনগী মতুং ইন্না মহাকপু সমাজগীদমক্তা য়াম্না আদর্শবাদীগী মীওই অমনি খল্লুনা য়ানিংবীরমলোই হায়নসু ঐনা খল্লি।

লাইরিক ওইনা নম্নবগী মতুংদা ওঝাশিংনা নুমিৎ য়ুংবগী অহাংবা মতমদা প্রাথমিক স্কুল শঙগী অঙাংশিংদা পাদুনা অহল্লম্মী। কলাগী অঙাংশিংনা য়াওরিবা লাইরিকী শরুকশিং পাথোক্লগা লাই য়েকহল্লম্মী হায়না চিঠি ইরক্রম্মী। হায়-স্কুলগী ওঝাশিংনা অসুম হায়না ইরক্রম্মী-- হৌজিক মতমগী শিক্ষাগী ফিভম অসি উবদা ৱাখল খল্লবা ঙমদে অদুনা তন্নগী থবক অসি থাদোক্লে হায়নসু অদুবু শ্রীকোবায়াশীগী ৱাখল্লোন উরগা থৌনা অমদি পী অদুনা অমুক হন্না নৌহৌননা হোৎনবগী ইথিল অমা লাক্রম্মী, মসিদগী মসিগুম্বা চিঠিময়াম অমা পারগা ঐগী মীৎতগী পী নাক্সুখিবা খঙহৌদে, মসিনা তাকপদি মীওইবা কয়ানা শ্রীকোবায়াশীবু খল্লি অমসুং নুংশি হায়না তাকই।

জাপানগী ওঝা অমনা ঐগী লাইরিক অসি মখল কয়াদা শীজিন্নৈ। ইকুই

কুইদনা লাইব্রিক অসিগী তাঙ্কক অমা "লৌউ-শিংউগী ওঝাবু জাপানগী লোনগী অহমশুবা নাট্যক্রমদা হাপচিল্লম্মী।" "হুত্তবা স্কুল" কৌবা তাঙ্কক মরিশুবা, নীতিশাস্ত্র অমদি লমচৎকী পাথ্যক্রমদা অসুম্না হাপচিনখিরম্মী। অসিশুম্বা চিঠি কয়া পারগা ঐহাক য়াম্না লাংতক্লম্মী। বাল অপরাধ কৈশুমশঙ হায়স্কূলগী ছাত্র অমনা অসুম্না ইরক্লম্মী-- "তোত্তো-চানগী মমাশুম্বা ঐগী ইমা অমদি ওঝা শ্রীকোবায়াশীশুম্বা অমা লৈরম্লবদি শুসি ঐহাক লৈরিবা মফমসিদা লৈরগ্রোইদবনি।"

তোত্তো-চান বেষ্ট সেলর করম্না ওইরিবনো, জন সঞ্চারগী মেডিয়মদা য়াহং অসি ময়েক শেংনা চোংথোক্লম্মী অদুগা মদুনা হিরম অমা ওইনা নৈনরম্মী। নুংতিগী চেফোঙ "আসাহী" দা 'তোত্তো-চান শিন্ডোম' হেদিং ওইবা আর্টিকলনা মথং মথং ওইনা হাপ্পরক্লম্মী। তোঙান তোঙানবা কাওবুগী লাইব্রিক্কী মশুংদা আলোচনা তৌনরকই। অসুম তৌনা অতোপ্পা প্রকাশক অমনা মসিদা লাইব্রিক মপূম অমা ওইনা ফোঙলম্মী। লাইব্রিক অদুসু তোত্তো-চান মমিং থোল্লমই।

বেষ্ট সেল্লর ওইবগী য়ারী : অঙকপা ফংনা য়োনবগী থৌদোক খূদিংমক কাওবু অমনা নৈনরম্মী। লাইব্রিক্না মহে য়ানবগী অচৌবা মরম-- মতম অদুদা নম্লিবা জাপান শিক্ষাগী সমস্যা অরোইবা মতোন্দা লৈবনা মরম ওইবা মাল্লি। ময়াম্না হিরমসিদা করিশুম্বা খরদি খন্নবা ফৈ হায়না খল্লম্মী। পাঠকশিংনা মসিবু শিক্ষা শাস্ত্রগী য়া মচং ওইনা পারম্মী। ঐগীদি মদুমক ওইনা খনখিবা নত্তে। হায়রিবা তথ্য অসিনা অঙকপনা থল্লবা মচাকশিংনা য়োগদান পীরিবদি লাইব্রিকসি নহা-অহল খাক্তনা পারম্মী অমসুং খূদিংমক্তা চন্নরম্মী। চহী খূদিংগী মীওই অমসুং তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংগী অপাবশিংদা চিংশিল্লম্মী।

জাপানদা নূপী অমনা ইবা লাইব্রিক অসি বেষ্ট সেল্লর ওইরে অহানবদদি সামালোচক নুপা কাওবুশিংনা মসিদা য়ানিংদবা য়াম্না পোক্লম্মী। ঐনা কূপ্না য়েংশিনবদা সামালোচক নুপাশিং অদুগী ক্রিতিসাইজ অহানবদা অসুম্না ইরম্মী: অহানবা চেনাদদি ঐহাক য়াম্না অঙাং মাল্লম্মী অদুগা ঐনা মমিং চৎলবা দ্রামাগী মীওই অমানা মরম ওইদুনা ইরকপা ইচম চম্বা বেষ্ট শেল্লরগী থম্মোয়দা হেক্তা হাপচিনবা ওইদবা উরম্মী। মহাক্না মথৌ অমদি মসি পাবা ফাওবা য়ানিংদবনি অদুবু ইমুং-মনুংগী মীনা কম্না হায়জিল্লকপদগী তঙাই ফদনা পাবা তারম্মী। অদুম্নদি ইরক্লিবা সমস্যাশিং অদুনা মমৈথংদা অফবা মহে য়ানবা ওইনা থোক্লে। মরম অসিনা ইমুং-মনুংগী সদস্য পূম্ন মকপু মসি হায়না থাগৎপা অমসুং থৌনা পীবা তোত্তো-চানগী মিংদা মিংচৎ চৎহনবা ওইনা থোক্লে।

ফোতুলক্রিবা থৌনা অসিদগী লাকপা থৌনা অমসুং থাগৎপা অসিনা জাপানগী না তথিবা অভিনেতাশিংগী মমাঙদা ললোন ইতিক তৌরিবা নাট্য কাণ্ডবুবু লিংখৎপদা তেংপাংলম্মী। ঐনা সরকারদা হায়জরে-- হায়রিবা সংস্থান অসিবু সামাজিক কল্যান সংগঠনগী থাক্তা পীবিয়ু। ঐনা হয়েং লৈখিদবা অমদি ঐনা অহল ওইরগা ঐহাক সংগঠন অসিগীদমক্তা অণ্ডম্বা খরা তেংবাংবা য়ানবা। মসিগী অরৈবা এসিষ্ট মাঙখিদনবা অদুবু হায়জবা অসিদা অথিংবা লৈরম্মী, মরমদি হান্না জাপানদা অসিগুম্না তৌখিবা খুদম অমত্তা লৈরমদে। অদুমকপু সরকারনা অয়াবা অমদি পীরম্মী -- ঐহাক চহী কুনমঙারোমদগী খুনাইগা মরী লৈনবা খোঙথাং অমদি লৈ হায়বসিনি। অদুনা, ‘তোত্তো ফাউন্দেসন’ পুথোক্রম্মী। সংগঠননা খল্লম্বা আশাদগী কা হেন্না মহৈ য়ানবা ওইনা থোক্রে। মসিগী মতেংদগী ‘ডেফ থিয়েটর ওফ জাপান’ গী আস্তিত্ব দা লাক্রে। হৌজিক হৌজক তোত্তো-ফাউণ্ডেসন প্রশিক্ষন কেন্দ্রদা চহী কুনদগী হেনবা না-তাথিবা অভিনেতা কয়া ট্রেনিং পীরি। মখোয়গীদমক্তা ইঙ্গিৎ-লোনগী ক্লাসসু তৌরি। হৌখিবা জুলাইদা পালেরমো, ইটালীদা শীনবা অন্টরাষ্ট্রিয়গী ওইবা লোন খোক্তবা না-তাথিবশিংগী কংগ্রেসকী ড্রামা সমারোহদা রাষ্ট্র ৪৫গী অয়েংবশিংগী মমাঙদা ঐখোয়গী নাটক ক্যোগেন গী ষ্টেজদা ঐখোয়গী অপাম্বা অনীংবা মং তশেংনা মংফাওহনলে। ইহান হান্না জাপানিজনা না তাথিবা কলাকাব মশানা মীরৈবাক্তা পুথোকপা ঙমখি অমসুং মরম অসিনা অদোমগুম্বা মশীং থিঙমদবা পাঠকশিংনা তোত্তো-চান পানিংবগী অপাম্বা ওইরম্মী।

চহী অনীমুক্কী মমাঙদা তোত্তো-চান ফাউন্দেসননা মরম ওইদুনা অমসুং তোত্তো-চানগী অঙকপা বেষ্ট সেলরনা মরম ওইদুনা ঐবু সম্রাট কী বসন্তা গার্ডণ পার্টিদা লাক্রবা বার্ত্তন তৌরক্রম্মী। মফম অদুদা কেনিচী ফুকুইগুম্বা নোবেল প্রাইজ ফংবা মীওইসু লাক্রম্মী। সম্রাট মশামক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী, ‘‘অদোমগী লাইরিক মশীং থিঙমদনা য়োনবসি য়াম্না অফবা ব্রানি।

১৯৮১ অর্ন্টরাষ্ট্রগী ওইবা শোইনাবা নুমিৎ তারম্মী। ডিসেম্বরগী ৯ (হৌজিক মসিবু জাপানদা শোইনাবা নুমিৎ হায়না লাউথোকগ্রবা)। ঐহাক প্রধান মন্ত্রী সুজুকীগী মথুৎতগী মনা লৌরম্মী। মসিগী মতুংদা অতোপ্পা মনা কয়াসু ফংলম্মী। মদুগী মনুংদা যুজো য়ামামোতো কৌবা অণ্ডাংশিংগী নিংশিংবদা হৌদোকখিবা সাহিত্যিক পুবস্কার ‘বেসাইড ষ্টোন’সু য়াওবম্মী।

মশীং থিঙমদবা মীয়াম্না তোত্তো-চানদা ফিল্ম, দুবদর্শন, নাটক নৎত্রগা এনিমেসন ফিল্ম নম্নবগী পার্মিশন তাম্লক্রম্মী। ঐহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা জিহিরো

ইবাসাকীনা য়েকপা লাই অমদি অপাবশিংগী কল্পনাদা য়েকখিবা মমিশিংগী মমাঙদা অথোইবা ওইবা ওইথোকহল্লম্মী। মরম অসিনা ঐনা হায়জরকপা ময়াম অদু কপ্লেক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং হায়জরকপা অমদি ঐনা অয়াবা পীখিরম্মী। পীখিবা অদুদি শিনসেই নিহৌন সিংফানি ওর্কেস্ট্রানা মরম ওইদুনা তোত্তো-চানগী মথক্তা নম্বা দৈশেগী কল্পনাগী পানিংবগী অপাবশিংদা য়াম্না মতেং ওইগদবা ঐনা মাল্লি। আকিহিরো কুমোরীনা পাথোরকপা ঐগী ব্রাহেম্‌শিংদগী হেন্না ব্রাখল হকচিনা ওইরম্মী। শিনসেই নিহৌন সিংফনিনা জাপানগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংদা ঐনা শৈথাখিবা অদু শীজিন্নদুনা ষ্টেদা পুথোক্লম্মী। হৌজিক গীত কথা অসিগী রেকোর্দ অমসু পুথোক্লে।

১৯৮২ দা তোত্তো-চান ফোঙখিবা চহী অমামুক্কী মনুংদা ডোরোথি বির্টেনগী অংগ্রেজী অনুবাদ অমা তৌখিরম্মী। ডোরোথি সঙ্গীতকার অমসুং কবিয়িত্রী। মহাক্কী অথোইবা অনুবাদ লয়-তাল অমসুং ব্রাখলতনা লৈতেংলম্মী। ইজরেলদা য়াওখিবা অদুম্না। ঐহাক্না মহাক্কী অনুবাদ অদু পাবদদি ব্রাখলনা থুক্নাংখিরম্মী। খুৎনম অমগসু রেকোর্দ তৌথোক্লে। মদু জাপানদা খ্বায়দগী য়াম্না হেন্না য়োনবা ইংলিস লাইরিক ওইরে। কোপী লাক্ষ মরি য়োনখিরম্মী।

ইংলিস খুৎনম অসি মতম অদুদা অমেরিকাদসু পুথোকলম্মী। তাঙ্গা অদুদা জোনি কৈরসনগী 'টু নাইট' শো দসু লাক্লম্মী। মদুগী মতুংদা দূরদর্শন কম্পনিশিংগী টোক সমাচার পত্রিকারগী পোগ্রামশিংদসু য়াওননবা অমসুং উৎননবা য়াম্না কল্লা হায়রম্মী। ফাউরবা অমেরিকাগী চেফোং দি নিউয়োর্ক টাইমসনা মশাগী 'সনদে' গী কলমদা শাংলবা রিভিয়ু কয়া নমদুনা হাপ্লম্মী। লাইরিক সমীক্ষাগা লোয়ননা অমেরিকাদা অমেরিকা সংচার মেডিয়মশিংদা জাপানিজ দূরদর্শনগী মীওই অমগী ব্রাখলসু চিংশিল্লম্মী। টাইমসনা জাপানগী বিশেষাজ্ঞদা লামায় মপূম অমা ঐগা উন্নবগী মরমদা ইরম্মী।

তোত্তো-চানগী হন্দোকপসি চীন, কোরিয়াদা হাপ্লক্লম্মী। করিনা হায়রিবা দেশশিংদা জাপানগী স্বত অধিকার ওইদে। ঐহাক চীন লোনদা হন্দোকপগী হীরমসি হৌজিক ফাওবা খঙলমদে। কনাগুম্বা অকবা মীওই অমনা জাপানিজ খঙনবা অমগী মখুৎতা মদুগী কোপী ঐঙোন্দা য়ৌহল্লক্লম্মী। চিনদা তোত্তো-চানগী হন্দোকপা অনী অহুম্রক খুৎনম নমখি। পোলেণ্ড অমদি স্বিজরলেণ্ডগী প্রকাশকশিংনসু চৎন-পথাপ ঙাক্লম্মী। লোনশিংদা হন্দোকপগী চাউখৎপা খোঙথাং লৈ। চৈকোস্লোবাকীয়াঙ্গী প্রকাশক অমগা ব্রারী শানবা অমসুং ইউরোপকী লৈবাক কয়াগা পথাপসি চৎনরি। হায়রিবা মীওইশিংগা তোত্তো-চাননা মরম ওইদুনা জাপানগী মরমদা অখঙবা

ফোঙলি। অমেরিকাগী মীশিংনসু ঐঙোন্দা থাগৎপা ওইনা চিঠি ইরক্লি। মফম অদুগী স্কুলগী ছাত্র অমনা ঐঙোন্দা ইরক্লম্মী। তোত্তো-চান নঙ তশেংনমক মশক ফজবী নুপীমচারা? ফজরবদি নহাক ঐগী য়ূমদা চাক চারবা য়াগদ্রা? মাগী ওঝা নুপীনা ক্লাসতা অঙাংশিংদা লাইব্রিক অসি পাদুনা তাহল্লি। মহাক্না চিঠিগা লোয়ননা নপশিন্নদুনা চিঠি অমা ইরক্লম্মী। হায়রিবা অঙাংসি লায়রবা ইমুং-মনুংগী অঙাংনি।

ঐনা খল্লি, তথ্য অসি মরু ওই মদুদি মধ্যমিক অমসুং অন্নাংবা থাক্কী নুপীমচাশিংনা ঐঙোন্দা ইরক্লম্মী। ঐহাক অসি ঐগী ইতেং য়াম্না ওইগনি হায়না ঐনা আশা তৌরমদে। মখোয়না মসিমদি শেংনা ফোঙদোক্লমদে মদুদি করম্বা ব্রাখলনা মখোয়বু কা হেন্না চিংশিল্লিবনো। মখোয়দা চিংশিল্লিবসি মথোৎ কারক্লিবা নুপীমচাশিংগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা ব্রাখল্লোন ওইরম্বা য়াই। মসিমদি তশেংবনি মদুদি নহা কাঙবুশিংগী থম্মোয় অমসুং ফজববু ফাউহল্লম্মী।

হন্দক্তা 'য়ুনিসেপ' (নোবেল শান্তি পুরস্কারনা) মনা পীখিবা অন্টর্রাষ্ট্রীয় সংস্থাননা ঐবু সতভাবনা দূত হাপ্লম্মী। অদুনা মসিমসু তোত্তো-চাননা মরম ওইদুনা ওইথোক্লিবনি। মসি অসুম্না ওইবনি মদুদি য়ুনিসেফকী নিউয়োর্ক সেক্রেটরিয়েটকী কাজকারীগী ডাইরেক্টরদা মহাক্কী মরূপ অমনা তোত্তো-চানগী মফমদা থারকপনি। লাইব্রিক অসি পারগা ব্রাখল অসি থূম্মৎখ্রে। ঐগী ব্রাখলদি য়ুনিসেফকী ব্রাখল্লোনগা য়াম্না চানৈ হায়না খল্লি অসুম্না মানা হায়রক্লম্মী। মহাক এসিযাদগী সদভাবনা দূত অমা থিবনি। মতৌ অসুম্না মহাক্না ভূমিকা অসিগীদমক্তা ঐবু খনবনি। অমেবিকা অভিনেতা ডেনী কেন্দ, পীটর, উস্তিনোব্র, নোরব্রেগী অভিনেতা লিব্র উল্মেনগুম্বা অফাউবা মীওই অসিগী মমাঙদা সদভাবনা দূত ওইখিরম্মী। মরম অসিনা ঐহাক মরিশুবা দূত ওইখি। বিশ্বদা নুংতিগী অঙাং লিশিং নিফু চহীদা ক্রোর মথায় চাদবনা লায়না ওইনা শিরি। ঐগী থবক্তা হায়রিবা থৌদোকশিংবু মনাক নক্না খনবা উবা অমসুং অদোমবু ঙসিগী বিপোর্ট পীবনি। ঐহাক কালেনদা অফ্রীকাদা চৎকনি অমসুং হেক য়াবিবম্নৈ এশিয়াগী লৈবাকশিংদা ঙসি শ্রীকোবাযাশী হিংলন্নবদি ঐনা চেৎনা থাজে মহাক য়াম্না হবাউগনি। নখোয় পূম্নমক অমত্তনি।

"মসি নহাক খঙইদনা, নহাকসু করি তৌই, তাইবংসিদা নখোয পূম্নমক অমত্তনি।" অসি হায়বম্মী, শ্রীকোবাযাশী মতম লৈবা খিবিক্তা!

*বসন্ত, ১৯৮৪* *তেত্সুকো কুরোয়ানাগী*

# ইশাগী ৱাফম

তোত্তো-চান হায়রিবা জাপানীজ নোবেল অসি পাক্লবদা ঐহাক ঙক্কবা ঙমদে। অঙকপনা থনলবা মহাও মণিপুরগী মীওইশিংদসু খংহনলিংবদগী ঐহাক্না লাইরিক অসি হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপনি। শ্রী কোবায়াশীনা মাগী মচানুপা তোমোএগী মমিং লৌদুনা "তোমোএ গাকুএন" কৌবা স্কুল অমা লিংখৎলম্মী। স্কুল অসি রেলগী ডিববাদা ক্লাস রুম ওইরম্মী। লাইরিক অসিবু জাপানিজ লোন্দা ইবীরিবী তোত্তো-চান অসি হান্নবা স্কুল অমদা মীং চল্লম্মী অদুবু ক্লাস মতমদা থোংনাও ময়াদা লেপ্পুনা নৈবগী দমক্তা ক্লাস থুগায় হায়বগীদমক ওজা নুপীনা মাবু স্কুলদগী তানথোক্লম্মী।

নীংবা কাইরদুনা মাগী মমানা উপাইনা স্কুলগী গেট ওইবা রেলগী ডববাদা ক্লাস তৌবা তোমোএ গাকুএন অসিদা মাবু মীং চনবিরে, স্কুল অসিগী হেড মাস্টর শ্রী কোবায়াশী য়াম্না চম্বা ওজানি, ছাত্র অমত্তবু চৈ-থাংদুনা খক য়ারকলমদে, লুনা চান্না তৌরম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা হেড মাস্টরনা নৌনা মীং চনবা লাক্লিবী তোত্তো-চানবু মানা ইন্টরভিউ লৌরম্মী, অমুক পুং ৮দগী স্কুল হাফ ফাওবা মহাক্না তোত্তো চানবু মানা খংজবশিংগী মরমদা ৱারী লিহল্লম্মী, শুপ্নগী মহাক্তি তাবদা অরম্মী।

নোংমা তোত্তো-চাননা অমাংশঙদা তাখিবা মশাগী শেনগাও লৌথোক্লবা লেট্রিন অমা মথম্বা শিংৎলম্মী। হেড মাষ্টরনা তোত্তো-চানগী মমাঙদা পৈরিবা অদু উরগা মহাকপু চৈ-থাংদনা ৱাফম অসিখক হায়রম্মী, "নহাক্না খোকৎলিবা ময়ামসি অমুক খোৎচিল্লম্মু" ৱাহৈ অসি নত্তনা মহাক্না তোত্তো-চানবু চৈরমদে। তোত্তো-চান হায়না মিংথোনবা অতোপ্পা মমিং অমনা শ্রীতেৎসুকো কোরায়ানাগী মশাগী মঙকপা অমসুং তুঙ্গুংবনা থল্লবা, তরুন ভারতী হায়না লাতোন্দা ইবা, নেসনেল বুক ট্রষ্টনা হন্দোকপা অমসুং ফোঙবা লাইরিক্নি। ঐনা হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকচবা মতম কুইরে হন্দক ইণ্ডো জাপান ফ্রেণ্ডসিপ এসোসিয়েসনগা খুৎশম্নরগা লাইরিক অসি ফোঙজরি। মথুমগী ডিজাইন্দ ইশামক্না তৌজবনি অদুগা মথুমগী লাই য়েকপনা শ্রী এন. মণ্ডলেয়া য়েকপনি। নেসনেল বুক ট্রষ্ট সেক্রেটরিনা লাইরিক অসি মণিপুরীদা ফোঙবগী অয়াবা পীবিরকপা অমদি লাই য়েকপা শ্রী এন. মণ্ডলেমবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী মতাংদা শ্রী ফুরাইলাৎপম নন্দকুমার শর্মাগী মফমদা পুক্নিংগী লমন তোল্লবনি। মহাক্না উনবা খুদিংদা তোঙ্বো-চান ফোঙদোক্লসি ওজাদি এজুকেটিব মেম্বরনি হায়না থাগৎপী অদুনা ইনাও শর্মা মণিপুর ইংগ্লিশ- জপান ফ্রেণ্ডসিফ এসোসিয়েসনগী ফাওগুর সেক্রেটরিবু অমুকসু হন্না থাগৎচরি। মহাক নত্রগদি লাইরিক অসি অসুক থুনা ফোঙলমদবা য়াই।

য়াফম অমনা শ্রী ইরুংবম মঙান সিংহ জপানিজ নিংখিজনা খংবা, ইবা-পাবা ওমবা ইনাও অসিদা লাইরিক্কী মমীং অমদি ঐগী ইমীং জাপান ময়েক্তা ইবিয়ু হায়জরুবদা হয়াও-হারাওনা ইবিরকপগীদমক্তা মাবু ওমখে লৈতনা থাগৎচরি।

শ্রীমতী লোংজম ওংবী রানিতা দেবী কাকৈথেল, পুক্চেল চাওরবী ইংগ্লিশ জাপান ফেণ্ডসিফ এসোসিয়েসনগী লাইফ মেম্বর ওইবীরিবীবুসু ঐনা হন্না-হন্না থাগৎচরি। মহাক্না লাইরিক অসি ফোংবদা মতেং পাংবিরকই। ইবেম্মা অসিগী লমন য়াম্না চাওনা তোল্লবনি।

ঐগী পুক্চেল চাওরবা ইবাই এন্না প্রিন্সিপাল লোইতোংবম গৌরগোপালগী মফমদসু ঐনা হন্না-হন্না থাগৎচরি। মহাক্না লাইরিক অসি ফোংবদা মতেং পীবিরকই।

ঐগী পুক্চেল চাওরবা মরুপ শ্রীইঙুদম তোম্বা সিংহ এন্না প্রিন্সিপাল ওইনা পুবিরম্ববুসু ঐনা থাগৎচরি। মরুপ অসিনা লাইরিক ফোংবা অসিদা মতেং পীবীরকই।

শ্রী অখাম বীরবল সিংহ ওজা অসিবু ঐনা থাগৎচরি মহাক্নাসু য়াম্না চাওরবা মতেঙ পাঙবিরকই।

শ্রী বিষ্ণু লাৎপম কামদেব শর্মা সেক্রেটরী ট্রাইবেল নেসনেল লেঙগোইজ কাউন্সিল, চুরাচান্দপুরগী মফমদা পুক্নিংগী শীংবা ওমলয়োইদবা লমন তোল্লবনি হায়রিবা পুক্চেল চাওরবা মীওইসিনা তোঙ্বো-চান ফোঙবদা মতেঙ পীবিরকখি।

শ্রী সোমোরেন্দ্রো খাইরাকপম অইবা, (নিংথৌখোং) জেনেরেল সেক্রেটরি-ইন্টরনেসনেল হ্যাইমেন রাইটস এসোসিএসন, মণিপুর ষ্টেট ইয়ুনিটনা লাইরিক নম্বা অসিদা মতেং পাংবিরকখি। মাবুসু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

মঙাঙচা হুইদ্রোম য়াইফবা সম্পাদক "সলাই তরেৎ" পুরানা রাজবারীবু হন্না-হন্না থাগৎচরি। মহাক্কী শীংবা ওমলয়োইদবা লমন তোল্লবনি।

শ্রী থানিলগৌ সৌগাইয়াম্বা হিন্দী ওজা চুরাচান্দপুরবু হন্না-হন্না থাগৎচরি। মহাক্নাসু মতেঙ পাঙবীরকই।

শ্রী মোইরাংথেম বীরেন সিংহ, কাকৈথেল অখাম লৈকাইগী ইনাও অসিনা সেলগী মতেং পাংবীরকই লাইরিক অসি নম্বাদা মহাকপুসু ওমখে লৈতনা থাগৎচরি।

শ্রী ব্রহ্মাচারিময়ুম শান্তি শর্ম্মা, এক্স কাউন্সিলর, ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিল, উরিপোক অচোম লৈকাইবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি মহাক্না লাইরিক অসিদা অচৌবা মতেং অমা পাঙবীরকই।

শ্রী চিংসুবম থৌইবা সিংহ তেরা, সমাজ সেবীবু হন্না-হন্না থাগৎচরি। ওজা অসিনসু সাহিত্যবু নুংশিবগীদমক্তা মতেং পীবীরকখি।

শ্রীব্রহ্মাচারিময়ুম নয়ন শর্ম্মা হিন্দী প্রেমীবু মহাক্না মতেং পাংবিরকপগীদমক্তা মহাকী লমন তোনজরবনি।

শ্রী আর.কে. বাক্নমি সিংহ, থৌবাল মেলা গ্রাওণ্ড লমপাকতা লৈবা ইনাও অসিগী মফমদসু শীংবা ঙমলরোইদবা লমন তোল্লবনি মহাক্না লাইরিক অসিগীদমক্তা চাওরবা মতেং পাংবিরকখি।

ঐগী মরুপ শ্রীখুরাইজম লাখন্না সিংহ, ইণ্ডো জাপান ফ্রেণ্ডসিফ এসোসিয়েসনগীসু মেম্বরনি। মহাক্না ঐগী অনুবাদকী লমী অসিদা য়াম্না চাওরবা মতেং অমা পাংবি। তোত্তো-চান অসিসু মণিপুরদা হন্দোকউ হায়দুনা লাইরিক লৈদুনা পীরকই অমদি সোভিয়ত ইউনিয়নগী প্রসিদেন্ট ব্রীজনেপকী লাইরিক ইংলিসতা ভারজিনলেণ্ড কৌবা লাইরিক অসিসু লৈদুনা ইংলিস হিন্দী অনীমক পুরকই হন্দোক্নবা অদুনা হায়রিবা মরুপ অসিগী মফমদা চাওরবা লমন তোল্লবনি।

পুকচেল চাওরবা প্রেস প্রোপাইটর শ্রী য়াইখোম ভুমেশ্বর ইণ্ডো-জাপান ফ্রেণ্ডসিফ এসোসিয়েসনগী মফমদা পুন্সিগী শীংবা ঙমলরোইদবা লমন তোনশিনলবনি হায়রিবা পুকচেল চাওরবা অসিনা লাইরিক অসি ফোঙনবগী পোৎলুম পুম্নমক পুবিখি। অমসুং হায়রিবা পুকচেল চাওরবা অসিবু থাগৎচরি।

লাইরিক অসিগী মতাংদা শ্রী আই. এস. কাংজমবু হন্না-হন্না থাগৎচরি মরমদি লাইরিক অসি ফোঙবদা ঐবু নীংবা কায়বদগী কনবীবগীদমক্তা ঙসি পাবিরিবশিংগী মফমদা খুদোল তমজবা ফংলিবা অসি মহাক্কী চাওরবা তৌবিমল অমনি। ঐগী খুৎই অসি পারগা স্ক্রিপ্টতা কম্পুটর ওইনা পাবা য়ানবা শ্রী কোংব্রাইলাৎপম নিলচন্দ্র শর্ম্মানা পুথোরকপনি। ঐনা মখোয় অনীবু থাগৎচরি।

অরোইবদা পাবীরিবশিংগী মফমদা হায়জনিংবদি হিন্দীদগী হন্দোরকপদা কাচিন-কোয়া য়ৌদবসু, খজিত্তং ওইরবসু পাবা নুংঙাইবগী মহাও ফংবীরবদি লাইরিক অসি পুথোকচবগী হোৎনজমলগী মহৈ য়াল্লবনি অমসুং ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পোকচগনি।

অং২৪/১১/২০০৫ চিংগাংবম নিশান নিঙতম্বা

# থাগৎচবা

ইণ্ডো জপান ফ্রেণ্ডসিফ এসোসিয়েসনগী ইকাই খুম্নরবা মেনেজিং বোর্ডকী মেম্বরশিং অমদি মতেং পাংবিরকপশিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১। | এস. রাজমনি শর্ম্মা | প্রসিদেন্ট |
| ২। | এন. ইবোমচা সিংহ | ভাইস প্রসিদেন্ট |
| ৩। | ডবলিউ. ভুমেশ্বর সিংহ | সেক্রেটরী |
| ৪। | আর. কে. বলারাম সিংহ | জোইন্ট সেক্রেটরি |
| ৫। | এল. রনজিৎ সিংহ | ট্রেজরর |
| ৬। | জি. ব্রজমনি শর্ম্মা | মেম্বর |
| ৭। | এন. মঙ্গি সিংহ | মেম্বর |
| ৮। | বি. এইচ. নন্দকুমার শর্ম্মা | ফাউন্দর মেম্বর |

দা থাগৎচবা অমদি নুঙাইবা ফোঙদোকচরি পাবুংখোয়গী মতেংনা মতম কুইনা ফোঙদনা লৈরুরবা জপানগী লাইরিক তোত্তো-চান অসিবু হন্দক ফোংবিবকপসি পুন্সিগী লমন তোল্লবনি।

-ঃ মচাশিং ঃ-

১। চিংগাংবম শিবানী দেবী
২। চিংগাংবম কোরৌহনবা
৩। " অহেনম্না দেবী
৪। " নরেশ সিংহ
৫। " নিকেন সিংহ

# হিরম লমায়



## স্টেসন

ওইমাচী রেলগাড়ীদগী মখোয় অনী জিয়ুগাওকা স্টেসন্দা কূন্নমই। মমানা তোত্তো-চানগী মখূৎ পায়রমই। টিকেট উৎলন্নগা থোক্নে তৌই। তোত্তো-চানদি মসিগী মমাঙদা অমুক্তসু রেলগাড়ী তোংলমদ্রি। মহাক্না মমল য়াম্নবা মশাগী টিকেট খুবাম চেৎনা লোৎনা পায়শিল্লমই। মহাক টিকেট পীথোক্লিংলমদে।

"ঐহাক টিকেট ইনাক্তা থমজরগে?" মহাক্না টিকেট বাবুদা হংলকই।

"হুম য়াদে মদু য়াদে" টিকেট বাবুনা টিকেট লৌরদুনা হায়রকই।

টিকেট হাপ্না থম্নিবা উপুরোমদা মখূৎদোম্বীনা থিল্লদুনা হংলমই, "টিকেট ময়ামসিদি টিকেট বাবুগীরা?"

"নত্তে, মসি স্টেসনগীনি। ' টিকেট বাবুনা থোরক্লিবশিংদগী টিকেট লৌর-লৌরদুনা হায়রমই।

"ইহে" তোত্তো-চাননা পামজনা য়েংলদুনা উপুরোমদা য়েংলমই অদুগা অমুক হায়রকই "ঐহাক্না চাউরগা রেলগী টিকেট য়োনগনি।"

টিকেট বাবুনা অমুক্তুং তোত্তো-চানবু মুন্না য়েংলকই। ‘‘ঐগী পীক্লিবা অঙাংদুসু স্টেসনদা থবক তৌবা পামই। নখোয় অনী থবক তৌমিন্নবা য়াগনি।’’

তোত্তো-চান মতুংদা লকক হন্দোক্লমই। মহাক্না টিকেট বাবুগী উপ্লিবা আনোক মত্রং মত্রং তৌবা মমায় অদু মুন্না য়েংলমই। মহাক মথ্বায় তাজরমই।

‘‘উম...’’ মহাক্না মখ্বাংদা মখূৎ থন্নদুনা ব্রাখল খরা খল্লমই। ‘‘ঐহাক অদোমগী নচা নুপাগা করিসু কায়দে।’’ মহাক্না হায়রকই। ঐহাক মসিমসু ব্রাখল তৌগনি অদুবু ঐহাক থবক য়াম্না চিল্লি। ‘‘খঙব্রা ঐহাক অনৌবা স্কুল কারিবনি।’’

মহাক্না মমা তান্না চেল্লদুনা লাউরমই - ‘‘ঐহাক টিকেট য়োনবা য়াওরগনি।’’ মমা থোইদোক্লা ঙক্লমদে। অদু ওইরবসু মহাক্না হায়রকই ‘‘ঐনা খনবদি নহাক সি. আই. ডি. ওইগদরা হায়না।’’

তোত্তো-চান মমাগী মখূৎ পায়রদুনা মমাঙ থানা চৎলমই। মহাক নিংশিংলক্লমই ঙরাং ফাওবদি মহাক জাসুস ওইনিংলমই হায়না। অদুগা টিকেট হাপ্পা উপু উরগা মদু করম্না শেননিংবা।

‘‘ইহে, অদুগনে’’ মহাক অফবা ব্রা অমা খঙনিং নিংশিংলক্লমই। মমারোমদা ওনশিন্দুনা কন্না হায়রকই— ‘‘অসিগুম্বা টিকেট য়োনবা ওইবা য়াব্রনে - জাসুস ওইরগবু ?’’

মমা পাউখুম পীরমদে। কূপ্না কূপ্না ইবা-য়েকপা টুপীগী মখাদা মাগী মায়থোঙ অদু চিং-লেন্নরকই। মসিনা তাকপদি মমা ব্রাখল খল্লকই। তোত্তো-চান অনৌবা স্কুলগী মীশিংনা লৌদ্রবদি করি তৌবা তাবা ? মহাক্না চোং ফম্না তৌরিসি মথন্তা ব্রা ঙাংলিবী তোত্তো-চানলোমদা য়েংলকই। মচানূপীনা মমানা ব্রাজরিবা অদু করিগীদমক্তা খঙবীরমদে। মখোয় অনী মমিৎকা মমিৎকা য়েংনরবা মতুংদা মহাক্না হরাওনা হায়রকই। ঐগী ব্রাখল হোংদোক্লে। ঐহাক্না পান্নবদি বেণ্ড খোংবশিংগী কাঙলুপ্তা য়াওসিরা, মখোয়দি অনৌ-অনৌবা দুকান্দা শন্দোকপা চৎলি।’’

মমা হৌজিক নিংবা কায়বগী খোনফম্না লাকহৎখিরমই। মহাক্না হায়রকই ‘‘চৎলো-চৎলো থেংখরগনি। হেড মাস্টরদি ঙাইরন্নগনি।

ব্রা ঙা ঙদুনা লৈরগনু। নখোঙ য়াংনা থাংউ।

মখোয়গী মমাঙদা অথাপ্পদা পীক্লবা স্কুলগী গেট অমা হৌজিক উরক্লমই।

# থোঙনাওদা লেপ্পী নুপীমচা

মমানা ব্রাখল নুংঙাইজদবগী মরম অমসু লৈরম্মী। তোত্তো-চানা হন্দক্তা স্কুল কাবা হৌরমই। অদুবু অহানবা নুমিৎমক্তদা মাবু স্কুলদগী তাম্মোক্লক্লম্মী।

ইকুই কুইদ্রিবা চয়োল অমগী ব্রানি মসি পূম্নমকসি। মমাবু, তোত্তো-চানগী ক্লাসকী ওঝা নুপীনা কৌরকই, "অদোমগী ইচানুপীদি ক্লাস মনুংদা য়াম্না লাংই। অঙাংসি অতোপ্পা স্কুল অমদা পুবিয়ো"। নুংশা স্বর ফুইনা হোল্লদুনা নহা ওইরিবী মশক ফজবী ক্লাসকী ওঝা নুপীনা হায়রকই "মাই মাই, অসুক য়াম্না লম হেনবদি পূ-থাংবগা ঙমজপোৎ নৎত্রে"।

মমা মীপাইরমই, করি তৌরুরবনো তোত্তো-চান-না ক্লাস মনুংদা লম হেনবা? মহাক নুংশা থিরমই।

শাউবনা ওঝা নুপী মচা অদু মীৎকী পা কুপ্লমই। মশাগী তেম্না কক্লবা মশমদা খুৎশানা নাল্লদুনা মহাক্তা মমুৎ তানা হায়রকই— "অহানবা ব্রাফমনা নুমিৎ অদু মহাক নোংমদা লিশিংলক মশাগী মেজ হাংদোকলমই। ঐনা অঙাংশিংদা মসি হায়রমখি— নখোয় মরম চাদনা নশাগী মেজ হাংদোক্কনু। অদুবু ইচেমগী ইচানুপীসিদি তত্তনা অমা নৎত্রগা অমদি লৌথোকই, থমজিল্লি। মশাগী পোৎ লৌথোকই হাপচিল্লি, রবর পেন্সিল হাপ্পা উপু, লাইরিক, মশাগী পোৎ খূদিংমক মশাগী মেজদা য়াওরি । খঙজিনগদবা অমনা মখোয়না ময়েক ইয়ু হায়রবা অদুদা ইচে, ইচা নুপীদি মেজ হাংদোক্তুনা কোপী বুক লৌথোকই অদুদগী গোং লাউনা মখুম খুমজিল্লি। অদুদগী মেজ অমুক হাংদোকই। হন্দকনা অমুক পেন্সিল লৌথোকই অদুদগী অমুক থিংজিল্লি। অদুদগী বোইদা 'অ' ইরে। করিগুম্বা ফজদ্রবদি মুথৎকনি। অদুদগী মেজ হাংদোক্লদুনা হাম্না রবর লৌথোক্কনি। অমুক থিংজিনগনি। ময়েক অদু মুথৎকনি, মখুম অমুক হাংদোক্লগা রবর

মনুংদা থমজিনগনি। অদুগা অমুক মেজ থিংজিনগনি। মসি পূম্নমক য়াম্না থুনা তৌপ্রবা জাৎনি মহাক্না 'অ' ইশ্বরবসু মদুদা হন্না হন্না ইগনি। পেন্সিল অমুক হন্না থমজিনগনি, মখুম থিংজিনগনি। অমুক হাংথোক্কনি, কোপী অমুক থমজিনগনি অদুগা মখুম থিংজিনগনি। অদুদগী ময়েক অমুক ইবা তারক্কনি- অদুদি হান্না তৌপ্রবা অদু অমুক হন্না তৌগনি। অহানবদা মশাগী কোপী অদুদগী পেন্সিল-রবর অমুক লৌথোকই। ঐদি বুদ্ধি লৌশিংসি চম্মনরবা জাৎনি। অদুগা মাবু চৈ-থাংলমদে। মরমদি লৌথোকপা থিংজিনবা কয়ারক তৌবদুনা।"

হৌজিক ওঝা নুপীগী মমিৎকী পা তোইনা কুপ্লকই। হৌখিবা থৌদোক ময়ামদো নৌনা অমুক মপূক্লিংদা নিংশিংলকপগুম্নমই। ইখং-খগুহৌদনা মমা নিংশিংলক্লে মদুদি তোত্তো-চাননা করিগী মশাগী মেজ হাংদোক-থিংজিন তৌরিবদো, অহানবা স্কুল কাবদা স্কুলদা লৈরুরগা তোত্তো-চান হৈনিংনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। হল্লক্লগা মহাক্না হায়রমই "ঐগী স্কুলদি য়াম্না ফৈ। উরবা, য়ূমদা লৈবা মেজদি চিংথোক চিংশিন নাই। অদুগনে ঐখোয়গী স্কুলগী মেজদি মখুম অমা পাল্লি, অদু হাইগৎপা তারমই- হেরা উপূগী মতেক্লুম্বা। মদুদা পোৎ ময়াম অমা থম্বা য়াই। য়াম্না নুংঙাইপ্রবা জাৎনি।

মমানা মচানুপীগী মেজ হাংদোক হাংজিন-দা নুংঙাইবা ফংলিবা, নুংঙাইজবগী কল্পনা তৌরমই। মমাসু মদুদা থোইদোক্না খল্লুদে - মদুদা য়াম্না শাউবা অমদি য়াম্না লমহেনবনি হায়বসি। মেজগী অনৌবা নুংঙাইবা থেংনবা অদু লোইপ্লগা তোত্তো-চান অদুম তোকচখিগনি। অদুবু ওঝা নুপীদা মদু পূম্নমক অদু হায়রমদে। অসিখক্তা হায়রম্মি "ঐহাক মঙোন্দা মদু খূদিংমক অদু হায়গে।"

ওঝা নুপীগী মখোল অদু হৌজিক য়াক্লে। মহাক্না মখা চিক্না হায়রমই "ইচে ! অদুখক্না লোইরবদি ঐহাক অদুক য়াম্না নুংঙাইতবা তৌরম্লোই।"

ওঝা নুপী মমাগুদা নোম্থরকই। মমা হঙ্গোইনা তুংদা হন্দোক্লমই।

মহাক্কা মেজগী মখুমগী থবকসি তৌদ্রদুনা মহাক লেপ্তুনা লৈগনি। মতম লোইবা ফাওবা।

“লেপ্তুনা লৈ হায়বা ? কদাইদা ? “মমানা ঙক্লা হংলকই।”

“থোঙনাওদা” ওঝা নুপীনা শাউনা হায়রকই।

“থোঙনাওদা করিগী লেপ্লিবা ?” মমানা ঙক্লদুনা হংলকই।

“মরমদি লম্বীদা চৎলিবা বেগু খোংবশিংবু কৌবা তান্নবা।” হায়রপ য়াক্লা ওঝা নুপীনা তন্নকই।

মসিগী মতুংদা ওঝা নুপীনা লীরিবা ব্রারীগী শন্নপ্পা ব্রাদি অসুম্ননি “পুং অমা চুপ্পা মশাগী মেজ মখুম থিংজিনবা-থাদবা তৌরবা মতুংদা তোত্তো-চান মশাগী ক্লাস থাদোক্লদুনা থোঙনাও ময়াদা লেপ্লম্মী অদুগা মপালদা য়েংদুনা লৈরমই। মতম অদুদা ওঝা নুপীনা খল্লমই, লাংবু লাংদ্রবদি থোঙনাও ময়াদা অদুম লেপচসনু। অদুদগীদি ইখঙ খঙহৌদনা মফি মরোল অনানবা শেৎলগা সডক্তা চৎলিবা বেগু খোংবশিংবু কন্না য়েংনরমই। মানা তৌরিবসি মখোয়গী ক্লাস মখাগী থাক্তা লৈরম্মী অমসুং মখোয়গী থোঙনাও সড়কলোম ওন্না হান্নদগী সড়ক ১সুং থোঙনাওগী মরক্তা উ-পাম্বী অমা হৌরম্মী, মদুদা মহাক কনাগুম্বা মীগা ব্রারী শাবদা অরুবা লৈরমদে। তোত্তো-চান কৌরবদি মখোয় বেগু খোংবশিংনা থোঙনাও মপাদা লেপ্লমই। মতম অদুদা তোত্তো-চান ক্লাস মনুংদগী অঙাংশিংদা লাউথোক্লমই “মখোয় লাক্লে” অদুদগীদি লৈরিবা অঙাং পূম্নমক অমত্তা চিৎথদনা ক্লাস মনুংদগী হৌগত্তুনা থোঙনাও ময়াদা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈরমই অদুগা পূমলাং লাংলমই।

“অমুক্তা খোঙলম্মুনে” তোত্তো-চান না হায়রমই। অদুগা বেগু খোংবশিংনা তুমিন্না ষ্কুলগী মমাঙ লান্না চৎখিবনি, শাহনাই, পুং, থোল থিঙ্গৎলদুনা অঙাংশিংগী মপূক্লিং হরাওহল্লমই। অদুগা অঙাংশিংদা ওঝা নুপী মপূক্লিং খোয়দাদনা লাংলিবা, নিল্লিবা পূম্নমক লোইখিবা ঙাইবা তাখি, করি পাম্বেদি লৈগনি।

মশাগী ঈশৈ শকপা লোইরগা বজাই বেঙ্গুন খোংবশিং চৎখি, মতম অদুদা অঙাংশিং মশাগী ক্লাস মনুংদা হনজিল্লকই। তোত্তো-চান নত্তনা মতম অদুদা ওঝা নুপীনা হংলক্লবদা ‘‘নঙ হৌজিক ফাওবা খোঙনাও ময়াদা করিগী লেপ্তুনা লৈ? ‘‘অদুদা তোত্তো-চান না য়াম্না চিং লেম্না পাউখুম্লকই ‘‘অতোপ্পা কাঙবু অমগা লাকখিগদ্রা হায়না ? কয়াম নুংঙাইরোই -মখোয় লাক্লগা অমুক তুমিন্না চৎপ্লবদি- অদুনা ঐখোয়গী মীৎসিনা উহৌদ্রবদি।’’

‘‘অদোম্না খনবিদ্রা মসি পূম্নমকসি কয়াম অপনবা অথিংবা পীবিবা’’ ওঝা নুপীনা শংদোক্লা হায়রকই। মমাগী মপূক্লিংদা ওঝা নুপীগীদমক্তা তৌবিমল ফাওরক্লমই।

‘‘মদুগী মখাদি ?’’ ওঝা নুপীনা কম্না হায়রমই। ‘‘মদুবু ঐনা মশীং থিবা ঙম্লবদি করিগী ব্রারুদগে - অদোমদা মাবু অতোপ্পা স্কুল অমদা চৎখিনবা হায়রমলোইদবনি।’’

মশাবু খজিক শেমজিন শাজিন্নদুনা ওঝা নুপীনা মমারোমদা চুমদ্রিং য়েংলক্লমই,’’ ঙরাংদি তোত্তো-চান নুংতিগী মতৌগুম খোঙনাও ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐহাক লাইরিক তাকপীদুনা লৈরমই। মহাক বজাই বেঙ্গুন খোংবশিং ঙাইদুনা লৈরিবা ওইরমগনি খন্দোকই। ইখঙ খঙহৌদনা ইচেমগী ইচা নুপীনা কনা অমদা হংলক্লমই ‘‘করি তৌরিবনো?’’ ইশানা লেপ্লিবা মখা অদুদগী ঐনা কনাবুসু উরমদে। অদুনা ঐহাক খঙলমদে মহাক কনাগা ব্রারী শারিবনো। মহাক অমুক্তসু হংলকই। ঐনা খল্লমই লম্বীদা চৎপা মীদা ওইরম্লরোই, মথক্কী কনাগুম্বা অমদা ওইরম্লগনি। ঐহাক পূম্নমক খঙনিং নিংশিংলকই। ঐহাক মীনা খুম্লকপা ঙাইরম্মী। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা তারমদে। তৌইগুম্বসুং অদোমগী ইচাদি হম্না হম্না কৌরমই ‘‘করি তৌরিবনো?’’ অসুক্কী মতীক য়াম্না লাইরিক তম্বীবা লুরমই। ঐনা মসি য়েংবা চৎলি কনাগনো মহাক্লা ব্রারী শানরিবসি। খোঙনাওদগী ঙক হাইদোক্লুনা মথক্লোমদা য়েংলুবদদি ইচুম তাফমদা মকোন শারিবা শেনবাং ওইরম্মী।

মদুদি শেনবাংগা ব্রারী শানবা ওইরমগনি। ঐহাক অঙাংশিংগী মওং খঙই। ঐহাক মসি হায়দে, শেনবাংগা ব্রারী শানবা অপংবনি। অদু ওইরবসু ক্লাসকী মরক্তা শেনবাংগী ব্রারী শান্নবা, নখোয় করি তৌরি, মসিমদি দরকার সুকওই ওইদে।

লানখ্রবনি হায়নবগীদমক মমানা মচিন কাখোরকত্রিঙৈদা ওঝা নুপীনা মখা তারক্লমই, থৌদোক অমগসু লৈরি ড্রোইং রুমগী। ঐনা অঙাংশিংদা নখোয় জাপানী ফিরাল শারক্কদবনি। অঙাং অতৈদি শারক্লমই, অদুবু অদোমগী ইচাদি নেভিগী ফিরাল শারক্লমই। অদোম খঙবীরেদনা নুমিৎ থোকপা ফিরাল ? ফরে মদুসু করিসু কায়দে অদুগদি ইখঙ খঙহৌদনা ফিরালগী অরোইবদা ঝালর হাপ্লমই। অসিগুম্বা ঝালরসে নহারোলগী ফিরালদা হাপকল্লি। মহাক্লা অসুম্না অতৈদা উরুরগা ওইরমগনি। ঐনা করিগুম্বা খরা হায়গে খল্লিঙৈদা মমাঙদা মহাক্লা অসিগুম্বা ঝালর শারমই মদুদি চেদনা পুময়োম য়োন্নমই, মরম অসিনা ঝালর অদু শেম্নবগীদমক নাপু মচুগী ক্রেয়ন চোক পায়খৎলে অদুগা মশীং থিঙমদবা খুদম চেগী মেজ অদু য়াম্না মোৎখিরমই তকথোক্লবসু কোক্লমদে। লাইবক ফবদি মহাক্লা ঝালর চুথেক নাইবা অহুম লোংবা শারমই।”

“চুথেক নাইবা অহুমদি করিগী ?” মমানা ঙক্লা হংলকই ।



ওঝা নুপী চোকথরমই। অদু ওইরবসু মমাদা মীনুংশি থন্নদুনা হায়রকই।

মমা খজিক নে তারমই; ‘‘ঐহাক খঙলে, সুপ্নতগী চুথেক অহুমদা।’’

অদুদা ওঝা নুপীনা য়াম্না অতপ্পা ব্রাহৈশিংদা শাফু পীরদুনা হায়রমই।

মসিগী মতুংদা ওঝা নুপী লেপখৎলে, অঙৈংবা ব্রাহৈনা মচেক ময়ানা য়ৈরমই। ‘‘ঐহাক ইথম্তা ব্রাবা নত্তে। থংনবা কাদা লৈরুবা ওঝা নুপীসু ব্রারিবনি।’’

হৌজিক মমানা করিনো পাম্বে অমা য়েংবা তারমই। অতোপ্পা অঙাংশিংগী মফমদদি মসি চুমদবনি। মহাক অতোপ্পা স্কুল অমা থিবা তারমই। মহাক্কী পীক্লিবা মচাবু নুংশিবীবা, মচানুপীবু মখোয়না অতোপ্পা অঙাংশিংগা লোয়ননা তাকপী তম্বীবা য়াবা মফম।

চৎলিবা স্কুলসি মমানা য়াম্না থিরবা মতুংদা ফংলম্মী।

মমানা তোত্তো-চান-দা স্কুলদগী তান্থোক্লবনি হায়বসি তাক্লমদে। তোত্তো-চাননা মহাক্না অরানবা তৌরুরে হায়বসি মশানা খঙজদে হায়বসি মহাক খঙলমই। করিগুম্বা মখল অমগী ব্রাহৈ মহাক্না মচানুপীগী মপূক্লিংদা থম্বা পান্নমদে। মরম অসিনা তোত্তো-চাননা চাউদ্রিবা ফাওবা মঙোন্দা করিমত্তা তাকথোক্লোই হায়না চপ য়ুংনা খল্লমই। মমানা মচাদা মসিখক হায়রম্মী, ‘‘অনৌবা স্কুল অমা চৎপদা নঙ করি খল্লি? য়াম্না ফবা স্কুলনি হায়না ঐনা তাই।’’

‘‘ফৈ’’ খরা ব্রাখল তৌরগা তোত্তো-চাননা হায়রকই ‘‘তৌইগুম্বসুং...’’

‘‘হৌজিক মাগী মপূক্লিংদা করি খল্লিবা?’’। মমানা খল্লকই। ‘‘করিগুম্বা স্কুলদগী তান্থোক্লে হায়বসি মহাক খঙলবা জাৎলা?’’ অদুবু মীৎকুপ অমগী মনুংদা তোত্তো-চাননা হরাও তয়াম্না হংলক্লমই ‘‘ইমা নহাক্না বেগু খোংবশিং অদু অনৌবা স্কুলদসু লাক্কদবা মানব্রা?’’

# অনৌবা স্কুল

তোত্তো-চান অনৌবা স্কুলগী গেট উবদা চপ লেপ্পমই। হান্না কারুরিবা স্কুলগী গেট সীমেন্টকী চাউরবা মখোঙ (পিলর) অমনা ওইরমই অমসুং গেটতা অচৌ অচৌবা ময়েক্কা স্কুলগী মমিং ইরমই। তৌইশুব্রসুং স্কুল অসিগী গেট অসিদি উগী উপাল অনীনা য়ুংলমই। উখোঙ অনীগী মশা মরেং, উনাসু পাল্লমই।

"ইস, গেটসিদি ব্রাংখৎলক্লি" তোত্তো-চাননা হায়রকই। "মসি ব্রাংখৎলকখিনি অদুগা নোংমদি টেলিফোনগী পোস্টতগী হেন্না ব্রাংখৎখিগনি।"

গেটকী য়ুংলিবা য়ুম্বী অনীসি তশেংনমক উপাম্বীনি। মরা তানা হৌরিবনি। খরা মনাক্তা অমুক নকশিল্লবদা তোত্তো-চাননা মঙক তেকখৎলদুনা স্কুলগী মমিং পানিংলমই। উপাম্বীদা থেৎপা স্কুল মমিংগী উপাক অদু নুংশিৎনা ইপৈ পৈরম্মী।

"তো-মো-এ-গা-কু-এন।"

তোত্তো-চাননা মমাদা হংনিংলমই, তো মো এ হায়রিবসি করিনো, মতম অদুদা মহাক্কা গেট অমা উরমই, মহাক মঙ মঙবদৌনা তৌরমই। মোংশোং মরক অদুদগী নীংথিনা উবা ফংননবা মহাক ফমথরমই, মমিৎনা উরিবদু মহাক থাজরমদে।

"ইমা অসিবু থাঙ্গেশেংনমক রেলগাড়ীরা? য়েংউনে, মফমসিদা স্কুলগী লম্পাক অসিদা।"

স্কুলদা কাশিংগী মহুত্তা রেলগাড়ীগী শীজিন্নদবা ডিব্বা তরুক থবক ওইনা শীজিন্নরমই। অসুম্মদি মঙদগা ওইরিনি হায়না তোত্তো-চাননা খল্লমই । রেলগাড়ীদবু স্কুল।

ডিব্বাশিংগী থোংনাওশিংদা অঙনবা অয়ুক্কী নুমিৎকী মশেক্কা ইরং লংলম্মী। তৌইশুব্রসুং মোশোংশিংগী মরক্তা য়েংলিবা গুলাপ মচুগুম তঙাং তঙাংলিবী পীক্লিবী নুপীমচাগী মমিৎ অদু হান্নদগী হেন্না লংলম্মী।

# ““স্কূল ঐহাক্কা পামজরে””

মিকুপ অমগী মনুংদা তোত্তো-চাননা হৱাওনা লাউরম্মী অমসুং রেল গাড়ীগী ডিব্বারোমদা চেনশিল্লম্মী, চেন্না চেন্না লৈথোক্লগা মমাদা হায়রক্লম্মী, ““লাও, খরা থুনা লাও, করিমত্তা লেঙদ-হাইদনা লৈরিবা গাড়ীসিদা ঐখোয় থুনা কাসি।””

মমা খংলম্মী অমসুং মাগী মতুংদা তান্নদুনা চেল্লম্মী, মমাসু মতম অমদা বাসকেট বোল শান্নবী ওইরম্মী, মরম অসিনা মহাক তোত্তো-চান্দগী য়াংনা চেল্লম্মী, ডিব্বাগী থোঙগী থোঙবাদা মহাক্না তোত্তো-চানগী ফ্লোক্কী মচী পায়দুনা য়ান্নহৌরম্মী।

““নহাক হৌজিক মনুংদা চঙবা য়াদ্রি।””মমানা মাবু খামদুনা হায়রকই। ““মসি কাশিংনি অদুগা নহাক হৌজিক স্কূলদা মিং ফাউবা চদ্রি, নঙনা ট্রেন অসিদা কাবা পান্নবদি নহাক হেড মাস্টরগী মমাঙদা চৎনবী মতুং ইন্না চঙলুবা তাই, হৌজিক ঐখোয় মহাক্না উন্নসি অদুগা নহাক্না মরম মোক্লবদি নহাক স্কূল অসিদা চঙবা য়াগনি, খঙলেদনা।””

তোত্তো-চান থুনা ট্রেন্দা কারস্বদগী নুংঙাইতবদি পোকই অদুবু মমানা হায়বা অদুম্না তৌবনা ফগদ্রা খল্লম্মী।

““ফৈ ইমা’ মহাক্না হায়রম্মী, অদুগা ““স্কূল অসি য়াম্না ফৈ”” হায়বা অসিমসু তপশিল্লম্মী।

মমানা— নহাক্না স্কূল ফৈ ফৎতে হায়বা ব্রাফমদু নত্তে হংনিংলিবদি হেড মাস্টরবু নঙ পামই পামদে হায়বসিনি। অদুবু মহাক্না করিমত্তা হায়রমদে। তোত্তো-চানগী ফ্লোক পায়রিবা অদু থাদোক্লগা মমানা মখুৎ অদু পায়রমই। মখোয় হেড মাস্টরজীগী ওফিসলোমদা চঙশিনলকই।

রেলগাড়ীগী ডিব্বা পূম্নমক ইচিক চিক্লমই। নোংমগী অহানবা ক্লাস হৌখিরমই। স্কুলগী মায়কৈ মরিমক্তা ফক্লাংগী মহুত্তা উপাম্বী হৌরম্মী। লোয়ননা পরেং পরেং শানা হৌরিবা পাম্বীশিংদুদা নাপু মচুগী ফৈদোম নাইনা লৈশিং চগুংননা শাৎলমই।

হেড মাস্টরজীগী অফিস রেলগাড়ীগী ডিববা নৎলমদে। মহাক য়েৎলোম থংবা মায়কৈরোমদা দলানগী য়ূম অমদা লৈরম্মী। নুঙগী সীঢ়ী তরেৎ থোক্লা থেক্লা কাবা তারমই। তোত্তো-চান মমাগী মখূৎ থাদোক্নুনা চেল্লগা সীঢ়ী কারমই। ইখং খঙহৌদনা মহাক লেপ্লমই অমসুং মমায় লৈথোক্লমই। অসুক্কী মতিক খঙহৌদনা মমাবু মহাক্না থেংজিনগদবা খজিক্তা মঙাইরমই।

"করি তৌরে?" মমানা হংলকই। মপূক্লিংদা নুংশা থিরমই তোত্তো-চান অমুক্তা স্কুলগী মরমদা মপূক্লিং ওনলক্কদরা হায়না। খ্বাইদগী মতোন সীঢ়ীদা লেপ্লদুনা তোত্তো-চাননা তুমিন্না হায়রকই "ঐখোয়না উন্নগদৌরিবসি শোয়দনা স্টেসন মাস্টর ওইরমগনি।"

মমা ঈং-তপ্নীনি। লোয়নননা লক্লবসু হৈরমই। মহাক নোম্থরমই তোত্তো-চানগী মমায়গা থেংনরদুনা শুশু তৌরমই, "করিনো" তোত্তো-চাননা তপ্না হায়রকই "ইমা নঙনা মহাক হেড মাস্টরনি হায়বদাই। মহাক্না রেলগাড়ীগী ডিব্বাশিং অসিগী মপু ওইরবদি মহাক স্টেসন মাস্টর ওইরেদনা?"

তোত্তো-চানগী ব্রাদু মমা য়াবা তারমই, রেলগাড়ীগী ডিব্বাদা স্কুল ওইনা চলাইবসি অঙকপা ব্রানি অদুবু খুদক অদুদা তাকপগী মতম লৈরমদে। মমানা অসিখক্তা হায়রমই, "নহাক ওঝাদা হংবদি করি তৌই? অদুগা নহাক নপাগী মরমদা করি খল্লি? মহাক ব্রালিয়ন খোংই, মাগী মনাক্তা ব্রালিয়ন ময়াম অমা লৈ। অদুগা মদুনা মশাগী ব্রালিয়ন দুকান ওইবা য়াদে চুমদ্রনে?"

"হোই দুকান ওইবা য়াদে ঐখোয়গী য়ূমদু।" তোত্তো-চান মমাগী মখূৎ পায়রদুনা য়ানিংবা ফোঙদোক্লমই।

# হেড মাস্টরজী

তোত্তো-চানগা মমাগা লোয়ননা চংলকপদা চৌক্রিদা ফমলিবা মীওই অদু হৌগত্তুনা লেপ্লমই। মহাক মশম চরল চরল হৌরমই। ময়া খরসু য়াওরমদে অদুবু মায়থোংদি নোই পেল্লমই। য়াম্না ব্রাংবসু নৎলমদে মীওই অসি, অদুগা মাগী পাম্বোম মরেংজুম কম্থা কলেংনরমই। মহাক অমুবা মচুগী অমনবা প্রী পীসকী সুট অমা লিৎলমই।

থুনা নোম্থদুনা তোত্তো-চাননা খুরম্লমই অদুগা থৌনা লৈনা হংলক্লমই, "স্কুল মাস্টর-রা নৎত্রগা স্টেসন মাস্টর রা"?

মমা মীপাইরমই। অদুবু মহাক্না পাউখুম পিদ্রিঙৈগী মমাঙদা মীওই অদু নোক্লকই অমসুং হায়রকই, "ঐহাক স্কুল অসিগী হেড মাস্টরনি।"

তোত্তো-চান হরাওবগী ঙমখে লৈরমদে। "ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে" মহাক্না হায়রমই "মরমদি ঐহাক হৌজিক অদোমদা করিগুম্বা খরা নিবা পামজে। ঐহাক ওঝাগী স্কুলদা লাইরিক তম্বা পামজে"।

হেড মাস্টরজীনা তোত্তো-চানবু চৌক্রিদা ফম্নবা হায়রম্মী। অদুগা মমারোমদা অমুক য়েংলদুনা হায়রকই "ইবেম্মগী মমাদি য়ূমদা চৎপীখিবা য়ারগনি, ঐহাক তোত্তো-চানগা ব্রারী শান্নবা পামই।"

তোত্তো-চান খরা খজিক চম্মম্লরমই। তৌইগুম্বসুং মহাকনা খন্থদুনা য়েংবদা মাঙদা ফমলিবা মীওই অসিগা ব্রারী শাবদা মঙোন্দা অকাইবা লৈরোইদবোই নিংলমই।

"অদু ওইরবদি ঐহাক অঙাংসে ওঝাগী নাক্তা থনমলগা চৎচরগে।" মমানা য়াম্না থৌনা লৈবগা লোয়ননা হায়রকই অমসুং কা অদুদগী মপাল থোকথ্রগা থোঙ ঙাশিল্লমই।

হেড মাস্টরজীনা চৌক্রি অমা চিংশিল্লমই অমসুং তোম্ভো-চানগী মমাঙদা থারমই, মখোয় অনী মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ফম্মিন্নদুনা হেড মাস্টরনা হায়রকই "ইবেম্মা, হৌজিক নহাক ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা। হায়নিংবতা হায়বা য়াগনি, নঙনা অপাম্বদু।"

"ঐনা পামজবতা হায়বা য়াবিগদরা?" তোম্ভো-চাননা খঞ্জরম্বদি মঙোন্দা ব্রাহং হংলক্কনি অমসুং মদুগী পাউখুম পীবা তাগনি তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা অপাম্বা হায়বা য়াগনি হায়রকপা অদুদদি য়াম্না নুংঙাইরে। মহাক্না থুনা হায়রকই। মহাক্না হায়রিবা খরা অদু অমগা অমগা শন্নদনা মপাঙ্গল ফুদোক্কুনা ঙাংলমই। মহাক্না হেড মাস্টরজীদা পাউদম্লকই, মখোয়না তোংলকপা ট্রেন অদু য়াম্না য়াংনা থৌই, মহাক্না টিকেট বাবুদা টিকেট পীরোই হায়বা অদুদা মহাক্না পীদবা য়ারোই হায়দুনা কৌহৌবা ময়াম অদু চিখদনা তমলকই। হান্নগী স্কুলগী ওঝা নুপী অদু কয়াম মশক ফজবা; শেম্বাং মহুম শাই, ব্রাওথাংনবা হুই রোকীনা অঙক-অঙকপা কুম্মৈ উৎপা ঙমই। মহাক্না ময়াদা কাটি উন্নগা কাটি চপ্পা ঙম্বা অমসুং মদুদা মাগী ওঝা নুপীনা অদুম তৌদনা চৈবা, মরৈ অদো কাটিনা চপখিগনি হায়দুনা কিবা, অদু ফাওবদা মহাক্না লম হেন্না তৌবা, নপ করম্না শিৎপগে তন্নকই, মরমদি মনপ চোবা উরগা মমানা মাবু চৈ, মাগী মপা ইরোইবা য়াম্না হৈ অদুদা নত্তনা ঈরুপ্পসু য়াম্না ঙমই। মহাক তত্তনা ঙাঙদুনা লৈরমই। হেড মাস্টরগী করিগুম্বদা নোকই, অমুক মকোক নোমই, "হোইনে, অদুদগীদি?" তোম্ভো-চান অসুক্কী মতিক হরাওরমই, মহাক ঙাঙদুনা অদুম লৈরমই। ঙাঙমনখিবনা মমৈথংদদি ঙাঙনিঙাই লৈশিল্লক্তরে। হৌজিক মহাক ঙাঙবা লেপ্লে অদুবু মকোক্তগী শাফু পীরক্কী, মখা করি ঙাঙসিগে খল্লকই।

"ঐঙোন্দা হায়নিংঙাই অতৈ অমুক লৈত্রবরা?" হেড মাস্টরনা হংলকই।

অসিগুম্বা মতাং অসিদদি তুমিন্না লৈবা ইকায়নিঙাইনি, তোম্ভো-চাননা খল্লকই— কয়াদা ফরবা তাঞ্জানো। মহাক করিগুম্বা

পোৎ অমগী মরমদসু হায়বা য়াদবরা? মপূক্লিংদা খল্লকই। খংহৌদনা মহাক্লা খল্লকই।

হোয় মহাক মশানা শেৎলিবা ফ্রোক্কী মরমদা হায়বা য়াই। মহাক্লা শেৎলিবা ফি-রোল অয়াম্বা তুবনি, অদুগা ফ্রোক অসিদি দুকান্দগী লৈবনি। মহাক্লা নুংথিলদা স্কুল কূন্নকপা মতমদা অয়াম্বনা মাগী মফী শেগায়রকই। করম্না শেগাইরিবনো হায়বা মমাদি খম্ফম খঙলমদে। মাগী ফজরবা অঙৌবা লংগী ব্লাউজসু করি করিগুম্বদা তম্থায় তারমই। মসি করম্না ওইরিবনো মহাক্লা হেড মাস্টরদা হায়রম্মী। তশেংবদি মাগী ফি শেগাইরিবসিগী মরমদি মহাক্লা মীগী ইংখোলগী নারক মোংশোংদা চঙলমই। লোয়ননা, লমহাংদা মায়কৈ মরিদা তিংখং তরা খারিবদুগী মনুংদসু লিত্তুনা চঙই। মরম অসিনা ঙসি অয়ুক অমুক চৎননবগী থৌরাং তৌবদদি মমানা তুবিবা অফবা ফ্রোক কয়া শেগাইরমই অমসুং মহাক কৈথেলদগী অরৈবা ফ্রোক শেৎপা তারমই। ফ্রোক্তা অঙাংবা অমসুং স্লেট মচুগী চেক ওইরমই। ফি জর্সীগীনি। অদুক য়াম্না ফজদবসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঙকশমদা হৎলিবা অঙাংবা লৈ মওং তাদে। মমানা ঙকশম মওং অদু পান্নমদে, তোত্তো-চাননা ঙকশম থাংগৎতুনা হেড মাস্টরদা উৎলমই।

মসিগী মতুংদা য়াম্না খল্লবদসু তোত্তো-চান অতোপ্পা ব্রা অমুক খনফম থোক্লমদে। মহাক মসিদা খজিক নুংঙাইবা ফাওরমই। মওং অদুদা হেড মাস্টরজী হৌগত্তুনা লেপ্লকই। মহাক্লা মহাক্কী নুংশিবনা থল্লবা চাউরবা মখূৎ মাগী মকোক্তা থন্নকই অমসুং হায়রকই, "হৌজিক নঙ স্কুল অসিগী ছাত্রীনি।"

মসিমক্লি মাগী ব্রাহে! অদুগা মতম অদুদা তোত্তো-চাননা মপূক্লিংদা ইহান হান্না কনাগুম্বা মীওই অমগা উন্নবসি তশেংনমক নুংঙাইজরমই। তশেংনমক মসিগী মমাঙদা কনানা মাবু অসুক কুইনা ঙাঙবা তারমদে, অতৈদি লাইরদনা মানা ঙাঙবা তাবা মতমদা হেড মাস্টরজী অমুক ফাওবা হাকাম চল্লমদে, মাগী মায়থোঙদা তানিংদবা

মওং উৎখিদে। হৌবদগী লোইবা ফাওবা মহাক্না ঙাঙলিবা মওংদু তানিংনা তারমই।

তোত্তো-চান হৌজিক ফাওবা ঘড়ী য়েংবা হৈরমদ্রি। অদুনা ওইবনা মহাক্না মতম য়াম্না থেংলবোই নিংলমই। মহাক্না মতমদং য়েংবা হৈরম্নবদি মহাক অওইবমক য়াম্না ঙকলমগনি অমসুং হেড মাস্টরগী মমাঙদা মহাকনা য়াম্না তৌবিমল উৎলমগনি। মরমদি মমা অমসুং তোত্তো-চান অয়ুক্কী পুং নিপাল দা স্কুল য়ৌরক্লমই, মহাক্না ঙাঙবা লোইপ্লগা হেড মাস্টরনা হায়রকই "নহাক স্কুল অসিগী ছাত্রীনি" অদুদা ফুরিৎখাওদগী ঘড়ী লৌথোক্লুনা হায়রকই, "ইসে, চাক চাবগী মতম ওইরে" হায়বদি হেড মাস্টরনা ব্রারী তাবসি পুং মরিগুম্বনি।

নুমিৎ অসিগী মমাঙদা অমদি মতুংদা কনাগুম্বা অহলনা তোত্তো-চানগী ব্রা অদুক শাংনা হায়বা তাখিদ্রি। তশেংবদি চহী তরেৎ শুদ্রিবী নুপী মচা অমনা পুং মরি চূপ্পা ঙাঙবগী মতিং লৈ হায়বসি খঙবদা মমা অমদি হান্নগী ওঝা নুপীদু ঙক্কনি। মতম অদুদা তোত্তো-চান মহাক স্কুলদগী তাম্থোক্লে হায়বা খঙলমদে, অদুগা কনামত্তনা মহাক করি তৌখ্রবনো হায়বা খঙবা ঙম্নমদে। মশাগী হরাও তয়ামগনবা অমসুং কাউথোক্কনবা মরম্না মহাক ইচম চম্বী মাল্লমই। অদুবু মপান্দা উরবসু মনুংদা মহাকসি অতোপ্পা অঙাংশিংদগী তোপ্পা উরমই অদুগা খরা ঙক্লসু থোক্লমই অদুগা হেড মাস্টরজীগী মমাঙদা মহাক মশাবু শোইদা ঙামদবগুম নিংজরমই। মহাক য়াম্না পুক্নিং লুমজরম্মী, মহাক য়াম্না হরাওরম্মী, মহাক তুং কোইনা লিশাংশিংনা মহাক্কী মনাক্তা লৈমিন্নবা পান্নমই।

হায়রিবা ব্রাখল্লোনসি তোত্তো-চানগী অহানবা নুমিত্তা হেড মাস্টর সোসাকু কোবায়াশীগী মরমদা লাইবক ফবদগী হেড মাস্টরজীগী ব্রাখল্লোনসু মাগী মমাঙদা অদুমক ফনা থোক্লমই।

# নুমিৎ য়ুংবগী চাক

হৌজিক হেড মাস্টরজীনা তোত্তো-চানবু নুমিৎ য়ুংবগী [illegible] ময়াম চাক চারিবা মফম অদু তান্না য়েংহন্নবা পুদুনা চৎলমই। "ঐখোয় ট্রেন মনুংদা চাদে" ওঝানা তাক্লমই, "সভাগারদা চাক" পূন্না চাফমনি তোত্তো-চাননা অহানবদা কারগা লাকখিবা সীটীশিং অদুগী মথক্তা লৈরমই। মখোয়না য়ৌখিবদা অঙাং ময়ান্না ইরাং লাংদুনা চৌক্রি, মেজ ময়াম অদু ইস্তোক-ইনশিন তৌরগা ইকোয় কোয়না থন্নমই। মখোয়না সভাগারগী মচি অমদা লেপ্লদুনা অঙাংশিংবু য়েংলমই, তোত্তো-চাননা হেড মাস্টরজীগী জেকেটকী ফিজি চিংলম্মী, অদুগা হংলকই "অঙাং অতৈদি কদায়দা লৈ?"

"অসিখক্তনিদা অসিদা লৈরিবসে।" ওঝানা খুন্নমই।

"অসিখক্তা" তোত্তো-চাননা খল্লমই।

তোত্তো-চান থাজরমদে। মাগী হান্নগী স্কুলগী ক্লাস অমখক্তা লৈরিবা অঙাং অদুখক্তা লৈরমই।

"ওঝানা তাকপীরিসিবু স্কুলসিদা চাউরাক্লা অঙাং য়াংখৈদরা?"

"হোয়নে অসিখক্তনি।" হেড মাস্টরজীনা হায়রকই। মফম অসিদগী হান্নগী স্কুলদগী পোৎ থূদিংমক তোঙানলি, তোত্তো-চাননা খল্লমই।

হেড মাস্টরজীনা অঙাংশিং চান্নবা সমুদ্রদগী খরা অদুগা চীংদগী খরা পুরক্লিগদরা হায়বদু খঙবা পান্নমই।

"অহোয় ওঝা" অঙাংশিংনা মশা মশাগী ডিব্বা (চাকয়োম) পুথোক্তুনা খোঞ্জেল অমত্তদা হায়রমই।

"অমুক্তা য়েংগেনে করি করি পুরকপগেনে নখোয়না" হেড মাস্টরজীনা মেজশিং কোইনা চত্তুনা হায়রমই। মহাক্লা অঙাং থূদিংমক্কী ডিব্বা লুকথদুনা য়েংলকই অমসুং অঙাংশিং হরাওনা নোক্লমই।

"ব্রা, কয়াদা নুংঙাইগ্রবা" তোত্তো-চাননা খল্লমই "অদুগা সমুদ্রদগী খরা অমসুং চীংদগী খরা মসি করি হায়রিবনো।" কয়াদা

তোত্তো-চান

তোঙানলিবা স্কুলসি। অদুবু ফৈ। স্কুলদা নুমিৎ য়ুংবগী চাক অসুক নুংঙাইনা চারমগনি হায়বসি মহাক হান্না খঙলমদে। হয়েংদি লৈরিবা মেজশিংসিদা অমদা মহাকসু ফন্নরগনি অমসুং মশাগী চয়োম হাংদোক্লুনা হেড মাস্টরদা খরনা সমুদ্রদগী, খরনা চীংদগী উৎলরগনি হায়বা ব্রাখলসিদা মহাক হরাওবনা লোইরে। মাগী পূক্লিং, ব্রাখল মফম অদুদা লেপ্পা-লেপ্পা চোংসিরা হায়বা য়ৌরে।

হেড মাস্টরগী মেজ খূদিংমক্কীময়াদা লেপ্লদুনা লুকথদুনা য়েংলমই অমসুং নুমিৎ য়ুংবগী মেঙলবা নুংশানা মাগী মরেংবান্দা ইনোৎলক্লি।

# তোত্তো-চাননা স্কুল কাবা

হেড মাস্টরনা "হৌজিক ঙসিদগী নহাক স্কুলসিগী ছাত্রীনি" হায়রবগী মতুংদা তোত্তো-চান ঙাইঙমদনা মথংগী নোংঙানবা ঙাইরমই। অদুক থব্রায় য়াওনা কৈদৌঙৈদসু নুমিৎ অমা ঙাইখিদ্রি। অয়াম্বা মতমদা মমানা মাবু অয়ুক্তা স্কুল কানবগীদমক্তা হৌদোকপা ব্রানরম্মী, তৌইগুম্বসুং নুমিৎ অদুদি মহাক মমানা হৌগত্রিঙৈদা হৌগৎতুনা থৌরাং লোইরমই অমসুং লাইরিক নম্বো পোদুনা ঙাইরমই।

ইমুংদুদা খ্বাইদগী মতম ঙাক্লিবদি রোকীনি। মহাক ফেফর্ড হূইনি। রোকীনা তোত্তো-চানগী অঙকপা থৌদোক অসিদা চিংনবা মীৎয়েংদা য়েংদুনা লৈরমই। মহাক হক্কাম লাওনা চল্লবা মতুংদা তোত্তো-চানগী মনাক্তা চঙশিন্না ফন্নমই। অমসুং করিগুম্বা খরা থোক্লগদরা নিংদুনা লৈরমই।

মমাদি থবক য়াম্না তৌবা তারমই। তোত্তো-চানবু নাস্তা পীরগা লঞ্চ বোক্স শেম্নবা থৌরাং তৌরমই। মহাক্না সমুদ্রদগী খরা, চীংদগীসু খরা হাপকদবনি। মমানা রেলগাড়ীগী পাস-পু প্লাস্টিক্কী খাও অমদা হাপ্লকই অমসুং লংছম অমদা কিশিল্লগা তোত্তো-চানগী মঙকশমদা মাংখিদনবা য়ানশিনবিরমই।

"অফবা নুপীমচা ওইয়ুকো" মপাগী মশম ইফা ফারমই।

"শোইদনমক" তোত্তো-চাননা খোংউপ উপশিল্লমই অমসুং মমাঙগী থোঙ হাংলমই। মমায় শৎ লৈরগা ব্যবহার লৈনা নোস্থদুনা হায়রমই, "গুড বাই"

তোত্তো-চানবু অসুম্না থোকখিবা উরগা মমাগী মমিত্তা পীরাং শিন্থরমই। অসুক হরাওনা স্কুলদা চৎলীবী মহাক্কী মচানুপীসে হন্দক্তা স্কুলদগী তাম্থোরকপনি হায়বসি খল্লুবদা মহাক য়াম্না পেনখিদে। মপূক্লিংদা থুরুমই— হন্দক্তিনে অফবা পীনবিয়ুকো।

অদুবু মীৎকুপ অমদা তোত্তো-চাননা মঙকশমদা য়ানবা রেলব্রে পাসপু লৌথোক্তুনা রোকীগী মঙকশমদা য়ানবা উরগা থংগ্রেক থংলমই। "হে ইশ্বর।" মহাক্না মপূক্লিংদা হায়জরমই, তৌইগুম্বসুং মচিন্দদি করিমত্তা হায়রমদে। লেপ্প্রগা করি অমুক হায়রক্কদৌগে হায়না য়েংলমই।

তোত্তো-চাননা রোকীগী মঙকশমদা রেল পাস য়ানবীরগা মাগী মমাঙদা ফমথরমই অমসুং হায়রমই, "উরবরা? পাস অসে নঙোন্দা চোল্লি।"

লংহুম শাংলমই অদুনা লৈমায়দা শোরো শোরো চিংলমই।

"খঙলেদনা ? পাসসি ঐগীনি, নঙগী নত্তে। নঙ মসি শিরগা ট্রেনদা কাবা ঙমলোই। অদুবু ঐহাক হেড মাস্টরজী অমসুং স্টেসনদা লৈবা মী-দা হংখিগে। য়েংগে, মখোয়না নঙবু ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নবা য়াগদ্রা য়ারোইদরা।

হান্নদি রোকী মনা থাঙ্গত্তুনা ব্রা তারমই। মহাক পাস-পু অমুক-অনীরক লেক্লবা মতুংদা হক্তাম চল্লমই। তোত্তো-চান ঙাঙদুনা লৈরমই, ট্রেনগী ডিব্বা অদুদি থামদুনা লৈ। ঐনা তোংবগী টিকেট লৌগদবা মান্দে। অদুবু ঙসিদি নহাক ঐবু য়ূমসিদা ঙাইদুনা লৈরম্মু।

রোকী মতম খূদিংমক্তা তোত্তো-চানবু হান্নগী স্কুলগী চংফম থোঙ ফাওবা থিল্লমই অমসুং অমুক মফম অদুদগী হল্লকই, ঙসিসু অদুম তৌবা  পাম্বা মশানা তাবনি।

তোত্তো-চাননা রোকীগী মঙকশমদগী লংহুম লৌথোকলমই অদুগা য়াম্না চেকশিন্না রেল পাস অদু মঙকশমদা শিজিন্নমই। অদুদগী অমুক্তা হন্না মমা মপাদা হায়রকই— "গুড বায়"

মসিগী মতুংদগী অমুক হন্না য়েংলমদনা চেনখিরমই। মাগী লাইরিক নম্বো মনজলদা চোংলমই। রোকীসু হয়াওরদুনা মাগী মতুং ইল্লমই।

স্টেসনগী লম্বীসু চাউরাক্লা হান্নগী স্কুলগী অদুমক্তি। মরম অসিনা তোত্তো-চান লম্বীদা খঙনবা হূই, হৌদোং অমসুং হান্নগী স্কুলগী তম্মীন্নবাময়াম থেংনরমই।

রেল পাস উত্তুনা অমুক্তবু নাপল তৌসিন্না? তোত্তো-চাননা খল্লমই। অদুবু মহাক পল্লবা পান্নমদে। গুসি নৎত্রবসু অমুক লৈরিদনা অসুম্না খল্লদুনা মহাক থুনা য়াংনা চৎলমই।

তোত্তো-চাননা স্টেসনগী মনাক্তা হান্নগী মতৌগুম্না ওয়দা লৈদদুনা য়েংলোমদা লৈখিবদা রোকী তিংঙক-তিংঙক য়েংদুনা লেপ্লমই অমসুং নাক-য়েত্তা য়েংলমই। মতম অদু ফাওবদদি টিকেট গেট য়ৌখিরমই, মহাক গুক্তুনা লৈরিবা রোকীগী মনাক্তা লাক্লমই।

"ঐহাক হান্নগী স্কুলদা চৎকদবা নত্তে, হৌজিক ঐহাক অনৌবা স্কুলদা চৎকদৌবনি।"

তোত্তো-চাননা মমায় অদু রোকীগী মমায় নকশিল্লমই। মাগী মনাতোন্দা মখল অমগী মনম লাক্লম্মী অদুবু তোত্তো-চানদি মনম অদু নুংশিরমই।

"বায়-বায়" মহাক্লা রোকীদা হায়রমই অমসুং টিকেট বাবুদা মশাগী পাস উত্তুনা অয়াংবা স্টেসনগী সীঢ়ী কাখিরমই। রোকী মীকুপ খরদি তিংঙক মায়ঙক্লনা লৈরমই। অদুগা তোত্তো-চানবু মমিৎনা উবা ফংলিবা ফাওবা য়েংদুনা লৈরমই।

# ট্রেনগী ক্লাস

তোত্তো-চাননা রেলগাড়ীগী ডিব্বা য়ৌবদদি কনাগুম্বা অমত্তা লাক্লমদে। হেড মাস্টরনা মহাক্না ফমগদবা ডিব্বা অদু তাকপিরমই। ডিব্বা থায়নগী মওংগীনি মদুগী থোঙগী মপাল্লোমদা (হেন্ডল) খূৎ পায়ফম পাল্লমই। মদু মখাদা লৈথরগা থোঙ অদু য়েৎলোমদা ওনশিনবা তারমই। তোত্তো-চাননা মনুংদা য়েংবদদি মাগী থমোয় কম্না চোংলমই।

"বা"

মসিদা লাইরিক তম্বদি নুংতিগী লম কোয়বা ওইনা থোকখরে। থোঙনাওশিংগী মথক্তা পোৎ থম্মবা রেক হৌজিকসু য়াওরমই, খেৎনরিববু সুপ্নগী ডিব্বাগী মপা চাবা মপারোমমক্তদা ব্লেক বোর্ড য়াল্লমই। অমসুং অশাংবা সীটকী মফমদা ব্লেক বোর্ডরোমদা মমায় ওনশিনদুনা ডেস্ক চৌক্রিদা থন্নমই। খূৎনা পায়বা হেগু বেগ লৌথোকই অদুগা পূম্নমক চপ মান্নরমই। তোত্তো-চান মনুংদা চঙশিল্লে অদুগা সীট অমদা ফমথরমই। উনা চনবা চোক্রী হান্নগী স্কুলদা লৈবা অদুগুম্বনি,খরনা ঙাথফম য়াওরমই। নুমিৎ চূপ্পা মদুদা ফমদুনা লৈবা য়াগদবোই নিংই। তোত্তো-চান হৌজিক য়াম্না হরাওরমই। মহাক স্কুল অদুবু য়াম্না পামজরমই। মহাক্না নুংতিগী স্কুল কাগে নিংলে। মহাক কৈদৌঙৈদসু ছুটি লৌররোই।

তোত্তো-চান থোঙনাওদগী মপাললোমদা য়েংলকই। মহাক ট্রেনসি লেঙদবনি হায়বসি খঙলমই অদুবু করিননো মঙোন্দদি চৎপোই খল্লমই। মপাল লম্বাংদা উপাল লৈপাল তপ্না তপ্না লেঙবদুনা ওইরম্বা য়াই।

"ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে", মমৈথংদা মহাক্না কম্না হায়রমই। অদুদগী মহাক্না মমায় অদু থোঙনাওদা নপশিল্লদুনা ঈশৈ অমা ইরমই, অয়াম্বা মতমদা হরাওরগা তৌবা অদুম্না।

ঐহাক কয়াদা হরাওরিবা,
হরাওরিবা ঐহাক কয়াদা।
ঐহাক করিগী হরাওরিবা ?
করিগীদমক

মিকুপ অদুদা কনাগুম্বা অমা মনুংদা কাখৎলক্লমই। মহাক নুপীমচানি। মহাক্না মশাগী টুপী অমসুং পেন্সিলগী উপু লাইরিক খাওদগী লৌথোক্লমই অমসুং ডেস্কতা থম্লমই। অদুগা খোঙ কাংখৎলগা মশাগী লাইরিক খাও রেক্তা থম্লমই। মহাক্না উপ্লকপা খোঙউপ, খাওসু মফম অদুদা থম্লমই। তোত্তো-চান ঈশৈ শকপা তোক্লে। নুপীমচা অদুনা তৌবা অদুম্না থুনা মহাকসু তৌরমই। হৌজিক নুপামচা অমা মনুংদা কাখৎলক্লে। মহাক্না থোঙদা লেপ্লদুনা মাগী খাউ অদো রেক তম্না লংলক্লমই, বাস্কেট বোল শাম্নবদু মঙাইরমই। খাওদু চোংথোক্লুনা মখাদা তারমই। "মপা চুমদে" মহাক্না মফম অদুদগী পান্দম তৌরমই। হন্দক্তি খাও অদো রেক্তা তাখিরমই। "মপা চুমলে" নুপামচা অদুনা কম্না হায়রকই। মতম অদুদা "চুমদে, মপা চুমদে" হায়রদুনা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা মশাগী ফমফমদা ফমখিরমই। খাও হাংদোক্লুনা মশাগী টুপী অমসুং পেন্সিল হাপ্পা উপু লৌথোকই। অহানবা লংব শোইবদগী অনীশুবগী হোৎনবদুসু মথোং হূক্তবা ওইনা থোকখরে।

তপ্না-তপ্না কা অদুদা ছাত্র-ছাত্রী মাপল ফম্লরে। মসিনি তোমোত্র গাকুএনগী অহানবা ক্লাস।

মখোয় পূম্নমক ট্রেন অমত্তদা লোয়ন লোয়ননা তোংমিন্নগদৌরিবনি।

# তোমোএদা লাইরিক তম্বা

রেলগী অমনবা ডিব্বাশিংদা লৈবা স্কুলদা চৎপদি মশানা মখোয়গী মান্নদবা ব্রাফমনি, অদুদা ক্লাসতা ফম্নবগী থৌরাংসু অঙকপনি। হান্নগী স্কুলদদি অঙাংশিংগী ফম্নবা অকক্লবা মফম লৈ। তৌইগুম্বসুং মফমসিগী অঙাংশিংদি ফমনিং ফমনিংবা মফমদা ফম্বা য়ারমই।

য়াম্না ব্রাখল তৌরবা অমসুং পূক্কিং চংনা পূম্নমক য়েংলবা মতুংদা তোত্তো-চাননা মহাক্কী মতুংদা থুনমক ডিব্বাদা কাখৎলকখিবা নুপী মচা অদুগা ফম্মিন্নরগে নিংলমই। মদুগী মরমদি নুপী মচা অদুনা শেৎলিবা ফ্রোক অদুদা মনা শাংবা থেব অমা হৎলমই।

তৌইগুম্বসুং স্কুলগী খ্বাইদগী অঙকপা ব্রাফমদি মফম অদুগী লাইরিক মতম্বী অদুনি।

অতোপ্পা স্কুলশিংদা বিষয় খূদিংমক্কী অকক্লবা পুংশিং লৈরমই। অহানবা পেরেত্তো জাপানী থোক্লবদি মদুদা জাপানীদমক তম্নমই। মথংগী পুং তাবদা অঙ্ক থোক্লবদি অঙাং খূদিংমক মদু তৌবা তারমই তৌইগুম্বসুং মদু পূম্নমক মফম অসিদদি তোঙাল্লমই। অহানবা পুং হৌবমক্তদা ওঝানুপীনা নুমিৎ চুপ্পদা তম্বীগদৌবা হিরমশিং অদুগী ব্রাহংশিংগী পাউখুম ইথোক্কদৌরিবা অদুগী পরিং অমা পীরমই অদুগা অঙাংশিংদা হায়রমই, "হৌজিক নখোয়না হৌনিংবা মফমদগী হৌবা য়াগনি।"

মরম অসিনা জাপানী নৎত্রগা অঙ্ক নৎত্রগা অতোপ্পা বিষয় অমদগী হৌবা হেক্তা য়ারমই। কনানা ব্রারেং ইবা অদুগা মাগী তুংদা ফন্নিবা অঙাং অমনা ফিজিক্স পান্নবদি করিগুম্বা ফ্লাস্কতা লেম্পগী মৈরীদা করিগুম্বা খরা শৌগৎহন্নকপা থেংনগনি। মরম অসিনা করিগুম্বা ক্লাসতা করিগুম্বদা ইচম চম্না পোকখায়রকপসু য়ারিবনি।

তম্বা-ইবগী পথাপসিগী মতুং ইন্না ওঝাশিংনা ছাত্র খূদিংদা মিৎয়েং থন্নকই, মখোয়গী অপাম্বশিং মখোয়গী ব্রাখল্লোনশিং

মখোয়গী লমচৎতগী নীংথিজনা খঙবা ঙম্মি। মশাগী ছাত্র-ছাত্রীশিংবু মনুং য়ৌনা খঙনবগী মসি ফিদমনিঙাই মওংনি।

ছাত্রশিংনা মশানা পামজবা বিষয়দগী নুমিৎ হৌবা য়াই অমসুং পামদবা বিষয়শিং অদুদা নৈনবগী মতম নুমিৎ চুপ্পা লৈরমই, হায়বদি মখোয়না মশাগী মথৌগুম্না অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা মপুং ফাহনবা ঙম্নমই। মতৌ অসুম তৌদুনা, তম্বদা অয়াম্বনা মশানা হোৎনজবা তারমই। তৌইগুম্বসুং ছাত্রশিংনা পান্নবদি মখোয়না ওঝাশিংগা তান্নজবা য়ারমই। ওঝাসু করি করিগুম্বদা মখোয়গী মনাক্তা চৎপসু য়াওরমই। করিগুম্বা অরুবা হিরম অমা হেক লৈবদা অঙাংশিংদা মদু নীংথিজনা খঙদ্রিবা ফাওবা ঈংনা তপ্না তাক্লমই। অদুগা মখোয়না অঙাংশিংবু মশা মশানা তৌজনবা অভ্যাস খরসু পীরমই। মসিনি মহৈ য়ানবা খূৎতম্বী হায়বদো মসিনা তাকপদি ওঝানা করিগুম্বা ক্লাসতা ছাত্র অমতং তরং মালংদা ফমদুনা লৈহন্দবসিনি।

অহানবা ক্লাসকী ছাত্রশিংদি মখোয় মখোয়না পাজবা ঙম্বগী থাক অদু য়ৌদ্রি। অদুবু মখোয়বুসু করিগুম্বা হিরম অমদা হৌহনবা য়ারমই।

অঙাং খরনা ময়েক চৎনবা হোৎনরমই। খরনা লাই য়েক্লমই, খরনা লাইরিক পারমই। অমসুং খরনা ক্লাসতা হকচাং শাজেল ফাওবা তৌরমই। তোভ্তো-চানগী মনাক্তা ফমলীবী নুপীমচাদি লোইনা ইবা হৈরমই। মহাক্না মদু বোইদা ইরমই। মদু তোভ্তো-চানদা য়াম্না ঙক্লা থোক্লমই। মহাক থক্কৎখিবনা করি তৌগদবনো খঙলমদে।

মতম অদুমক্তদা মাগী মতুংদা ফম্বা নুপামচাদু হৌগৎলক্লুনা ওঝা নুপীদা করিগুম্বা খরা হংনিংদুনা ব্লেক বোর্ড তমনা লাক্লমই। ওঝা নুপী ব্লেক বোর্ডকী মনাক্তা ডেস্কতা ফমদুনা অঙাং অমবু করিগুম্বা খরা তাক্লমই। তোভ্তো-চান নাক-য়েৎ য়েংবা তোক্লমই, মখদাংদা মখূৎ শৌরদুনা অমসুং চৎলিবা নুপা মচা অদুগী মনঙন্দা মিৎফম হোংদনা যেংলমই তৌশিন্নবা জাৎলা, চিংল-চিংলদুনা চৎপনা মশা

পুম্বা নোম্লমই। অহানবদদি তোত্তো-চাননা মাগীসিবু তাৎকা তৌরিবরা, হায়না খল্লমই অদুবু ঙাইহাক্কী মতুংদা খঙলে, নুপা মচাসি চুমনা চৎপা ঙমদে।

তোত্তো-চান নুপামচাদুনা মশাগী ফম্ফমদা হল্লক্কিফাওবা মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মখোয় অনী মিৎচানরমই। নুপা মচাদু মোমোন নোক্লমই। তোত্তো-চানসু ইথক থক্না মোমোন নোক্লমই। মশাগী মফমদা ফম্ববা হোৎনবদসু মতম য়াম্না কুইনা চংলমই। মহাক্না লৈথোক্লুনা মঙোন্দা হংলমই , "নহাক অদুম্না করিগী চৎলিবনো?"

মহাক্না তপ্না অমসুং ঈংনা পাউখুমলকই, "ঐহাক পোলিও নাবনি"

"পোলিও" তোত্তো-চাননা হন্না হায়রমই। মহাক্না ব্রাহৈ অসি হান্না তাখিদরি।

'হোই' 'পোলিও' মহাক্না ময়েক শেংফাত্তনা হায়রমই, "ঐগী খোঙদদা নত্তে, খূৎসু য়াদরে" মহাক্না ওইথংবা খূৎ তিংথোক্লমই। তোত্তো-চাননা উরে, মাগী অশাং-অশাংবা খূৎশা লৈথোক্লমই, অমগা অমগা নপশন্নবা মাল্লমই।

"মসি মখোয়না ফহনবা ঙমদ্রবরা?" তোত্তো-চাননা হংলমই। মহাক্না পাউখুম পিরমদে। হৌজিক তোত্তো-চান মশানা খঙনিংবদুদা ইকাইজরমই। মহাক্না মসি হংদবনা ফবনি খল্লমই। মতম অদুদা নুপামচা অদুনা আশা চাউনা হায়রমই। "ঐগী ইমিং মাসুকো য়ামামোতো কৌই।"

"নংগীদি করি কৌই?"

নুপামচাগী হরাওবা মখোল তারগা মহাক হরাওরমই অমসুং হায়রকই, "ঐহাক তোত্তো-চাননি।"

মতৌ অসুম্না মাসুকো য়ামামোতো অমসুং তোত্তো-চান মরুপ শান্নরে।

নুংশাগী মৈশানা ডিব্বা মনুং য়াম্না শারমই। মতম অদুদা

কনাশুম্বা অমনা থোঙনাও হাংদোক্লমই। বসন্তগী অঈংবা নুংশিৎ ডিব্বা মনুংদা হুমজিল্লকই অমসুং অঙাংশিংগী মশম মনা ইফা ফাহল্লমই।

অসুম্না হৌরমই তোমোএদা তোত্তো-চানগী অহানবা স্কুল কাবা নুমিৎ।

## সমুদ্র চাক—চীংগী চাক

সমুদ্রগী চাক, চীংগী চাক অদু হৌজিক য়ৌরক্লে। "সমুদ্রগী খরা অমসুং চীংদগী খরা" চানবগী তোত্তো-চাননা ঙাইঙমদনা ঙাইরকলিবা মতম।

হেড মাস্টরজীনা হায়রিবা থৌরাং অসি চাং মায়না চিঞ্জাক চানবগীদমক্তা শেমখিবনি। মহাক্না পামবদি অঙাংশিং চাক্তা লোয়নবা অতৈ খরসু চাজবা। মচাশিংবু চান্নবা খুদিংমক চাবা তম্বীগদবনি নৎত্রগা অঙাংশিংবু মচি য়াওবা চিঞ্জাক পীজগদবনি। হেড মাস্টরজীনা মমা মপাদা খাওদা "সমুদ্রদগী খরা অমসুং চীংদগী খরগা" পুরক্কবা হায়রমই।

'সমুদ্রদগী খরা' হায়বগী অর্থদি সমুদ্রদগী চিঞ্জাক হায়বদি ঙা নৎত্রগা ব্রাইখু নৎত্রগা করিনো অমা অদুগা চীংদগী খরা হায়বগী অর্থদি লৈপাক্তা ফংবা নৎত্রগা হৌবা পোৎশিং নৎত্রগা কংফালগী চিঞ্জাক হায়বনি মদুদি য়েঙ্খ্লাং মনা মশিং শাদুম নৎত্রগা য়েনশা।

মসিনা মমাদা য়াম্না ইথিল পিরমই। অসুক মরু ওইপ্পবা নিয়ম অসিবু অসিগুম্বা অরায়বা থৌরাং অসিদা হায়রকপা ঙমলিবসে অতোপ্পা কনাগুম্বা হেড মাস্টর অমনা ওইরমগনি হায়না মমানা লৌরমই। সুপ্নগী ক্লাস অনীখক্তগী খনবা, অঙাংশিংগীদমক্তা ডিব্বা থৌরাং তৌবগী থবকসু ব্রাই চিনহন্দবা হায়বসিসু অঙকপা ব্রাফমনি। হেড মাস্টরনদি হায়রিবা ব্রাফমসি মপুং ফানবা হোৎনবদা খরচ য়াম্না চঙহনবসু দরকার লৈতে হায়নসু হায়। চানবদি লৈপাক্তা তাবা মরু

অফুৎপসু য়াই নৎত্রগা অমলেট অমসুং ঈশিংগী চিঙ্গাক অকংবা বোনিতোগী মনা নৎত্রগা কংফালগী চিঙ্গাক চুম্রেগী হৈঙালসু য়াই অমসুং ঈশিংগী চিঙ্গাক্তা 'নোরী'সু সমুদ্রদা হৌবা নাপী-শীংবিসু ওইহনবা য়াই।

গুরাংগী মতৌগুম্না তোওো-চান মিহৌবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরম্মী। গুসিসু হেড মাস্টরজী লাক্লমই অমসুং ডিব্বা পূম্নমকপু য়েংলমই।

"নখোয় সমুদ্রদগী খরা, খরনা চীংদগী পুরক্লবরা?"

মহাক্তা পূম্নমক্কী চাননবা য়েংলমই। অঙাং খূদিংমক মশাগী ডিব্বাদা করি পুরকপগে, মসি খঙবদা পূম্নমক হরাওরমই।

থবক চিল্লবা কনাগুম্বী মমানা করিগুম্বদা খাওদা সুপ্নগী, খরনা সমুদ্রদগী নৎত্রগা খরনা চীংদগী থম্না হাপ্পা গুম্নরমই। অদুবু মদুদসু করিসু খেন্নবা লৈতে। হেড মাস্টরনা কোইনা য়েংবা মতম অদুদা মহাক্কী নুপী, অঙৌবা এপ্রোন লিৎতুনা মখূৎ অনীনা সাপোন অমমম পায়দুনা লোয়ননা চৎলমই। হেড মাস্টরজীনা কনাগুম্বা অঙাংগী মমাগুদা লেপ্লদুনা সমুদ্র হায়রবদি মহাক্তা ঙাগী অঙৌবা অয়াইবা মচেৎ 'সমুদ্র' গী হাপ্পা পাত্রদগী থাদরকই। চীং হায়বদা নুংহব্রাই মহীদা ফুৎপা আলুগী মকক চীং হাপ্পা কোলদগী য়েল্লমই।

মমগুদা ফাওবা কনামতনা ঐ ঙা পামদে হায়গে হায়নফাও খন্দে। হোই, মখোয়না সুপ্নগী মসিখক খল্লকই কনানা অহাওবা অফবা চিঙ্গাক পুরকই নৎত্রগা কনানা অফবা চানবা পুরক্তবরা। অঙাংশিংনা খল্লিবা মখোয় সমুদ্র অমসুং চীংগী ব্রাফমদু ঙাকপা গুমলিব্রা হায়বসিদনি। শোইদবা নুমিৎ অদুদি মখোয় হরাওবনা পনখৈ লৈরমদে।

তোত্তো-চান হৌজিক সমুদ্রদগী খরা অমসুং চীংদগী খরা হায়রিবসিগী পান্দম করিনো খঙলবা মতমদুদা মহাক মমানা অয়ুক্তগী হাথু হাথুনা করিগুম্বা খরা থোং থাক্লিবদু চুমলিগদ্রা চুমলিরোইদ্রা

হায়না চিংনরক্লমই। অদুবু মহাক্লা ভিব্বা অদু হাংদোক্লুবদদি মনুংদা য়াওরিবদু উবদা মহাক্লা কম্না বা-বা হায়না লাউনিংবদু থিংবা তারমই।

তোত্তো-চানগী চান্নবদুদা অরংবা নাপু মচুগী য়েরুম, অশংবা হব্রাইথরাক, উৎমানবা ডেস্ক অমসুং গুলাব মচুগী ঙা য়াওরম্মী।

"বা! কয়াদা ফজরবা"! হেড মাস্টরনা হায়রকই।

তোত্তো-চান হরাওবনা থুমহৎখিদুনা ব্রা ঙাঙবা থোক্লমদে, "ইমা চাক থোংবা হৈ।" মহাক্লা হেড মাস্টরজীদা হায়রমই।

"অচুম্বরা"? মতম অদুদা মহাক্লা ডেস্করোমদা খুদোনবীনা থিল্লদুনা হংলকই "হায়ু মসি করিনো ? সমুদ্রদগীরা নৎত্রগা চীংদগীরা?"

তোত্তো-চান ব্রাখল খল্লমই অমসুং মদুদা য়েংলকই। মানবদি লৈবাক মচুগী, অদুবু হায়দোক্কদৌরিবা ব্রাদু চুমগনি হায়বা থাজরমদে। "ঐহাক খঙদে" মহাক্লা হায়রকই।

মতম অদুদা হেড মাস্টরজীনা স্কুলগী অঙাংশিংবু য়েংলদুনা হংলক্লমই।

"ডেস্ক সমুদ্রদগীরা নৎত্রগা চীংদগীরা ?" ঙাইহাক খল্লবগী মতুংদা কনাগুম্বনা লাউরক্লমই। "চীংদগী" মতম অদুদা অতোপ্পা অমনা লাউরকই, "সমুদ্রদগীনি" অচুম্বা কনামত্তনা খঙলমদে।

"ফরে, ঐহাক হায়রগে", হেড মাস্টরজীনা হায়রকই "ডেস্ক শেমলিবসি অয়াইবা ঙাগী মরুদা লৈহৌবা পকহৌবা মতোং খোক্লগা শেম্বনি। মদু য়াইথোকই, মদুগী মচেৎ মচেৎ খাইদোকই, অদুদগী মদু কংহল্লি অমসুং মসালা থাকই।"

"ওহো" লৈরিবা অঙাং ময়াম মদু তাবদা নুংঙাইজরমই। তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বা অমনা খঙনিংনা তোত্তো-চানগী ডেস্ক য়েংবা য়াগদরা হায়বদু খঙবা পান্নমই। "করিগী য়াদনি" হেড মাস্টরজীনা হায়রকই অমসুং থুনমক অঙাং ময়াম তোত্তো-চানগী ডেস্ক য়েংননবা কোয়শিল্লক্লমই। মখোয়গী মরক্তা ডেস্ক করি পোৎনো হান্না খঙলবসু

য়েংনিংবা অঙাংশিংসু য়াওরম্মী। তোত্তো-চানগী ডেস্কু মখোয়গী ময়ূমদা শেন্নিবা অদুদগী তোংঙাল্লিরোইদরা হায়বসি খঙনিংবা অঙাংশিংসু য়াওরম্মী। অঙাং ময়ামদুনা তোত্তো-চানগী ডেস্কুদু মনম নন্নমই, মদু উবদা তোত্তো-চান মাগী ডেস্কুদু পাইথোকখিদ্রা হায়বগী অকিবা পোক্লমই।



তোত্তো-চান অহানবা নুমিত্তি চাবগী খরা মীপাইরম্মী অদুবু নুংঙাইবদি ফাওরমই। সমুদ্রগী চিঙ্গাক করিনো অমদি লৈমায়গী চিঙ্গাক করিনো খঙবদা য়াম্না পূক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওরমই। ডেস্কু ঙানা শেম্বনি হায়বসু খঙহৌরে। অমদি মমানা সমুদ্রদগী খরা অমসুং চীংদগী খরা শেমলকপসু কাওদ্রে হায়বসি খঙলমই। ফরে, পূম্নমক চুন্নে, মহাক খনবদা পেঙ্গারমই। ব্রাফম অমনা তোত্তো-চানবু হাওহল্লিবা মহাও লৈবা চাক অদুনা।

# ‘‘মুন্না শায়উ!’’

হায়নবদো চাক চাম্রিঙৈগী মমাঙদা হায়নৈ, ইতাদাকিমাসু (মথেল শুনা চাই) অদুবু তোমোএদা খেনরিবা অমনা চাকচামাংদা ময়াম তিন্নদুনা ঈশৈ অমা শকই। হেড মাস্টর ঈশৈ হৈবা অমনি অদুনা মহাক্না চাকচামাংদা শক্লবা মরুওইবা ঈশৈ অমা ইরমই। মরুওইনা মদুমক্না ব্রাহে খরা ইরমই মদুদা মহাক্না ‘‘রো, রো, রো, য়োর বোট’’গী ময়াম্না পাম্নবা খোম্থোক অসি হাপ্লকই। হেড মাস্টরজীনা ইবা ঈশৈ খরা অসুম্না পি :

‘‘শায়উ শায়উ মুন্না শায়উ
নঙনা চারিবা খরা অদু
শাইয়ু শাইয়ু মুন্না শাইয়ু
চাক, ঙা, শা!’’

অঙাংশিংনা ঈশৈ অসি শক্লিফাওবা মখোয় ইতাদাকিমাসু মথেল শুনা চাবা কৌরোই।

হায়রিবা রো, রো, রো য়োর বোটগী ব্রাহে অসি অসুক্কী মতিক চুশিনখিরমই মদুদি ছাত্র কয়া চহী কয়াগী মতুং ফাওবা কাওবা ঙমদে, মসিদনি তশেংনা চাকচামাংগী ঈশৈ হায়বদু।

হেড মাস্টরনা ঈশৈ অসি মাগী ময়া খরা তেকপা অদুনা মরম ওইদুনা ইখিবা ওইরম্বা য়াই। অসুম্না মহাক্না অঙাংশিংদা মতম খূদিংদা পাউতাক পিরমই। মখোয় তপ্না চাও, চাক চাবদা মতম চঙহল্লু, চাক চাবা মতমদা ব্রারী শাদুনা নুংঙাইথোকউ। মরম অসিনা ঈশৈ অসি অঙাংনা নিংশিংনবগীদমক্তা ইখিরম্বা য়াই।

অঙাংশিংনা খোম্থোক ব্রাংনা ঈশৈ অসি শক্লবদা মহাক্না ইতাদাকিমাসু মথেল শুরে হায়রমই অমসুং মতম অদুদা সমুদ্রদগী খরা অমসুং চীংদগী খরা চাননবা থন্নমই।

মতম খরগী ওইনা শঙলেন অসি পুমচিক চিকখিরমই।

# কোইথোকপা

চাক চারবা মতুংদা অতোপ্পা অঙাংশিংগা লোয়ননা তোম্ভো-চান ঙাইহাক লম্পাক্তা শান্নদুনা লৈরমই। অদুগী মতুংদা মহাকসু মশাগী ক্লাসতা  হল্লক্লমই। মতম অদুদা মাগী ওঝা নুপীনা মখোয় লাকপা লম্বী য়েংদুনা লৈরমই।

"অঙাংশা নখোয়না অয়ুক্কী নথৌ পূক্লিং চঙনা তৌরেদনা" ওঝা নুপীনা হায়রকই। হৌজিক নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা (হাপ্তা) করি তৌবা পামই, লৈহৌরিবা অঙাংশিংনা খোম্ফম অমত্তদা হায়রকই, "কোইবা পামই।"

ফরে অদুদি ওঝা নুপীনা হায়রকই অমসুং অঙাংময়াম থুনমক মপালদা চেন্থোকখিরমই।

তোম্ভো-চান ডেভী অমসুং রোকীগা লোয়ননা কোইবদি চৎলি অদুবু স্কুলদগীসু কোইবা চৎলি হায়বসি মহাক খঙলমদে। মহাক ঙাইঙমদে৷ মহাক কোইথোকপা য়াম্না পামজরমই।

ছাত্রনা অয়ুক্কী মথৌ ওঝা নুপীনা হায়বা শেম্বা পেরেডগী মতুং ইন্না পাঙথোক্লবদি মখোয়বু অয়াম্বা মতমদা নুমিৎ য়ুংবদা কোইবা চৎহল্লি হায়বসি মহাক কাইনথংদা খঙলক্লমই। অদুগা নিয়ম অসি পূম্নমক্তা চৎনরমই। অহানবা ক্লাসগী অঙাং ওইরবসু নৎত্রগা তরুকশুবা ক্লাসগী ওইরবসু।

মখোয় পূম্নমক স্কুলগী থোঙদগী মপাল থোরকই। অঙাং মাপল মাপলগী ময়ায়দা মখোয়গী ওঝা নুপীগা মখোয় লৌখোং অমগী মপাল মপালদা চৎলমই। লৌখোংগী মপাল অনীমক্তা চীংথ্রাও পাম্বী হৌরমই। হন্দক্তা মপাল শাবদা মঙাইহিরি। মদুগী ব্রাংম-ব্রাংমদা লবুক্তা হঙ্গাম মপালগী মচুনা পুন্নং লংলমই। অহাংবদা মীৎনা হেক উবা ফাওবা মায়কৈ খূদিংমক্তা নাপু মচুগী লবুক্কী লবুক ঙাক্তা ঙাইরমই। লৌখোং অদু চহী কয়া মমাঙদগী উরক্লবনি। হৌজিক ময়াম অদু মী

তাশিনবদগী য়ুম অমসুং কৈথেলতনা থল্লবনি। তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা চীয়ুগাওকাগী মফমদা লবুকঙাক্তা ঙাইরমই। "ঐখোয় কুহোনবতসু মন্দির ফাওবা চৎকনি" থেবগী ফ্লোক শেৎপী অদুনা হায়রকই। মাগী মমিং সাক্লো-চান কৌরমই।

"খঙব্রো, হাকুম ঐখোয়না পুম্বী মনাক্তা লিল অমা উরম্মী" সাক্লো-চাননা হায়রকই। মন্দিরদা থায়নগী কুহা অমসু লৈ। মী-না হায়নৈ, মদুদা থব্রানমিচাক অমা কেল্লকুনা তাখিরম্মী ।"

চৎনা চৎনা অঙাংশিংনা মখোয় মশেল করিনো থোকপা থোকপা ব্রারী শাম্নরমই। অতিয়াগী মচু মতম অদুদা শংবাম্নরমই অমসুং মালংদা কুরাক ময়াম মশা খপ্লদুনা কোইপাই পাইরকই। হৌজিক অঙাংশিং চাউরাক্লা মিনিট তরামুক চৎলবদা ওঝা নুপী লেপ্লমই।

অশাৎপা নাপু মচুগী লৈরাংদা খুদোম্বী থিল্লদুনা ওঝা নুপীনা হায়রকই "অঙাংশা শাৎলিবা হঙ্গাম মপালশিংসি য়েংউ। নখোয় খঙব্রা, লৈশিংসি করম্না শাৎলিবনো ?"

অদুদগী মহাক্লা লৈগী নুপী কেসর (পিস্টিল) অমসুং পুংকেসর (স্টামেন) গী মরমদা তাক্লমই। অঙাংশিংনা মহাকপু পুমকোই কোইশিন্দুনা ফল্লম্মী। কুরাকশিংনা লৈনা লৈশাৎ-তম্বদা তেংবাংলমই। অদুগা তশেংনমক কুরাক ময়াম অদু লৈশাৎ-তম্বদা য়াম্না মথৌ চিনবা অদু উরমই। অদুদগী ওঝা নুপী মাঙদা চৎখৎলমই। অঙাংশিং লৈ য়েংবা লোইরদুনা হৌগৎলমই। মতম অদুদা কনাগুম্বা অমনা হংলক্লমই "ওঝা মখোয়শিংসি পিস্টোলগী মতৌগুম্না উদেনা।

তোভো-চানসু পিস্টোলগুমা খরা লৈদা লৈবা উরমদে। অদুবু মহাক অতোপ্পশিংগী মতৌগুম্না নুপী কেসর (পিস্টোল) অমসুং পুংকেসর মরুওইবা পোৎনি হায়বসি খঙলমই।

মিনিট অমুক চৎলম্মী মখোয় লৈকোল অমগী মনাক্তা য়ৌরে। য়াম্না শুক্লবা লৈকোলসি কুহোনবুতসুগী মন্দিরগী মায়কৈ মরিদা

লৈরমই। মনুং য়ৌরবদা অঙাংশিংদো মানা মানা থোকপদা চৎনখিরমই।

"থব্রানমিচাক তাবা কুহাদো য়েংগদরা?" সাক্কো-চাননা হায়রকই। তোম্ভো-চান থুনমক য়াররমই অমসুং মাগী মতুং ইল্লকই।

কুহা নুঙনা চল্লমই। মদুগী অব্রাংবসি অঙাংশিংগী মথবাক য়ৌরমই। মথক্তনা উপাক্লা মথুম থুন্নমই। মথুম হাংদোক্লগা মখোয় মখাদা য়েংথরমই। তোম্ভো-চাননা মনুংদা উরিবদু কংক্রিক মপৈ অমদি চাউরবা নুংপাক্কুম্বা ঙাক্তা ইরং ইরং লংবা থব্রানমিচাক্কী কল্পনা তৌবা মদুগদি পুমখেন খেন্নরে। ফন্না কুইনা মনুংদা য়েংলবগী মতুংদা মহাক্লা হংলমই "নহাক থব্রানমিচাক উব্রা?" সাক্কো-চান মঙক হাইরদুনা হায়রকই "হুম, কৈদৌঙৈদসু উদে।" তোম্ভো-চান ঙক্লা ব্রাখল তৌরমই। থব্রানমিচাক অসি করিগী লংদ্রিবনো। ঙাইহাক ব্রাখল তৌরবগী মতুংদা মহাক্লা হায়রকই "তুন্নন্ননি" সাক্কো-চাননা কোইরাওনবা মমিৎ অদু লাউথোক্লদুনা হংলক্লমই "হায়রিসীবু থব্রানমিচাকসু তুম্নব্রা?"

ঐদি মাল্লি মখোয় নুমিৎ চুপ্পা তুন্নমগনি। অহিং চুপ্পা হৌগত্তুনা লৈরমগনি। তোম্ভো-চাননা য়াম্না হৈশিংনা পাউখুম পিরমই, মরমদি মহাকসু অশেংবা ব্রাফম খঙলমদে। হৌজিক অঙাং পূম্নমক মফম অমত্তদা পুনশিন্নমই অমসুং মন্দির পুমকোই কোইরমই। মখোয়না থোঙগী নাকল অনীমক্তা থেৎলিবা লাই নিংথৌশিংগী অব্রাংবা মূর্তিদো উরমই অদুগা মখোয়গী মখোই খোইদৌ বুৎ বুৎ লাউবা মবুক অদু উবদা মখোয় ফাক ফাক নোক্লমই। অদুবু লাইশঙ ময়োলমক্কী মমলি মমলি অদুদা বুদ্ধগী চাউরবা মূর্তিগী মমাঙদা মখোয় অনী তুমিন লৈখিরমই। লাইশঙ অকোয়বদা চাউরবা খোঙ্গুল অমা লৈরম্মী অসুম্না হায়নৈ, মসি তেংগু কৌবা মনাতোন শাংবা হীংচাবা অমগী মখোঙগী খোঙ্গুলনি। অঙাংশিংনা অমমম ওইনা মদুদা মখোঙনা নেৎলমই। মখোয় মানা মানা থোকপা চৎনখিরমই। হীদা তোংলকপশিংগা মথূৎ হাইর হাইরদুনা "হল্লো হল্লো" হায়নরমই, নুঙ অরং-অরংবা

খুন্নদুনা মোংফমগী নাক য়েন্ত্তা মূমশাবী শান্নরমই। পোৎ খূদিংমক তোত্তো-চানগীদমক্তদি নৌরমই, অঙকপা ওইরমই। মহাক্না অনৌবা পোৎ অমমম খঙবগা থেংনবগা হরাওনা লাউর লাউরদুনা ওক্লম্মী।

"হনবগী মতম ওইরে" তারক্লিবা নুমিৎ মম্নূম চঙবা উবদা ওঝা নুপীনা হায়রকই। অঙাং ময়াম হঙ্গাম লবুক অমসুং চীংগ্রাওগী ফৈদোমশিংগী মরক্তা ফাওরদুনা স্কুললোমদা হল্লক্লমই। নিং-খা তম্না শান্নবা, চেন-চোংবগী মতমনি তশেংনমক বিজ্ঞান অমসুং জীব-বিজ্ঞান, মরুওইবা পারানি হায়বা অঙাংশিংদা মতম অদু ফাওবদা ব্রাখল ফাওরমদে।

তোত্তো-চাননা মরক অসিদা অঙাং খূদিংমক্তা মরুপ শান্নরমই। মখোয়সে হান্নদগী অদুম খঙনরকপদৌনা তৌরমই।

"হয়েং অমুক মখোয় কোইবা চৎসি" মহাক্না মতারোইশিংগা কাইনরমদাইদা ব্রারদুনা হায়রমই।

"হোয় শোয়দনা চৎসি"। মখোয়সু চোং ফন্দুনা হায়রমই।

কুরাকশিংসু হৌজিক লশিংগী মতেং পাংবদা মখৌ চিন্নমই অমসুং মালংলক্তা চেক্লাশিংগী নুংশিবা খোঞ্জেল ঙংলমই। তোত্তো-চান হরাওবনা মথুম মরাং হৌরমই।

# স্কুলগী ঈশৈ

তোমোএ গাকুএন-দা তোত্তো-চানগীদমক্তদি নুমিৎ খূদিংগী অঙকপতনা থল্লমই। স্কুল চৎনিংবগী অপাম্বনা খোয়ো-খোয়ো খোৎলম্মী। নোংঙানবা ঙাইবা ঙমদে। অদুগা হল্লকপদসু ব্রা চবেং-চবেং ঙাঙবা তোক্লমদে। স্কুলদা ঙসি করি তৌই, কয়াদা নুংঙাইরবা, কয়াদা অঙকপা অমা ওইরকপা মদু পূন্নমক রোকীদা, মমাদা মপাদা ব্রারী ময়ামসি তম্বদা চোকথরমদে। মমৈথংদা মমানা মসি হায়বা তারমই, "ইচা ইবেম্মা তোত্তো-চান তোক্লোনে। হৌজিক তুমিন লৈরো চরা ব্রানলুরো।" তোত্তো-চান নুমিৎ খূদিংগী স্কুল কাবা হৈনবী

ওইরে মদু ওইরবসু নুমিৎ খূদিং মাগী মনাক্তা তম্নবা ব্রা কোকথোং অমা লৈরমই। মমানা মসিদা নুংঙাইজবা পোকচরমই। ঙস্নমক অশোয়-অঙাম য়াওদে হায়দুনা।

নোংমা রেলগাড়ীদা স্কুল কাবা মতমদা তোত্তো-চাননা ইখঙ খঙহৌদনা ব্রাখল তৌরমই, তোমোএগী, স্কুল ঈশৈ লৈরিগদরা লৈরিরোইদরা। মহাক অদুক্তী মতিক খঙনিংবনা খোইশাউনরমই, মদুনা মহাক লম্বী চৎপা ঙম্নমদে। স্টেসন অনী হৌজিক লানগদবা ব্রাৎলি অদুবু তোত্তো-চান হান্না গেট ময়াদা চত্তুনা লেপলুরমই। জিয়ুগাওকা-দা গাড়ী হেক খাম্বদা মহাক চোংথহৌবা নঙনবা হোৎনরমই । জিয়ুগাওকাদগী স্টেসন অমা হান্না নুপী অমা কুম্থখিরমই। মহাক্না তোত্তো-চানবু মফম অদুদা কুমথগদবা মানবা মশানা তাবনি মরমদি তোত্তো-চান কনাগুম্বা লমজেন চেনগদবা অমগী মতৌগুম্না চেম্নবগী ফিভম শেমদুনা থোঙয়াদা লেপ্তুনা লৈরমই। পুকচেল চাউবী নুপী অদু মাগী ফিভম অদু য়েংলগা মহাক কুমথবা ঙমদবা মাপ্লে, অসুম্না লেংদনা লৈবা অদু উরগা মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা "নুপীমচাসি করি তৌরবনো?"

মথংগী স্টেসনদা গাড়ী খামগদবা অদুগী মমাঙদা কন্ডক্টরনা জিয়ুগাওকা, চিয়ুগাওকা হায়রকপদা তোত্তো-চান মখোঙ নাম্মা মপান্দা য়াম্হরদুনা কয়া হেক্তা ট্রেন খামফাত্রিঙৈদা কুমথদুনা চেল্লমই। ডিব্বাগী স্কুলগী ক্লাস অদুদা য়ৌবদা, তাইজী, য়ামানাওচী হান্না মাগী মমাঙদা য়ৌরম্নবা মঙোন্দা হংলমই, "তাঈ-চান ঐখোয়গী স্কুলগী ঈশৈ-গকা লৈব্রা?

"তাই মহাক্না পামজবদি ফিজিম্ননি", ঙাইহাক ব্রাখল তৌরবা মতুংদা হায়রকই, "ঐনা খনবদি লৈরমগনি নিংদে।"

"ওহো!" তোত্তো-চান ব্রাখলদা লুপ্নদুনা হায়রকই, "খনবদি স্কুলগী ঈশৈ অমা লৈফম থোকই। ঐগী হান্নগী স্কুলগী ঈশৈ য়াম্না ফজে।"

মহাক্না খোঞ্জেল য়াওদনা ব্রাখল খল্লমই।

"সেজোকু পুথ্রীগী ঈশিং অথেনবা
জ্ঞান ঈমায়গী ওইরি অব্রাংবা।"

তোম্ভো-চান হান্নগী স্কুলদা নুমিৎ খরনি চৎলুরবনি অদুনা ঈশৈ অসিগী ব্রাহৈ লুনা খোক্লমই। অদু ওইরবসু মঙোন্দা ঈশৈ নিংশিংবদা করিগুম্বা খুদোংথিবা অমত্তা লৈবমদে। মহাক্না শক্লিবা অদুদি মঙোন্দা লুসু লুরমদে।

তাঈ-চানদা ইথিল অমা ফাওরে। মবক অসিদা অতৈ অঙাংশিং ক্লাসতা য়ৌরক্লে। মখোয় পূম্নমক লূন্নবা ব্রাহৈশিংনা থল্লবা অদু তোম্ভো-চানগী মচিন্দগী তাবদা ইথিল ফাওদবা লৈরমদে।

"ঐখোয়গী হেড মাস্টরজীদা স্কুলগী ঈশৈ অমা ইননবা হায়গে" তোম্ভো-চাননা হায়রমই।

"হোই হোই, চৎসি চৎলো" অতোপ্পনসু অয়াবা পীরমই। তোম্ভো-চানদগী মাগী হান্নগী স্কুলগী ঈশৈ তারবা মতুংদা অমসুং অঙাংশিংগী ব্রা পূম্নমক মুন্না তারবগী মতুংদা হেড মাস্টরজীনা হায়রম্মী, "ফরে, হয়েং অয়ুক ফাওবদা নখোয়গীদমক ঈশৈ অমা খৌরাং তৌরগনি।"

"শোইদি শোইবিররোইদনা ?" অঙাংশিংনা হন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা হংলমই।

মমাঙগী নুমিত্তা ক্লাস খূদিংমক্তা নোটিস অমা থেৎলমই। অঙাং খূদিংমক মপানগী লম্পাক্তা পুনগদবনি। অতোপ্পা অঙাংশিংদা তোম্ভো-চানকসু খৌনা অমা ফাওরম্মি। লম্পাক্তী ময়াইদা ব্লেক বোর্ড থন্নদুনা হেড মাস্টরজীনা হায়রমই, "য়েংঙোসে, হৌজিক নখোয়গী স্কুল তোমোএগীসু ঈশৈ অমা লৈরে।"

মহাক্না লৈই মঙা চিংলমই অমসুং মদুদা মখাগী স্বরলিপিসি ইরমই।



তো- মো-এ          তো-মো-এ          তো-মো-এ

অদুগা মহাক্না ম্যুজিক ডাইরেক্টর অমগী মওংদা হায়রকই, "হৌজিক খূদিংমক অমত্তা ওইনা শরুবা হোৎনসি।"

হেড মাস্টরনা তাল থারদুনা ঈশৈ শক্লমই অমসুং মদুগী মতুংইন্না অঙাং য়াম্খেনা খুন্নকই।

"তো-মো-এ     তো-মো-এ     তো-মো-এ"

"অসিদরা" তোত্তো-চাননা ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা হংলমই।

হোই য়াম্মনপ্পবনি" হেড মাস্টরনা নাপল তৌনা হায়রকই।

ব্রাহৈ ফজবা খরা হাপ্লবদি ফগদবা।" তোত্তো-চানগী ব্রাঙাংদা নিংবা কায়বনা থল্লমই। "সেংজোকু পুখ্রী (কোম)গী ঈশিং অথেনবা অসিগুম্বা ব্রাহৈ।"

"ঈশৈ অসি ফজদ্রবরা?" হেড মাস্টর খজিক ইকায়রমই। অদু ওইরবসু মোমোন নোক্কুনা হায়রকই, "ঐদি য়াম্না ফজনা থোকই।"

ঈশৈ অসি অঙাং অমত্তদা ফজরমদে। অসুক য়াম্না চম্বা অমসুং লাইবা অদুগা হেড মাস্টরনা খঙলে ঈশৈ অসি চন্নবা লাইরবদি অঙাংশিংনা মহাক য়াওদ্রবসু শিনজনি। মখোয়না থোকপা ঙমই।

হেড মাস্টর খজিক নুংঙাইতবা উরমই তৌইগুম্বসুং  শাউদি শাউরমদে। মহাক্না স্বর-লিপ ব্লেক বোর্ডকী মতুংদা য়ানশিল্লে। তোত্তো-চাননা  অঙাংশিংনা থৌগল্লোন কায়খরব্রা, মানা খল্লি অদুবু মহাক করিদি তৌগনি। মমৈথংদা মাগী মকোক্তা হক্রুবা ঈশৈগী ব্রাহৈশিং মং মংফাওনরমই।

তশেংবদি মসিনি হেড মাস্টর অঙাংশিং অমসুং স্কুলগী মফমদা নুংশিববু ব্রাহৈশিংনা পুনবসি ওইথোক্লমদে। অদুগা অঙাংশিংদি মতম অসিদা চাউদবনা মাগী ব্রাফমসি খঙবা ঙম্নমদে। থুনমক মথোয় স্কুলগী টার্ম অসি কাউখরো। হেড মাস্টরনা কৈদৌঙৈদসু মসি নৈনখিদরে। মঙোন্দা হান্নসু স্কুলগী ঈশৈগী মথৌ তাদ্রবসু য়াই। মরম অসিনা স্বরলিপিগী মমৈ চপখিবগী মতুংদা ব্রাফমসি অদুম লোইশিনখ্রে। তোমোএ গাকুএনগী স্কুল ঈশৈ কৈদৌঙৈদসু লৈখিদরে।

# ‘‘পূন্নমক খোংথগদবনি!’’

অসুম্না তোন্তো-চান মপুন্সিদা অসুক কম্না কৈদৌঙৈদসু হোৎনখিদ্রি। করি নুমিৎনো মদুসু মহাক্না পামজবা শেনগাও অমাংশংদা তাখিবদো। মদুদা পৈশা য়াওখিবসু নত্তে। অদুবু তোন্তো-চান মাগী শেনগাও অদু য়াম্না হায়নিংঙাই লৈতনা পামুজরমই। অঙাংবা নাপু অমসুং অশাংবা লেশোনগী চেক-মচুগী মাগী শেনগাও তশেংনমক ফজরমই। চুথেক মাম্না অমসুং পিক্লদুনা মদুগী মথক্তা চুথেক অহমদা লুপা মচুগী হূই অমা হৎলমই। মদু হেক্তা করিগুম্বা খোন্তোকপা য়াদবা নগ্রবা অমগুম্না তৌরমই।

তোন্তো-চানগী অঙকপা হৈনবী লমচৎ অমা লৈরমই। পিক্লিঙৈদগী মহাক্না মখোঙ হামবদা অমাংশঙগী মখুল অহোবদা শোইদনা য়েংথরমই অমসুং মরম অসিনা অহানবা তমলিঙৈদা মদুদা তুপী কম্না তাখিরমই। মদুগী মনুংদা অমদি চন্নুখোক্না শাবনি অমসুং অতোপ্পা অমনা ফজরবা লেশোননা লৈতেংলমই। মতম অদুগী অমাংশঙদা হৌজিক্কি মতৌগুম্না প্রশ হাপলমদে। সুপ্নগী চাউরবা মখুল অমা হৎলমই। অদুগা মখাদনা কোম। অয়াম্বদা মাগী টুপীশিং কোম অদুদা তাওরদুনা নাম্থখিরমই। মমানা মাবু কয়ারক হন্না মখাদা য়েংথদনবা হায়রমই।

নুমিৎ অদু তোন্তো-চান অয়ুক ঙন্তানা স্কুল হৌদ্রিঙৈদা মখোঙ হামবা চৎলমই। মহাক মমানা হায়বা কাউথোক্লমই অমসুং ঙাইহাক্কী মনুংদা মখাদা য়েংথরমই। মথূৎনা পায়রিবা শেনগাও অদু ঙাইহাক কোমথোক্লুরমই, অদুদদি শেনগাও অদু শৎ নাম্হোকত্রে অদুগা চোপ লাউনা কোম অদুদা তাদ্রে। মখাদা অমম্বদা শেনগাও অদু অসুম্না তাবা অদুদা তোন্তো-চান অয়াকপা খোঞ্জেলনা লাউরমই।

তোন্তো-চান কপ্তি কপ্প্রিংলমদে, মাগী শেনগাও মাঙবদুদা। মরম অসিনা মহাক চৌকিদারগী য়ূমথক তাম্না চেন্লক্লমই। মতম অদুদগী

অশাংবা মখোক পানবা অচৌবা কোখৎনবা অমা পুরক্লমই হায়বসি উপালনচিংবা ঈশিং চাইবদা শীজিন্নবনি। খূৎপায়ফম অদু তোত্তো-চানদগী শরুক অনী চাউবা হেনলমই অদুবু মহাক হনগদবা নত্তে। মদু চিংলদুনা স্কুলগী মনিংথংবা ফাওবা পুরক্লমই অদুগা কোম অদু শেংদোকফম অহোবদু থিরমই। অহোবদু অমাংশঙগী মনিংলোমগী চেকপল ময়াদা লৈরম্বা য়াই হায়না খল্লকই। য়াম্না থিরবা মতুংদা চেকপলদগী গজমুক লাপ্পদা কংক্রীক্কী মখুম কূপ্পা চাউরবা অহোবা অমা উরে। য়াম্না ব্রানা মখুম অদু ইস্তোক্লবগী মতুংদা মহাক্না থিরিবা অহোবা অদু মসি ওইরম্লগনি হায়না খল্লে।

“এ!, কোম অসিদি কুহোনবুত্সুগী কোম অদুক চাউই” মহাক্না ঙক্না হায়রকই।

খ্বাইদগী অহানবদা মহাক্না থিবা পামলিবা শেনগাও অদু মফম অসিব্রাইদা তারমগনি হায়না ব্রাখল তৌরমই। অদুদা কোম অসি লুরমই য়েংখিবদা মুশুক মুনা লৈখিরমই। মদুদা অমাংশঙ অহুমগী অমাঙবা পূম্না তারমই। করিগুম্বদা মখাদা য়েংথনবা হোৎনবদা মহাক তাখিগদরা হায়না কিরমই। অমাঙবসি কোৎথোক্লগা মাগী শেংগাও থিগে হায়না মমৈথংদা চপ লেপ্লে।

স্টোগপনা লৌখৎলিবা অমোৎপা খূদিংমক মুম্না য়েংলমই, করিগুম্বদা শেনগাও অদু য়াওরক্লিগদরা। মহাক্না থিবা হৌরকপদা মতম অসুক য়াম্না চংগনি হায়বসি সুকখঙ খঙলমদে। কদাইদা লৈরমগনি মাগী শেনগাও। মতমসিদা স্কুলগী পুংসু তারক্লমই।

হৌজিক করি তৌগদবনো মহাক? মহাক্না খনবদি খনবনি, অদুবু অসুক য়াম্না তৌবা য়াবা তৌরুরে, হৌজিক থিবা তোক্লসি হায়বসু করি কাম্নরিবা। মহাক্না হাম্নদগী মপাঙ্গল পুথোক্তুনা অমাঙবা ময়াম অমা ইস্তোপনা শিৎতোক্লমই।

ইখঙ খঙহৌদনা হেড মাস্টর মায়কৈ অদোমদা ফাওজিল্লক্লমই। অদু ফাওবদদি অমাঙবা মপৈ য়াম্না মনাক্তা পৈরম্মী।

“মফম অসিদা নঙ করি তৌরি?” মহাক্না তোত্তো-চানদা হংলমই।

“ঐগী শেনগাও তাপ্লে” তোত্তো-চাননা অমোৎপা কোখৎলদুনা পাওখুম্নকই। মরমদি মহাক মিকুপ অমা ফাওবা মাঙহনবা পাম্নমদে।

“ওহো, হায়রিবসিদি” হায়রদুনা হেড মাস্টর মশাগী হৈনবী মতুং ইন্না মখূৎ তুংবুম্নদুনা চৎখিরমই। মহাক্তি অসুম কোইথোকপদসু মতৌ অসুম্না মখূৎ তুংদা পুন্দুনা চৎলি।

মতম য়াম্না হৌখ্রে অদু ফাওবদা শেনগাও ফংবা লৈরমদে। অমোৎপা মনম নমথিবা অদু মপৈ মপৈ হেনগৎলমই, পৈখৎলমই।

হৌজিক হেড মাস্টরজী অমুক হল্লক্লমই, “ফংলব্রা নঙগী শেনগাও” মহাক্না মঙক হাইরদুনা “ফংদে” তোত্তো-চান হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলদুনা অমোৎপা মপৈগী মরুমদা লেপ্লমই মাগী মমায় ৱাবনা ঙাংশঙ ঙাংলমই।

হেড মাস্টর মনাক্তা খরা চঙশিল্লকই অমসুং মরুপ ওইবগী মওংদা হায়রকই, নঙগী থবক লোইরবা মতুংদা ময়াম অসি অমুক কোমদা কোৎথরমগদবা নৎত্রা ?” অদুগী মতুংদা মহাক্না হান্না চৎপা অদুম্না হন্দকসু চৎখিরমই।

“হোই”, তোত্তো-চান হরাওনা পাউখুম্নকই অদুগা মহাক থবক্তা পূক্নিং চংখিরমই। ইখঙ-খঙহৌদনা মকোক্তা ৱাহং অমা লাক্লমই। মহাক্না শেনগাও থিরগা অমুক হন্না অমোৎপশিং অসি হুনে দাক্কদৌরিবনি। অদুগা ঈশিংনা করম তৌগদৌরি?” তোত্তো-চাননা উরে মনুংদগী শোক্কৎলক্লিবা অমোৎপশিং অদু লৈবাক্তা চুপশিল্লমই। তোত্তো-চান থবক লেপ্লে অদুগা ৱাখল তৌরমই। লৈবাক্তা চংখিবা ঈশিং অসি করম্না মহাক্না অমুক হৈথবা য়াগনি। মরমদি হেড মাস্টরদা মহাক্না পূম্নমক কোৎথরমগনি হায়না হায়দোকখিবা অদু। মমৈথংদা খরদি ঈশিংগী মহুত্তা লৈখোম খরা থাদবা হায়বদুনি হায়না লেপ্লমই।

মাগী মনাক্তা তারিবা মপৈ হৌজিক খজিক খজিক্তগী চাউরবা চীংজাও ওইরক্লে অমসুং কোম অদু অয়াম্বা কংখিরমই। তৌইগুম্বসুং শেনগাও তাবগী মমী ফাওবা উরমদে। কাচিন অমদা শোইদনা লৈরম্বা য়াই নৎত্রগা আ-মখাদা তাদুনা লৈরম্লগনি। অদুবু তোম্ভো-চাননা মসি খন্দুনা পেনলমই, মহাক হেক ওম্বমখৈ হোৎনৈ হায়দুনা মহাক্না পেঞ্জরি অদু শোইদনমক মশাগী মান-সম্মান হেনগৎলমই। কবিনা হেড মাস্টরনা মাবু চৈ-থাংদনা মঙোন্দা থাজবা পূম্নমক থমদুনা মপাঙ্গল হেনগৎহল্লম্বনি অদুগা অসুক লুবা ব্রাখল অসিদি মহাক্না করম্না খঙগনি।

কনাগুম্বা অতোপ্পা তোম্ভো-চানগা চহী মান্নবনা মাগী ফিভম অদু উবদা হায়গনি, "নহাক্না তৌরিবসি করিনো?" নৎত্রগা হায়গনি "তোক্লে, য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইনি মসি।" অতোপ্পা অহৃমশুবা অমনা মহাক মাগী মতেং পাংগে হায়না খল্লবনি।

খন্থসি, ওঝানা অসিমক্তদা মহায়রকই, "নঙগী থবক লোইরগা মসি পূম্নমকসি অমুক কোমদা খোৎথরমগদবনিদনা" কয়াদা ঙক্লবা হেড মাস্টরনো, মমানা তোম্ভো-চানদগী থৌদোক অদু তারগা মপুক্লিংদা খল্লমই।

থৌদোক অদুগী মতুংদা তোম্ভো-চান কৈদৌঙৈদসু অমুক হন্না অমাংশঙগী অহোবা য়েংখিদরে। হেড মাস্টরজীদা মহাক থাজবা পূম্নমক থন্নমই। মহাক হেড মাস্টরবু হান্নদগী হেন্না নিংলমই।

তোম্ভো-চান মশাগী ব্রাশক ঙাক্লমই। কোমদগী লৌখৎপা পূম্নমক হন্না কোখরমই। মথক্তা কোৎখৎপা অরুবা থবক অমনি অদুবু মখাদা কোখবদি ব্রাদনা থুনা কোখরে। অদুগা লৈখোম খরা থাদদুনা শুজিল্লমই। মনাক্তা লৈবা লৈবাক অদু খোৎচিন্দুনা তোক-তোক লৈতেম মান্নহল্লমই। কংক্রিক্তী মথুম্না অহোবা অদু খুমজিল্লমই অদুগা অচৌবা স্টোপ অদু চৌকীদারগী যূমথক্তা থনম্নগা লাক্লমই।

অহীং অদু তোম্ভো-চাননা তূম্বা মতমদা মাগী ফজববা শেনগাও

নিংশিংলক্লমই। শেনগাও মাঙখিবা মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা তৌরমদে। অদুগা নুংথিল চুপ্পা অসুক য়াম্না থবক শুবনা মহাক য়াম্না চোকথরমই অদুনা ঙহাক্কী মনুংদা মহাক কম্না তূমখিরমই।

অদুগা মরক অসিদা মহাক্না কম্না ব্রাজখিবা মফম, মফম অদুগী লৈখোম থাদফমদা করিগুম্বা ফজবা পোৎ অমগী মতৌগুম্না ইরং লংলমই। অদুগা কোম অদুগী কাচিন্দা মাঙখিবা মাগী শেনগাও ঈংনা তুম্বক তাদুনা লৈরমই।

# তোত্তো-চানগী মমিং

তোত্তো-চানগী অশেংবা মমিং তেত্সুকো কৌরমই। মানা পোকপা মতমদা মাগী মমা মপানা মরূপ মপাংদা শোইদনা নুপা ওইরমগনি হায়রমই। মহাক মখোয়গী অহানবা মচানি, মরম অসিনা নুপা ওইগনি হায়না মখোয়না থাজরমই, মাগী মমিং থোম্নবা থিরমই, থিরিবসি নুপাগী মমিংনি "তৌরু" পোক্লীবা অঙাং অদুনা নুপীমচা ওইরবদুদা মখোয় নিংবা খরা কায়রমই মরমদি মমা মপানা "তোরু" চীনী ময়েক অসি য়াম্না থাজরমই, মসিগী অর্থদি মখোল তাম্বা, থাপ্পা পুদুনা চৎপা, খোঞ্জেলগী মতৌগুম ময়েক শেংনা অমসুং শাহুম চাউবা মরম অসিনা মপানা ময়েক্কী চীনী খোম্থোকপু "তেতসু" দা 'কো' হাপচিল্লগা অয়াম্ব মতমদা নুপী মচাশিংদা কৌনবা মিং অদু শীজিন্নরমই অমসুং মদুবু নুপীগী ওইনা শেন্নমই। ময়াম্না মাবু তেতসুকো-চান (চান, সানগী ময়াম্না পাম্নবা মওংনি, মসি মিং অমগী মতুংদা হাপনৈ) অসুম্না হায়নৈ। অদুবু মহাক্না মহাক্কী মমিং তেতসুকো-চান কৈদৌঙৈদসু কৌবা তারমদে। করিগুম্বদা কনাগুম্বনা মঙোন্দা নহাক্কী নমিং করি কৌই হংবদা মহাক্না খুন্নমই, "তোত্তো-চান" মহাক্তি মসি ফাওবা হায়রম্মী 'চান' মহাক্কী মমিংতগী শরুক অমনি।

তোত্তো-চান

মপানা মাবু করি করিগুম্বদা তোতক্সী কৌরমই, মচানুপাদৌনা। "তোত্সকী, অসোমদা লাও, গুলাপতা লৈরিবা তিলশিং লৌথোকপদা ঐগী ইতেং পাংউ লাও" অদুবু মপাগী অমসুং রোকী নত্তনা ক্লাস অতে পূন্নমক্তা তোত্তো-চান কৌরমই। মহাক্না শাগী স্কুল কৌই অমসুং লাইরিকশিংদা মমিং তেতসুকো, থারমই তৌইগুম্বসুং মশাবুদি মহাক্না তোত্তো-চানমক খল্লমই।

## রেডিও ফাগী

রোকী তোত্তো-চান য়াম্না খোইরাং-খোয়শাউনরম্মী। মমানা হৌজিক নঙ রেডিওদা ফাগী তৌবা চৎপা য়াররোই হায়রমই।

তোত্তো-চান পিশক পীক্লিঙৈ মতম অদুদদি রেডিও উনা শারমই অদুগা ফসু ফজরমই। চুথেক নাইরমই। মদুগী মথক্কী শরুক কোইবক কোইরমই। মমাঙগী স্পীকর গুলাপ মচুগী লেসোন অমসুং উদা লৈরোং তুরোং হক্কুনা শারমই। সুই অনী পানলমই। মদুনা রেডিও থাবদা মতেং পাঙলমই।

মহাক্না স্কুল চৎপা হৌরকপা অদুগী মমাঙদা মহাক্না রাকুগো, ফাগী তৌবশিং অদু মাগী মনাকোং লেসোন গুলাপ মচুদা ঙারদুনা তাবা পামজরমই। মখোয়না তৌরিবা ফাগী মতৌ অদুদা নুংঙাইবা পোকচরমই অদুগা মদু তাবদি মমানা কৈদৌঙৈদসু থিংলমদে।

ঙরাং অহিং মপাবুংগী ওর্কেস্ট্রাগী মরুপ খরা লাক্লমই। মখোয় কা অদুদা ফন্নদুনা ওরাইরমই।

"সেলো খোংবা তুতসুসাদা তাচীবানানা নঙগীদমক্তা লফোই পুরকই"। মমানা হায়রকই।

তোত্তো-চান মায়থোং মকা লান্নমই। মহাক্না তাচীবানাগী মফমদা তৌবিমল উৎলমই অমসুং মমাদা হায়রকই, মসিদি অথোমনবনিনে।"

মসিগী মতুংদা মমা মপানা লৈতবা মতমদা মহাক লোন্না রেডিও তারমই। ফাগী অদুনা নুংঙাইরবদা মহাক কন্না নোক্লমই। মতম অসিদা মাগী মথক থোংবা কনাগুম্বনা মাবু উবদা মসি শোয়দনা খনগনি। অসুক য়াম্না পিক্লীবী নুপীমচাসিনা ফাগীগী নুংঙাইবা করি খঙবা ঙমগনি। অদুবু মসিদা করি চিংনিঙাই লৈ,অঙাংশিংদসু য়াম্না নুংঙাইবা ফাগী তৌবা লৈ। য়াম্নমক পীক্লবসু মসি খঙই। মখোয়না কনানা করম্বা মতমদা ফাগী করি তৌখিবনো।

# রেলগী অনৌবা ডিব্বা য়ৌরকপা

"ঙসি অহিং অনৌবা ডিব্বা অমা লাক্কদৌরে" মিয়ো-চাননা হাল্ফকী মতমদা নুমিৎ য়ুংবগী চাবগী ছুটিদা হায়রমই। মিয়ো-চান হেড মাস্টরগী অহুমশুবী মচানুপীনি। মহাক তোত্তো-চানগা ক্লাস মান্নরমই।

ডিব্বা অহাংবা তরুক মফম অদুদা হান্নদগী ক্লাসশিংগীদমক্তা শীজিন্নরমই। হৌজিক অমা অমুক লাক্লগনি। মিয়ো-চাননা হায়রকই মফম অসিদা লাইরিক পুস্তকালয় হাংলগনি। অঙাংশিংদা য়াম্না থৌনা হাপ্লমই।

ডিব্বা করম্বা লম্বীদা লাক্লগবা ?" অমনা হংলমই।

মসি শিংনবগী মতাং অমনি। মিকুপ অমুক তুমিন তুমিন লৈখিরমই।

"ওইমাচীগী লাইনগী টালীদা লাক্লবা য়াই অদুগা মমাঙগী লমলোং মরী ফাংবগী স্কুলগী মায়কৈদা মমায় লৈরক্কনি" অমনা অমুক ব্রাখল লৈনা হায়রকই।

"অদু ওইরবদি টালীদা ইস্থবা তারেদনা "

করিগুম্বা ঠেলা অমদা পুরকপ' য়াই" অমনা মত পীরমই।

"চরোদা, অদুক চাউবা ঠেলাবু কদাইদগী লৌক্লগদগে, মদু

করম্না হাপ্পক্কদৌরিবনো?" কনাগুম্বা অমনা থুনমক য়ানিংদবা ফোংদোক্লমই।

"হোই য়াদবসু য়াই"

হৌজিক ব্রাখল পূম্নমক ফুংবনগ্রে। করিগুম্বা ঠেলা নৎত্রগা ট্রক অমদা ডিব্বা হাপ্পা য়াদে হায়বসি অঙাংশিংনা খঙজরে

"টালীদদি" তোম্ভো-চাননা য়াম্না কুইনা ব্রাখল তৌরবগী মতুংদা হায়রকই।

"ওইবা য়াই স্কুল ফাওবা টালী থারবদি ।"

"কদাইদগী ?" কনাগুম্বনা হংলমই।

"কদাইদগী হায়বা ? মফম অদুদগী হৌজিক ডিব্বা লৈরিবা" তোম্ভো-চাননা হায়রকই। অদুবু মাগী ব্রা অদু কয়া লুম্বা উরমদে। ডিব্বা অদুদগী লাক্কদৌরিবনি হায়বসিসু মহাক খঙলমদে, স্কুল ফাওবা থারক্কদৌরিবা টালী অদুগীদমক্তা লম্বীদা লৈরিবা য়ুম দুকাম্নচিংবা করিমত্তা থুদেকলোই হায়বসিমদি য়াম্না চন্নবা অতপ্পা ব্রাফমনি।

অমগী মতুংদা ওইবা য়াবদা অরেম্বদা নৈনরবগী মতুংদা অঙাংশিংনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা য়ূম য়ূমদা চঙদুনা মখোয়গী রেলগী ডিব্বা লাকপা ঙাইগনি হায়না লেপ্পরমই। অদুদগী মিয়ো-চানবু মপা হেড মাস্টরদগী নুংদাং ফাওবা স্কুলদা লৈবা য়াবগী য়াথং নিরুনবা পূম্নমক্তা খল্লমই। মতম কুইরবগী মতুংদা হল্লক্লমই মহাক।

রেলগী ডিব্বাদি অথেংবা অহিংদা লাক্কদৌরিবনি। রেলগাড়ী পূম্নমক চেনবা লেপখ্রবা মতুংদা তশেংনমক য়েংনিংবা কাঙবুনা ময়ূমদা চৎলুরগা অয়াবা লৌরুবা তাবনি। চাক চানিংলবসু চারকপা য়াই, মশা মশাগী পায়জমা অমসুং কম্পোরগা লোয়ননা অহিংদা মফমসিদা লাকউ"।

"এ! বা!" অঙাংশিংদু অমুক হেন্না মথৌ হাপগ্রে।

"ওঝানা ফিরোল পুরক্লবা হায়খো"

"কম্পোরসুনিকো ?"

নুংথিলগী পেরেড অদু অঙাং অমত্তনা লাইব্রিক তম্বদা পূক্লিং চংলমদে। স্কুল মতুংদা তোত্তো-চানগী ক্লাসকী অঙাং পূম্নমক ময়ূমদা চেল্লমই। লম্বীদা অমুক্তা মখোয় পায়জমা অমসুং কম্পোরগা লোয়ননা স্কুলদা উন্নরসি হায়না য়ানরমই।

তোত্তো-চান ময়ূম হেক য়ৌরকপগা মমাদা হায়রমই, "ডিব্বা অনৌবা অমা পুরক্কদৌরে। মফম অদুদা মদু করম্না য়ৌরক্কদৌরিবনো মখোয় খঙদে। পায়জমাগা কম্পোরগা পুরগা ঐহাক চৎপা য়াগদরা?"

মমানা অসিগুম্বা ব্রাফমসিদা করি ফিভমনো হায়বা খঙবা ঙমগদরা? তোত্তো-চানগী মমাদি করি থোইদোক্লা খঙলমদে। অদুবু মচাগী চিংলেম্বা শকফম অদুদা করিগুম্বা চুমদবা থৌদোক অমনি হায়বা খঙলমই।

মমানা তোত্তো-চানদা ব্রাহং কম্না হংলমই, অদুদতা খঙলমই করিনো হায়বদো। মহাক্লা খল্লমই, অসিগুম্বা খুদোংচাবসি তোত্তো-চাননা করম্বা মতমদা ফংলকখিগনি, মহাক চৎহনবনা চুমই। মশাসু রেল পুরকপা য়েংবা চৎপা ফবনি হায়না খল্লকই।



নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা মমানা তোত্তো-চানগী পায়জমা লৌথোক্লে, কম্পোর পুথোক্লে অদুগা তোত্তো-চানবু পুদুনা স্কুলদা চৎলমই। অঙাং তরামুকসু মফম অদুদা লাক্কুনা লৈরমই। মদুগী মনুংদা খরদি ক্লাস অচৌবগীনি। মখোয়দা ব্রাফম অসি নুংশিৎকী মমাঙ থানা য়ৌখিরমই। অতোপ্পা মমাশিংসু মচাশিংগা লোয়ননা লেপ্লমই। মখোয়বু উবদা মখোয়সু স্কুলদা লৈনিংবা মপূক্লিংদা পোকই হায়বা খল্লকই। অদুবু অঙাং ময়াম অদো উবদা খরদি হেড মাস্টরদা শিন্নরন্নগা মখোয় হনখিরমই।

"রেলগী ডিব্বা লাকপগা ঐহাক্না নখোয় পূম্নমকপু হৌদোরক্কনি" হেড মাস্টরনা শঙলেনদা মশাগী কম্পোর মনুংদা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈরিবা অঙাংশিংগী মবুক ফাথবমই।

অঙাংশিংনা ঐখোয়দি সুকতূম তূমলরোই হায়না খল্লকই রেল ডিব্বা লাকপগী ব্রা খন্দুনা লৈগনি। অদুবু নুমিৎ চুপ্পা খোইরাং খোইশাউনরকপা মখোয় চোকথরমই। মরম অসিনা মখোয় উইরুম শারুম তৌরমই। মখোয় মসি হায়রম হায়ফাত্রিঙৈদা "ঐবু হৌদোকপা কাওরমগনু" মখোয়গী মনুংদগী অয়াম্বা কন্না তূমথখিরমই।

"লাক্লে, লাক্লে" লাউবগী মখোল তাবদা তোত্তো-চান হৌগৎলমই, চোংলকই অমসুং কম্পাউণ্ড লাম্থোক্কুনা থোঙগান তান্না চেনলমই। অয়ুক্কী মমলি মমলিবদা চাউরবা রেলগী ডিব্বা অমা উরমই। মসি মংগী পাংখক্কুন্নমই। মনিল মশোল তাদে, টাঙীসু য়াওদে। রেলগী ডিব্বাদা তশেংনমক ট্রেলর অমা হাপলমই, মদুদা ওইমাচী লাইন ডিব্বা ট্রেক্টরনা তয়াং তয়াংনা ডিপো অমা পুরক্লম্মী। অহানবদদি তোত্তো-চান অমসুং লৈরিবা অঙাংশিংনা মসি খঙলমদে মদুদি ট্রেক্টরগুম্বা পোৎ অমা লৈ হায়বসু মদুনা রেলদগী হেন্না চাউবা ট্রেলরবু চিঙবা ঙমই। মখোয়দা য়াম্না নুংঙাইবগী ইথিল ফাওরমই।

অয়ুক্কী অহাংবা সডক্তা ট্রেলরদা হাপ্লদুনা রেলগী ডিব্বা তপ্না-তপ্না লাক্লমই। ঙাইহাক্কী মতুংদা পুমনিল নিলখিরমই। পুরকপা মতমদা রেলগী ডিব্বাবু ট্রেলরদা থাঙ্গত্নুনা স্কুলগী লম্পাক্তা পুরকপা ঙম্বা য়াম্না চাউবা ক্রেনশিংদি লৈরমদে। ডিব্বা পুরক্লিবশিং অদুনা উতুপ অচৌ-অচৌবা মখাদা হাপচিল্লদুনা কম্পাউন্দা থাদরমই।

''পূক্লিং চংনা য়েংঙউ'' হেড মাস্টরনা হায়রকই। ''মসি ময়ামসি উতুপ কৌই। ইস্কুবগী মপাঙ্গলনা অসুক চাউরবা রেলগী ডিব্বাবু ইস্কুরি।''

অঙাং পূম্নমক চিং-লেপ্নমই।

''কম্না ইল্লু, হোই, হোই'' থবক তৌরিবা মীওইশিংনা তাল অমদা লাউরমই অদুগা মখোয়না লাউরিবা তাল অদুগী ইরোইননা নোংদোন থক্তা থাংগৎলকই।

স্কুলদা লৈরিবা ডিব্বা তরুক্কী মতৌগুম্না অনৌবা ডিব্বানসু যাত্রী লিশিং কয়াগী পোৎলুম পুরমই। মাগী কাঙখোঙ লৌথোক্লে। শীজিন্নবা চেন্নবা মতম শুরে। হৌজিক মহাক শুপ্নগী অঙাংশিংগী নোকপা-খেব হেন্না তারমই।

অয়ুক্কী লুম্বু লুম্বু শাবা নুংশাদা মাগী মাগী পায়জামা শেৎলদুনা অঙাংশিং য়াম্না হরাওনা লেপ্তুনা লৈরমই। কয়াম হরাওবগে হায়বদা মফম অদুদা লেপ্লদুনা মথক্তা চোং ফল্লমই। হেড মাস্টরগী মঙকশমদা কোনশিল্লমই অমসুং মহাক্কী মখূৎ কম্না কম্না পায়দুনা নোক্লমই।

অঙাং ময়াম্না অসুম্না ইনবা নোম্বা তৌবসিদা হেড মাস্টর খরা খজিক তুরোই ঙামলোইলমই। অদু ওইরবসু হরাওরমই। মহাক্না মোমোন তৌবা উরগা অঙাংশিংসু মোমোন তৌরমই। অদুগা মখোয়গী মনুংদগী অমফাওবা মসি হায়বা কৈদৌঙৈদসু কাউরমদে-নুমিৎ অদো ঐখোয় কয়াদা হরাও তয়ামখিবা।

# ঈরোইনবা পুখ্রী

তোত্তো-চানগীদমক্তা নুমিৎ অদো য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা মহাক ইহান হান্না ঈরোইনবা পুখ্রীদা ঈরোইরমই, মদুসু মফি মরোল য়াওদনা।

নোংমা অয়ুক অঙনবদা হেড মাস্টরনা হায়রমই "ইখঙ খঙহৌদনা য়াম্না নুংশা শারে। ঈরোইনবা পুখ্রী অসিদা ঈশিং থাজিনসিরা খল্লি।"

"বা!" অঙাং ময়াম চোং ফল্লদুনা লাউরমই। তোত্তোচান অমসুং মহাক্কী অহানবা ক্লাসকী মরুপশিংনা "বা-বা" হায়বা অমসুং মখোয়না ফন ফন চোংবা অতোপ্পা অঙাংশিংদগী হেল্লমই। তোমোএগী অতোপ্পা পুখ্রীশিংদগী করিগুম্বা চুথেক মরি নাইবা নত্তে- মদুগী মচি অমা হিগী মতৌগুম্না ইচপ চপলমই মদু ওইজরবসু য়াম্না চাউরমই অমসুং ফজরমই। রেলগী ডিব্বাশিং অমসুং শঙলেন অদুগী ময়াদা লৈরমই পুখ্রী অদু।

তোত্তো-চান অমদি অতোপ্পা অঙাংশিং লাইরিক তমলিঙৈদা থোঙনাওদগী মপালদা য়েংথোক্লমই। মদু ঈশিং কংলিঙৈ তম্পাক্কী লেমহৌরিবা মফমশিংগী মতৌগুম্না অদুদসু অকঙবা উনা-ব্রানা কৃপশিল্লমই। হৌজিক মদু ঈশিং চনশিল্লে অমসুং মদু হৌজিক তশেংনা পুখ্রীমচা অমা ওইরে।

নুমিৎ য়ুংবগী হাল্ফ থাবদা অঙাংশিং পুখ্রী অদুগী মপালদা ফন্নমই। হেড মাস্টরদা হায়রকই "ঐখোয় হকচাং শাজেল ঙাইহাক তৌখিগনি অদুগা ঈরোইগনি।"

"ঈরোইনবগীদমক্তা ঐহাক ঈরোইবগী ফিজোল শেৎকদবা?" তোত্তো-চাননা খল্লমই। করিগুম্বদা মহাক মমা অমসুং মপাবুংগা কামাকুরা ঈরোইবা চৎপদদি ঈরোইনবগী পোশাক (ফিজোল), ববরগী টিউব অমসুং অতোপ্পা পোৎ ময়াম অমা পদ্দা চৎলি। মদু নিংশিংনবা

হোৎনরমই। ওঝা নুপীনা ঈরোইনবা পোশাককা পুরকউ হায়রক-লাক্লক্লদরা।

হেড মাস্টরনা মাগী মপূক্নিংগী ব্রা খঙবদৌনা হায়রকই "ঈরোইবগী পোশাক্কী ব্রা খল্লুগনু। চৎলু অদুগা শঙলেনদা য়েংউচো।"

তোত্তো-চান অমসুং মাগী ক্লাসকী অতোপ্পা অঙাংশিং শঙলেনদা য়ৌবদদি হরাওবনা থুব্ধৎলদুনা অচৌবা অঙাংশিং ঈরোইনবগী থৌরাং তৌরদুনা মশা মশাগী ফী লৌথোক্লমই। অমগী মথংদা অমা, অঙাংশিং মফি থোক্লদুনা পুখ্রীরোমদা চেল্লমই। তোত্তো-চান ১সুং মাগী মরুপসু ঙাইহাক্কী মনুংদা তুংওইনা চেল্লমই। শঙলেনগী সীঢ়ীদা য়ৌরগা মখোয়না অতোপ্পা অঙাংশিং শাজেল তৌবা উরমই। তোত্তো-চান অমসুং মাগী মরুপসু সীঢ়ীদগী মখাদা চেন্থরক্লমই।

ঈরোইবা তম্বীবা লাক্লমই মিয়ো-চানগী মবুং অহল মিয়ো-চান, হেড মাস্টবগী মচানুপানি। মহাক শাজেল তৌবগী মাস্টরনি। মহাক তোমোএদদি তম্বা নত্তে অদুবু বিশ্ব বিদ্যালয়গী ঈরোইবা কাঙলুপকী সদস্যনি। মহাক্কী মমিং স্কুলগী মমিংগী মতৌগুম্না তোমোএ কৌবমই । তোমোএ সানদি ঈরোইবগী পোশাক শেৎলমই।

শাজেল তৌরবা মতুংদা মখোয়না ঈশিং অঈংবদা কূমথবা মতমদদি মখোয় হরাওবনা চোংলমই। অদুদগী মখোয় ঈশিংদা চোংথবমই। তাত্তো-চানদি হাম্না ঈশিংদা কূন্নমদে, কূমলিবশিংদু ঈশিং মবেপ ফংনা লেপ্তুনা ঙমলিবরা য়েংদুনা লৈরমই। ঈশিংদা ঈরুজনবা, ট্যুবকুম্না শারমদে অদু ওইরবসু পূক্নিং শুব্ধৎখিদুনা অশাংবা অচৌবা পুখ্রীদা খূৎ তিংথোক্লুবদা ঈশিং ঙাক্তো ঙাইরমই।

মশা পাতকপা নোইপেনবা নুপামচা, নুপীমচাশিং পূম্নমক্কী-পূম্নমক নোক খেরদুনা, লাউ-খোঙলদুনা ঈশিংদা চোং-ফল্লদুনা পাক পাকথাবমই, মশা-মশাগী পোকপগী খেনফমগী পোশাক্তা হাযবদি মফি থোক্লা ঈরুজবমই।

কয়াদা নুংঙাইরবা , কয়াদা নুংঙাইনা লাউরিবা তোত্তো-চাননা

খল্লমই। মহাক্না মসি নুংঙাইরমদে, ঈরোইবদা পোশাক শেত্রবসু য়াই খঙলন্নবদি মহাকসু শোইদনা মখোয়গা ঈরোইমিন্নরমগদবনি।

অদোমগী পূক্লিংদসু ব্রাহংসি শোইদনা পোক্লমগনি। হেড মাস্টরনা অঙাংশিংবু অসুম্না মফি য়াওদনা করিগীদমক ঈরোইহল্লিবনো। তৌইগুম্বসুং মসিগী করিগুম্বা নিয়ম অমত্তা লৈরমদে। ঈরোইবগী পোশাক লৈরবা অদুগা অঙাংশিংনা শেৎনিংলবা শেৎপা য়াগনি। তৌইগুম্বসুং ঙসিগী মতৌগুম্না ইখঙ-খঙহৌদনা ঈরোইনিংলবা অদুগা ঈরোইনবগী পোশাক য়াওদ্রবা অদু ওইরবদি করিগুম্বা ব্রাখল নুংঙাইতবগী ব্রা লৈতে। অতোপ্পা ব্রাখললোন অমনা হায়রিবা য়াথংশিংগী মতুংদা নুপা মচা নুপীমচাশিংগী মরক্তা অমনা অমগী হকচাংগী ওইবা খেন্নরিবা অদুনা করিগুম্বা  মখলগী ফত্তবা অপাম্বা অমত্তা লৈহন্দনবনি। হেড মাস্টরদা অঙাংশিংনা হকচাংগী লোৎনবা খূৎশেম পোৎ ওইনা থোক্লমই।

মহাক্না অঙাংশিংদা মসিসু তম্বীবা পান্নমই। হকচাং খূদিংমক্কী ফজবা অমা লৈ। অদুগা অমনা তোমোএদা শোইনাইবা অঙাং খরসু লৈ। যাসুকী-চান গুম্বা পোলিওনা নাবা। খরা থিক নেম্বা অমদি করিগুম্বা মওং অমদা মী মান্নদবা মফি মরোল লৌথোক্লবগী মতুংদা মখোয় মশাগী হকচাংনা মরম ওইদুনা মপূক্লিংগী ফত্তবা মীহৌবা ব্রাখল কাওথোকপা ঙমগনি হায়বা মহাক্না খল্লমই। অদুম ওইরবসু মসি অহানবা হঙ্গোইবগী মতুংদা হায়রিবা অঙাংশিংগী ফত্তবা অমদি ইকাইবসু কোকখরে অমসুং তপ্পা-তপ্পা মখোয় অমগা অমগা লোয়ননা শান্নমিন্নরমই।

মমা মপা ওইবা খরনা হায়রিবা ব্রাখলসিদা নুংঙাইরমদে অমসুং মচাশিংদা ঈরোইবগী পোশাক পীরদুনা হায়রমই, "মসি শেৎচিল্লু।" অদুনা মখোয়গী মনুংদা অয়াম্বনা মসি খঙসু খঙলমদে, মখোয় ফিরোলশিংসি কয়াম কোন্না শীজিন্নবগে হায়বদো। তোত্তো-চানগী মতৌগুম্না মহাক অদুনা অহানবা খঙলবা মতুংদা— মদুদি ফি য়াওনা

তোত্তো-চান

ঈরোইবা খ্বাইদগী অফবনি হায়বসি মশানা হায়রমই। অতোপ্পনসু হায়রমই, মখোয় ফিজোল পুরকপা কাউরমলে। তশেংনা অঙাং অয়াম্বনা মসি থাজরমই। ময়াম লোয়না তিম্মনা ফি থোক্পা ঈরুজবসি নুংঙাইবা মশাগী ওইবা অমনি। হোই, মখোয়না ময়ূমদা হনবদা মফি মবোল চোংহন্দবা হায়বসিমদি নিংশিংবা তারমই। তোমোএগী অঙাং পূম্নমক য়োংগী মতৌগুম্মা ঙৌরুনপ্রে। ঈরোইবদা শেংপা ফি হকচাংগী শরুকশিংদা অঙৌবা ফিফাম মরম-মরম অমত্তা তাখিদরে।

## লাইরিক ফবগী প্রোগ্রেস চে

তোত্তো-চান য়েত্তসু য়েংদে, ওইদসু য়েংদে। স্টেসনদগী য়ূমদা লম্বীদা মহাক করিমতা থৌশাদনা চেল্লমই। লাইরিক খাওদু মাগী মনঙ্গনদা চোংদুনা মথক মখা ছুল্লমই। মতাংসিদা কনাগুম্বনা মাবু উরবদি শোয়দনা খনগনি - করিগুম্বা খুদোং চাদবা অমা নঙলবা জাৎনি। তশেংবদি মহাক স্কুলগী গেটতগী মপান থোরকপদগী চেন্দুনা লাকপনি।

ময়ূম হেক য়ৌবগা মহাক্না কন্না লাউরমই ''ঐহাক লাক্লে'' মসিগী মতুংদা রোকী কদায়দা লৈপ্লে হায়না থীরমই। রোকী মাংগোলগী অঈংবা অমদা শাংদ্রোং শাংনা তাদুনা লৈরমই। তোত্তো-চাননা মচিন্না করিসু হায়রমদে। মহাক্না লাইরিক খাওদগী প্রোগ্রেস রিপোর্ট লৌথোক্লমই। মাগী অহানবা লাইরিক ফবগী চেনি। মদু হাংদোক্লুনা রোকীগী মনাতোন ময়াদা ফজনা উনবা হাংদোক্লমই।

''য়েংউ!'' মহাক্না নাপলগা লোয়ননা হায়রমই। লাইরিক ফবগী চেদা অমদনা 'এ' অমদনা 'বি'। লোয়ননা অতোপ্পা খুদমসু য়াওরমই। মতম অদুদদি তোত্তো-চান মসি খঙলমদে 'এ' না 'বি' দগী হেন্না ফৈ নৎত্রগা 'বি' না 'এ' দগী। মহাক্না খঙদ্রিবসিদি বোকীগীদমক্তদি অমুক্তা হেন্না লুবা পোৎনি। অদুনা মশাগী লাইরিক ফবগী চে-দু খ্বাইদগী হান্না রোকীদমক উৎপা পান্নমই। রোকী উরগা

য়াম্না হরাওগনি হায়না মহাক্না থাজরমই। রোকীনা মমাঙদা হাংদোক্লিবা চে অদু মনম নন্নমই। অদুগা মহাক্না তোম্ভো-চানলোমদা য়েংলমই।

"য়ারেদনা?" তোম্ভো-চাননা হায়রমই, "অরু-অরুবা ব্রাহৈ কোকথোঙ অমা য়াওরিবনি, মসিদা, মসি লোইনা করম্না পাবা ঙমগনি নঙনা?"

রোকীনা মঙকশম অদু খজিক লৈথোক্লমই, মহাক্না লাইব্রিক ফবগী চে অদু অমুক হন্না য়েংবদৌনা তৌরমই। মসিগী মতুংদা মহাক্না তোম্ভো-চানগী মখূৎ লেক্লমই।

"য়ারেদনা " তোম্ভো-চাননা পেন্না হায়রকই, "হৌজিক মসি ঐহাক ইমাদা উৎলুরগে।"

তোম্ভো-চান চৎপ্রবা মতুংদা রোকী অতোপ্পা অঈংবা মফম থিবা হৌগৎলমই। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা মহাক তপ্পা-তপ্পা কুনখিরমই। অদুগা মমিৎ উইশিনখিরমই। মতম অদুদা মাবু উবা সুপ্নগী তোম্ভো-চানদা নত্তনা অতোপ্পা বী ওইরবসু মসি হায়গনি - মানা উইশিনখিরিবা মমিৎ অসিগী মওং অসিনা তোম্ভো-চানগী লাইব্রিক ফবগী চেগী মরমদা খল্লি হায়বগুন্নমই।

# কালেন ছুটি

ঙরাংদগী মকে শেন্নি। অঙাং ময়াম নুমিদাংব্রাইরম ফাওবদা মশা মশাগী কম্পোর অমদি মফিগা লোয়ননা থোরক্কদবনি। মসি ইরমই, হেড মাস্টরনা থারকপা পাউদা, মদু তোম্ভো-চান মমাদা উৎনবা পুরক্লমই। মথং নুমিত্তগী কালেন ছুটি থাগদৌরমই।

"কৈনো, করি তৌগদবনো?" তোম্ভো-চাননা হংলমই।

মমাসু মসিমক খল্লমই অদুবু পাউখুম ওইনা হায়রমই, "মসি হায়বা ওইরিরোইদ্রা, নখোয় অঙাং পূম্নমক মফম অমদা ডম্বুর খল্লগা তূম্বা চাগদবা? ডম্বুরদা তুম্নবদি অহিংদা থা - থব্রানমিচাকসু উবা ফংগনি।

কদাইদা তৌগদৌরিনো খঙদে। ভারাগী ব্রাফমদি ইরক্কে। হায়বদি স্কুলগী নাক-য়েৎতা তৌরগনি।"

নুমিদাং অদু তূম্বা মতমদা তোত্তো-চান যুগ কয়া তূম্বগা পাংখক ওইরমই। কোয়বা চৎপগী ব্রা মহাক কিসূ কীরমই, অদুগা হরাওসু হরাওরমই। মাদি কন্না চোংলমই।

নোং হেক ঙানবগা মহাক্না পোৎ য়োম্বা হৌরমই। অদুগা নুমিদাংদা থৌরাং তৌরম্বা সুটকেসতা কম্পোর হাপ্লগা ময়ামদগী চৎনবা বিদায় লৌরবদা, মহাক্কী পীক্লবা থমোয় মীপাইরমই।

অঙাং পূম্নমক স্কুলদা লাক্লবদা হেড মাস্টরনা হায়রমই। "নখোয় পূম্নমক শঙলেনদা চৎলো।" অঙাং ময়াম্না মফম অদু য়ৌরবদা হেড মাস্টরনা মখূত্তা করিগুম্বা খরা পায়রদুনা অব্রাংবদা কাখৎলমই। মাগী মখূৎতা শংবানবা মচুগী ডম্বুর অমা পায়রমই।

"ঐহাক নখোয় ময়ামদা ডম্বুর খনবা তম্বীগে" মহাক্না মদু পুল্লিবা কিশি থোক্তুনা হায়রমই "পূক্লিং চঙলো য়েংঙউ নখোয় পূম্নমক"

স্বর মচেৎ হোন্দুনা, খৌদেন্নদুনা মহাক মতোমতা থৌরীশিংদু তিংথোক্লমই, উচুক য়ুংলমই, অদুগা অঙাং ময়াম্না 'জেক রোবিন্সন' হায়দ্রিঙৈদা ফজরবা ডম্বুর খনখিরমই।

"অদু ওইরবদি লাক্লো" হেড মাস্টরনা হায়রকই, "হৌজিক শঙলেন পূম্নমক অসিদা নখোয় ডম্বুর তিংও, অদুগা কেপিং তৌরো।"

মমানা খনবা অদুগুম্না অতোপ্পশিংসু খল্লমগনি ডম্বুর মপান্দা অহাংবা লমহাংদা তিংলরগনি। অদুবু হেড মাস্টরগী ব্রাখললোনদি অতোপ্পনি। নোংজু অমসুং অঈংবা অনীদগী মখোয় কনবা ঙমগনি।

"ঐখোয় কেপিং তৌরি" অমগী খোল্লাও মরক্তা অঙাং ময়াম মচি-মচি চায়থোক্লমই। ওঝাগী মতেংদগী দরকার লৈবদগী হেন্না ডম্বুর খনখিরমই। ডম্বুর খূদিংদা অঙাং অহুম-অহুম তূম্বা য়ারমই। তোত্তো-চান থুনমক মফি হোংদোক্লমই। ঙহাক্কী মনুংদা অঙাং পূম্নমক ডম্বুর অমমমদা ক্রিক ক্রিক ইম্নরমই।

অঙাং মযাম্না মফি মরোল হোংদোক্লবদা হেড মাস্টব ডম্বুবনা কোইরিবা মযায়দা অঙাং মযাম্ননা উবা ফংনবা ফম্নমই। অদুদগী মহাক্লা লম-মীরৈবাক কোয়বগী ব্রারী লীরমই।

অঙাং খরদি মপালদা মকোক থিন্দোক্লদুনা ডম্বুরদা চঙলদুনা চেপ্না হিপ্নমই, খরনা খজিক হাইদোক্লমই অদুগা খরগী মকোক খরা অচৌবগী মতম্বাক্তা ঙারমই। ময়াম পূম্না পূক্লিং চংনা মখোয়না অমুক্তসু উদ্রিবা দেশশিংগী কোইবগী ব্রারী তারমই। অতৈদি অতৈ ওইরদনা অঙাংশিংনা মাগী ব্রা তানিঙনা তারমই। মীরৈবাক্কী অঙাংশিংগী ব্রা তারগা সমুদ্র তরেৎ ব্রাংমদা লৈবা অঙাংশিংবু মরুপ মপীজা ওইনা খল্লমই।

শঙলেনদা ডম্বুর খন্দুনা ডম্বুরগী অসিগুম্বা অচম্বা থৌদোক অঙাংশিংগীদমক্তদি য়াম্না মরু ওইনা অমদি হরাও তয়াম্বনা থল্লবা অনুভব অমা ওইরবসু মদু মখোয়গীদমক্তা কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙমলোইদবা অমনি। অঙাংশিংবু করম্না হরাওনা থমগদগে হায়বসি হেড মাস্টর মুম্না খঙলমই।

হেড মাস্টরনা ব্রা ঙাঙবা লোয়রবা মতুংদা শঙলেনগী মৈ মুথৎলমই অদুগা অঙাংশিং মাগী ডম্বুরদা চঙখিবমই। অমদি অমদা নোক খেবগী মখোলনা থল্লমই অদুগা মফম অমদনা শুরু-শরাগী মখোল। মফম অমদনা থেংগাই-খোগাইনবগী মখোল পীক্লা পীক্লা অদুবু তপ্না-তপ্না মায়কৈ মরিদা অঙ্গংবনা লোই চনখিরমই।

অসুম্না থা-থব্রানমিচাক থোক্তনা লৈবা অদুবু অঙাংশিংগী নুংঙাইবা হরাওবগী মপান নাইরমদে। মখোয়গীদমক্তদি শঙলেন অসিনা কেম্পিংগী গ্রাউন্দনি অদুগা নিংশিংবনা অহিং অদুগী থাগী থাবল অমসুং থব্রানমিচাকশিংগী মঙাল মতম চুপ্পগীদমক ইনোৎ পীরমই।

# অঙকপনা থল্লবা অনুভব

শঙলেনদা কেম্প তৌরবগী নুমিৎ নীনি মতুংদা তোত্তো-চানগীদমক্তা য়াম্না থৌনা ফুদোকপগী নুমিৎ অমা লাক্লমই। নুমিৎ অসি মহাক য়াসুকী-চানগা উন্নগদৌবনি, মসিদি অরোনবনি। তোত্তো-চানগী মমা মপাসু খঙদে অদুগা য়াসুকী-চানমক্লসু। মহাক্লা য়াসুকী-চানবু উদা কাহনগে হায়না বার্ত্তন তৌরমই।

তোমোএগী অঙাং খূদিংমক উকোলগী উ অমমমবু মশাগী কাবা শান্নবা উ ওইনা থন্নমই। তোত্তো-চানগী উদি লম্পাক মপালদা কুহোত্তুসু চৎপা লম্বী মপালনি। মাগী উপাল অদু চাউরমই। কাখৎলুবদা খোং শিৎ-শিৎ নাম্থরমই। অদুবু নীংথিনা কাবগা লৈমাইদগী ফুট তরুক ব্রাংবদা কাচিকারোং ফাওবা কারমই। হোরীবাদোংগুম্বা নোম্বদা য়াম্না নুংঙাইবা ফংবা মশা অমনি। তোত্তো-চান অয়াম্বা মতমদা চাক চাবগী অহাংবা মতমদা স্কুলগী মতুংদা উ মদু কারমই। মশা অদুদগী থাপ্না মমাঙদা অতিয়া মথক্তা নৎত্রগা মখাদা লম্বীদা মীশিংবু য়েংলমই।

অঙাংশিংনা মশা-মশাগী উ অদু মশাগী সম্পত্তি ওইনা লৌরমই। কনাগী অতোপ্পা উ অমদা কাবা তারবদি মহাক্লা হান্না মশাদা "ঙাকপীয়ু,নঙগী উ অসি ঐনা কাবা য়াগদরা?" হংবা তারমই।

য়াসুকী-চান পোলিওনা নাবা মীশক অমনি। মরম অসিনা মহাক উ অমদা কাবসু ঙমদে অদুগা মশাগী 'উ'সম্পত্তিসু থন্নমদে। মরম অসিদগী তোত্তো-চাননা মাবু মাগী উদা কানবা বার্ত্তন তৌরমই। অদুবু ব্রাফম অসি মহাক্লা কনামত্তদা হায়দোক্লমদে, করিনা মথক খোংবনা তারবদি শোয়দনা চৈবীগনি খল্লমই।

ময়ূমদগী খোরকপা মতমদা তোত্তো-চাননা মমাদা য়াসুকী-চানগী ময়ূম ডেনেনচোফু দা চৎলিবনি হায়রমই। মহাক মীনম্বা ঙাঙবা

মরম্মা মমাগী মমিত্তা য়েংলমদে। মাগী মমিৎ খোংউপকী ফারিবা মরিদা মীৎয়েং থন্নমই। রোকী মহাক্কী মতুংদা ইম্নরদুনা স্টেসন ফাওবা লাক্লমই। তোত্তো-চান মঙোন্দা অশেংবা তাক্লমদনা লৈবা ঙন্নমদে।

"ঐহাক য়াসুকী-চানবু ইশাগী 'উ' দা কাহনগদৌরি।" মহাক্না হায়রকই।

তোত্তো-চান স্কুল য়ৌবদদি রেল পাস মাগী মঙকশমদা নুংশিৎনা হাইরমই। য়াসুকী-চানগা মহাক্না লম্পাক্কী ফৈদোম ফৈদোম নাইবা মদুগী মনাক্তা উম্নরমই। কালেন ছুটিনা মরম ওইদুনা পুমচিক চিকলমই। য়াসুকী-চান মঙোন্দগী চহী অমত্তমক হল্লমই। অদুবু তোত্তো-চান-নদি মঙোন্দগী য়াম্না হনবোই নিংলমই।

য়াসুকী-চানদা তোত্তো-চানবু উবমক্তুদা মহাক মখোঙ শ্রো-শ্রো মাগী মনাক তাম্না লাক্লমই। মখূৎ অদো থাংলিবা মখোঙগা চাননবা হোৎনবদা মখূৎ অনী অদো ফন্দোক্লমই। তোত্তো-চান নিংদোল চোংলমই। মখোয় অনী ঙসি অসিগুম্বা অরোনবা থবক অমা তৌগদৌরমই। মদু কনামত্তা খঙদে। নিংদোল চোংবদুদা মহাক হি-হি নোক্লমই। য়াসুকী-চানসু নোক্লমই।

তোত্তো-চাননা য়াসুকী-চানবু মশাগী উ-পাম্বীরোমদা পুরমই। অদুগী মতুংদা নুমিদাং লেপ্পখিবা মতুংইন্না মহাক থুনা চৌকিদারগী য়ুমথকলোমদা চেনখিরমই। মফম অদুদগী মহাক্না শ্রো-শ্রো চিংদুনা কৈরাক অমা পুরক্লমই, কৈরাক অদু উ-দা থারে। কাচিকারোং য়ৌনবা থারমই। মহাক থুনমক মথক্তা কাখরে। অদুগা কৈরাক্কী মতোন অদু কন্না পায়রে। অদুদগী মহাক্না মাবু কৌরমই। "য়ারে, হৌজিক কাখৎলক্কবা হোৎনরো"।

য়াসুকী-চানগী মখোঙ মখূৎ অদো অসুক্কী মতীক শোল্লমই। মঙোন্দা ইনখৎত্রবদি অহানবা থাক ফাওবা কাবা ঙম্বগী ব্রা লৈরমদে। অদুদগীদি তোত্তো-চান মখাদা কূমথরক্লে। অদুগা য়াসুকী-চানগী মনঙ্গন পায়রগা ইনখৎলম্মী। তোত্তো-চান পিকসু পিকপা অদুগা

শরূসু লীদবা অসিদগী করি হেন্না মতেং পীগনি। য়াসূকী-চান মখোঙ অদু কৈরাক্তগী থাংথরে অদুগা নিংবা কায়রদুনা মকোক নোম্থরদুনা লেপ্তুনা লৈরমই। তোত্তো-চান অহানবা ওইনা খল্লে থবক অসি অরাইবা নত্তে; মহাক্না তৌগে হায়না খল্লুরিবা । হৌজিক মহাক করি তৌগনি।



য়াসূকী-চাননা মহাক্কী উ-দা কাবা হায়বসি মহাক্কী থমোয়না পামজবনি। য়াসূকী-চানগী মপূক্লিংদসু মদুগী থৌনা লৈরমই। তোত্তো-চান মাগী মনাক্তা চৎলে। মহাক্কী মায়থোং অসুক্কী মতিক লাংশিল্লমই। মাবু নোকহল্লবা তোত্তো-চান মচিন পৈথোক্তুনা মখল মখাগী শকলোন পুথোক্লকই।

"ঙাইখো, ব্রা অমা খঙলে"

অমুক মহাক চৌকিদারগী য়ুমথক তান্না চেল্লমই অদুগা পোৎ খূদিংমক মখাদা ওন্দুনা য়েংলমই। মমৈথংদা মখোঙ অহুম পানবা কৈরাক অমা ফংলে। মদু অমুক পায়নদ্রবসু য়াননি খল্লমই।

মখোঙ অহুম পানবা কৈরাক অদু চিংদুনা পুরকপদা মশাগী মপাঙ্গলদা মতোমতা ঙকচরমই। মখোঙ অহুমগী কৈরাক মথক্কী কাচি কারোংদা য়ৌরে।

"য়েংউ, হৌজিক কিরুরগনু" মহাক্না মচে অমগী খোনফমদা হায়রমই, "মসিদি খোক-খোক নোম্নরোই।"

য়াসুকী-চাননা মীপাইরদুনা মখোঙ অহুম পানবা কৈরাক্তা য়েংলমই। অদুদগী মহাক হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলবা তোত্তো-চানলোমদা য়েংলমই। য়াসুকী-চানসু হুমাং য়াম্না তারমই। মহাক্না উরোমদা অমুক য়েংলমই অদুগা চপ মুংনা মখোঙদু কৈরাক্কুগী অহানবা থাক্তা থারমই।

য়াসুকী-চানবু মথক য়ৌনবা য়ৌনবা হোৎনবদা কয়াম চঙশ্রবনো হায়বা মখোয় খঙলমদে। নুমিৎকী মৈশা মখোয়দা ফাওরক্লমই, তৌইশুম্বসুং মখোয় অনীগী পূক্লিংদি য়াসুকী-চানবু মথক য়ৌহনবা হোৎনবদা চঙলমই। তোত্তো-চান মখাদগী মাগী মখোঙ অমমম কৈরাক্তা থম্লবদা মতেং পাংলমই। মকোকনসু মতুংদগী লেংদনবা হোৎনরমই। য়াসুকী-চান মপাঙ্গল অরৈবা ফুদোক্কুনা থেংনরমই অমসুং মমৈথংদা মহাক মথক য়ৌখিরমই।

"শবাস !"

অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা তৌরুবা পূম্নমক অরেম্বা ওইনা খল্লমই। তোত্তো-চান কৈরাক্কুগী কাচি কারোং তাম্না চোংদুনা য়ৌখরে, তৌইশুম্বসুং য়াসুকী-চানদি উদা মখোঙ নেৎনবা হোৎনবদা অরেম্বা তারমই। য়াসুকী-চাননা কৈরাক পায়রদুনা তোত্তো-চানলোমদা য়েংদুনা লৈরমই। তোত্তো-চান কপনিংবা হেক য়ৌরমই। মহাক্না পাম্বদি য়াসুকী-চানবু মাগী উ-দা কাহল্লগা অনৌ-অনৌবা পোৎ য়েংহনগে অসিনি অদুবু মহাক কপ্লমদে। মহাক্না কপ্লগা য়াসুকী-চানসু কপ্লক্তদরা হায়না মহাক কিরমই। মহাক্না য়াসুকী-চানগী পোলিওনা নাবা খূৎশা

মক্রুক-মক্রুক লাউবা মখূৎ অদো পায়রমই। মখূৎ অদু মশাগী মখুত্তগী চাউবা হেল্লমই। খূৎশাশিং অদুসু তশাং-তশাংলমই। ফনা কূইনা মখূৎ অদু পায়রমই। মহাক্লা হায়রমই, ‘‘নহাক হিপথৌ, ঐহাক নঙবু উদা চিংখৎনবা হোৎনগে।’’

মতম অদুদা কাচি-কারোংদা লেপ্লদুনা তোত্তো-চাননা মরম ওইদুনা য়াসুকী-চানবু উথক্তা চিংখৎনবা তৌরিবসি কনাগুম্বা অহল অমনা উরবদি শোইদনা মথবাক য়ৈনা লাউগদবনি। উরিবশিং অদুনা খুদোং থীবা থোক্লগনি হায়না খনগনি। অদুবু য়াসুকী-চানদি তোত্তো-চানবু চেৎনা থাজরমই। মাগী নৌরবা মখূৎ অদুনা মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা য়াসুকী-চানবু চিংখৎলমই। নোং মতুমনা অসুম-অসুম মখোয় অনীবু অকনবা নুংশা খল্লমই।

য়াম্না কন্না হোৎনরবা মতুংদা মমাঙগী উথক্তা মখোয় অনী য়ৌরে। হুমাংনা চোৎলবা মশমবু মমায়দগী হাইদোক্লদুনা তোত্তো-চাননা ইকাইখুম্নমা নোঙ্থরদুনা হায়রমই, ‘‘ঐগী উপালদা নহাকপু ওকচরি’’ য়াসুকী-চান উশাগী মতেংনা লেপ্লমই। খজিক ইকাইরপ্লা মোমোন নোক্লমই। মহাক্লা হংলমই।

‘‘নহাক কানশিল্লকপা য়ারব্রা?’’

নুমিৎ অদুদা য়াসুকী-চাননা দুনিয়াগী অনৌবা মঙাল অমা উরমই। মসি মহাক্লা কৈদৌঙৈদসু উরমদরি। ‘‘অসি ওইরে উদা কাবা হায়বদো’’ য়াসুকী-চাননা হরাওদুনা হায়রমই।

মখোয় য়াম্না কীদুনসু, উথক্তা ফম্লদুনা নাক-য়েৎ য়েংলদুনা ব্রারেম ঙাঙদুনা লৈরমই।

‘‘ঐগী ইচে আমেরিকাদা লৈ।’’ মহাক্লা হায়রমই, ‘‘মফম অদুদা পোৎ অমা লৈ, টেলিফোন’’ য়াসুকী-চান আশা অমদা তাওদুনা লৈরমই। ‘‘মহাক্লা হায়, মহাক্লা জাপানদা লাক্লবদি মখোয় য়ূমদা ফম্না-ফম্না ‘‘সুমো’’ কুস্তী (মুক্লা) য়েংবা য়াগনি। মহাক্লা হায় টেলিভিজনগী উপুগুম্বা অমনি’’

তোত্তো-চান মতম অসিদা য়াসূকী-চানগীদমক্তা মসি খঙবা ঙন্নমদে, খজিক থাপ্না ফাওবা চৎপা ঙমদবা, য়ূমদা কম্না পোৎশিং উবগী করি অর্থ ওইরিবা।

মহাক্না মসি খল্লমই। সুমো পহলৱান য়ূমদা লৈবা উপু অদুদা করম্না চনলমগনি। মখোয়গী ফিভম চাউই। অদুবু ৱাদি শুক্নৎনিঙাইনি। মতম অদুদা টেলিভিজনগী মরমদা কনামত্তা খঙলমদে। ইহান হান্না য়াসূকী-চাননা তোত্তো-চানদা মসিগী মরমদা হায়রমই। উপাল মখোয় অনীগীদমক্তা ঈশৈগী পাংখক ওইখরে। মখোয় অনী য়াম্না হরাওরমই। য়াসূকী-চানগীদমক্তা উদা কাবা মসিনা অহানবা অমসুং অরোইবা তাঙ্খানি।

## থৌনা ফবগী চাংয়েং

"করিনো মদু অকিবগী মশক ওইবা, মনম নমথিবা অদুগা মহাওদি লৈবা?"

অঙাংশিংনা পাওখোং অসি অসুক্কী মতিক পামজরমই। পাউখুম খঙলবসু তোত্তো-চান অমসুং মাগী মরূপ মপীজা মখোয় মশেল পাওখোং অসি চন্নবদা পেনবা নাইরমদে।

"করিনো অকিবদো, মনমসু নমথিবা পাওখোং ঐঙোন্দা চন্নুনে।"

"ফোঙউ হায়রগনা মসিনিমা অমাংশঙদা লৈবা অথুম্বা তল চাবা ভূতনিদনা।"

অসুম্না তোমোএদা মরিন চাংয়েং তৌবগীসু পাওখোং নুংঙাইবা অমা ওইরমই। "করিনিনা" অকিবগী মশক ওইবা অদুগা লোয়ননা ময়ামবু নোকহনবা "

অহিং অদুদা শঙজাওদা কেম্প হৌবা, ডম্বুর খনবা, অহিং

অদুদা হেড মাস্টরনা লাউথোক্লমই। "ঐখোয় অহিং অমা কুহোত্মুত্সুগী মন্দির চৎলগা থৌনা লৈবগী চাংয়েং তৌগনি। ভুত শানিংবশিং খূৎ থাঙৎলু।"

অঙাং তরেৎ ভুত শাগে হায়না চোংথোরক্লে। নুমিদাংব্রাইদুদা অঙাংশিং স্কুলদা য়ৌরকপা হায়না লেপ্পরমই। ভুত শাগদবনা মশা-মশানা শায়বা ভুতকী ফিজোল পুরক্লমই। শেম শারদুনা মখোয় কুহোত্মুতসুগী উপালদা লোৎখিরমই।

"ঐখোয়না নখোয়বু নমা মে-মে খোংবা মখৈ কিহনগনি" মখোয়না চৎনা-চৎনা হায়রমই।

লেমহৌরিবা অঙাং কুদ্মামুক কাংলুপ মঙা-মঙা থোক্লা খাইদোক্লমই। গুহাকী মতুংদা মখোয় কুহোত্মুতসুলোমদা চৎখ্রে। মখোয় মন্দিরগী অকোইবা অদুদগী মোংফমগী মায়কৈ মরি কোয়রবা মতুংদা স্কুল য়ৌরক্লদবনি।

হেড মাস্টরনা হায়া তাকখিরমই, থৌনা লৈবগী চাংয়েং দরকার লৈ। কনাগুম্বা অঙাংনা লম্বী য়ৌরমদনা হয়রক্লবসু করিসু কাইদে।

তোত্তো-চান মমাদগী টৌর্চ পুরক্লমই।

"মোং হাগনু" মমানা পীবা মতমদা হায়রমই।

অঙাং খরনা মখোয়না ভুত শাগনি হায়রমই। মরম অসিনা কুরাক ফানবা লাং পুরক্লমই। খরনা অমুক মখোয়না ভুত পুন্দুনা থমগনি হায়রমই। মরম অসিনা মখোয় থৌরী পুরক্লমই।

হেড মাস্টরনা অঙাংশিংদা ব্রা পুন্নমক হায়বা লোইবগা অমদি অঙাংশিংগী কাংলুপ-কাংলুপ শেম্বা লোইরবদা মমশিল্লক্লমই। অঙাং ময়াম ব্রা- ব্রা লাউদুনা স্কুলগী থোঙগাল লাম্থোরক্লমই। মমৈদা তোত্তো-চানগী খূৎপু থোরকপগী মতম য়ৌরকই।

হেড মাস্টরনা হায়রমই, "কুহোত্মুতসু য়ৌদ্রিঙৈদা নখোয় ভুত অমত্তা থেংনরোই। অদুবু অঙাংশিং ব্রাফম অদুদা থাজবা ব্রাৎলমই। মখোয় কিথি-কিরুম মন্দিরগী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে। থোঙঙাকপগী

মতৌগুম্না মচি-মচিদা লাই মুর্তিশিং লৈরমই। থাবল ফরবসু মন্দিরগী মফম য়াম্না মন্নমই। নুংথিলদদি মফম অসি অঙাংশিংদা থোইদোকনা কিবা লৈরমদে। অদুবু নুংদাংদদি মরুওইনা মফম অমদগী করিগুম্বা ভূত অমা থোরক্কদবা মানবা অদুগা মফম অসি কিনিংঙাই ওইরমই। উগী মরক্তা নুংশিৎনা শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউরমই। কনাগুম্বা অঙাংনা "উই ই-ইমা!" হায়না লাউরমই। কনাগুম্বা অমগী মখোঙদা মোন-মোন লাউবা পোৎ অমনা থেংলমই। অদুগা মহাক্না "ভূত লাক্লে" হায়না লাউরমই। অসুক য়াম্না কীরমই মদুদি মরুপ অমনা মরুপ অমগী মখূৎ পায়রদুনা চৎলমই। মহাকসু ভূত লৈবগী চিংনবা কোক্লমই। তোত্তো-চানদি করিগুম্বা ফিভম অমদসু মহাক মোংফমলোমদা চৎলোই হায়না লেপ্লমই। মরমদি মফম অদুদা ভূত থোকপগী চিংনবা লৈরমই।

অদুগা অমুক ব্রাফম অমনা থৌনা ফবগী চাংয়েং করম্না তৌই হায়বদুসু মহাক খঙলে। মহাক্না হৌজিক হনখিবসু য়াই হায়না খল্লমই। মাগী খূৎপুগী অতোপ্পা অঙাংশিংসু হৌজিক পল্লেপফম অসিদা য়ৌখিরমই। অসিগুম্বা পল্লেপফমসিদা লেপলিবসি মহাক মথন্তা নত্তে মহাক্না মপুক ফাথনা খল্লমই। মখোয় পূম্নমক অদুক্কী মতিক থুনা মখোঙনা চেনবা ঙম্বা অদুদা চেল্লমই।

স্কুলদা হল্লকপদা মখোয়দগী হাম্না থোকখিবা খূৎপুশিংসু লৈরম্বা থেংনরে। মোংফম ফাওবা য়ৌব অঙাং অমত্তগী থৌনা লৈরমদে।

মতম অদুমক্তদা মকোক্তা অঙৌবা ফি অমা কুপ্লদুনা অঙাং অমা ওঝাগা লোয়ননা থোঙদা চঙলক্লমই। মহাক অসি ভূত শাদুনা মোংফমদা লোত্তুনা অঙাংশিং ঙাইরিবা মখোয়শিংগী মনুংদগী অমনি। মফম অদু ফাওবদি কনামত্তা য়ৌবা ঙন্নমদে। তপ্পা-তপ্পা মহাক মশামক কীজরক্লমই। মহাক কীমনবদগী কপ্পা চেনলক্লমই। লম্বীদা ঙাইরিবা ওঝানা মহাকপু পুবিরক্লমই। অঙাংময়াম্না মাবু কপ্পা তোক্লবা থেম্ন রিঙৈ মরক অসিদা ভূত অকপ্পা অমগা নুপামচা অকপ্পা অমগা লোয়ননা হল্লকমিন্নরমই। হায়রিবা ভূতসি থোংগান্দা কনাগুম্বা অমা

তুম্বক তাশিন্দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। চেল্লকপগী মখোল তাবদগী লাক্লিবা অদুনা কিহম্নবা ওইনা থোকপনা মখোয় অনী থেংজিন্নরে। নামনখিবনে, কীমনখিবনে মখোয় অনী মখূৎ পায়নরদুনা তুং হন্না চেনলক্লমই। অঙাং ময়াম মখোয়গী ব্রারীদু তাবদা অসুক্কী মতিক নোকনিংলমই। মখোয় পাখৎলমই অদুগা লোয়ননা নোকসু নোক্লমই। কপলিবা ভুতশিংগী ফিভম অঙকপনি অমুকসু নোক্লমই, অদুগা অমুকসু কপ্লমই। ঙাইহাক লৈরগা তোত্তো-চানগা তম্মিন্নবা মিগিতা হল্লক্লমই। মাগী মমায়দা খবর চেগী মাইখুম উপ্লমই। মহাক্কী মনাক্তা য়ৌরক্লিবা করিগীনো মখোই থিৎপমখে শাউরমই।

‘‘ঐহাক ফনা কুইনা ঙাইদুনা লৈরে’’ মহাক্না মখূৎ অমসুং মখোঙ হোৎলদুনা ব্রাকৎলমই। কাঙসু মশীং খঙদনা চিক্লমই।

‘‘এ! য়েংউনে ভুতপুসু কাঙনা চিকপমানে।’’ কনা অমনা হায়রকই। পূন্না অমুক্তং ওইনা ফাক-ফাক নোক্লমই।

‘‘হৌজিক ঐহাক লৈহৌরিবা ভুতশিংদুসু পুরক্লগে’’ ক্লাস মঙাশুবগী ওঝা মারুয়ামা চৎনা চৎনা হায়রকই। মহাক্না অব্রাবা নঙলবা ভুত অমা লম্বীগী মৈঙালদা উরমই। খরা অমগী মরুমদনা মখোয় কিমনখিবনা ময়ূমদা চেনপ্লে হায়বা খঙলে। মহাক্না মখোয় পূম্নমক খোমজিল্লগা স্কুলদা পুরক্লমই।

অহিং অদুগী মতুংদা তোমোএগী অঙাংশিং ভুত-কা কিখিদরে। মরমদি মখোয়না ভুত মশামক কীবা উরমই।

# ওরাইফম কা

তোত্তো-চানগী খোংথাং চিং-লেন্নমই। বোকীসু য়াম্না চিংলেম্না চৎলমই। মরক মরক্তা তোত্তো-চানলোমদা মমিৎনা য়েংলমই। মসিগী অর্থ অমা লৈ, মখোয় অনী মপাগী ওরাইফম কারোমদা চৎলি হায়বা তাকপনি। অদু নৎত্রবদি অতৈ মতমদা তোত্তো-চান হেক য়ারিবমখৈ চেন্না চেন্না চৎলমই নৎত্রগা চৎনা চৎনা নাক-য়েৎ য়েংদুনা চৎলমই। নৎত্রগা মীগী ইংখোলগী লৌরী লৌতোংগী মরক্তা ফাওনা চৎলমই।

মপাবুংগী ওরাইফম কা মরুমদগী চাউরাক্লা মিনিট মঙারোমগী লম থাপ্লমই। মহাক ওর্কেস্ট্রাগী লুচিংবনি। মসিনা তাকপদি মহাক ভায়োলিন খোংলমই।

ব্রাফম অসিগীদমক্তা তোত্তো-চান কয়ারক হন্না ঙক্লমই। ঈশৈগী থৌরম লোইরকপদা হেন্না ঙক্লমই। ঈশৈগী থৌরম লোইরকপদা মীয়াম্না খুবাক খুবদা হালেংদ্রবদা হুমাং তোপ-তোপ তারবা ঈশৈগী অরাংপুরেম্না তারিবশিংলোমদা ওনশিন্দুনা মাগী অব্রাংবা মফমদগী কূমথরদুনা লাক্লগা ডেডিগা মখূৎ শোক্লরমই। মতম অদুদা মাগী অতোপ্পা মরুপ হৌগত্তুনা লেপ্লমই।

“পাবুংগা করিগী মখূৎ শোক্লরিবনো”? তোত্তো-চাননা অহানবদা শুরু-শুরু তৌদুনা মমাদা হংলমই।

থৌরাং পুরেম্না মশাগী মরুপ ময়ামবু নীংথিজনা ঈশৈ খোংবগীদমক্তা থাগৎলমই। মপাবুংবু মখোয় ময়ামগী লুচিংবনি খ-দুনা ধন্যবাদ তৌবনি। মমানা তাকপিরমই।

তোত্তো-চাননা ওরাইফম কা অসি মরম অসিগীদমক্তা পান্নমই। মরমদি কা অসি স্কুলদগী তোঙাল্লমই। স্কুলদগী অয়াম্বনা অঙাং ঙাক্তা লৈ। অদুগা মফম অসিদনা মথক থোংবা ঙাক্তা মখোয়দি মথল মথল যন্ত্র খোংই। অদুগা রোজেনস্টোক্কী জাপানী মরোলসু য়াম্না অঙকপনি।

জোজফ রোজেনস্টোক ইউরোপকী ময়াম্না মশক খঙনরবা

ওক্রেস্ট্রাগী লমজিং পুরেলনি। মসি ডেভিনা হায়রমই। অদুবু হিটলর কৌবা ইউরোপকী মীওই অমনা মথক মখা ওনলকপদগী মহাক মফম অদুদগী থোরক্কুনা জাপানদা লাক্কুনা লৈখিরমই। মহাক মশাগী ঈশেগী থবক মখাতানা চত্থনিংলমই। পাবুংনা রোজেনস্টোকপু য়াম্না ইকাইখুম্নরমই। তোত্তো-চান মতম অদুদা বিশ্ব বিদ্যালয়শিংগী মরমদা খঙলমদ্রি। হিটলরনা মতম অদুদা জ্যুরশিংবু ওৎ-নৈবা হৌখিরমই। অদু তৌরমদ্রবদি শ্রী রোজেনস্টোক কৈদৌঙৈদসু জাপানদা লাক্লম্লোই। অদুগা মতম অদুদা কোম্পাক থামাদনা হৌদোকপা ওর্কেস্ট্রা টীম কৈদৌঙৈদসু মতম খরদা য়াম্না চাউখৎলোইদবনি, ঙসি অন্তরজাতিগী থাক্তা ফাওরিবা লমজিং পুরেলগা লোয়ননা ঙসি অসুম্না তৌবা ঙম্লিবা। রোজেনস্টোকনা মশাগী টীমগী থাক অসি ইউরোপকী করিগুম্বা বাদ্য বৃন্দগী অহানবা থাক্তা থম্নবগী আশা তৌরমই। মরম অসিননি অভ্যাস খূদিংমক্কী মতুংদা রোজেনস্টোক চৎলম্লিবনি।

"ঐহাক কয়াম হোৎনৈ অদুবু ময়ামদা করিসু মমি তারমদে।"

হাইদোসাইতো খ্বাইদগী ফজনা জর্মন ঙাঙলম্মী। মহাক মৈলো খোঙবনি। রোজেনস্টোকনা পোত্থাবা মতমদা ডিরেক্সন পীরমই। মহাক্তনা পূম্নমক্কী  মায়কৈদগী পাউখুম পীরমই, "ঐখোয় ইশানা ঙম্বা হোৎনজরি। অদুগা ঐখোয়গী টেকনিক হৌজিক মপাঙ্গল কনদ্রি। ঐনা অদোমবু থাজহল্লিবসিনি মতাং অসিদা ঐখোয় খঙনা উনা অশোইবা থবক তৌবা নত্তে"।

ফিভম লুই হায়বা তোত্তো-চান খঙবা ঙম্নমদে অদুবু অয়াম্বা মতমদা শ্রী রোজেনস্টোক্কী মায়থোং ঙাঙবসি মহাক্না উরমই। মাগী মকোক্তগী মনিল থোরকপগুম্নমই। অসিগুম্বা মতাংদা মহাক জর্মন লোনদা লাউরমই। মতম অদুদা তোত্তো-চান থোঙনাওদগী মশাগী লৈফম থাদোক্লমই। অদুগা মহাক খদাংদা মখূৎ শৌরদুনা ঈশে তারমই। রোকীগা লোয়ননা মফম অদুদগী থোরক্কুনা মফম অমা থিরমই অদুগা অমুক ঈশে হৌবা ঙাইরমই।

তোত্তো-চান

অদুগা অয়াম্বদা শ্রী রোজেনস্টোক নিংথিনা উনা খোৎনরমই। তোত্তো-চান মাগী জাপানী মরোল য়াম্না তাবা নুংঙাইরমই।

য়াম্না ফরে কুরোয়াগী সান" মহাক য়াম্না খোংবা হৈরগসু মহাক অঙকপা উচ্চারোন তৌরমই। নৎত্রগা হায়রমই "অঙকপনি"।



তোত্তো-চান করিগুম্বদসু ওরাইরিঙৈ মতমদা মনুংদা চঙলুরমদে। থোঙনাওদগী য়েংদুনা ঈশৈ তাবা পাল্লমই। মরম অসিনা পূম্নমক মরক্তা পোখানবা, লেপ্লবা অমসুং চুরুপ থক্লবা মপাল থোরকপদা ডেডি অয়াম্বা মতমদা মফম অদুদা লাক্লমই।

"এঃ নহাক মফম অদুদা লৈব্রা তোত্সকো!" মপানা হায়রমই।

শ্রীরোজেনস্টোক্না মফম অদুদা মহাকপু লৈরম্বা থেংনরবদি মহাক্না অঙকপা খোল্হোক্তা হায়রমই, "গুড মোর্নিং" নৎত্রগা "গুড ডে" অদুগী মতুংদা মহাক্না মাবু কনাগুম্বা অপীকপা অঙাংগী মতৌগুম্না থাংগৎলদুনা খজাই-খজাই থেংনরমই। মদু মহাক খজিক হৈনদবদি ওই, অদুবু য়াম্না নুংঙাইবা ফাওরমই। মহাক লুপাগী লিরুংগী আনোক উপ্লমই। মাগী মনাতোন চাউরমই। অদুগা মশানা

থেম্বংনরমই। তৌইগুম্বসুং মমায়দি ফজরমই। কলাকার অমগী মওংদদি ফজরমই। কলাকার অমগী মওংদা মাবু উবদদা খঙবা ঙমই।

তোত্তো-চান ওন্নাইফম কা অদু মথ্বাই তাজরমই। নোংচুপকী মওংদা শারমই, তৌইগুম্বসুং খরদি মওং তাদনা অকায় অতোই য়াওনা মেংজাকু তুরেলদগী হুন্নকপা নুংশিংনা ঈশেগা ঈরোইননা তপ্পা তপ্পা হুমদুনা চেনলি। কয়ারক হন্না সোন ঙানা (ফিজো)বু হোইরিবা মখোয়সু ঈশেদা তিনখিরমই।

কিগয়ো ই কিগমো

# খোঙচৎ অশাবা ঈফুৎকী

কালেন থাগী ছুটি লোইশিন্নক্লে অমসুং অদুগা লোয়ননা অশাবা ঈফুৎ য়েংনবগী খোঙচৎ চৎনবগী নুমিৎ অমা লাক্লমই। তোমোএ ছাত্র পুন্নমক্কা মদুবু স্কুলগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক অমা ওইনা লৌরমই। থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক্তা মমা থোইদোকপা অঙকপা ফাওরমদে। অদুবু নোংমা তোত্তো-চাননা স্কুলদগী হল্লক্লগা হংলমই "ঐসু ইমান্নবা ছাত্র ময়ামগা লোয়ননা অশাবা ঈফুৎ য়েংবা কোয়বা চৎলুবা য়াগদরা? অদুদা মমা অঙকপনা থল্লমই। মহাক্না অহল লমনগী কাঙবুনা অশাবা ঈফুৎ য়েংবা কোইবগী থ্বাদি তারমই তৌইগুম্বসুং অহানবা ক্লাসকী অঙাংশিংনা মফম অদুদা চৎপগী থ্বাদি তাদে। মহাক্না স্কুলগী হেড মাস্টরনা পীরকপা চিঠী অদু পাবদদি মপূক্লিংদা অসিগুম্বা অথোইবা থৌরমসিদি মমি তাদনা লৈরমদে। থৌরমদি সমুদ্র মপালদা লৈবা স্কুল শিজুওকা দা ইজুপ্রায় দ্বীপ লৈরমই। মফম অদুদা পীক্লবা মফম তোই লৈরমই। তোই দা সমুদ্র ময়ায় মপামক্তদা

অশাবা ঈফুৎ অমা থোক্লমই। মদু চৎপদা নুমিৎ হুমনি, অহিং অনী চঙলমই । তোমোএগী ছাত্র অমগী মপাগী তোই দা পোত্থানবা য়ূম অমা লৈরমই। মফম অদুদা অহানবগী ক্লাস তরুক ফাওবগী অঙাং পূন্না য়াম্থে লৈবা তারমই। মমা থুনমক ব্রাফম অদু য়ারমই।

তোমোএগী ছাত্র পূম্নমক চৎক্লদবা নুমিৎ অদুদা মমাঙদা পুল্লমই। অদু "ওইরবদি হৌজিক পূক্লিং চঙনা তারো" হেড মাস্টরজীনা অঙাং পূম্নমক থুংলরবা অদুদা হায়রকই, "ঐখোয় অহানবদা ট্রেন্না, অদুগী মতুংদা ঈশিংদা জহাজদা চৎকনি। নখোয় ময়ামগী মনুংদা অমা মাংখিবা ঐহাক পামদে। মসি নখোয় ময়াম্না খঙলেদনা ? অদু ওইরবদি ফরে। হৌজিক চৎলসি।"

মসি হায়রমই মহাক্না। মখোয়না জিয়ুগাওকা স্টেসনদা তোকিও গাড়ী থাফম য়ৌরবদা অঙাশিং নীংথিজনা লৈরমই। কনা অমত্তা মচোই-মচোই লৈরমদে। ব্রা ঙাঙবা তারবসু মনাক্তা ফম্মিন্নবশিংগতা ব্রারী শারমই। তোমোএদা অঙাংশিংবু ওঝা অমত্তনা অমুক্তসু পরেং নাইনা চৎলু হায়বগী ব্রা লৈতে। চাবা মতমদসু মচোই-মচোই ফত্ত-হাওদি লংথোক্কনু হায়বগী ঙাঙনবা লৈতে। অদুগা ব্রাফম অমনা স্কুলদা নুমিৎ খূদিংগী ইরায় লায়না অদুম হৈজরমই। অসিগুম্বা ব্রাফম মঙোন্দগী মখা থাবা নৎত্রগা অশোনববু থেংথুবা অফবা নত্তে হায়বা। লাউ খোংবা অমসুং থুগাই-খোগাইবা তৌবা মশা মশানা ইকাইজরমই। মফম অমদা অমোৎপা থুনাম্বা তারন্নবদি মদু খুনগৎকদবনি। করিগুম্বা মীঙোন্দা নুংঙাইরোইদবা অমত্তা তৌইরোদবনি। অঙকপগী ব্রা অমনা তোত্তো-চান থা খরগী মাগী হান্নগী স্কুলদা বেগু খোঙবশিংবু থোঙনাওদা কৌশিন্দুনা ক্লাস অপুম্ববু কাইহনবা অদু মফম অসিদদি মহাকসু মশাগী ফমফমদা ফমদুনা ঈংনা তপ্না মথৌ তৌদুনা লৈরমই। হান্নগী স্কুলগী ওঝা নুপী অমনা মাবু রেলগাড়ীদা অসুম্না ঈংনা ফম্বা উরবদি শোয়দনা হায়গনি "নুপীমচা অসি অতোপ্পা অমা ওইরমগনি"।

মখোয়না নুমাজু দা ঈশিংগী জহাজদা তোংলবদা মদুগী কম্লনা অঙাংশিংনা তৌবা অদুমক থোক্লে। জহাজ য়াম্না চাউরমদে। অঙাংশিং অসুক য়াম্না মথ্বাই য়াওজরমই। মখোয় জহাজগী কাচিন-কোয়া য়ৌনবা চৎলমই। মমৈথংদা অঙাংশিংনা হিথাংফমদা লেপলিবা মীশিংগা মখূৎ হাইর-হাইরদুনা কায়নরমই। খরা খজিক লাপ্না লাক্লবদা নোং চুরক্লমই। অঙাং পূম্নমক মনুংদা চঙশিনলে। থুনমক সমুদ্র মপূক তপথরক্লে। তোত্তো-চান অমসুং মাগী মমান্নবশিং মকোক ঙাওবমই। অঙাংশিংগী মনুংদা লেপ্লিবা অচৌবা অঙাং অমা অসুম্না হিক-হিক কপ্লমই। মাগী মতৌসিদা ঐহাক জ্ঞান মাঙবগুম্লমই। জহাজনা মায়কৈ অমদা হাইবদা মহাক ওহো হায়দুনা হন্দোক্লদৌরমই। অদুদগী জহাজনা অমরোমদা হাইরকপদা মহাক "ইহে" হায়না ওন্ন-তৈননা লৈরমই, মতৌ অদু উবদা মখোয় খূদিংমক খুদোং থীবা কাওথোক্লুনা কুম্মৈ অদু য়েংদুনা লৈরমই। মদুগা ইরোইননা জহাজ তোই য়ৌরে। অদু ফাওবদা মখোয় নোকপা তোক্লমদে। খ্বাইদগী নুংঙাইবা ব্রা অমনা মখোয় খোঙচৎকী পন্থুংফম য়ৌরব ফাওবদা অশোয়-অঙাম য়াওরমদে অদুবু "ওহো" হায়বা অঙাং অদুদি মশা ঙম্নমদে।

সমুদ্রগী মপালদা তাবা "তোই" য়াম্না চিকপা অমসুং ফজবা খুঙ্গংনি। মদুগী মাইপৈ মরিমক্তা মঙ্গোল ঙাক্তনি। ঙাইহাক পোথারবা মতুংদা ওঝানা অঙাং ময়াম অদু সমুদ্রগী মপালদা পুরক্লে। মদু স্কুলগী ঈরোইনবা পুম্রীগুম্বা নত্তে। মরুপ অসিনা অঙাং ময়াম অদু ঈরোইনবা ফিজোল শেৎচিল্লমই।

সমুদ্রগী অশাবা ঈফুৎ অঙকপা অমনি। ইফুৎ অদু লৈরিবা সমুদ্রদগী তোঙাম্না ঈশিং খাইদোকপগী লৈই অমা লৈতে। ঈফুৎকী ঈশিং অঙাংশিংগী মঙক য়ৌরমই। ঈশিং অদু ঈরুজফমদা শাবা অদুগুম্না য়াম্না শারমই। অদুবু মদুগী ফুট তরামঙা নাক য়েৎতা চৎথোক্লবদি ঈশিং ঈংলমই। লাপথোক লাপথোক্লগা ঈশিং ঈংবা

হেন্নমই। হোই, মতম অদুদা তশেংনা মসি সমুদ্রনি হায়বা খঙলমই। নাক-য়েত্তা ইরোই-ইরোইদুনা চৎপদা হকচাং ঈংলক্লবদি অমুক হন্না ঈষ্কুৎ অদু তান্না লাক্লগা নুংঙাইবা পোক্লমই। অসুম্না তৌবদা থুনমক ঘূমদা ঈক্লজবগুম্না নুংঙাইবা ফংলমই। অঙকপা দৃশ্যনি। ঈরোইবগী টুপী উপ্লদুনা অঙাংশিং সমুদ্রদা ঈরোইবা উরমই। অদুগা ঈষ্কুৎ অদুদা অঙাংশিং কোইশিল্লদুনা নুংঙাই নুংঙাইরবা ঝারী শান্নরমই। কনা অমনা মখোয় উবদা হায়গনি। "এ অপীকপা অঙাংশিংসু অশাবা ঈষ্কুৎ অসিদা অহলশিংনা ঈরোইবগুম্না ঈরোইরি"

মতম অদুদা মফমসিদা লমকোইবশিংনা ক্রিক-ক্রিক ইন্ননা লৈরগদি মখোয় ময়ামসি মশাগী তুরেল মপালদা লৈবগুন্নমই। অঙাংশিং নৌনা থেংনরি এৎগী হোম অসিগী নুংঙাইবা লৌরমই।

মখোয় নুমিৎ চুপ্পা অশাবা কা-দা লৈরুরবা মতুংদা নুমিদাংঝাইদা পোথাবা কা অদুদা হল্লকপদদি মখোয়গী খূৎশা ইখুই খুইরমই।

অহিং খূদিং কা মনুংদা অঙাংশিং কা মনুংদা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈরমই, অদুগা ভুতকী ঝারী লীনরমই। ঝারী লীনবা অদুদা তোত্তো-চান অমসুং মাগী ক্লাসকী অতোপ্পা অঙাংশিং অসুক্কী মতিক কীরমই, কপতে হায়বদা থাক্লমই। অদুগা মপী ইন্না চেল্লদুনা "মথাদি করি তৌবা"।

স্কুলদা পাঙথোক্লিবা কেম্প নৎত্রগা থৌনা ফবগী চাংয়েংদগী তোঙানবা তোঙ্গ স্পাদা লেপ্লিবা নুমিৎ হমনিগী পুন্সি তশেংনা এক্সপিরিয়েন্স মথল অমনি মফম অদুদা পালী নাইনা চান-থক্ল বগীদমক্তা য়েনশাং- ঙানা চিংবা লৈবা চৎলি। লৈরমলিব মীওইশিংগা মশক খঙনদবনা মখোয়দা হংলকই, নখোয় করম্বা স্কুলদগীনো, অমসুং করম করম্বা ক্লাসতা তম্বনো? মতমদুদা মখোয় চৎনবা হায়। থকসি খাসি নাইনা পাউখুম পীবা তারমই। অঙাং থম্নদি জঙ্গলদা মাঙখিবদৌনা লম্বী লম্মাংনরমই। অঙাং থরদি ইরোইদুনা অমুক লাগ্না চৎখিরমই, হল্লকপা ঙমদনা ঝানখি। অমুক্তি নুংশা থীনবা য়াওখ্রে। অঙাং থরগী মখোঙ সমুদ্র মপালদা তাবা লিক্লি মচেৎনা য়াৎপা ফাওবা

য়াওরমই। মখোয় মশেন অসিগুম্বা মতম খিত্তংসিদা অঙম্বা পাঙ্গল ফুদোক্নুনা তেংবাংনরমই।

অদুবু হরাওবা-নুংঙাইবগী অৱাৎপা লৈরমদে মফমসিদা। নাক-য়েৎতা চান-থক্লবগী দুকান। মফমসিদা অচাপোৎ, চান-থক্লবা খুদক্তা লৈবা ফংলমই। মখোয় উ-না, হী শাবা মীওই অমগস্ থেংনরমই। হী-গী মওং মতৌ ময়েক শেঙনা মাল্লক্লে। অঙাং ময়াম অয়ুক খূদিংগী হীদু কয়াম শাবা লোইরবগে হায়দুনা য়েংবা চৎলি। তোত্তো-চানদা নুপা অদুনা উগী চাউতক তৌবা থেকতোক-থেকচিন য়াবা গুহা অমা পীরমই।

"নিংশিংনবা ওইনা ময়ামগী অপুনবা ফোটো অমা নম্লবদি কমদৌই?" হেড মাস্টরনা হনগদবা নুমিত্তা হংলমই। অঙাংশিংগা লোয়নননা ফোটো অমত্তা নমখিদে। মশামকস্ পূম্না ফোটো নমবদি পাম্লমই, অদুদা ওঝা নুপীনা কেমেরা পায়দুনা থৌরাং তৌরকপনা অঙাং অমনা মপান থোক্লিংলকপদগী চেনখিরমই। মরক অদুদা অমনা মহাক্তি খোঙউপ ওম্লনা তোংলে হায়রমই। মমৈথংদা ওঝা নুপীনা হায়রকই, "হৌজিক্তি নখোয় খূদিংমক থৌরাং লোইরেকো?" মতম অদুদা অঙাং খরা লৈমায়দা হিপ্তুনা লৈবা য়াওরমই। মখোয় ৱামনদুনা তোপ তারমই। মতৌ অসুম্না ফোটো নম্লবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চঙখিরমই। অদুবু সমুদ্রগী লৈমায়দা নম্বা ফোটো, অঙাং খূদিংমক মানা মানা ফমনিংবা মওংদা ফম্বা মখোয় পূম্নমক্কী ওইনদি মমল য়াম্লবা লন-থুমগী উপু অমা ওইরমই। ফোটো অদু হেক উবদা চহী কয়াগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোকপু নৌহৌননা নিঙশিংহল্লি। জহাজকী খোঙচৎ, অশাবা ঈফুৎ, ভূতকী ৱারী অমসুং নুপামচাদুগা। তোত্তো-চাননা কালেন ছুটিগী নুংঙাইবদো কৈদৌঙৈদস্ কাউবা ঙম্লরোই। ৱাফম অসি তোকিওগী য়ূম মনাক্তা পুখ্রীদা খজিং লৈরিঙৈ অমসুং ফত্ত-হৌদি অমোৎ অকায়শিং শনগাভীদা চীংনরিঙৈ মতমগীনি।

# তাল-থা শাজেল

কালেন থাগী ছুটি লোইগ্রে, মথংগী সেসন হৌরে। জাপানদা স্কুলশিংগী অনৌবা চহী এপ্রিলদা হৌই। লোয়ন লোয়ননা ছুটি থারুরবগী মতুং ইন্না অমুক হন্না কারকপদদি তোত্তো-চান মহাক্কী ক্লাসকী অঙাংশিংদা নত্তনা অতোপ্পা ক্লাসগী অঙাংশিংগসু খঙনরে, মরুপ শান্নরে। মতাং অসিদগী মহাক তোমোএ গাকুএন অমুক হেন্না পামজরমই।

তোমোএদা ক্লাস মতম্বীগী নিয়ম স্কুল অতৈদগী তোঙাল্লমই। মরুওইনা ঈশৈনা ক্লাস খূদিংদা শীজিন্নরমই। মফম অদুদা মখল মখলগী ঈশৈগী ক্লাসশিং হৌরমই। নুংতিগী হৌবা ক্লাস অমা লৈরমই। তালথা শাজেল (য়ুরিথমিক্স)। স্বিসকী ঈশৈ ওঝা "এমিলে জেক্স ডেলকোজ" না খুবাক (তাল শিক্ষা) গী অনৌবা মওং অমা থীদুনা পুথোক্লমই। মহাক্কী পথাপ অসি শোক ১৯০৪ দা মহাক্না মশক খঙলমই। থুনমক মহাক্কী পথাপ অসি ইউরোপ অমসুং আমেরিকাদা থবক ওইনা শীজিন্নরকই। মদু তম্নবা অমসুং রিসার্চ তৌনবা মফম মফমদা সংস্থান খরা শেমখিরমই। তোমোএদা তানথা ঈশৈ তম্নবসি মতৌ করম্না হৌখিবনো, মদুগীসু ব্রারী অমা লৈ।

তোমোএ গাকুএন হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা হেড মাস্টর সোসাকু কোবায়াশীনা মফম অদুদা অঙাংশিং করম্না লাইরিক তম্বিবগে হায়না য়েংবা চৎলমই। ময়াম অদুদা মহেলোইশঙ ময়াম অমা মহাক্না উরমই। মহেগী লমদা হৈশিংবশিংগা খন্না নৈনরমই। পেরিস তা মখোয় ডেলক্রোজ গা উন্নরমই। ডেলক্রোজ য়াম্না হৈবা সংগীতকার তা নত্তনা শিক্ষাবিদ অমসুনি।

অঙাংশিংবু মতৌ করম্না নাকোংদা নত্তনা থমোয়দা, ব্রেনদা ঈশৈ তাবা তম্বীবা য়াগদগে হায়বসিদা ডেলক্রোজনা মতম শাংনা ব্রাখল তৌরমই। ঈশৈ হায়বসি মহাও য়াওদবা মথ্বায় পান্দবা হিরম অমত্তা নত্তে, মাগীসু ইথক ইপোম লৈ, খোঙজেল লৈ হায়বসি মখোয়বু

করম্না খঙহনগনি। মসি পূম্নমকসি অঙাংশিংগী থমোয়দা ফুদোকহনগনি?

মশাগী ব্রাখল খল্লিঙৈ মরক অসিদা মহাক্না মুম্না খঙজিল্লমই, করম্না অঙাংশিংনা চোঙ ফন্দুনা, অমদি মখোঙ থিন্দুনা করম্না দং দং চৎপগে অদুদগী মাগী মপূক্লিংদা, করিগুম্বা অসিগুম্বা হকচাং শাজেল থেক নৌবা জগোয়গী মশক ওইনা শেন্নবদি হায়বা ব্রাখলসি পোক্লমই। মদুসু মমৈথংদা য়ুরিথমিক্স হায়না মমিং থোল্লমই।

কোবায়াশী পেরিসতা ডেলক্রোজগী স্কুলদা চহী অমা হেন্না লৈরমই। পথাপ অদু নীংথিজনা তম্লে। অতোপ্পা জাপানগী মীনসু ডেলক্রোজগী মওং মতৌসিনা ইথিন পীরমই। খুদম ওইনা জাপানী সংগীতকার 'কোস্কাক য়ামাদা' জাপানদা আধুনিক নৃত্যগী অপোকপা 'বাকু ইশী' কাবুকী অভিনেতা ইচিকাবা সদনজী অনীগুবা, আধুনিক নাটক হৌদোক্লিবশিংগী মনুংদা কাওরু ওসন্নাই; জগোয় শাবী মিচিও ইতো। মখোয়না ডেলক্রোজকী পথাপ অসি কলা কয়ামুক্কী নুংগী পান্দমনি হায়বসি য়ারমই। অদুবু হায়রিবা ভাব অসিবু অহানবা মহৈগী থাক্তা হাপচিনখিবা মীওইদি সোসাকু কোবায়াশীনি।

অদোম্না মঙোন্দা হংবা থোক্লবা - য়ুরিথমিক্স হায়বসি করিনো - অদুগা মহাক্না খুন্নক্কনি মসি অসিগুম্বা মশান্না অমনি হকচাংগী শাথেকপু মনাম তাহল্লি। অসিগুম্বা মশান্না অসিনা কোকপু (ব্রেন) মসিনা তম্বী হকচাংবু মতৌ করম্না থবক শীজিন্নগদগে। তালগী শাজেলনা মশাগী নিতিবু লয় নাইহল্লি। হায়রিবা লয় অসিনা ব্রাখল নিতি শেমই থমোয়গী অমসুং হকচাংগী পাঙ্গল কলহল্লি। অতৈদি অতৈ ওইরসনু হায়রিবা মীওই অদুনা মহৌশাগী চৎনা পথাপ্পু ঙাক্লমই।

তোত্তো-চানগী ক্লাসতসু লয় তাল তম্বদগী হৌরমই। হেড মাস্টরনা শঙলেনগী পীকলবা ফম্পাক্তা ফমদুনা পিয়ানো খোঙলমই। মতমদুদা লেপ্লিবা অঙাংশিংনা ঈশৈগী তাস্থাদা চৎপা হৌরমই। মখোয়দা চৎনিংবা মওংদা চৎপা য়ারমই। মখোয়গী হায়ববু মখোয় মশেল থেংনদবা হায়বসিমদি ব্রাখল খনবা তারমই। মরম অসিনা

অয়াম্বা মতমদা খুৎকোই অমদা মায়কৈ অমদা চৎলমই। ঈশেদা মাত্রা অনী লৈরবদি মখোয় তালদা চৎপগা লোয়ননা মখূৎসু হাইগৎ-হাইথ তৌরমই ঈশেগী ডাইরেক্টর অমনা তৌবগুম্মা। খোঙ কন্না থিন্দনবসু মখোয়দা তাক্লমই। অদুগা মখোয় বেলে শাবশিংগী মতৌগুম্মা খোংশাশিং কোনশিন্দুনা চৎনবা তাক্লমই। মখোয়দা হকচাং অদু নীংথিজনা থনোপ থনোপ লাউহনগদবনি। মতম অদুদা মখোঙ অদু শিৎতুনা চৎকদবনি। মরু ওইবা ব্রাদি মখোয় হেক ঙম্বমখে তয়াং তয়াং চৎকদৌবনি। মরম অসিনা মখোয় অপাম্বা মওংদা চৎপা য়ারমই। ঈশেগী মাত্রা অসিনা অনীদগী অহুম দা ওনবা তারবদি মখোয় মশাগী খোঙচৎ অমদি মখূৎকী শাথেক ওনবা তারমই। ঈশেনা কনবা অমসুং তপ্পগা লোয়ননা মখোয়গী খোঙচৎ ওনলমই। মখোয় মশাগী মখূৎশিং অদু মাত্রা তরুক ফাওবগী লয়গা লোয়ননা হাইগৎ হাইথা তৌবা তারমই। মাত্রা মরি ফাওবদি চৎপা লুরমদে। মখোয় মখূৎ মখাদা মশাগী অনকপা শেগ্রাক লোমদা অমসুং অদুদগী মথকলোমদা পুখৎলকই।

অদুবু মঙাশুবা মাত্রা হেক লাকপদা:

"মখাদা, মশাগী অকোইবদা মমাঙ অমসুং মপালদা শেগ্রাকলোমদা অমদি মথক্তা অমুক ওন্দুনা লৈরমই।

তরুক শুবা মাত্রাদা মখোয়গী খূৎথেক :

"মখাদা মশাগী নাক য়েত্তা মমাঙদা মপালদা, শেগ্রাকলোমদা, অমদি মশাগী নাক য়েত্তা, অদুদগী মথকলোমদা।"

লয়-না হন্না হন্না হোংলবদি মসি পুম্নমক সি তৌবা য়াম্না লুনা থোক্লনি।

অদুগা মসিদগীসু হেন্না লুবা অমনা হেড মাস্টরনা শাউদুনা হায়রক্লবা, "পিয়ানোদা লয় হোংলবসু ঐহাক্না হায়রক্ত্রিফাওবা নখোয়গী জগোয়গী খোঙথাং হোংগনু।" করিগুম্বা অঙাংনা মাত্রা অনীগী লয় দা খোঙথাং থাংলি হায়না লৌরসি, খঙহৌদনা ঈশেদু

মাত্রা অহমগী লয় খোঙলকপা তারবদি মদু অঙাংশিংনা তারবসু মাত্রা অনীগী লয় দা খোঙথাং অদুমক থাংগনি। য়াম্না লুবনি অসুম্না তৌবসি। হেড মাস্টরনা হায়বা অমসু লৈ মদুদি অঙাংশিংগী পুক্লিং ব্রাখল অদু চোইথোক্তনা পুক্লিং চঙনা লৈবগী মখৌ তাই।

ফনা কুইরবগী মতুংদা মহাক্না হায়রক্লমই "হৌজিক নশা নশাগী খোঙথাং হোংদোক্লো।"

মতম অদুদা অঙাংশিংনা নুংশা স্বর হোন্দোক্লদুনা থুনমক খোঙথাং অহমগী খোঙচত্তা লাক্লমই। তাক্লা অদুমক্তি মখোয়না য়াম্না চেকশিনগদবা। মাত্রা অনীদা চৎলম্বদগী অহমদা লাকপসি কোকতা লু-তোংদা অব্রাবা শাফু অমা পীরমই, মতম চঙলমই। অদুগা অমুক ঈশৈদু মাত্রা মঙাদসু হোঙবা য়াই। অহৌবদা পুম্নমক্কী খোঙ-খুৎ হাই হাইদুনা অঙাংশিংনা লাউরমই "ঙাইবিখো ওঝা! ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো" অদুবু নুংতিগী অভ্যাস তৌবদগী তপ্পা-তপ্পা শাজেলদা মরেক-মহাও লাক্লমই। অসিদা নত্তে অঙাং মশামক্না তাল লয় হোংবগী অয়াবা পীরমই।

অদুদগীদি অঙাংশিং মথক্তা চৎলক্লে। করিগুম্বদসু মখোয় মখুৎ শম্নরগা পুলপ-পুলপসু চৎলমই। মাত্রা অনীদা চৎপা তারবদি মখোয় মমিৎ উইশিন্দুনা চৎনবা হোৎনরমই। য়াদবা অমদি লৈ -ব্রারী শামবা।

অভিভাবক কয়া অমসুং ওঝা কয়া সভা অদুদা লাক্লমই, অদুগা মমা ওইবীশিংনা খোঙনাওদগী য়েংলক্লমই, অঙাংশিংনা তরাই-তরাইনা মখুৎ-মখোঙ, চৎপা শাথেক, নৎত্রগা চোং ফনবা উবদা মখোয়সু য়াম্না নুংঙাইজরমই।

মতৌ অসুম্না তাল শাজেলগী অহানবা পান্দমদি অঙাংশিংগী হকচাং অমসুং ব্রাখলবু তালগী মরমদা মীকুপ নাহম শিংহনবনি । মসিনা পুরক্লমই থব্রাইগা হকচাংগদা অফবা মরীগী লিচিং অমা। অদুগা মদুগী মতুংদা কম্পনা শক্তি অমদি কলট্রাকটিব গী মগুন পোকহন্নি।

তোম্ভো-চান

অহানবা নুমিৎতা তোত্তো-চাননা স্কুল কারকপদা গেটতা থারিবা স্কুলগী মিং অদু পারগা মমাদা হংলমই "তোমোএ হায়রিবসি করি হায়রিবনো ?"

তোমোএ তশেংনমক্তি 'কোমা' মওংগী থায়নগী খুদম অমনি। হেড মাস্টরনা তোমোএগী মওং অনী - অমনা অমুবা অমনা অঙৌবা মচুগী তিনশিন্নরগা কোইরক কোইবা মওং অমা শেন্নমই। হায়রিবা খুদম অসি অঙাংশিংগী শিক্ষাদা মাগী অরেপ্পা পান্দমগী খুদমনি। হকচাং অমসুং ব্রেন অনীসি মান্নবা চাউখৎলবা মতমদা মপুঙ ফানা ব্রাখল লৌশিং লৈরক্কনি হায়বসিনি।

য়ুরিথমিক্সপু মশাগী স্কুলদা তম্নবা লাইরিক ওইনা থম্নবগী মরমদসু মহাক্কী অয়াবদি লৈ মদুদি অঙাংগী পার্সনলিটিদা তাল শাজেলনা মমি তাই অমসুং মদু ইরায় লায়না চাউখৎপা ঙমগনি।

হেড মাস্টর পেরোদিকেল শিক্ষাগী আলোচকনি, মরমদি অইবা ব্রাহৈদা য়াম্না কন্না খন্নরমই । মহাক্না মদু চুমদবনি হায়না লৌরমই । অদুম্না তৌরবদি অঙাংশিংগী হকচাং কয়াৎকী হৈ শিংবা, তাপ-তাপ লৌশিনবা ঙম্বগী অমসুং নুংগী ওইবা খোম্লোক পুম্নমক ময়েং তারমই। তশেংবমক্তি মদুনদুম মখোয়গী অশেংবা ব্রাখলগী ঈচেল অমা ওইরকপা য়াই।

কবি বাশোনা মতম অমদা ইরমই :

তাও ! হঙোয় অমা

চোংলি অচিকপদা

থায়নগী তাল অমদা।

অদুবু কবি বাশোগী মমাঙদা অতোপ্পা কয়ানসু হঙোয়না তালদা চোংবা উরম্বা য়াই। ব্রাট অমসুং ন্যুটন তাইবংপানসিগী অহানবা মীওই নত্তে, মখোয়তনা কেটলীদা ব্রোং ব্রোং শৌবা ঈশিং অমদি উথক্কী তারকপা সেম (এপল) উখিবা।

মীত্তি পাল্লি অদুবু ফজবদি উবা ফংজদ্রবা, নাকোংদি পান্নী

অদুবু ঈশৈদি তাবা ফংদবা, ব্রেনদি লৈজবা অদুবু অশেংবা, অচুম্বদি খঙঙমদনা লৈখ্রে। থম্মোয় পাল্লবসু চোঙখিদ্রবা। মখোয় হায়রিবশিংসিদগী কী-না লৈগদবনি হায়না হেড মাস্টরনা হায়রমই।

অদুগা তোত্তো-চানদি করিমতা থওইদনা খোঙউপ য়াওদনা চোং ফনদুনা য়াম্না হরাওনা লৈথোক্লমই। মসি পূম্নমকসি স্কুলগী শরুক অমনি হায়বসি মহাক থাজরমদে।



## ‘‘ঐহাক্না পামজবদি অসিতনি’’

মন্দির মেলাদা চৎপা তোত্তো-চানগী মসিনা অহানবা তাঞ্জানি। মাগী অহানবা স্কুলগী মনাক মক্তদা ‘সেজোকু’ পুখ্রীগী ময়ায়দা পীকতক তৌবা ঈথৎ অমা লৈরমই। ইথৎ অদুদা ফজবা অমসুং ঈশৈগী দেবী বেন্টনগী মন্দির লৈরমই। মফমদুদা পাঙথোক্লিবা চহীগী ওইবা মেলাগী অহিংদা মহাক মমা অমসুং মপাবুংগা লোয়ননা মুশি-মুশি তৌরবা মঙালদা লম্বী লমশাং লান্দুনা চৎলমই। মেলা মফম য়ৌরবদা খঙহৌদনা লংলবা মৈঙালনা পুমলং লংলমই। তোত্তো-চাননা দুকান খূদিংদা চঙদুনা য়েংলমই। মখল মখলগী খোঞ্জেল স্রো-স্রো, চেৎ-চেৎ অমসুং মনম নুংশিবনা থল্লবা মেলা অদো। তোত্তো-চানগীদমক্তা পোৎ খূদিংমক অনৌবা অমসুং অঙকপা ওইনা থোক্লমই।

মফম অদুদা হিদাকপুগী শান্নপোৎ লৈরমই, মদু প্রোক প্রোক চিংলুবদা পিপরমেন্টকী মৈখু খনাওদা ফাওরমই। হিদাকপুশিং অদুদা হূই-হৌদোং য়েক্লমই। লোলিপোপ ১সুং হনুবীগী মশমসু য়াওরমই। য়াগী নোংমৈসু য়াওরমই, মদুগী মরু ওইনা উগী উচেৎনা অথমনা শারমই, তিংখল মেৎলুবদা 'দোং' লাউনা মখোল থোরক্লমই।

সড়ক্কী মপালদা লেপ্লদুনা মী অমনা থাংশাং অমসুং মিংশেল মচেৎ য়োৎলমই। মীওই অমনা পাউডর য়োল্লমই। তেংকোত অমগী মপালদা মদু নৈবদা মখোল থোকহনবা য়ারমই। মিত্রংগী খুদোপশিংসু মেলাদা য়োল্লমই মদুনা শৈশা মাঙহনবা ঙম্লমই। মশক উবা ফংদবা অয়েকপা লাইসু য়াওরমই নুমিৎগী মঙালদতা মশক উবা ফংলমই। ঈশিংদা থাদবদা চেগী লৈ অপোম্বদুসু শাৎলমই। তোত্তো-চান মথং মথং য়েংলমই। মাগী মমিৎ কোইলৈ লৈদুনা য়েংলমই, মমিৎ মনুংদা চঙখিবদৌগুম্লমই, মহাক খঙলেপ লেপলমই।

"এ! য়েংউ।" অপীকপা থুমোক অমদা য়াওরিবা চেৎ চেৎ লাউনা খোংলিবা নাপু মচুগী য়েল্লাও উরগা হায়রকই। "ঐহাক্কীসু মসি অমা পামই।" মহাক্লা মমা মপা অনীবু মঙোনলোমদা চিংশিন্দুনা হায়রকই, "অমদি ঐপীসু লৈবীয়ু" মহাক্লা নোল্লুক্লা হায়রমই।

য়েল্লাও ময়াম অদুসু তোত্তো-চান লোমদা ওনশিন্দুনা মকোক থাংগৎতুনা মশা অপুম্বা কল্লা হাইর-নোম্লদুনা চেৎ চেৎ খোংলমই।

"কয়াম নুংশিরিবনো হায়নিমা" তোত্তো-চান না অসুক য়াম্না নুংশিবা পোৎ অমা হাম্না অমুক্তা উখিদ্রিবা ওইনা তৌরমই। মহাক মনাক্তুদা অদুম ফমথরে।

"চানবীদুনা" হায়জরগা মমা মপাদা অমুক হন্না য়েংলমই।

অদুগা মখোয়না মহাকপু মফমদুদগী চিংদুনা পুবা পামলমই। অঙকপনি!

"অদো ইমা নহাক্তদি মেলাদগী ঐনা লৈনিংবা লৈবা য়াগনি হায়খিবদায়নে। ঐদি মসিতা পামই।"

"য়াদে ইবেন্মা" মমানা তপ্না হায়রকই। অপীকপা য়েন্নাওসি যাম্না থুনা শিগল্লি।"

"করিগীনো" তোত্তো-চাননা কপ্লদুনা হংলকই।

মপাবুংনা মাবু দুকান মমাঙদগী খজিক থাপ্না পুথোক্লগা থেন্নদুনা হায়রকই "মসি হৌজিক য়েংবদা নুংশিবগী ব্রানী তোতস্কী । মখোয় মপাঙ্গল য়াম্না শোল্লি। য়াম্না কুইনা হিংগন্দে। অদুগা মখোয়না শিরবদি নঙ অমুক হেন্না কপকনি, মরম অসিনা ঐখোয়না নঙবু য়েন্নাও লৈহন্নিংদে।" অদুবু তোত্তো-চানগী মথ্বাইদুদি য়েন্নাওদা লুপখবে। মহাক করিমত্তা তানিংলমদে।

"ঐহাক মাবু শিহল্লোই। ঐনা মাবু শেন্নদুনা লৈগনি"।

মমাগা-মপাগনা মাবু থাপ্না পুথোক্লবা হোৎনরমই অদুবু মহাক্না য়াম্না পামজবা মীৎয়েংদা য়েন্নাও অদুবু য়েংলমই অমসুং য়েন্নাওশিংসু চে চে তৌদুনা তোত্তো-চানদা য়েংদুনা লৈরমই। তোত্তো-চানসু মতোমদা খনখরে মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা য়েন্নাওসি নত্তনা অতৈ করিমতা পামদে। মহাক ঙাইহাক লৈতনা নোল্লুকনা হায়জরমই "ঐগী য়েন্নাও অমতংদি লৈবীয়ু।" মমা-পাবুংসু অনম কল্লমই।

"ঐখোয় নঙোন্দা য়েন্নাও লৈদুনা পীবা ঙন্লোই মবমদি নঙ ভুংদা কপ্লক্কনি।"

তোত্তো-চান হৌজিক ও-খোঙনা কপ্লমই অদুগা য়ুমলোমদা চৎলমই। মীৎলু অনীদগী অতৎপা লৈতনা পীরাং শিন্থরি। ঙসাইগী অমম্বা সডক অদু য়ৌরবদা মহাক হিক-হিক কপমনবদগী মশা অদু হাইরমই। "ঐহাক করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈবীয়ু হায়জরোই শুপ্নগী য়েন্নাও মচা অমত্তং লৈবীয়ু "

কায়নথংদা মমা মপা মহাক্না হায়বা য়াবা তারমই।

নোং চুখ্রবা মতুংদা নুমিৎ থোক্লকপগুম তৌই।

অপীকপা পোলাং অমদা য়েন্নাও মচা অনীখক পুদুনা মোমোন নোক্কুনা হল্লক্লমই।

মথংগী নুমিত্তা মমানা উ-শুবদা য়েনগোন অমা চনহল্লমই - মদুদা মৈগী বলবসু থাল্লমই। য়েন্নাওশিংদু মশা শাগৎনবা। তোত্তো-চান নুমিৎ চুপ্পা মখোয়বু য়েংদুনা লৈরমই। নাপু মচুগী য়েন্নাও মচা অনীদু য়েংবদা য়াম্না নুংশিরমই। অদুবু মরিনিরোম শুরকপদদি য়েন্নাও মচা অমা কোইচেন চেনবা লেপখিরমই। অদুগা মঙানি শুবদা অমসু অমুক। মহাক্না মদু নান্দুনা চুপলমই। তৌইশুম্বসুং চেক-চেক লাউনা খোঙবদুদি খোঙলকখিদরে। মহাক য়াম্না কুইনা ঙাইরমই অদুবু মমিৎসু পাংলকখিদ্রে। মমা মপানা হায়বা অদুমক থোক্লে। মপূক্লিংদা কপ্পা-কপ্পা মহাক্না ইংখোলদা কোম অমা তৌরমই। অদুগা য়েন্নাও অনীদু ফুমজিল্লে। মফমদুদা লৈ খরা হেক্তুনা থম্লে। থম্লিবা য়েনগোনদু ইচিক চিকলমই অমসুং ইহাং হাংলমই। কাচিন অমদা তাদুনা লৈবা নাপু মচুগী মতু অমা উরুবদা মহাক মেলাদা চে-চে খোঙবদু নিংশিংলমই। মহাক ময়া চিক্তুনা মখোল থোক্তুনা কপলমই।

মহাক করিগুম্বা পোৎ অমবু অসুক শাথিনা পামখিবসি অমুক্তা থোকখিদরি। অদুগা মখোয় অসুক থুনা শিপ্পবা ! করিগুম্বা অমা মাঙখিবা নৎত্রগা কায়নখিবা হন্দক্কীসিনা অহানবা থেংনবনি।

# খ্বাইদগী ফত্তবা ফি

হেড মাস্টরনা অঙাংশিংগী মমা-মপাদা ইতৎ তত্তনা অঙাংশিং স্কুল কারকপা মতমদা খ্বাইদগী ফত্তবা ফি শেৎহল্লকউ হায়না হায়রকই। মরমদি অঙাংশিংনা শান্নবা মতমদা মফি মরোল অদু লৈখোম তৈশিন্দনবা নৎত্রগা শেগাই খোৎকাই তৌরবসু থোইদোক্না শাউনিংদনবা। মহাক্না খল্লমই— অঙাংশিংনা ফি-রোল মোৎহনবা অমসুং শেগায়রকপদা চৈবীগনি-ঙাঙবিগনি খনবদগী শান্ন-খোৎনবদা শরুক য়াদবা তারবদি য়াম্না ইকায়নিঙাইনি। তোমোএগী মনাক মক্তুদা অতোপ্পা প্রাইমারী মহৈশঙ লৈরমই। মফম অদুগী অঙাংশিং 'নেভী' গী ফিজেৎ পূম্বা ইউনিফোর্ম ওইনা শেৎলমই। তোমোএগী অঙাংশিংদি অচম্বা ফি-রোল শেৎলি অদুগা ওঝাশিংনা মখোয়গী ফিদুগী মরমদা করিমতা খনবিদনা পংশানতা শান্নহল্লি। ঙসিগী মতৌগুম্না মতমদুদা জিনগী খোঙগ্রাও শেৎনরমদে অদুনা নুপামচাশিংগী খোংগ্রাওদা ফিখা থারমই। নুপীমচাশিংগী স্কর্ট খ্বাইদগী কনবা ফি-না তুনরমই।

তোত্তো-চানগী মপূক্লিংদা পামজবা মশান্নদি মীগী ইংখোল নৎত্রগা অহাংবা মফমগী শম্বল লীৎতুনা চৎপনি। মরমসিনা মাগীদমক্তদি ফিগী ব্রাখল খন্দবনা ফরমই। মতমদুদা শম্বল অয়াম্বা তিংখং তারানা থান্নরমই। কনা কনাগুম্বগীদি তিংখং তারাদু লৈবাক ফাওবা ফুন্নমই। মদুগী মথাদা লিৎনবগীদমক্তা হূইগী মতৌগুম লৈবাক খোৎপা তারমই। ফনা চেকশিনদুনসু তোত্তো-চানগী মফিদু তিংখং তারাদা লৌশিনদুনা শেগায়রমই। নোংমদি মাগী য়াম্না পাবা ফ্রোক অমা শিংকুপ শানা শেগাইরমই। ফ্রোকতুবুদি অমনবনি, অদুবু মমানা য়াম্না লুনা তৌজে হায়বা মহাক খঙলমই। মমাদা করম হায়না পাওদমগনি হায়বসি তোত্তো-চাননা হন্না হন্না খল্লমই। তিংখং তারাদা লৌদুনা শেগায়বনি হায়বসি মমাদা সুকহায় হায়দোক্লিংদে। মহাক্না খল্লি করিগুম্বা মীনম্বা ব্রা অমা হায়জিনবনা ফগদরা? মমানা তোত্তো-

চানগী মরাল নত্তে হায়না খনখিনবা। অদুদগী মমাদা মহাক্না ব্রারী খরা শাজিল্লগা লীরমই।

"ইমা ঐহাক্না লম্বী চৎলিঙৈদা" মহাক্না ময়ূম য়ৌরগা শাশিন্নবা ব্রারী লীরমই "ইখঙ খঙহৌদনা অঙাং ময়াম্না ঐঙোন্দা হৈজ্রাং লংশিল্লকই। ঐহাক মখোয়দু মশক ফাওবা খঙজদে। মরমসিদগী ফ্রোক অসি অসুম্না শেগায়রিবনি" মহাক্না ব্রারী লিবা মতমদা মমানা করিগীনো হায়না হংলক্লবদি করি হায়না খুমগদগে।

অদুবু মমানা অসিখক্তমক হায়রকই "অস! অদুদি নঙ য়াম্না নুংঙাইরন্নরোই।"

তোত্তো-চান নুংশা স্বর নে তানা হোল্লমই। তাঞ্জা চাবদগী তোত্তো-চানগী মমানা লুনা তৌজবা ফ্রোক শেগায়খরবসু মসিদা করিগী ইচাগী মরাল লৈগদগে হায়না মমানা শোয়দনা খঞ্জরন্নগনি হায়না মহাক্না খল্লকই।

অদুগা অসিমদি তশেং-তশেংলে মমানা হৈজ্রাংগী ব্রারী অসি সুকথা থাজরন্নোই হায়না। মনঙ্গলদা লংঙকপা হৈজ্রাংনা মশাদা খরতা ওইরবসু শোকফম থোকপনি। অদুদগী তোত্তো-চাননা থৌদোক্তুবু করিমতা কীখিদবা। মমানদি ব্রারী অসি শাজিন্নবনি হায়বসি খঙলে। অদুবু অসিগুম্বা শাজিন্নবা ব্রারী লিবসি তোত্তো-চানগীদমক্তদি য়াম্না ঙকপা ব্রাফমনি। ফ্রোকতু শেগায়বদগী তোত্তো-চান য়াম্না নুংঙাইত্রে হায়বসিমা মমানা খঙলে। মরমসিদগী মহাক্না ব্রারী অসি শেমজিনবনি। অদুবু মমানা ঙসাইদগী ব্রাফম অমা খঙনিংলমই মতাংসিদা তাঞ্জাদু চারে খল্লক্লে।

"নহাক্কী ফ্রোকসি হৈজ্রাংনা শেগায়বনি হায়বসি ঐহাক খঙলে। অদুবু নহাক্কী খোঙগ্রাও নুংতিগী করম্না শেগায়রিবনো ?" 'লেস'না তুবা মহাক্কী খোঙগ্রাও নুংতিগী মনিং থংবা নাকন্দা করম্না শেগায়রিবনো হায়বসি মমা ভাব সুকতা তাবা ঙমদে। খোঙগ্রাও মোৎপা অমদি নাম্নুবী শান্নবদা শেগায়বসিদি খঙই অদুবু নুমিৎ

খূদিংগী অসুম্না শেগায়বসিদি ঐ খঙবা ঙমদ্রে।

তোত্তো-চান ঙাইহাক ব্রাখল তৌরমই অদুগা হায়রকই "করিগুম্বা শম্বলদো তিংখং তারানা খারবা অমসুং মহাক্কী মখাদা লৈবাক কোৎথোক্লগা লিৎশনবা তারগদি চঙখিবদা ফ্রোক নৎত্রগা স্কর্ট মপালদা থোক্লকপদা খোঙগ্রাও শেগায়বা হায়বসি মশানা তারবা ব্রাফমনি। অদুগা চঙলমদাই খূদিংগী "ঐ মনুংদা অমুক্তা চঙজরক্কে" নৎত্রগা মপাল থোরকপদা "ফরে অদুদি কায়নরসিসু হায়রম্বা তাবনি ইমা।"

ব্রাফমদু মমা ভাব তাবা ঙমদে অদুবু মহাক্কী মতৌদুদা নুংঙাইবা পোক্লমই।

মমানা হংলকই "অদুম্না শানবদু য়াম্না নুংঙাইবরা?"

"নহাকসু তৌদুনা য়েংউ" তোত্তো-চাননা ব্রাহংদুদা ঙক্লদুনা হায়রক্লমই। "য়াম্না নুংঙাইগনি অদুগা নঙগী মনুংগী খোঙগ্রাওসু শেগাইগনি।"

তোত্তো-চাননা মশান্নসিদা কয়াম নুংঙাইবা মদু অসুম্ননি।

খ্বাইদগী অহানবদা তিংখঙ তারানা শম্বল খাবা লম অমা থীবা তারমই। "ঙাকপীগনি, ঐহাক মনুংদা চঙজরকপা য়াগদ্রা" মসিগী মওংনা অসুম তৌবনি তিংখং তারাদু মথক্তা খরা চিংখৎলগা লৈপাক্তা কোম অমা তৌবা তারমই। অদুগা মপুক্তা শিত্তুনা মদু লিৎথোকপা তারমই। মনুংদা য়ৌরগা কোম অদুগী মনাক্তা কোম অমা অমুক তৌরগা "ফরে, হৌজিক কায়নরসি" হায়না হায়বা তাবনি। অদুদগী উপ্রাকনা হিপ্না অমুক হল্লকপা তারমই। তোত্তো-চানগী মমা হৌজিক খরা খরা ভাব তারক্লে মদুদি মপান্দা থোরকপা মতমদা খোঙগ্রাও তারাদা লৌশিন্দুনা করম্না শেগায়রিবনো। অদুগা মদু হনগৎ হনদা হম্না-হম্না তৌরমই। চঙথোক চঙশিন তৌরিবা খূদিংগী "ঙাকপীগনি, ঐহাক মনুংদা চঙলকপা য়াগদ্রা হায়দুনা কোম তৌবা, মপালদা থোরকপা মতমদনা "নুংঙাইজরে হৌজিক কায়নরসি" হায়দুনা শিত্তুনা হন্দোরকপা। ফ্রোক খোঙগ্রাওদি শোয়দনা শেগায়বা তাবনি।

তোত্তো-চান য়াম্না পূক্লিং চঙনা তারাগী ব্রাংমদা মনুং মপালদা শিৎনা শিৎনা চৎথোক-চৎশিন তৌরমই। অদুনদি খোঙগ্রাও শেগায়রকপদা কদি ঙক্লিংঙাই লৈবগে !

অসিগুম্বা মশাম্না অসি অহলশিংনা খনবদফাওবা ব্রারবসু, তাবদা তল্লবসু অঙাংশিংগীদমক্তদি য়াম্না নুংঙাইবা ব্রাফমনি। তোত্তো-চানগী অমোৎপা মথূৎ লৈবাক্লা থল্লবা খুজিল অমসুং নাকোং উরগা খরা খজিক খোইরাং খোইশাউবা পোক্লমই। অদুগা লোয়ননা হেড মাস্টরবুসু ইকায় খুম্নবা পোক্লমই। অঙাংশিংবু অসিগুম্বা ফত্তবা ফি শেৎহল্লকউ, মপূক্লিং পেন্না মোৎহনবা য়াবা। মহাক্লা অঙাংশিংবু মশক মুন্না খঙই হায়বসি মসিনা খুদম অমনি।

## তাকাহাশী

নোংমা অয়ুক অমদা অঙাংশিংনা লম্পাক্তা চেনলিঙৈদা হেড মাস্টর লাক্লগা হায়রমই। "মসি নখোয়গী অনৌবা মরুপনি, মমিংদা তাকাহাশী কৌই। মহাকসু অহানবা ক্লাসকী ডিব্বাদা ফমগদবনি।"

তোত্তো-চান অমসুং মহাক্কী মরুপ মপীজাশিংনা তাকাহাশীবু উরে। মহাক্লা মহাক্কী টুপী লৌথোক্লে অদুগা খজিক ইকায়রদুনা হায়রকই "নখোয় ময়াম কমদৌরিবগে?"

তোত্তো-চান অমসুং মাগী মরুপশিং অহানবা ক্লাসতা তন্নমই অদুনা মশাগা চানবা তাবনি। অদুগা তাকাহাশীদি নুপামচানি, অদু ওইরবসু মখোয়দগী পীক্লমই। মাগী মখূৎ মখোঙ পীকতক পীকতক তৌরমই। টুপী পায়খিবা মখূৎ অদুগী খূৎশাশিং অদু পিশক পিকপগুন্নমই। অদুবু মাগী মরেংজুম অদুদি ফল্লমই। মহাক খজিক নিংবা কায়বগুম মমাঙদা লেপ্লমই।

"লাও ব্রারী শান্নসি।" তোত্তো-চাননা মিয়ো-চান অমসুং

সাক্কোচানদা হায়রমই। মখোয় পূম্নমক তাকাহাশীগী মনাক্তা চৎলমই। মখোয়না মনাক হেক য়ৌবগা মহাক মোমোন নোক্লমই। মাগী মমিৎ তরাও তরাওরমই অমসুং কোইরক কোইরমই। মহাক করিগুম্বা খরা হায়নিঙবগুম তৌই।

"নহাক নশাগী ক্লাসকী ডিব্বা অদু য়েংনিংব্রা? তোত্তো-চাননা হংলকই।

"উম" মহাক্না টুপী উপশিন্দুনা হায়রকই। তোত্তো-চাননা মাবু রেলগী ডিব্বা অদু য়েংহননিংলমই। মহাক ঙাইঙমদনা মায়কৈ অদোমদা চেল্লমই অমসুং থোঙজাও য়ৌবা ফাওবা নুংশাস্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লমই, "থুরোনে"।

তোত্তো-চাননা তাকাহাশী য়াম্না থুনা চৎপোই নিংই অদুগদি হৌজিক ফাওবা লাপ্নরমই।

"লাক্লে" মহাক্না চেন্নবা হোৎনবদা অয়াম্বদা উপথুগে তৌরদুনা হায়রমই।

তোত্তো-চান হৌজিক ফাওবা মসি খঙবা ঙমলমদে, তাকাহাশী যাসুকী-চানগী মতৌগুম্না পোলিওনা নাবসু নত্তে, অদুগা মাগী মখোঙ চৎপা মতমদা শোরো শোরো চিংদুনা চৎপসু নত্তে অদুগদি রেলগী ডিব্বা য়ৌনবা হোৎনবদা মতম অসুক য়াম্না করম্না চঙলিবনো। মরম অসিনা তোত্তো-চান ঈংনা ঙাইদুনা লৈরমই। তাকাহাশী মশাগী মায়কৈদগী কন্না চৎনবা ঙম্বমখৈ হোৎনরমই। মতম অসিনা মাবু "থুরো" হায়রবসু অরেম্বা তারমই। থুনবুদি মহাকসু হোৎনরমই। মাগী মখোঙ য়াম্না পীক্লমই অদুগা নৌসু নৌরমই। ওঝা অমদি অহল লমনশিংনদি অঙাংসি চাউররোই, ইনবা লোইরে। তোত্তো-চাননা মঙোনলোমদা য়েংদুনা লৈবদুদা মহাক কন্না চৎনবা হোৎনরমই। মাগী মখূৎ অনী চৎনবা হোৎনবদা য়াম্না কন্না হাইরমই। মহাক্না থোঙজিন য়ৌরক্লবকান্দা মহাক্না হায়রকই "নহাক তশেংনা কন্না চেল্লি"। মতম অদুদা মহাক্না হায়রমই "ঐহাক ওসাকাদগীনি।"

"ওসাকা!" তোত্তো-চান য়াম্মা খোইদানা লুম্না হায়রকই। ওসাকা হায়রিবসি মহাক্কী মণ্ডলানগী শহর ওইরমই। মদু মহাক্না কৈদৌঙৈদসু উখিরমদরি। মমাগী মৌপ্বা অতোম্বা, মহাক্কীদি মামা, মহাক বিশ্ববিদ্যালয়দা লাইরিক তম্বনি। মহাক্না মাগী মকোকপু মখূৎ অনীনা পায়দুনা ব্রাংনা থাংগৎলমই। অদুগা হায়, ঐহাক নঙবু ওসাকা য়েংহনগেকো! উরেদনা হৌজিক ওসাকা!

ফরে, মসিবুদি শান্নবনি। অয়াম্বা মতমদা অহলশিংনা অঙাংগা লোয়ননা শান্নে। অদুবু তোত্তো-চানদি মদু অচুম্বা ওইনা লৌরমই। থাংগৎপদা মহাক্কী মমায়গী উনশা অদু চপ তিংলমই। মমিৎ নাকোংসু নারমই। অদু ফাওবদা মহাক ওসাকা য়েংনবা হোৎনরমই। নোংমা নৎত্রগা নোংমা শোইদনা ওসাকা উবা ফংগনি খল্লমই। মরম অসিনা মামা হেক লাকপদা মহাক্না হায়রমই "ঐবু ওসাকা য়েংহল্লু"। মতৌ অসুম্না ওসাকা মাগী মমঙগী শহর ওইরমই। অদুগা ইরায় লায়না তাকাহাশী শহরদুদগী লাকা ওইরম্লে।

"ঐঙোন্দা ওসাকাগী মরমদা খরা তাকউ হায়বনি" মহাক্না তাকাহাশীদা হায়রমই।

"ওসাকাগী মরমদা? মহাক্না মোমোন নোক্কুনা হায়রকই। মাগী মখোঞ্জেল শেংই অমসুং য়াম্না লুম্বদৌনা তৌরমই। মতম অদুদা অহানবা কাংশী খিংলমই।

"এঃ কয়াম নুংঙাইতবা ব্রানো?" তোত্তো-চাননা হায়রমই। তাকাহাশী হরাও-হরাওনা মশা পুম্বা হাইর-হাইরদুনা মনুংদা চঙলমই। মাগী লাইরিক খাওনা মাগী পীক্কবা মশা অদু লোইনা খনখিরমই। মহাক চঙলগা অহানবা পরেংদা ফমখরে। তোত্তো-চানসু য়াম্না থুনা মাগী মনাক্তা চঙদুনা ফম্নমই। তোমোএদা অঙাংশিং ফমনিং-ফমনিংবা মফমদা ফম্বা য়াবদুদা মহাক নুংঙাইরমই। মরমদি মহাক তাকাহাশীদগী লাপথোক্না ফম্বা পান্নমদে। অসুম্না তাকাহাশী অমসুং তোত্তো-চান মরূপ শান্নখি।

# চোংথদ্রিবৈঙেদা য়েংহৌ !

মুলদগী যুমদা হনবগী লম্বীদা, যুম মনাক্তা লম্বী মপালদা য়াম্না ফজবা পোৎ অমা উরমই। লৈঙোইগী মপৈ অচৌবা অমা। সমুদ্রদগী য়াম্না থাপ্লদা লৈঙোই মপৈ অদু উবদা ঙক্লমই। মসিবু মঙলানদি নত্তেকো? মহাক হরাওবনা লোইরমই। মহাক অমুক্তং চোংলগা পৈরিবা মপৈ অদুগী মতোন য়ৌনা কারমই। অদুগা মপৈদুগী ময়ায়মক্তদা কন্না চোংথরমই। তশেংবদি মপৈ অদু লৈঙোই ঙাক্তগী ওইরমদ্রে। ময়াই ব্রাইদা ফকলাংদা হাপ্নবা সলেটি প্লাসটর লৈরমই। চোংথবদুদা খঙহৌদনা পলাসটর মরক্তা মথবাক য়ৌনা পুথখি মূর্তি অমগুম্না মশাগী লাইরিক খাও অমসুং খোঙউপ হাপ্না খাওগা পুল্লপ পলাস্তরনা পুমতৈ তৈরমই। অরেং খূদিং মখোঙ অদু পুথরমই। খোঙউপ অদু মখোঙদগী নাম্থোক্কে তৌরমই। নাম্থোকখিদনবা মহাক মদুসু কন্না শেন্নবা তারমই। করিমতা লেংবা খোৎপা তৌদনা তুমিন্না লৈবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ লৈরমদে। খোঙউপ খাও পায়বা মখূৎ অদুসু অচোৎপা পলাস্তর মরক্তা চঙপ্রে। মনাক্তা নুপী অনী মরিসু চৎলমই। মহাক্না মখোয়বু খঙলমদে। হয়া হয়া খোঞ্জেল তপ্না মহাক্না হায়রকই "চানবীদুনা" অদুবু মখোয়না অঙাংসে নুংঙাইনা শান্নরিবোই খল্লদুনা নোক্তনা হেন্দোক্লগা অদুমক চৎখি।

নুমিদাংব্রাই ওইখিরমই। তপ্না-তপ্না মমশিল্লক্লমই। মমানা মাবু থীবা লাক্লমই। মপৈদুদগী তোত্তো-চানগী মকোক থিন্দোরকপা উরগা মমা পুমঙক ঙকখরে। অদুব্রাইদগী ব্রা অমা থিরে। অদুগী মচিন অমা তোত্তো-চানবু পায়ননবা হায়রে। অমসুং মাবু মপালদা চিংখৎলমই। অহানবদা মমানা মাবু মখূৎনা চিংখৎনিংলমই অদুবু মতম অদুদা মশাগী মখোঙ পলাস্তরনা য়োমজিনখিরমই।

পলাস্তর তৈরবা তোত্তো-চান ফক্লাংগা চপ মান্নরমই। "ঐনা খনবদা মমাঙবৈঙেদা অমুকসু হায়খ্রমাল্লে হায়না খল্লি" মমানা

হায়রকই, ‘‘করিগুম্বা অনৌবা পোৎ অমা উরগা মদুদা চুমদ্রিং হেক্তা চোংথগনু। চোংথদ্রিঙৈদা হান্না য়েংউ।’’

মমানা হৌজিক পনখ্রিবা ‘‘মমাঙঙৈদা অমুক’’ হায়খিবদো, থৌদোক অদো স্কুলদা চাক চাবগী কাংশী খিংলকপা মতমদনি। তোত্তো-চান নুমিৎ অদো মহাক্কী মরুপ খরগা সভাগারগী মনাক্তা কোইচৎ চক্তুনা লৈরমই। লম্বীদা খবর চে অমা তাদুনা লৈবা উরমই। খবরসিদা চোংদুনা শান্নরবদি নুংঙাইনিদা হায়না খল্লি। মরমদুনা মহাক খবরগী ময়াইমক্তুদা চোংথরমই। অদুবু খবরগী চেদুদি চৌকিদারদুনা অমাংবগী কোম অমা কুপশিন্দুনা থম্বা ওইরমই। চৌকিদারদু থবক অমা চৎখিরমই। মহাক্না কংক্রীটকী মখুম ইস্থোক্লগা খবব চে অমনা মনম নমথিরক্তুনবা কুপশিন্দুনা থম্বা ওইবন্রে। তশেংবনি নুমিৎ অদো য়াম্না নুংঙাইরমদে। তোত্তো-চান চুমদ্রিং অমাঙবগী কোমদা দোম তাশিল্লমই। মতম চংনা হোৎনরবা মতুংদা মখোয়না তোত্তো-চানবু চামথোকপা ঙন্নমই। মমানা থৌদোক অদুবু নিংশিংলমই।

‘‘ইমা, হৌজিক ঐহাক করিগুম্বা পোৎ অমদা চোংশিল্লরোই। তোত্তো-চাননা ঈংনা চিংলেম্না হায়রকই। মমা নুংশা স্বর ঈংনা হোন্জবমই। অদুবু মথংগী মীকুপ্তা মহাক্না হায়খিরিবা খরা, মহাক্না নুংশা স্বর ঈংনা হোল্লিবদু খরা থুমনখিবা মাল্লে হায়না খল্লমই।

‘‘ঐহাক কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বদা খবর নৎত্রগা লৈঙোই মপৈদা চোংথদুনা শান্নররোই।’’

মমানা খল্লমই তোত্তো-চানগী ব্রাখলদা পোৎশক অনীসি থাদোক্লগা অতোপ্পা পোৎশক অমদা চোংথনিংবগী ব্রাখল খল্লকপসু য়ারি।

হৌজিক অয়ুক নুংথিলগী মতম অসে তেনশিল্লক্লে। তোত্তো-চান অমসুং মমানা ময়ূম য়ৌবা মতমদদি পুম্মম মমথরে।

# অমুকসু ...ইহে !

তোমোএদা নুমিৎ য়ুংবগী ছুটি তংখায়গী কাংশী খিংলকপদা অঙাং ময়াম হরাও তয়াম্বনা থনবা ওইরমই। অদুবু হৌখিবা খরনি মমাঙদা মদুদা য়াম্না নুংঙাইবা ব্রাফম অমা অমুক তিনখিরমই।

হেড মাস্টর হৌজিকসু অঙাং পূম্নমক্কী ডিব্বা মুন্না য়েংবা তোক্লমদে। মখোয়সিবু সমুদ্রদগী খরা চীংদগী খরা পুরক্লবরা। মাগী নুপীসু সপেন্দ অনী পায়রদুনা মহাক্কা লোয়ন-লোয়ননা চৎলমই। করিগুম্বা ডিব্বা অমদা পুরক্কবা য়াওরবদি মহাক্কীদুনা অব্রাৎ-অপা হাপতোক হাপচিন তৌনবা। মসিগী মতুংদা অঙাং পূম্নমক্না "শাইয়ু শাইয়ু, মুন্না শাইয়ু, নঙনা চারিবা খরা অদু।" অদুদগী অঙাং পূম্নমক্না হায়রকই "ঐহাক মচল শুনা চারে।" অদুবু হৌজিক্না অনৌবা অমা হাপচিল্লে "ঐখোয় মথেল শুনা চারে" হায়রবগী মতুংদা কনাগুম্বা অঙাং অমদি ভাষন পীবা তারমই।

নোংমা হেড মাস্টরনা হৌদোকলমই "ঐনা অসুম খনবদা ঐখোয় পূম্নমক ব্রা য়াম্না ঙাঙবা তম্বা তাই। নখোয় করি খল্লি? হৌজিক্কগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী চাক চারিঙৈদা নুমিৎ খুদিংগী নখোয়গী মরক্কগী ময়াম কোইশিন্দুনা চাক চানরিবদুগী ময়াইদা লেপ্তুনা ব্রা ঙাংগদবনি। অসুম্না তৌরবদি কমদৌই।"

অঙাং খরনা খল্লমই মখোয় ঙাঙবদি হৈতে অদুবু মীনা ঙাঙবা তাবদি নুংঙাইগনি। অঙাং খরনা অমুক খল্লমই বা! মঙোন্দা মানা খঙবা খরা হায়বদা কয়াম নুংঙাইগনি তোত্তো-চানদি মসি খঙলমদে। মহাক ব্রা ঙাঙবা ঙমগদরা, অদুবু হোৎনদুনা য়েংবদা করি কায়বগে। চুম্নসু অঙাং অয়াম্বনা ব্রাফম অসিদা য়ানিংবা ফোঙদোকপ্রে। মথংগী নুমিৎতগী থবক অসি হৌনবা লেপ্নখরে ।

তৌবগীদি য়ুমদদি জাপানী অঙাংশিং চাক চাবা মতমদা তুমিন্না লৈবা তম্বী। অদুবু মহাক্কী মপাল লমদা থেংনরকপগী মতুং ইন্না

মাগী ছাত্রশিংদা হায়রমই, "চাক চাবা মতমদা মতম য়াম্না চঙহনগদবনি অদুগা লোয়ননা ব্রারী ব্রাতাই নুংঙাইনা শান্নগদবনি।"

মহাক্না ব্রাফম অসিসু হায়রমই। মীমাঙদা হৌগত্নুনা মশাগী ব্রাখল তশেং-তশেংনা করিমতা চিংনদনা ঙাঙবা তব্বসু য়াম্না মথৌ তাই। ব্রাখললোন অসিগীসু চাংয়েং তৌবনা চুমই।

অঙাং ময়াম অমত্তা ওইনা অয়াবা পীরে। ওঝানা হায়রিবা পূম্নমক তোত্তো-চাননা পূক্লিং চঙনা তারমই।

অফবা ফজবা ব্রা ঙাঙবা ঙমলোই হায়বগী নুংঙাইতবা তৌরোইদবনি। পূক্লিংদা লৈরিবা ঙমজবা খরদু ঙাঙগদবনি। নহাক্না তৌবা পাম্বদুসু হায়দোক্কদবনি। কনানা হান্না ঙাঙগদবনো, কনানা তুংদা, মদুসু লেপথোক্লরে। ঙাঙগদবা অঙাং অদুনা ঙাঙগদবা নুমিৎতা ঈশৈ হেক লোইবগা চাক চাথোক্কদবনি।

অঙাংশিংনা মসিমদি য়াম্না থুনা খঙবা ঙমলে মদুদি মখোয় মরুপ-মপাঙ ময়াম পূম্না ব্রারী শান্নদুনা চামিন্নরম্বদগী হৌগত্নুনা ঙাঙবদগী তোঙানবা ব্রাফম অমনি। হন্দক্কী ব্রাফমসিদি য়াম্না থৌনা ফবগী মথৌ তাই। অরুবা থবক্লি। অঙাং খরদি অহানবদদি ইকায়মন্দুনা মচিন্দা মুরুম- মুরুম শোন্দুনা, ইথক থক্কত্নুনা লৈরমই। অঙাং অমদি য়াম্না থব্রায় য়াওনা মহাক্না ঙাঙগদবা খরদু থৌরাং তৌজরমই। অদুবু ঙাঙলগে হায়না লেপখৎলকপদা লোয়না কাউথোকখিরমই। মহাক্না অহানবদা মানা ঙাঙগদবা অদুগী অহৌবা পরেংদু হনজিন-হনজিন্না ঙাঙলমই। "করিগী চোঙলিবনো হঙোয়না মায়কৈ অমত্তদা"। অদুগা অমুক ঙাঙলমই "নোংজু থা লাক্লবদা" মহাক অসিদগী হেনবা ঙমলমদে। মমৈথংদা মহাক্না হায়রকই "অসিনা লোয়জরে" অদুগা মহাক্না নোঙ্বদুনা খুরুন্নমই অমসুং মশাগী ফমফমদা হনখিরমই।

তোত্তো-চানগীদি হৌজিক ফাওবা পালি লাক্ত রি। মাগী পালী লাক্লবদি মহাক্না পামজবা "নিংথৌমচা অমসুং নিংথৌ মচানুপীগী" ব্রারীদু লীগনি হায়না লেপচরমই। ব্রারী অদু ময়াম পূম্নমক্না খঙনরবা

ব্রারীনি। শাম্নবগী পুং তাবা খূদিংগী মহাক্না ব্রারী অসি লীজগে হায়বদা মমান্নবশিংনা "ব্রারীদু ঐখোয় খীজরে, তাজনিংদ্রে" হায়রমই।



অনৌবা থৌরাং অদু মহে য়াল্লমই। অদুবু নোংমদি অঙাং অমগী পালী তাবকপদা য়াম্না থৌনা ফনা কল্লা য়ারমদে।

"ঐহাক করিমতা ঙাঙনিঙাই লৈজদে"। মহাক্না লাউথোক্লমই।

তোত্তো-চান ইঙক ঙকলমই, ঙাঙনিঙাই লৈতে হাযরিসিবু। তশেংবদি অঙাংদুগী ঙাঙনিঙাই করিমতা লৈরমদে। অদুদগী হেড মাস্টরনা অঙাংদুগী মেজ তাম্না চৎলমই মফমদুদা মাগী অহাংবা ডিব্বাদু লৈরমই।

"নঙগী ঙাঙনবা করিসু লৈতে হায়বা" ওঝানা হংলক্লমই।

"করিসু লৈজদে"।

অঙাংদু মরৈ মরাং তৌবমক্তি নত্তে। তশেংনমক মহাক্না ঙাঙনবা লীনবা ব্রারী অমত্তা লৈরমদে।

হেড মাস্টরনা তুং ওম্হোক্তুনা ময়া অতেকপদু কাউথোকপমখৈ তিংখৎনা নোকথোক্লমই।

"ফরে। ঐহাক নঙগী ব্রা ঙাঙনবগী মচাক খরা থীরুখিগে।"

"ঐহাক্লা ঙাঙনবগী মচাক খরা থিরুখিগে হায়বা?" অঙাং অদু ঙক্লমই। হেড মাস্টরনা অঙাংশিংনা কোইশিল্লিবা মফমদুগী ময়াইদা লেপহল্লমই। অদুগা মহাক্লা মাগী ফমফমদা ফমখিরমই।



"নিংশিংনবা হোৎনৌ" ওঝানা হায়রকই। ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপদগী স্কুল কারকপা ফাওবদা করি করি তৌরকই"

'উম", নুপামচাদুনা মকোক হোৎলদুনা হায়রকই।

"বা !" হেড মাস্টরনা হায়রকই "নঙনা উম... হু হায়রবনিনা নঙোন্দা হায়নিংঙাই খরদি শোয়দনা লৈরে। উম...হুম গী মতুংদা নহাক করি তৌখি ?"

'উম... ঐহাক হৌগৎলে।" মদুদগী মহাক অমুক মকোক হোৎপা হৌপ্রে।

তোত্তো-চান অমসুং অতৈ অঙাংশিং মসি পূম্নমকসি উরগা য়াম্না নুংঙাইরমই। তৌবতবু মখোয় য়াম্না পূক্নিং চঙনা তারমই। অঙাং অদুনা অমুক হায়রকই "অদুদগী উম...হুম" মখা অমুক্তা মকোক

হোৎলমই। হেড মাস্টর য়াম্না ঈংনা ব্রাখল ফাথদুনা নুপামচা অদুবু য়েংদুনা লৈরমই। মাগী মায়থোংদা মোমোন নোকলমই অদুগা মখূৎনা মেজদা থন্নমই। মহাক্না হায়রকই "বা!" য়াম্না ফরে। য়াম্না ফরে। অদুনা য়ারে। নঙ ঙসি অয়ুক হৌগৎলি হায়বদুনা ময়ামদা তাহল্লে। অফবা ব্রাঙাঙলোয় অমা ওইনবা হোৎনবদা নুংঙাইবা ব্রারী নৎত্রগা ময়ামবু নোকহনবগী মথৌ তাদে। নঙনা অহানবদা হায়খি নহাক্কী হায়নিংঙাই করিসু লৈতে হায়না। অদুবু হৌজিক্তি খরদি ঙাঙনিঙাই লৈরেদনা।"

অদুবু নুপামচাদু হৌজিকসু ফমথদ্রি। মহাক্না খোঞ্জেল ব্রাংনা হায়রমই "অদুদগী অসুম তৌবা"?

অঙাং পূম্নমক মঙোনলোমদা ওনশিল্লকই। অঙাংদু চনিং তানা নুংশা স্বর হোল্লমই। উম...ইমানা হায়খি নঙ নচিন নয়া থীল্লো। অদুদগী ঐহাক য়া খিল্লে"

হেড মাস্টর খুবাক খুরমই। অঙাং পূম্নমকসু খুবাক খুরমই। অদুদগী অঙাংদুনা অমুক্তা খোঞ্জেল ব্রাংনা হায়বা হৌরক্লমই।

"অদুদগীদিনে...উম.."

অঙাংশিংনা খুবাক খুবা লেপ্তুনা নুংশা স্বর খিঙলদুনা মাগী ব্রা তারমই।

মমৈথংদা লালদা মায়পাকপগুম, খোঞ্জেল অদুমত্তংদা হায়রমই, "অদুদগীদি ঐহাক স্কুল কারক্লে।"

অচৌবা অঙাংশিংগী মরক্তুগী অমদি মরু লুকথমনবদগী মাগী চানবা উপুদুদা য়ৈশিল্লমই। অদুবু অঙাং পূম্নমক্তি য়াম্না হরাওরমই, মরমদি মহাক করিগুম্বা খরা হায়নিংঙাই লৈরম্লে।

হেড মাস্টরনা কন্না খুবাক খুরমই। তোত্তোচনা অমসুং অতোপ্পা অঙাংশিংসু। অতৈদি লাইরদুনা ঙসাইগী উম...হম তৌবা অঙাংদুসূ খুবাক খুরমই। শঙলেন অদু খুবাক খুবগী মখোলনা পুমনিল নিল্লমই।

অঙাং অদুনা হয়েং কোল্লা চাউরক্লগা মাবু থাগৎতুনা খুখিবা খুবাক মখোল অদুদি কাউররোই।

# ঐখোয়দি শান্নজবতনি!

তোত্তো-চান য়াম্না চাউবা খুদোং থীবা অমা নঙলমই। স্কুলদগী ময়ূম হল্লকপদা থোকখিবনি। রোকীগা চাক চামিন্নদ্রিঙৈ মমাঙদা মাগী কাদা কৈশাল-কৈশাল হায়দুনা শান্নরমই মতমদুদা।

শান্নবসিদা মখোয় অনী কা অদুগী কাচীন অনীদগী লুকথ-লুকথনা লাক্লমই অদুগা মমৈথংদা থেংজিন্নরমই। কয়ারক হন্না অসুম তৌরবা মতুংদা মখোয় অনীনা শান্নবসি খরা লুশিলহন্নিংবগী ব্রা খন্নরকই। ব্রারেপতি তোত্তো-চান মতোমতনা লৌবনি। ফরে, লুকথ-লুকথনা লাকপসিনা কা-দুগী ময়াইদা থেংনগদবনি অদুগা অকীবা ফংনা শুকতোক্লুনা মশাগী শকফম কায়হন্দুনা শান্নবা মদু ঙস্বদুনা পাঙ্গল থোইবা শক্কদৌরিবনি। রোকীদী জর্মন শেফর্দ হূইনি। মাগীদমক্তদি কৈশাল শাবা থোইনা লুরমদে। মাগীদি মনা থেক্কৎলগা, ময়া কাথোক্লগা হিগৎলগা লোইরে।মমিত্তি চুম্নসু অসুম কীহনবা ঙন্নমই। তোত্তো-চানগীদমক্তদি মদু য়াম্না লুরমই। মহাক মখূৎ অনীদু মনাকোং ময়াদা থম্বা তাই। মমিৎ অমসুং মখা লাউনা কাথোকপা তাই। অদুদগী রোকীবু চীক্লবগী এক্টিং (নাটক) তৌরদুনা ঙংলদুনা লাউবা তারমই। অহানবদদি রোকী খুশান্নসি নীংথিজনা শান্নরমই। মহাক অপীকপা হূইনাও মচানি। ঙাইহাক লৈরগা কাউথোক্লমই মসি শান্নবনি হায়বসি, অদুনা মহাক্না তোত্তো-চানবু কন্না চিকলমই।

হূইনাও মচানি হায়বতনি চাউবদি তোত্তো-চানদগী শরুক অনী হেল্লমই। মাগী ময়াসু হৌরমই অমসুং শাংলমই। তোত্তো-চানগী য়েৎথংবা মনা অদু থারাক-থারাক য়ানলে হায়বসি তোত্তো-চান খঙলমদে অদুগা ঈখেং তারমই।

মহাক্না লাউবা তাবদা মমা চাকশঙদগী চেন্থোরকই। মহাক্না উবদা তোত্তো-চান রোকীগা কাচিনদা লেপমিন্নরমই। ঈখেঙ তারবা মনাদু মখূৎ অনীনা পায়শিন্দুনা থম্বা উরমই। মাগী ফ্রোকসু ঈনা

পুমতৈ তৈরমই। মপানা ফমফম কাদা ভায়লিন অভ্যাস তৌদুনা লৈরমই। মহাকসু চেম্থোরক্তুনা মফমদু য়ৌরক্লমই । মরক অসিদা রোকী মহাক য়াম্না চাউরবা অরানবা অমা তৌরুরে হায়বসি খঙলক্লমই। মহাক্কী মমৈদু মখোঙ অনী কারক্তা লোৎশিল্লমই। মহাক মথ্বায় নুংঙাইতনা তোত্তো-চানলোমদা য়েংদুনা লৈরমই।

তোত্তো-চান মতমদুদা শুপ্নগী ব্রাখলসিমতং খল্লমই। ইমা পাবুংনা শাউদুনা রোকীবু তাম্থোকপ্লবদি নৎত্রগা মীঙোন্দা পীথোকপ্লবদি মহাক করি তৌগনি? মদুদগী হেন্না শাথিবদি অতৈ লৈররোই হায়না খল্লি। মহাক রোকীগী মনাক্তা অদুমক ফমদুনা লৈরমই। য়েৎ থংবা মনাকোংদু মখূৎনা পায়রগা কপ্না-কপ্না হায়রকই "রোকীবু চৈবীগনু, রোকীবু চৈবীগনু" ।

মমা পাবুংনা খঙনিংলম্মী মহাক্কী মনাকোংদু করি তৌরবা জাৎনো? মখোয়না তোত্তো-চানগী মখূৎ হাইদোক্তুনা য়েংনিংলমই। অদুবু মহাক্না য়াম্না কম্না লাউ-খোঙবা তৌদুনা "ঐ করিসু তৌদে, করিমতা নাদে হায়রমই। রোকীবু শাউগনু! রোকীবু শাউগনু" অদুগা ভশেংনমকসু মহাক মতমদুদা চৈনা অমত্তা ফাওরমদে। শুপ্নগী রোকীখক্তগী খল্লমই।

ঈনা তপ-তপ তারমই। ফনা কুইরবা মতুংদা মমাগা মপাবুংগনা খল্লমই, শোয়দনা রোকীনা চিকপা ওইরমগনি। মখোয়না অহানবদা তোত্তো-চানদা থাজবা পীরমই, রোকীদা করিসু তৌরোই শাউরোই হায়না। মদুদতা মনাকোংদগী মখূৎ লৌথোক্লমই। তোত্তো-চানগী মনাকোং থারাক-থারাক য়ানবদু উরগা মমাদি পাখত্তুনা খংলাউ লাউরমই। মপানা মচানুপীদু পমদুনা ডাক্তর তাম্না মমানা লম্বী তাক্তুনা চেল্লমই। মতম চানা থুংলুবদগী ডাক্তরনা মনাকোংদু ফোৎপীরে। মমা মপা মদুতদা নে তারমই। তোত্তো-চাননা মমা মপানা রোকীবু চৈরোই হায়বগী ব্রাশক অদু কাউথোকখিদরা হায়না মপৃক্লিংদা চিংনজরমই।

তোত্তো-চান মকোক্তগী মনাকোং ফাওবা ফি অঙৌবা য়েত্তুনা

ময়ূমদা হল্লক্লমই। য়েংবদা থেবা অঙৌবা মাল্লমই। মশাগী ব্রাশক লৈজরবসু মপাবুংদি রোকীবু খরা ফুগে দন্দি অমদি পীদবা য়াদে হায়বসি চপ য়ুংনা খল্লমই অদুবু মমানা হায়জবা মীৎয়েংদা য়েংলমই। লোয়ননা নশাগী ব্রাশক কাউথোক্লনুকো হায়বগুন্নমই'। অদুদগী মপাবুংদু য়ানিংদনা য়াবা তারমই।

তোত্তো-চান হাথু-হাথু ইমুংদা চঙখিরমই। মহাক য়ারিবমখে থুনা রোকীদা হায়নিংলমই "নুংশা থীরুনু হৌজিক লোইনা ফরে"। নঙবু কনানসু চৈররোই। অদুবু রোকীদী থিবা খঙলমদে। তোত্তো-চান হৌজিক কপ্লক্লে। ডাক্তরদসু মহাক কপ্লক্তে, মরমদি মহাক্না কপ্লবদি মমা-মপানা রোকীবু চৈবিগদরা হায়দুনা। অদুবু হৌজিক্তি মহাক্কী মপীদু কঙবা নাইদ্রে। কপ্ল-কপ্লা রোকীবু কৌরমই "রোকী! রোকী! নঙ কদায়দা লৈবগে ?"

কয়ারক হন্না কৌরবা মতুংদা রোকী তপ্না তপ্না সোফাগী মনিংদগী থোক্লকই। পীরাংলক্তা মাগী মায়থোংদু মকা লান্নমই। তোত্তো-চানগী মনাক্তা চঙদুনা মাগী মনাকোংদু বেন্দেজ মথক্তা লেকপীরমই। তোত্তো-চাননা রোকীবু মঙকশমদা নুংশিনা কোনবিরমই। মাগী মনাদু মনম নমদুনা য়েংলমই। মমা মপানদি রোকীগী মনাকোংদু মনম নমথি হায়বনি। অদুবু তোত্তো-চানদি মহৌশাগী মনম অদু নুংশিরমই।

রোকী অমসুং তোত্তো-চান মখোয় অনীমক চোকথরমই, উইরি-উইরি ভৌরমই।

কালেন থাগী থাশিরমদাইগী থাজনা নোংথক্তগী লৈকোনদা বেন্ডেজ পুল্লিবী নুপীমচা অমসুং রোকীবু য়েংদুনা লৈরমই। মখোয় অনী কৈদৌঙৈদসু কৈশাল কৈশাল হায়দুনা শান্নররোইদবা। অদুবু হৌজিক্তি মখোয় অনী হান্নদগী হেন্না চান্নবা মরুপ ওইরমই।

# শান্নবগী নুমিৎ

চহী খূদিংগী নভেম্বর তাং ৩দা শান্নবগী নুমিৎ পাঙথোক্লমই । ফনা য়াম্না থিদোক থিজিন তৌরবা মতুংদা হেড মাস্টরন নুমিৎ অসি লেপ্পনি। নাকেন থাগী ঋতুদা নুমিৎ অসিখক নোং ব্রাৎনা চুবা থেংনরমই। নৎত্রগা মসি মহাক্না নোংজু-নুংশাগী মরমদা য়াম্না কন্না থিজিনবগী মহৈ নুমিৎ অমসুং নোং তাবগী মরমসিনা মহাক্না হায়বা ইনবগী খুদম ওইরম্বা তাই। নুমিৎ অসিদা অঙাংশিংনা শেম শারিবা লম্পাক অসিদা নোংনা অকায়বা পীখিদ্রি। মথ্বায় য়াওজবা অঙাংশিংগী আশা অমুক্তা কায়খিদরি। মসিসু অঙকপা অমনি হায়রিবা নুমিৎসিদা কৈদৌঙৈদসু নোং চুখিদে। তোমোএদা পাঙথোকপা তোঙান-তোঙানবা থৌরমশিংগী মনুংদা শান্নবগী নুমিৎ অসিমসু থোইদোকপা থৌরম অমা ওইরমই। থৌরী চিংবী, খোঙ অহুমগী লমজেলতা নত্তনা অতোপ্পা স্কুলশিংদসু মশান্নসি শান্নরিবা, মদুগী মথক্তা লেমহৌরিবা লমজেল তান্নবসিসু তোঙাল্লি। হায়রিবশিং অসি হেড মাস্টরজীনা তৌবা ঙাক্তনি। মসি পাঙথোকপদা থোইদোকপা মচাক-মথুম চঙদে। স্কুলদা লৈজরিবা মচাক-মথুম খরদুনা অদুম য়াই।

খুদম ওইনা তোমোএদা কার্ফ ঙাগী লমজেল চেল্লি। য়াম্না তুম্বক তাবা ফিনা শাবা ঙাগী ফিরাল অচৌবা চৈ অমদা পুল্লদুনা লম্পাক্কী ময়াইদা থম্লমই। ইঙ্গিৎ ফংবগা অঙাংশিং মায়কৈ অদোমদা চেনবা তারমই। মকোক্তগী চঙলগা মমৈরোমদা থোরকপা তারমই। স্কুলদা কার্ফ ঙা অহুমখক লৈরমই, অমনা নাপু মচুনি অনীনা অশংবনি। অদুনা অমুক্তদা অঙাং অহুমদগী হেন্না চেনবা য়ারমদে। লমজেলদু য়েংবদদি লায়না উরমই অদুবু তশেংবদি য়াম্না লুবা জাৎনি। তুম্বক তাবা ফিগী শাঙলবা ঙাদু মনুংদদি মমই। অঙাংশিং মায়কৈ লাকপা ঙমলমদে। তোত্তো-চান অমসুং অতৈ অঙাংশিং কয়ারক হন্না মমৈরোমদনি হায়রগা মকোকলোমদা মপাল থোক্লমই। লাল্লে

খঙবদগী অমুক হন্না চঙশিল্লমই। তুং-মাঙদা চৎলিবা অঙাংশিংনা মরেং-মরেং চৎপদুদা ফিনা শারিবা ঙাদু হিংগৎলকপগুম তৌই। মসি পূম্নমকসি য়েংবদা নুংঙাইরমই।

অতোপ্পা লমজেল অমসু চেল্লমই মফম অসিদা। মমিংদি ''ইমা অমবু থিবা''। মসিদা চেন্নু হায়বা য়াথং ফংবগা উনা শাবা কৈরাক ফাওবা চেনবা তারমই। অদুগা মদুগী কারক অমমমদগী লিৎথোরক্লগা মাঙদা লৈরিবা থুমোক অমদগী এনভেলপ অমা লৌথৎপা তারমই। মনুংদা হাপলিবা চেজেৎ অদুদা ''সাক্তো-চানগী মমা'' হায়না ইরম্বসু য়াই। য়েংলিবা মীয়ামদুগী মরক্তগী থিরগা মখূত্তা পায়হল্লন্নগা অমুক্তা মফমদু তান্না হল্লকপা তারমই। কৈরাক্কী অহোবদা লীৎপা মতমদা হৌদোংগুম্না মশাদু থুপচিন্দুনা থেকনা খোয়না লীৎপা তারমই, নৎত্রবদি লৌশিন্দুনা খোগাইবগী অকীবসু লৈরমই। অদুদগী অঙাংদুনা সাক্তো-চানগী মমাবু মশক খঙবা ওইরবসু চেজেৎ অদুদা 'কুমারী ওকুগী মচননুপী' ''শ্রীতসুএগী মমা'' নৎত্রগা শ্রীমতী কূনী নোরীগী মচানুপা হায়না ইরম্বসু য়াই অঙাংদুনা কৈদৌঙৈদসু উথিদ্রিবা। অদুন্না থোক্লবদি য়েংলিবা মীয়ামগী মনাক্তা চঙদুনা 'ওকুগী মচন য়াওব্রো?' হায়না কন্না লাউবা তাই। অদুগা মদু লাউনবগীদমক্তা থৌনা লৈবগী মথৌ তাই। লাইবক ফবদগী কনাগুম্বা অঙাংগী চেজেৎ তুদা মাগী মমাগী মমিং ইরন্নবদি মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওনা চোংদুনা ''ইমা, ইমা থুনা লাকও'' হায়না লাউরক্কনি। লমজেল অসিদা অয়েংবা মীসু চেকশিনবা তারমই। কনানা খঙগনি তম্বা ঙমদে মখোয়গীসু মমিং য়াওরকপসু। অদুন্না কৌরক্লবদি বেঞ্চ নৎত্রগা ফকতগী ফুক হৌগৎতুনা মীয়ামদা খুরুম্নগা চেম্থোরকপা তাই। অদুগা লোয়ননা অঙাংদুগী মখূৎ শন্নদুনা অমুক চেনবা তারমই। মরমসিনা অঙাং অমনা অহলশিংগী মনাক্তা হেক লেপ্পরবদি ময়াম অদু নুংশা স্বর হোন্দবমখৈ চেক-মোক লাউদনা তুমিন্না ঙাইদুনা লৈনরমই। মতাংদু ব্রারী শাম্নদুনা ব্রাচোই ঙাঙদুনা চাবা-থক্নুনা লৈথোকপা য়াদে। অহল

লমনগী থৌদাংনা অঙাংশিংদগী হেন্না চাউরমই।

হেড মাস্টরগা লোয়ননা ওঝা অতৈসু অঙাংশিং তংখায় য়েন্নদুনা থৌরী চিংবী শান্নরমই। অদুদগী ময়াম্মা কন্না লাউরমই "কন্না চিংউ হৈ হা"! য়াসুকী-চানগুম্বা শোয়নায়রবা অঙাংশিংনা থৌরী ময়াইদা পুন্নিবা রুমাল অদু মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈরমই, কনানা থোইবগে, পোবগে খঙননবা।

খ্বাইদগী অরোইবদা রিলে লমজেল চেল্লমই। স্কুলদুগী ছাত্র পুম্নমক মদুদা শরুক য়ারমই। লমজেলদুসু তোমোএদা তোপ-তোপ্পা মওং অমদা পাঙথোক্লমই। কনাসু য়াম্না শাংনা চেনবগী মথৌ তাদে। শঙলেন য়ৌনা কাখৎনবগী তংখাই কোইবা সীঢ়ীদুদা মথক মখা কাখৎ কুমথা তৌগদবনি। লমজেল অদুসু য়েংবদা লায়না থোকই। অদুবু মসিদা নক্লা নক্লা লৈরিবা অপিক-অপিকপা সীঢ়ী খুদিংমক্তা খোঙনা নেৎলম্বা তাবনি। অমত্তা কানবা য়ারমদে। মরম অসিনা মখোঙ নৎত্রগা মরেপ খরা ব্রাংবা ওইরবদি খরা লুনা থোকই। অঙাংশিংনা নুংতিগী কাথোক-কাশিন তৌরিবা সীঢ়ীদু শান্নবগী নুমিৎ অসিদদি অঙকপা অনৌবা মখল অমা ওইরমই। য়াম্না হরাওনা লাউ-খোংদুনা অঙাংশিং সীঢ়ীদু কাথোক-কাশিন তৌরমই। লাপ্পা য়েংবদদি দৃশ্য অসি কেলিডোস্কোপতা অমুক থোক অমুক মাঙ তৌবা ফজরবা শক্তমশিংদুগা মান্নরমই। সীঢ়ীদু মথক-মখা থিবদা মশীং নিপালখক্তমক শুরমই।

মমাঙদা পাঙথোকখিবা শান্নবা নুমিৎতা তোত্তো-চান অমসুং মাগী মরুপশিংসু শরুক য়াখিবনি, নুমিৎ অদুদসু হেড মাস্টরজী নিংবা থুংলমই। মচু কয়াগী চে কক্কুনা মবী-মরী তিংবা ফজরবা থব্রান মিচাক শাদুনা লম্পাক অদু নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা শেমজিন-শাজিনবা লৈতেংবা লোয়রমই। অহৌবা ঈশৈগী মখোলনা পুমনিল নিল্লমই কুম্মৈগী মতৌগুম।

তোত্তো-চান য়াম্না অয়াকপা অশংবা মচুগী খোংগ্রাও অমা শেৎলি অদুগা অঙৌবা মচুগী ফুরিৎ অমা লিৎলী। পামজবদি মহাক্কী

হকচাং- শাজেনগী ব্লুমর শেৎনিংবনি। ব্লুমর শেৎপা য়াম্না পামজবনি। অসুম্না তৌবনি, নোংমা হেড মাস্টরনা অহানবা ক্লাসকী ওঝানুপীশিংবু য়ুরিথমিক্সকী প্রেকটিস তৌহল্লমই। মতমদুদা ওঝানুপীশিংনা ব্লুমর শেৎপা উখিবনি। তোত্তো-চাননা পামজখিবদি মখোয়না মখোঙ থিনবা মতমদা মফেগনগী শাদোংশিংদু মত্রং মত্রং কারম্বদুনি। তোত্তো-চান চেন্দুনা ময়ূমদগী খোংগ্রাও ফুরিৎ লিৎলগা ওঝা নুপীশিংদুগী মওংদা মখোঙ থিন্দুনা য়েংঙি মাগী মফেগনদি মচানি অঙাংগা ওইবনে, কয়ারক হন্না হোৎনবদা মহাক খঙলে মদুদি ব্লুমর শেৎলগতদি ফৈগন নিকই।

শান্নবা নুমিৎ অসিদা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লমই। তাকাহাশী মাগী মখোঙ মথূৎ পিশক-পিশক পিকপা ময়ামদগীসু মরেপ নেম্বা, অদুগা লমজেল চেনবদদি লমজেল খূদিংগী মহাকনতা মকোক ওইরে। ব্রাফম অসি কনানসু থাজবা ঙম্নমদে। অতোপ্পা অঙাংশিংনা কার্প ঙাগী মনুংদা নোমহৌ-নোমহৌ নৈরিঙৈদা তাকাহাশীদি শৎতা লিথোরকই। সীটাগী কারক্তা অঙাংশিংনা থোক্কে তৌরিঙৈদা তাকাহাশীদি গজ কয়া মখোয়দগী মাঙ থারমই। অদুগা রিলে লমজেলদা অতোপ্পা অঙাংশিংনা সীটাশিং অমমমতা ওইনা লাপ্থোকলিঙৈগী চৈরক্তা তাকাহাশীদি তেঙ্গেগী মতৌগুম মথক-মখা কয়ারক হন্না কাথোক-কাশিন তৌদুনা চেনখিরমই। ফিল্মগী রীল (সিনেমা) চাকশিনবগী মতৌগুন্না।

"ঐখোয় কন্না হোৎনদুনা তাকাহাশীবু মায়থীবা পীদবা য়াদে" ময়াম পুম্নমক্না হায়রমই।

মাবু মায়থীবা পীবা লেপ্পরদুনা অঙাং খূদিংমক ঙম্বা মখে হোৎনরমই তৌইগুম্বসুং তাকাহাশীদি শান্নবা খূদিংমক্তা মায় পাক্রমই। তোত্তো-চাননসু ফনা কন্না হোৎনরমই অদুবু তাকাহাশী মঙোন্দগীসু মায়থীরমদে। চুমদ্রিং চেনবদদি অঙাংশিংনা থোইখিবসু য়াই অদুবু খূদি খুনাম্বা থোক্লবদি তাকাহাশীনা মখোয়দগী মাঙজিন হেক্তা থারমই।

তাকাহাশীনা মাগী প্রাইজ লৌগে চৎপদা হরাওমন্দুনা কাপোন শারকই। লমজেল খূদিংদা মকোক থংবনিনা। অমগী মথংদা অমা মনা ফংলমই। অঙাং পূম্নমক মহাকপু য়াম্না থৌরাংনা য়েংলমই।

"মথংগী চহীদা তাকাহাশীবু শোয়দনা মায়থীবা পীগনি" অঙাং পূম্নমক মশা মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লি। অদুবু তাকাহাশীনা চহী খূদিংগী মখোয়বু মায়থীবা পীরমই।

অদুগা ফংগদৌরিবা মনা ময়ামদুসু হেড মাস্টরগী মার্কগীদমক্তা মশাগী মতৌগুম্না অদুম ওইরমই। অহানবা মনা ফংবদা অচৌবা মুলাসু ফংবা য়ারম্বনি। অনীশুবা মনাদু পান অনী ওইবা য়াই। অহুমশুবা মনানা পালক মপুন অমা নৎত্রগা অতোপ্পা মখলগী মনা-মশিং ওইবা য়াই। তোত্তো-চান না চাউরক্রবা ফাওবদা খল্লমই - স্কুলদা ফংবা প্রাইজসি য়েনশাং চানবা মনা-মশিংতমক ফংনবোই।

অতোপ্পা স্কুলশিংদদি মনা মথুম পীবদা বোই, পেন্সিল রবর পীরমই। তোমোএগী অঙাংশিংদি মসি খঙলমদে। অদুবু মদু ওইদুনসু মনা-মশিং ফংবদুনা হরাওবা ঙম্নমদে। তোত্তো-চানদি 'মনা' ওইনা তিলহৌ অনীগা, পান অনীগা ফংলমই। পোৎলমশিংদু রেলদা তোংদুনা য়ুমদা পুদুনা চৎকনি খনবদা ইকায়জরমই। অতোপ্পা থৌরাংগী মনাসু শাম্নবগী নুমিৎকী অরোইবদা য়েন্থোক্লমই। মরমসিনা তোমোএগী অঙাং খূদিংমক য়েনশাং নাপী মখল মখলগী ফংনরমই। অঙাংশিংনা য়েনশাং নাপী পুবদা করিগী চিংনরিবনো? মমা-মমাশিংগা চৎমিন্নবদদি য়েনশাং নাপী পায়দুনা চৎলিবনি। তশেংবদি অঙাংশিংনা স্কুলদগী ময়ুমদা হনবা মতমদা য়েনশাং নাপী পায়দুনা চৎপসি হৈনরমদে।

মশা নোইবা অঙাং অমনা কোবী ফুল অমা ফংলমই। মহাক্না করি তৌগদবনো হায়বা খঙলমদে।

"ঐহাক মসি পুদুনা চৎপা তল্লি। লংথোকখ্রসিরা হায়না খল্লি" হেড মাস্টরনা মাগী ব্রাকৎ অদু তাপ্ত্রমালে। গাজর মুলা পায়রিবা অঙাংশিংগী মনাক্তা চঙশিল্লকই।

"করি তৌরে ? নখোয়বু নশাগী প্রাইজ পামদ্রবরা? মহাক্না হংলকই। অদুদগী মখা তারকই, "নখোয় নখোয়গী নমাদা হায়য়ু ঙসি নুমিদাংগী য়েনশাং অসিনা ওইনরো হায়না। হায়রিবা য়েনশাংসিদি নখোয়না তাঞ্জবনি। হায়বদি ঙসি নুমিদাংগী য়েনশাংদু নখোয়না ব্রানা তাঞ্জবা মনা-মশিংনা ইমুং মনুংগী মতেং পাঙলে হায়না খল্লো। খন্দুনা য়েংউ, করম তৌই ব্রাফম অসি? চাবদা শোয়দনমক হাওরগদবনি।"

অদুগা তশেংনমকসু ব্রাফমদু অচুম্বনি। পুন্সিদা অহানবা ওইনা তোম্ভো-চাননা চাবদা তেংবাঙগদৌরিবনি।

"ঐদি ইমাদা হায়গনি ঙসি নুমিদাং মরু-মরাং য়াম্না থাক্তুনা পান থোংউ হায়না" মহাক্না হেড মাস্টরদা হায়রমই । তিলহৌনা করি থোংসিগে হায়বসিমদি ঐহাক হৌজিক লেপ্লা ঙমদ্রি।

অদুগী মতুংদগীদি অতোপ্পা অঙাংশিংসু খনবা হৌরকলে মখোয় করি করি থোংহনসিগে হায়দুনা। মখোয় পূম্নমক হেড মাস্টরদা হায়রমই।

বা! অদু ওইরবদি ব্রাফমসি নখোয় খঙলেনে" মহাক্না হরাওদুনা হায়রকই। মহাক্কী খজাইদা ময়ি তারমই। মহাক্না মসিমসু খল্লম্বা য়াই চাক চানা চানা অঙাংশিং অমসুং মখোয়গী ইমুং মনুংনা "শাম্নবগী নুমিৎকী" মরমদা ব্রারী শাম্নবা ওইরসনু।

তশেংনমক মখোয় মরুওইনা তাকাহাশীগী মরমদা খন্নরমগনি মাগী ইমুংগী মেজ অদু মানা ফংলকপা মনা মথুমনা থল্লন্নগনি। মখোয়না অসিমসু আশা তৌরমগনি মদুদি তাকাহাশীনা নুমিৎ অদুদা চাউথোকচখিবা, নাপল কাখিবা অদুনা মহাক মী পীকপগী, ফুৎ শুদবগী অতোনবা ব্রাখল মঙোন্দা পোকলক্তনবা। অদুগা কনানা খঙগনি হেড মাস্টরনা তৌগে য়াওনা তৌরিবরা করিনো, অসিগুম্বা লমজেল অসি চেল্লগা তাকাহাশীনা হনজিন-হনজিন্না মকোক তানবা।

# কবি ইস্‌সা

অঙাংশিংনা হেড মাস্টরবু ''ইস্‌সা কোবায়াশী'' হায়না কৌবদুনা নুংঙাইরমই। অঙাংশিংনা চানবা ব্রাহৈ-ব্রাতা হাপচিন্দুনা য়াম্না ফজরবা শৈরেং ওইনা ব্রাহৈ-পরেং খরসু শেন্নমই।

ইস্‌সা কোবায়াশী
ইস্‌সা ঐখোয়গী হনুবা
মকোক মাগী অতাংবা

মসি অসুম্না থোকখিবনি, হেড মাস্টরগী শাগৈগী ওইবা মমিংসু কোবায়াশী কৌরমই। অসুক্কী মতিক ইস্‌সা কোবায়াশীনা ইবা 'হাইকু' (অকনবা ব্রাহৈ) হেড মাস্টরনা য়াম্না পামজরমই। মহাক্না ইস্‌সাগী 'হাইকু' হঞ্জিন-হঞ্জিন্না তাহল্লমই। অসুক্কী মতিক তামন্দুনা অঙাংশিংনা ইস্‌সাবু মখোয়গী হেড মাস্টর সোসাকু কোবায়াশীগুম্না অফবা চান্নবা মরুপ অমনি হায়না খল্লমই। মহাক তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অফাওবা কবি ইস্‌সা কোবায়াশী মান্নরমই।

ইকায় খুম্নজরিবা হেড মাস্টরনা 'হাইকু' য়াম্না পামজরুবগী মরমদি হায়রিবা লাইরিক অদু য়াম্না চমজবা অমসুং পুক্নি খোঙচৎকা মরী লৈনরমই। কবি ইস্‌সানা মহাক্কী মতমদা লিশিং কয়াগী 'হাইকু' অইবশিংগী মরক্তা মশাগী ফমফম অমা কল্লমই। অদুগা মাগী মতৌ কনামতসু তস্বা ঙন্নমদে। হেড মাস্টর ব্রারেংশিংদুদা অঙাংগী ওইবা নুংঙাইবা মহাও অমা ফংজরমই। খুদোংচাবা তাঞ্জা হেক ফংবদা ইস্‌সানা ইবা ব্রারেং শৈরেং অঙাংশিংদা হেক্তা তাকপীরমই। অঙাংশিংসু য়াম্না থুনা মদু চিনফা হেক্তা পুরমই। অসুম্না চিনফা পুখরবা শৈরেং খরা:

পাঙ্গল শোল্লবা হঙোই
নহাক নোনগনুকো
ইস্‌সা নঙগা লোয়নরি।
পীক্লিবা হৈশিংদ্রিবা উচেকশিং
লম্বী থাদোকউ লম্বী থাদোকউ
লম্বীদু নিংথৌগী শগোলগীদমক্লি।
হয়িংবু কনবীয়ু
য়েংউ মখূৎ নোইরদুনা, মখোঙ নৈরদুনা
নীরি মহাক্লা থৌজালগী ভিক্ষা

অমুক্তি মহাক্লা হাইকু অমগীদমক সূরসু পাল্লমই। অদুদগী ময়াম চঙদুনা ঈশৈদু শকমিন্নখি :



লাক্লো ঐগা শান্নমিন্নসি কনা লৈজদ্রবা পীক্লিবা

অঙাংশা



উচেক নঙদি নমা লৈতবনি

হেড মাস্টর অয়াম্বা মতমদা 'হাইকু' ক্লাস তৌরমই। অদুবু মদু সিলেবস মনুং চন্দে। তোম্ভো-চাননা হাইকু ইনবা ইহান হান্না হোৎনবদা মহাক্লা পামজবা কোমিক কী হেরো নোরাকুরোগী রাকম হৌদোক্লমই। নোরাকুরো কনা লৈজদ্রবা মপু পাল্লবা হূই অমুবা অমনি, মতম অমদা মহাক লাম্বীদা য়াওখি, অদুদগী খুরৌ চেনবা অপনবা কয়া নমখাইদুনা তপ্না তপ্না অচৌবা অরাংবা থাক্কী ফমথোল কারমই। নোরাকুরোগী কোমিক নিপামচাশিংগীদমক্তা ওইনা চেফোঙ অমদা ফোঙলমই। তোম্ভো-চাননা মদুদা ইরমই :

মপু লৈতবা অমুবা হূই চৎখি
ইউরোপকী মায়কৈদা হৌজিক
লাম্বীদগী ছুটি ফংলদুনা।

হেড মাস্টরনা পারগা হায়রমই, “অরাইবা অমসুং অচুম্বা হাইকু ইয়ু। অদুগনে য়েংউ হিরমদি নশানা খনখিবা ওইগদবনি।” তোত্তো-চান না ইবা ‘হাইকু’ দি অশেংবা হাইকু হায়বা য়াদে। অদুবু য়াকম অমদি মহাকসু খঙলমই। করম্বা মখলগী য়াকমনা মঙোন্দা ইনোৎ পীগদগে মতমদুদা । মাগী হাইকুদা ৫-৭-৫ কী ছন্দ য়াওরমদে। মাগীদি ৫-৭-৭ ওইরমই। অদুবু ইস্‌সা মশামক্কী ‘হৈ শিংজনম্রিবা উচেক’ হায়বা শৈরেংদুগী ছন্দসু ৫-৮-৭ ওইরমই। মরমসিনা তোত্তো-চাননা খল্লমই মাগী ছন্দদুসু চৎনবা য়াগনি।

কুহোনবুত্‌সু মন্দিরগী মনাক্তা চৎলিঙৈদা নৎত্রগা নোংজু মতমদা চৎপা য়াত্রবদা শঙলেনদা পুল্লপ লৈমিন্নরিবা অঙাংশিংদা তোমোএগী ইস্‌সা কোবায়াশী হাইকুগী মরমদা শুগাইনা তাক্লমই। প্রকৃতি অমসুং পুন্সি খোঙচৎকী মরমদা মহাক হাইকুনা মরম ওইরগা য়াখল ফোঙদোক্লমই। অয়াম্বদা ময়াম্না খন্নরমই কবি ইস্‌সানা হাইকু খরদি তোমোএগীদমক্তা ইরমগনি। খুদম ওইনা :

উন-না শৌদোক্লবদা
ইখঙ খঙহৌদনা খুঙ্গং পূম্নমক্তা
অঙাংশিংতনা পীক খল্লমই।

# অরোনবা অমা

তোত্তো-চাননা মপুন্সিদা অহানবা ওইনা পৈশা খরা তারম্বা থেংনরমই। মহাক স্কুলদগী ময়ূমদা হল্লকপা মতমদা পৈশাদু থেঙনরমই। জিয়ুগাওকাদগী ওইমাচী রেলদা তোংলমই। মথংগী স্টেসন মিদোরিগাওকা য়ৌদ্রিঙৈ মরক্তা য়াম্না থেকপা মফম অমা লৈরমই। তোত্তো-চান জিব্বাদুগী থোঙজিনদা লেপ্তুনা লৈরমই মরমদি মশা স্টেসনদা কুমথনবগীদমক ঙাইদুনা লৈরমই। লম্বী থেকলকপদুদা মখোঙনা কয়া নেৎলদুনা মশাবু চেকশিন্না লৈবা তারমই।

নুমিৎ অদুদা ট্রেনদুনা হেক থেকলকপা মতমদা তোত্তো-চানগী মখোঙ ময়াদা করিগুম্বা খরা তাবা উরমই। নহানমুকসু পৈশানি হায়না খুনগৎলুরগা ফুরিৎ কুদাম ওইরমই। মরমসিনা রেলদুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎলক্লবা মতমদা পোৎ অদু খুনগত্রিঙৈদা য়াম্না মুন্না য়েংলমই। 'সেন' মঙাগী ময়েক্লি মদু। রেলনা থেকপদুদা ওন্থরক্তুনা মাগী মখোঙ ময়াদা চেন্থরকপা জাৎনি। অদুবু তোত্তো-চানগী নাক য়েংতা পেসেঞ্জর অমত্তা লৈরমদে। মহাক করি তৌসিগে হায়না খল্লমই । মহাক্কা নিঙশিংলমই কনাগুম্বা অমনা মতম অমদা হায়খি ''অসুম্না পৈশা তাবা থেংনরবদি সিফাইদা শিন্নগদবনি। অদুবু সিফাইদি রেলদুদা কদাইদগী লৈগদগে?''

মতমদুমক্তদা কণ্ডক্তরনা থোঙ হাঙদুনা তোত্তো-চানগী কাদুদা চঙলক্লমই। তোত্তো-চান মরমদি খঙদে অদুবু পৈশাদু মখোঙ য়েৎ থংবদুনা য়াম্না কয়া নেৎশিন্দুনা লৈরমই। কণ্ডক্তরনা তোত্তো-চানবু মশক খঙলমই অদুনা নোকমি নোকমি তৌরমই। অদুবু তোত্তো-চানদি চুম্না নোকপসু ঙম্লমদে। মপূক্লিংদা মখোঙ য়েৎনা নেত্তুনা থন্নিবা পৈশাদুগী পোৎলুম অমা লৈবগুম্লদনা। মতাংদুদা উকায়ামা স্টেসনদা রেল অদু খাম্লমই। মথংগী স্টেসনদা মহাক কুমগদবনি। স্টেসনদা মীয়াম খরনা কাখৎলক্কনি, খরনা কুমখিগনি অদুবু ময়ামদুগী ইন্স্পেক-ইনশিনদু তোত্তো-চাননা খাঙদুনা লৈরমই, মহাক্কী য়েৎথঙবা মখোঙদু

তোত্তো-চান

অদুমক নেত্তুনা লৈরমই। মহাক য়াম্না [illegible] থল্লম [illegible] পাসগে হায়দুনা। অমুকসু থল্লি রেলদগী কুমথদুনা সিফাইদা পৈশাদু পীথোক্লুরগে। থঙপ্রেক থঙনা ব্রাথল অগ্রা [illegible] ক্লমহ, পৈশাদু খুনগৎপদা কনাগুম্বা অচৌবা মী অমনা মহাকপু [illegible]বনি হায়না থনখ্রবদি করমতৌনি? মতমদুদা 'সেন' মঙা ময়েক্লা অহাওবা মিঠাই অমসুং চোকলেত লৈবা ফংলমই। অদুনা [illegible] [illegible]দমক্তদি হায়রিবা সেনদু য়াম্রবা ললনি, অহলশিংদদি [illegible]সু ওইরমদগা য়াই। মসিগী ব্রাথলসিদা মহাক মকোক শারমই।

"বা! লৌশিংবু ফনা লৈরিনে" [illegible] [illegible]তামতা থঙ[illegible]মই। "ঐহাক্ল তপ্না হায়রবা, "ইহে ঐগী পৈশা তাখরে" অদু ওইরবদি ময়াম্নসু পৈশাদু ঐগী ওইরমগনি হায়না থনগনি।"

অদুবু মহাক্কী পূক্লিংনা অতোপ্পা প্রোব্লেম অমমুক থাংগৎলকই। ঐহাক্লা পৈশা তাখরে হায়দুনা খুনগৎপা মতমদা কনাগুম্বা অমনা "মদুদি ঐগী পৈশানি" হায়রক্লবদি কমদৌনি?

তরেৎ তরা থোক্লা থল্লবা মতুংদা, স্কাইদগী ফবদি মাগী স্টেসন য়ৌরকপদা খোঙউপ মরী পূনবগী মওংদা নোম্থমগা তুমিন্না পৈশাসি খুনগৎলবা। অদুমক তৌথি মহাক্লা। মহাক [illegible] পাকথী, মহাক্লা কুমথরকপা মতমদা মশাদু হমাংনা চোৎলমই। '[illegible]' [illegible]ভাগী ম[illegible]ক মাগী মখূত্তা খুদুম চেৎনা পায়রমই। মহাক [illegible] [illegible]তাকথবে। থাদ্লা য়াম্না লাপ্নমই। মদু য়ৌনা চৎলবদি অমুক থেং[illegible]নি, [illegible] মথ[illegible] ব্রাগনি। স্টেসনদগী কুমথরকপা মতমদা মহাক্লা [illegible]দুদি অসিনি— "ঐহাক পৈশা অসি লোৎশি[illegible]গে, অদুগা হয়েং [illegible] [illegible]পদা [illegible]রগে। ক্লাসতা ময়াম ব্রা তাম্নশিন্নরগে। য়ামদ্রবদা [illegible]দা উৎপদি উৎলুখিগনি। মখোয় ময়াম্নসু অসুম্না পৈশা তাবা অমুক্রা থেংনরগ্নোই।

মহাক ফনা কুইনা থল্লমই, পৈশাসি [illegible]দা লোৎশিগে হায়দুনা। য়ূমদা পুদুনা চৎলবদি মমানা হংলকপা য়াই। নংত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা লোৎশিন্দুনা থমগ্রসিরা কব্রিনো।

স্টেসন মনাক্তা উ মচা-মচা হৌবা অশোঙবা মফম অমদা মহাক চঙলে। মহাকপু কনামতনা উবা ফংলোই। মফম অসি চপ চারে। লৈপাক খরা খোঙ্ত্তোক্লগা পৈশাদু মফমদুদা ফুমজিল্লে। মফম খঙনবগীদমক নুঙ মচা অমা খুল্লগা মথক্তা থমজিল্লে। অদুদগী য়াম্না থুনা য়ুমলোমদা চৎলমই।

অয়াম্বা মতমদা নুমিদাংদা মমাদা স্কুলগী মরমদা ৱারী শারমই। মমানা তূম্বা মতম ওইরে তোক্লো হায়দ্রিমখৈ লীরমই। অদুবু নুমিদাংদুমদি মহাক ৱারী অমত্তা শারমদনা য়াম্না খাংনা তূম্বা চঙলমই।

মথংগী নুমিত্তা হেক হৌগৎপগা ঙসিদি অরুবা থবক অমা তৌদবা য়াদে। খঙহৌদনা মাগী ফুমজিল্লম্বা লনদু নিংশিংলকই। মহাক য়াম্না হরাওরমই।

নুংতিগী মতমদগী খরা ঙম্না ময়ূমদগী থোরক্লমই। রোকীগা লোয়ননা অশোংবা মফমদু য়ৌরক্লমই।

“অসিদনি। অসিদনি।”

মফম খঙনবগীদমক থনম্বা নুঙদুসু লৈরম্ই।

“ঐ নহাকপু য়াম্না ফবা পোৎ অমা য়েংহনগদৌরিবনি” মহাক্না রোকীদা হায়রমই। নুঙদু লৌথোক্লগা লৈপাক থাংহন্দোক্লমই। অদুবু সেন মঙাগী ময়েক’ অদুদি কদায়দা মাঙখ্রবনো খঙদে। মহাক মসিগী মমাঙদা অসুক শাথিনা ঙকপা লৈখিদ্রি। পৈশাদু ফুন্নিঙৈদা কনাগুম্বনা উগ্রবা জাৎলা? শাথিনা নিংবা কায়রমই। হৌজিক্তি মরুপ মপাঙশিংদা করি য়েংহনগনি? অদুবু মসিগী অরোনবা থবকসিদগী হেন্না ঙকপা লৈখিদ্রে।

মদুগী মতুংদা কয়ারক হন্না অশোংবা মফমদুদা চঙখি, নাক য়েৎ তৌখাইদুনা য়েংখি অদুবু পৈশাদুদি কৈদৌঙৈদসু ফংখিদে।

উতিননা চেনখিবা ওইরম্বসু য়াইদা হায়না অমুকসু খল্লমই। নৎত্রগা নুমিৎ অদুগী থৌদোক্তু মঙলান ওইরবা জাৎলা হায়দুনা অমুকসু খল্লি। নৎত্রগা ইশ্বরনা ঐহাকনা পৈশা লোৎপা মতমদা উরম্নগনি।” অদুবু ফনা য়াম্না খল্লবদসু অরোন অথুপকী চময়বা অদুমদি পাউখোঙ ওইনা অদুমক লৈখ্রে। থৌদোক অদু কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমখিদে।

# খূৎকা ব্রারী শান্নবা

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা জিয়ুগাওকা স্টেসনগী টিকেৎকী থোঙনাওদা মঙোন্দগী চহী হনবা নুপা মচা অনী অমসুং নুপীমচা অমগা শান্নরম্বা উরমই। য়েংবদদি মখোয় 'নুঙ, চে, কাতি' শান্নরিবোই খল্লি। মখোয় মশাগী মখূৎনা করিগুম্বা মওং মতৌ অমা শেন্নমই। উবদা তোত্তো-চান য়াম্না হরাওরমই। খরা ফজনা উবা ফংনবা মহাক খরগা মনাক্তা চঙশিল্লি। ইখঙ খঙহৌদনা মচিন্দা মখোল অমত্তা থোক্তনা মখোয় মশেল ব্রারী শারমই। অহানবদা অঙাং অমনা মখূৎনা মখল মখাগী শক্তম অমা শারমই, অদুদগী অতোপ্পদুনা অঙাংদুনা অতোপ্পা মখল অমগী, অদুদগী অহুম শুবদুসু। মদুদগী মখোয় অহুম মখোল থোক্তনা কন্না নোক্লমই। মখোয় অহুমদু য়াম্না নুংঙাইরমই। ঙাইহাক য়েংলবা মতুংদা মহাক ভাব তারে মদুদি মখোয় মখূৎনা ব্রারী শানবনি।

"ঐহাকসু খূৎনা ব্রারী শাবা ঙম্নম্নবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা"। মহাক মীহৌবা অমগা লোয়ননা খল্লমই। মপূক্লিংদা ব্রাখল তৌরমই, মখোয়গা লোয়ননা শান্নমিন্নসিরা, অদুবু মখূৎনা করি শকলোন লৌদুনা করম্না হংগনি? মখোয়দি তোমোএগী ছাত্রসু নৎলমদে। মখোয়না চৈরকপসু য়াই। মহাক তুমিন্না লেপ্তুনা মখোয়বু য়েংদুনা লৈরমই। তোয়োকো রেলনা প্লেটফোর্মদা চৎত্রিবা ফাওবা মফমদুনা লৈরমই।

"ঐসু নোংমদি শোয়দনা ইখূৎসিনা মীগা ব্রারী শান্নবা তমগনি" মহাক্না মতোমতা লেপচখি।

তোত্তো-চান মতম অদুফাওবদা নাপংবা মী অমসুং মখোয়গী অঙাংশিংগী মরমদা করিমতা খঙলমদে, হায়রিবা অঙাংশিংদু ওইমাচীগী মনা পঙবা লোনথোক্তবা সরকারগী স্কুলদা তন্নমই। ওইমাচী মহাক্না নুংতিগী স্কুল কারিব রেল অদুগী অরোইবা স্টেসন ওইরমই।

তোত্তো-চানগী থমোয়দা ব্রাফম অমনা শুন্ধৎখিরমই মতমদুদা। তথক তথক্লবা মিৎস্নাগা লোয়ননা য়াম্না হরাওনা শান্নরিবা মখূৎনা মখল মখলগী শকলোন লৌবদু উরগা মহাক য়াম্না ফজৈ হায়না খল্লমই। মহাক নোংমদি শোয়দনা অঙাংশিংদুগা মরুপ শান্নগে হায়না খল্লমই।

# রানিন নিফুতরেৎ

শ্রী কোবায়াশীগী লাইরিক তম্বিবগী পথাপ অসি অঙকপনি। অদুবু মাগী ব্রাখল-লৌশিংদি ইউরোপ অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিংগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা ওঝা কয়াগী মমিং তারমই। তোমোএদা য়ুরিথমিক্স, নুমিৎ য়ুংবগী চাক চাবা, স্কুলদগী ঙাইহাক ব্রাকিং চৎপদা 'রো, রো, রো য়োর বোট' ঈশৈগী খোম্থাংদা চাবা অসিনচিংবা ব্রাফমসিনা মদুগী খুদমনি।

হেড মাস্টরগী য়েৎ থংবা পাম্বোম ওইরমই শ্রী মারুয়ামা। অতোপ্পা স্কুল অমদা মহাকপু ভাইস প্রিন্সিপালনি হায়নরমই । মহাক শ্রীকাবোয়াশীগা চাংদম্নবদা ওন্ন তৈনরমই। মহাক্কী মমিংগী অর্থদি "চিংদুম"নি। মহাক্কী মকোক অদুসু মতুম তারমই। মশম অমত্তা হৌরমদে। শুপ্নগী নারুমদা অংঙৌবা শম খরা হৌরমই। আনোকসু কোইরক কোইবা অমা উপ্লমই। য়েংবদা কোবায়াশীগা খেন্নবতা নত্তনা মহাক্তি অরুম্বা খোম্থোক্তা চাইনিজ স্টাইলদা শৈরেং তাহল্লমই।

ডিসেম্বরগী তাং ১৪গী অয়ুক্তা অঙাং পূম্নমক্না শঙলেনদা তিল্লরবা মতমদা মহাক্না করিগুম্বা ব্রাফম অমা লাউথোক্লমই :

"ঙসিগী নুমীৎসিমক্কী ঙসিদগী চহী ২৫০ মমাঙদা "রানিন নিফুতরেৎ" শুবনা ফজবা লমন অমা খুমখি। ঙসি ঐখোয় পূম্নমক্না সেনগাকুজীগী মন্দিরদা চত্তুনা মহাক্কী মোঙফমদা খুরম্নুসি। নখোয়গী ইমা পাবুংদা মাঙজৌননা পাউ থাগ্রবনি।"

হেড মাস্টরনা শ্রী মারুয়ামাগী ব্রাফমদুদা অয়েৎপা পীরকখিদে। হায়রিবা হীরমসিদা মখোয়না করি খল্লি হায়বা ব্রাফমদুসু অঙাংশিংগী মমা মপানা খঙবা ঙমখিদে। অঙাংশিংনা খনখি হেড মাস্টরনা অয়েৎপা পীরক্লবনিনা ব্রাফমসি মহাক্কীসু অয়াবা অপাম্বা লৈরমগনি। অদুগা অঙাংশিংদি মোংফমদা চৎপগী ব্রাফমদা য়াম্না হরাওরমই।

চৎত্রিঙৈগী মাঙওইননা শ্রী মারুয়ামানা ‘‘নিফুতরেৎ রানিন’’গী অফাওবা ব্রারীদু তাহল্লমই। মহাক্না লীরমই— সামন্ত আসানোগী থাজবা য়ারবা মীওইশিংনা চহী অনী চুপ্না হোৎনরবা মতুংদা মখোয়গী মপু (নিংথৌগুম্বা) হাৎখিবগী লমন খুম্বগী শরৌ অমা শিন্নরমই। হায়রিবা থাজবা য়ারবা মখোয় নিফুতরেৎসিগা ‘রাইহাই আমানোয়া’ কৌবা ললোনবা অমনি। মহাক মশামক্না য়েক্লবগা লাম্থেংননবা খুৎশু-খুৎলাই পীরমই। শোগুনগী লান্মীশিংনা মাবু ফাবা মতমদা মহাক্না অসিখক্তমক হায়খি মদুদি ‘‘রাইহাই আমোনোয়া কৌবা মীশক অমনি’’ লৌতুনবগী মরমদা ব্রাফম অমত্তা হায়দোকখিদে। অঙাংশিংনা মহাক্কী ব্রারীদুগী মরমদা জ্ঞান তাবা ঙমদ্রবসু লাইরিক তম্বগী মহুত্তা কুহোনবুত্সু মন্দিরদা কোয়বা চৎপা, মফমদুদা চাক চাবা অসিগুম্বা ব্রারীসিনা লাইরিক তম্বদগী হেন্না নুংঙাইরমই।

হেড মাস্টরদগী কায়ননবা য়াথং লৌরগা ওঝা পুম্নমক্না অমসুং অঙাং য়াথেগা লোয়ননা স্কুলদগী চৎপা হৌরমই। পরেং শানা চৎলিবা নুপা মচাশিংগী মরক্তগী অমনা য়াম্না থৌনা ফনা করিগুম্বদা হায়রকপসু য়াওই ‘‘ঐহাক রাইহাই আমানোয়া হায়বা মীশক অদুনি’’। লোয়না-লোয়ননা নুপীমচাশিংসু ব্রাফমদুমক কন্না হায়রক্লমই। লম্বী চৎপা মী-শিংনা মখোয়না লাউরিবদু তারগা নোক্লমই। সেনগাকুজী, স্কুলদগী মাইল তরেৎলোম লাপ্লমই। হব্রাগাড়ী কয়া লৈরমদে মতমদুদা। দিসেম্বর থাগী অতিয়া শংবান্নরমই অদুগা অঙাংশিংনা ‘‘ঐহাক রাইহাই আমানোয়া হায়বা মীশক অদুনি’’ হায়দুনা লাউ-লাউদুনা চৎলমই। মরমসিনা লম্বীদু কয়া শাংলমদে।

মখোয়না সেনগাকুজী য়ৌরবদা শ্রী মারুয়ামানা অঙাং খুদিঙমক্তা বোকুল ধুপ অমমম পীরমই। মন্দির অসি কুহোনবুতসু মন্দিরদগী খরদি পীক্লমই, অদুবু মফমসিদদি পরেং অমদা মোংফম ময়াম অমা লৈরমই। মন্দির অসি 'নিফুতরেৎ রানিন''বু নিংশিংদুনা শাখিবনি হায়বসি নিংশিংলকপদা তোত্তো-চান মশা চিং-লেম্লকই। মহাক্লা শ্রী মারুয়ামাগী মতৌ তমদুনা লৈ-শু অমসুং বোকুল ধুপ কৎলমই। অতোপ্পা অঙাংশিংসু তুমিন্না লৈনপ্রে। তোমোএগী ছাত্রশিংনা তুমিন্না লৈখিবসিসু অঙকপা থৌদোক অমনি। মোঙফম খূদিংদগী কারকপা বোকুল ধুপকী মৈখুনা ফজবা শকলোন অমা লৌখরে।

থৌদোকসিগী মতুংদা অঙাংশিংনা বোকুল ধুপকী মনম হেক ফংবগা শ্রী মারুয়ামা অমসুং রাইহাই আমানোয়াবু নিংশিংলকখি। নিংশিংলকখি মফমদুদা তুমিন্না লৈখিবা থৌদোক অদুসু।

অঙাংশিংনা 'নিফুতরেৎ রানিনগী'মরমদা খঙদবা কয়ামা লৈরম্বা য়াই। অদুবু শ্রী মারুয়ামাগী অকনবা ব্রাফমনা (লেকচর) মখোয়গী পূক্লিংদা শকখঙদ্রবা মখোয়গীদমক্তা থমোয়দা নুংশিবা, ইকায় খুম্নবা অমা ফাওনরমই। ইকায় খুম্নজবগী মওং অসি শ্রী কোবায়াশীদগীদি খরা খেন্নরমই। তোত্তো-চানদি মখোয়গী হেড মাস্টরগী অচৌবা আনোক মনুংদগী অখুবা মীৎ অনীদু য়াম্না নুংশিজরমই, পামজরমই। মাগী শাওং শাদা ব্রাঙ চাউবদুদগী থোরক্লিবা মেঙলবা ব্রাহে খোইথুন্নবা খোঞ্জেলদুগা য়ামনা চানরমদে।



# “মাসাও-চান!”

স্টেসনদগী ময়ূমদা হন্দোক হনজিন চৎপগী লম্বীদা খুঙ্গং মচা অমা লাম্থোক্লুনা চৎপা তারমই। হায়রিবা খুঙ্গংসিদা কোরিয়াগী মীওই ঙাক্তনা খুন্দারমই। মখোয়গী মরমদা মহাক্লা সুপ্নগী ব্রাফম অমথক্তমক খঙজরমই। মদুদি নুপী অমা লৈরমই মহাক্কী শমব্রেঙ খাইরিবা মশম অদু শমজি পুল্লমই। মশাদু পাত্রিক পারমই, অদুগা হি-শুম্না মচিন তূম্বা অঙৌবা মচুগী রবরগী খোঙউপ অমা তোংলমই। মহাক্কী ফিজেৎ হায়ববু স্কর্ট অচোনবা অমগা ব্লাউজ অমগা অদুগা রিবোন অমসু পুল্লমই। মহাক মতম পূম্নমক্তা মাগী মচানুপাতবু থীদুনা লৈরমই । মহাক্লা কন্না কৌরমই, “মা-সাও-চান” মতম খূদিংদা ‘সা’দা খরা লুম-না অদুগা ‘চান’ বুনা শাঙনা চিংলমই। তোত্তো-চান মাগী খূৎকৌসিদা নিংবা কায়রমই।

খুঙ্গং অদু ওইমাচী রেল টালিদগী য়েৎ-থংবরোমদা খুন্দারমই। তোত্তো-চান মাসাও-চানবুসু মশক খঙলমই, মঙোন্দগী চহী খরা হল্লমই নুপামচাদুনা। ক্লাস টুদা তন্নম্বা য়াই। স্কুলদা করি হায়না কৌবা তোত্তো-চান খঙলমদে। মাগী মশমদু ইপুন পুল্লমই অদুগা মাগা মতম লৈবা থিবিক্তা হূই মচা অমা লোয়নদুনতা লৈরমই। নোংমা মহাক্লা য়ূমলোমদা খোঙনা চৎলিঙৈদা মাসাও-চানবু উরমই। মখোঙ অদু ফন্দোক্লদুনা, মখূৎনা কময়াদা থন্নদুনা য়াম্না নাপলগা লোয়ননা লেপ্পুনা লৈরমই।

“কোরিয়াই!” (কোরিয়াগী মী) তোত্তো-চানলোমদা য়েংলগা লাউরক্লমই।

য়াম্না হঙ্গোইবা তুক্কৎচবনা খোঞ্জেলদুদা তিল্লমই। তোত্তো-চান খরা কীথুক-কীরুম তৌই। মহাক্লা মাগী মাঙনবা করিসু তৌখিদ্রি। কৈদৌঙৈদসু ব্রারী-ব্রাতায় শাম্নবা লৈখিদ্রি। খঙহৌদনা মানা লাউরকপদুদা তোত্তো-চান মীপাই থীরমই ।

য়ূম য়ৌবগা মমাদা লোয়না তন্নমই। 'মাসাওচাননা ঐঙোন্দা কোরিয়াই' হায়না কৌরকই''। মমানা মহাক্কী মমায়দু মখূৎনা খুমজিল্লমই। তোত্তো-চাননা য়েংবদা মমাগী মপী ঈরা চেল্লমই। তোত্তো-চাননা খল্লমই 'কোরিয়াই' হায়বা ব্রাহৈসি য়াম্না ফত্তবা ওইরবোই খল্লমই। মমাদু মমিত্তগী মপী তৈথোক্লমই। লোয়ননা কপ্পদগী মমাগী মনাতোনসু ঙাঙলমই। ''মরাইবক থীরবা অঙাং'' মমানা হায়রকই। অতোপ্পা মীশীংনা মাবু শোয়দনমক 'কোরিয়াই' 'কোরিয়াই' হায়দুনা কৌরমগনি। অঙাংদুনা খল্লমগনি ব্রাহে অসি চৈ থাঙবা ওইরমগনি। অদুগা মশাগী অশাউবা ফোঙদোকচনবা মহাকসু 'কোরিয়াই' হায়রিবনি। খঙদ্রে মীশিংসে অসুক য়াম্না মীনুংশি খঙদ্রিবা করিগীনো?''

মমিত্তগী মপী তৈথোক্লগা মমানা তোত্তো-চানদা হায়রকই ''নঙদি জাপানিজনি, অদুগা মাসাও-চানদি কোরিয়া হায়রিবা লৈবাক অমদগী লাক্লুনা খুন্দারবনি। মাসু নঙগুম্বা অঙাংনি। ইবেম্মা তোত্তো-চাননা, নঙ হয়েং চাউরক্লগা মী অমগা মী অমগগী মরক্তা করিমতা খেন্নবা লৈতে হায়বসি কাউরোইদবনি। মহাক্লা কোরিয়াগীনি ঐহাক্লা জাপানগীনি হায়বসি খল্লোইদবনি। মাসাও-চানগা কৈদৌঙৈদসু শাউনরোইদবনি। কোরিয়াগী মী ওইরবদি হেক্তা ফত্তবা ওইরমগনি হায়বসি খল্লোইদবনি''।

তোত্তো-চান মদু পূম্নমক খঙবদা ব্রানা থোক্লমই। অদুবু মহাক অসিমদি ভাব তারে, মাসাও-চান হায়রিবা অঙাংসে মী-শিংনা মরম লৈতনা মাবু চৈ থাংবীরে। মদুনা ওইবা তাই মমানা মাবু ঙাইহাক লৈতনা থিরিবসি। মাগী অয়াকপা খোঞ্জেলনা মাবু কৌদুনতা লৈরমই। মসিমসু খল্লম্বা য়াই অঙাংদু কদায়দা চৎখ্রবা জাৎনো? মথংগী নুমিত্তা তোত্তো-চাননা স্কুল কারকপদা 'মাসাও-চান' কৌবগী মমাগী খোঞ্জেলদু তারমই। মহাক্কী খোঞ্জেলদু তনিক-তনিকলমই য়াম্না নুংশা থীবগী মওং অমা তৌরমই। তোত্তো-চান মতোমদা ব্রারেপচরে, মহাক মশা কোরিয়াগী নৎত্রবসু মাসাও-চাননা হন্দমুক্তা 'কোরিয়াই'

কৌরক্লবদি শোয়দনা পাউখুম পীগনি "ঐখোয়দি অঙাং ঙাক্তনি, ঐখোয় অমত্তনি"। মহাক্তা মরুপ শান্নবসু হোৎনগনি।

মাসাও-চানগী মমাগী মীকৌদুদা চিংনবা, নুংশা থীবগী মওং অমা তৌরমই। কম্না চেন্নকপা রেল অমগী অহৌবা খোঞ্জেল্লক্তা তিনখিদ্রিবা ফাওবা নুংশিত্তা তাওদুনা লৈরমই।

'মা-সাও-চান'!

মীকপ মীরাওখোলতনা থল্লবা খোঞ্জেলদু অমুক্তংবু তারুরবদি কনামতনা কাউথোকপা ঙম্রোই।

# শম্বুল

তোত্তো-চানগী অপাম্বা অনীথক লৈরমই। অহানবদা ব্লুমর শেৎপগী অনীশুবদা শম্বুল পুনবা। মঙোন্দগী হেন্না চাউবা নুপীমচাশিং রেলগাড়ীদা শম্বুল পুনবা উরমই। মহাক্না মহাক্কী মশমসু য়াম্না থুনা শাংবা পামজরমই। মাগী ক্লাসকী নুপীমচাশিংসু মশম তেন্ত্রিক তেন্না কক্লমই। মখোয়দগীদি তোত্তো-চানগী শম-না খরা শাংলমই। নাকলদা শমক্ত্রেং খায়রগা মমানা রিবোন পুনশিনবীরমই। মমানদি অসুম্না রিবোন পুনবনা নঙোন্দা হেন্না ফজে। অদুবু মানা পামজবদি মশম খরা থুনা শাঙলগা মমাদা শম্বুল পুলহনবনি। মমৈথংদা নোংমা মমাবু মাগী শম্বুল মচা-মচা অনী পুলহল্লমই। মমানা য়াম্না ব্রানা রবর বেন্দনা ফাদুনা রিবোন অপীকপনা পুল্লমই। মহাক মতোমতা খঞ্জরমই ঐহাক চাউরবনি। মিংশেলদা য়েংলুবদা রেলগাড়ীদা নুপীমচা ময়াম্না পুল্লিবদুদগী মাগীদুনা খরা হেন্না পীক্লমই, ওক্কী মমৈগুম তৌরমই। অদু ওইরবসু মহাক রোকীগী মনাক্তা চৎলমই। মহাক চাউথোকচবা অমগা লোয়ননা রোকীদা য়েংহল্লমই। রোকীনা অমুক অনীরক মমিৎ কুপ্লমই।

"অস নঙগীসু ঐহাক্না শম্বুল পুনবা য়ারন্নবদি" তোম্ভো-চাননা হায়রমই।

মহাক্না রেলদা ফম্লিঙৈদা মঙক অদু চুমদ্রিং থেক্কৎলমই। মঙক য়াম্না নোম্নবদি শম্বুলদু কায়খিনি হায়দুনা মহাক য়াম্না পাখৎচরমই। "ঐগী শম্বুল অসি কনাগুম্বা অমনা য়েংবিরবদি কয়াদা ফগদবা" অদুদগী মীদুনা "বা! নঙগীসিদি য়াম্না ফজেনা-কা হায়রক্রবদি হায়না খঞ্জে। অদুবু কনামতনা মাগী শম্বুলদু য়েংলক্তে। অদুবু মহাক্না স্কুল য়ৌখিবদদি মাগী ক্লাসকী মমাম্নবশিং মিয়ো-চান, সাক্কো-চান অমসুং কাইকো আওকো মখোয়ময়াম্না হেক উবদা "বা! পিগটেল্স"! তোম্ভো-চান হরাওবনা ঙমখে নৈরমদে। মহাক্না নুপীমচাশিংদুদা মাগী শম্বুলদু পায়হল্লমই।

অদুবু নুপামচাশিংনদি করিমতা থৌশাবীরমদে। চাক চাবগী পুং তারবা মতুংদা ক্লাসকী অঙাং অমনা য়াম্না কন্না লাউরকই "বা! তোম্ভো-চাননা মাগী মশমসি অনৌবা মওং অমদা শেন্নক্লে"। তোম্ভো-চান মতোমতা হরাওজরমই। য়ামদ্রবদা নুপা মচা অমদি মাগী শম্বুল অসি য়েংবদি য়েংঙ্গ্রেদনা। মহাক্না চাউথোক্না হায়রমই "পিগটেল্স নি"

অদুদগী নুপামচাদু মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। শম্বুলদু মখূৎনা পায়রগা হায়রকই "ঐহাক য়াম্না ৱারে,নহাক্কী শম্বুলদু ঙাইহাক পায়দুনা শাম্নগে। ইহে! মসিদি রেলদা য়ানবা শউনগী খূৎ পায়ফমদগী হেন্না ফৈ।" অদুবু ৱাহৈ খরসিতনা লোয়রমদে।

'ওয়ে' তোম্ভো-চানদগী শরুক অনী হেন্না চাউ শাংলমই। মহাক্না শম্বুল অনীদো খঙচিং চিংলকপদা তোম্ভো-চান তুশিল্লমই। মহাক্কী শম্বুলবু রেলগী খূৎ পায়ফমনি হায়বগী খরগা শাউনিংলিঙৈগী মখাদা তুশিনবদগী অমুক হেন্না শাউনিঙলমই। অদুবু ওয়েনা মহাকপু থাদোক্লমদে, অমুক হেন্না "কন্না চিংঙু, হৈ হা" হায়দুনা কন্না চিংলমই, অদুঙৈগী থৌরী চীংনবগী মওংদা। তোম্ভো-চান য়াম্না কন্না কপলমই।

তোত্তো-চানগীদমক্তদি শম্বুলনা চাউথোকচবগী খুদমনি। মহাক্না খল্লমই ময়াম পূম্নমক্না মাবু লুনা চাম্না ইকায় খুম্নবীগনি হায়না খঞ্জরম্বনি। মহাক কপ্না-কপ্না হেড মাস্টরগী কাদা চেন্দুনা থোঙ থিল্লুই। হেড মাস্টরনা থোঙ হাংদোক্লবদা মনুংদা চঙদুনা হিক-হিক কপ্লমই। মহাক নোম্ন্দুনা লৈরমই।

"করি তৌরে?" মহাক্না হায়রকই।

তোত্তো-চাননা মহাক্কী শম্বুলদু পুনশিল্লদুনা হায়রকই 'ওয়ে'না "কম্না চিংঙু হৈ হা" হায়দুনা চিংলিবনি।

হেড মাস্টরনা মাগী শম্বুলদু য়েংলমই। মাগী পীরাংনা চোৎলবা মায়থোঙ অদুগী ওম্না-তৈনবদা শম্বুলদুদি জগোয় শাবগুম তৌরমই। তোত্তোচানবু মাঙদা ফমহল্লগা মহৌশাগুম অতেকপা ময়াদু থৌশাদনা মোমোন নোক্লমই।

"কপকনু"। মহাক্ন হায়রকই "নঙগী শম্বুলসিদি য়াম্না ফজেকো"

"ওঝাবু ফজব্রনে?" মানা খরা ইকায়রপ তৌনা হায়রকই, মরু লুকথদুনা পীরাংনা চোৎলবা মায়থোঙদু থাঙ্গত্তুনা হায়রকই।

"য়াম্না ফজেনে।"

তোত্তো-চান কপ্পা তোক্লে। "ঐ হৌজিক কপ্লরোই" 'ওয়ে'না কম্না চিংঙু হৈ হা হায়দুনা চিংলবসু কপ্লরোই। হেড মাস্টরসু মাগী রাফমদুদা মঙক নোল্লদুনা য়ানিংবা ফোঙদোক্লমই। হেড মাস্টর মোমোন নোক্লমই, তোত্তো-চানসু নোক্লমই। হৌজিক মাগী মোমোন নোকপা মায়থোঙদুগা শম্বুলদুগা য়াম্না পকচরে। হেড মাস্টরদগী কায়নবগী য়াথং লৌরবা মতুংদা মমাল্লবশিংগা শান্নবা লাক্লমই।

মহাক কপ্পুবগী রাফমদু কাউথোক্লুরবনি, তাঞ্জাদুদা 'ওয়ে' মকোক হোৎল-হোৎলদুনা মাগী মমাঙদা লেপ্তুনা হায়রকই "ঐনা নঙগী শম্বুল পায়দুনা চিংখিবগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু। মহাক্না খরা কম্না হায়রকই ' ঐবু হেড মাস্টরনা কৌরগা চৈরকই'। ওঝানা নুপীমচাশিংবু ইকায় খুম্নগদবনি, মখোয়বু লুনা তৌবিগদবনি হায়রকই।"

তোত্তো-চান ঙক্লমই। মসিদি অনৌবা ব্রাফম অমনি। মসিগী মমাঙদা কনামতনা হায়খিবা তাদে নুপীমচাশিংবু লুনা তৌবিগদবনি হায়বা ব্রাহেসি। মফম পূম্নমক্তা নুপামচাশিংতনা মশোং ফন্দুনা লৈরমই। অসিগুম্বা ইমুং কয়াদি মহাক খঙলমই। অঙাং ময়াম অমা লৈরমই । অদুবু মফম পূম্নমক্তা নুপামচাশিংদতা হান্না চরা ব্রালহনবা, অচাপোৎ পীজবা চৎনৈ। নুপীমচাশিংনা লাউ খোঙদুনা হায়রবসু মখোয়না হায়রকই, "নুপীমচা হায়বদুদি য়েংদুনতা লৈগদবনি, ব্রা ঙাঙবা য়াদে।"

অসুক য়াম্বসি লৈনা-লৈনা হেড মাস্টরনা ওয়েদা নুপীমচাশিংবু লুনা তৌবিগদবনি হায়রিবা। তোত্তো চান অহানবদদি ব্রাফমদু খরা ঙকনা থোক্লমই। অমুকসু খল্লি ব্রাফমসি য়াম্না ফবা জাৎনি। কনাগুম্বনা লুনা তৌবিরবদি কয়াদা ফগদবা। অদুগা ওয়েগীদমক্তদি মদু থমোয় শোকপা ব্রাফমনি। নুপীশিংবু লুনা তৌবা, চানবীবা অসিগুম্বা ব্রাফমসি মঙোন্দা হায়রকপনি। তোমোএদা ওয়েবু চৈ থাংবসি হন্দক্কী থৌদোকসিনা অহৌবা অমসুং অরোইবনি।

## থাগৎচবা

অনৌবা চহীগী ছুটি থাগদবা মতম নকশিল্লক্লমই। কালেন ছুটিগী মতৌগুম্না মতম অসিদা অঙাংশিং স্কুলদা পুল্লমদে। মখোয় মতম চুপ্পা মশা-মশাগী ইমুং মনুংগা লোয়ননা মতম লেনখি।

"ঐদি অনৌবা চহীগী ছুটি অসি ইপুগা লোয়ননা ক্যাসুদা লৈরুগনি" মিগিতানা ময়াম পূম্নমক্তা কোইহায় হায়রমই। অদুদগী তাঈ-চান বিজ্ঞানবু পামজবা মহাক্তনা হায়রমই "ঐদি ইবুং অহলগা লোয়ননা ফিজিক্সকী লেবোরেটোরী য়েংবা চৎকনি।" মহাক তাঞ্জাদু ঙাইদুনা লৈরকপনি। "অমুক উম্নসি" হায়রদুনা চৎনা-চৎনা অঙাংশিং অমনা অমবু মশা মশাগী থৌরম-পরেং তাক্লরমই।

তোত্তো-চান মমা অমসুং মপাগা লোয়ননা স্কীইংগীদমক্তা চৎলমই। মপাবুঙগী ওর্কেস্ট্রাগী থৌরম পুরেল অমদি সৈলো খোঙবা মরুপ হাইদো সাইতোগী 'সীঘ্য' চীংদা য়াম্না ফজরবা য়ূম লৈরমই। নিংথম থা খূদিংগী মখোয়গা লোয়ননা মফমদুদা মতম লেপ্লমই। তোত্তো-চান য়াম্না পীক্লিঙৈদগী স্কীইং তম্লমই।

শগোললনা চিংবা স্লেজ গাড়ীদা ফমদুনা স্টেসনদগী স্কীইং তৌগদবা মফমদু ফাওবা চৎপা তারমই। মফমদুদা মায়কৈ মরিমক্তা উনগী উনঙাক্তনা পুমঙৌ ঙৌরমই। চীং পূম্নমক, লোক পূম্নমক উননা কুপশিল্লমই। করি করিগুম্বা মফমদা অকঙবা উ পাম্বীগী মশা মরেঙ খরা উরমই। মফমদুদা লৈনবগীদমক হাইদো সাইতোগুম্বা য়ূম লৈজদবা কাঙবুগীদমক জাপানী মীথুংফম শারমই। নোংচুপলোমগী মওং মতৌ তমদুনা শাবা হোটেল অমসু লৈরমই। লমকোয়বা লাকপা মীরৈবাক্কী মী কয়াসু লাক্লমই।

অদুবু হন্দক্কী চহীসিদি তোত্তো-চানগীদমক্তদি অতোপ্পা ব্রাফম অমা ওইরমই। য়ামদ্রবদা মহাক হৌজিক এল পি স্কুলগী অহানবা ক্লাসতা তম্লমই। মহাক ইংলিস খরসু তমশিল্লে। মপাবুঙনা মাবু 'থাগৎচরি' হায়বসু তম্বীরে।

মীরৈবাক্কী মীওই কয়ানা তোত্তো-চানবু উন মরক্তা স্কী শেৎপা উবদা মঙোন্দা করিগুম্বা খরদি হায়রমই। মখোয়না হায়নরম্বসু য়াই "কয়াদা নুংশিখ্রবা অঙাংনো।" নৎত্রগা অতোপ্পা ব্রাফম অমা ওইবসু য়াই। তোত্তো-চানদি মদু খঙলমদে। অদুগা চহী অসিগী মমাঙদা মী অমদা করি পাউখুম পীগদগে হায়বসু মহাক খঙলমদে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মহাক মকোক নোম্নদুনা পাউখুম পীবা ঙম্লে 'থেঙ্ক-ইয়ু'।

মীরৈবাক্কী মী-শিংদু নোক্লমই। মখোয় মশেল করিগুম্বা খরসু ঙাঙনরমই। করিগুম্বদা নুপী অমনা তোত্তো-চানগী খজাইগা মহাক্কী খজাইগা থেঙনবসু য়াওরমই। নৎত্রগা নুপা অমনা মাবু মরেংবান্দা থাঙত্তুনা নুংশিনা কোনবীরমই। তোত্তো-চান য়াম্না নুংঙাইরমই। মসিগী ব্রাফমসি খল্লু-খল্লুরগা মতোমতা ঙক্লমই মদুদি শুপ্নগী 'থেঙ্ক ইয়ু' হায়বখক্তদা মীওই কয়াগা মরুপ শাম্নবা য়ারমই।

নোংমা পাখঙ মচা অমা মাগী মনাক্তা লাকখি। মহাক্না ইঙ্গিৎ (সাইন) তৌদুনা করিগুম্বা অমা হায়বগুম তৌই। তোম্ভো-চাননা খনবদা মহাক্কী শ্নীগী মতোন্দা ফল্লগা মখোয় অনী নাম্বুবী শান্নসিরা হায়বগুম তৌই। মপাবুংনা অয়াবা পীরমই।

তোম্ভো-চাননা 'থেঙ্ক-ইয়ু' হায়রমই। অদুদগী পাখঙ মচাদুনা মখোঙ অনীদু শুপচিল্লে অদুগা তোম্ভো-চানবু শ্নীগী নাকল অমদা নিংগাংনা ফমহল্লমই। লোয়ননা মখোয় অনী ইঙম-ঙমদবা চীংগী নাপোমদগী নাম্বুরক্লমই। মখোয় নুংশিৎকী মমাঙ থানা চৎপগুল্লমই। য়াঙনা নাম্বুবদগী মনাকোংদা হূই খোংবগুম তৌরমই। তোম্ভো-চান মখূৎ অনীনা মাগী খুকউ অনীদো য়াম্না কন্না চপশিন্দুনা ফল্লমই। মহাক ঙমখে লৈতনা কীসু কীরমই, নুংঙাইবসু ঙমখে লৈরমদে। মখোয় মখাদা য়ৌদুনা লেপ্লে। মনাক্তা লৈরম্বা অয়েংবশিংনা খুবাক খুরমই। শ্নীদগী কূমথরগা তোম্ভো-চাননা অয়েংবশীংবু মকোক নোল্লদুনা খুরল্লমই, লোয়ননা 'থেঙ্ক ইয়ু' হায়রমই। মসিদা পূম্নমক্না অমুক্না হন্না খুবাক খুরমই।

তোম্ভো-চান কায়নথংদা পাখঙ অদুগী মমিং শ্লাইডর কৌই হায়বা খঙলমই। মহাক য়ুনিভর্সিটিগী অফাওবা শ্নীয়র অমনি অদুগা মতম পূম্নমক্তা চান্দিনা শাবা শ্নী (চৈশু) খক্তগা তোংলমই। নুমিৎ অদুদা মহাক্না খ্বাইদগী নুংঙাইখিবা ব্রাফমদি ইতোপ-তোপ্পনি। মহাক্না অঙম্বদগী নাম্বুরক্তুনা মখা য়ৌরক্লবা মতমদা মীয়াম্না খুবাক খুদুনা ওকলম্বদুনি, লোয়ননা মহাকসু মখোয়গা লোয়ননা ফম্মিল্লখি। মহাক্ন তোম্ভো-চানগী মখূৎ নামা মাগী মখূৎনা পায়রগা 'থেঙ্ক ইয়ু' হায়রল্লমই। অচৌ-অশাং অমগুম্না। মহাক্না তোম্ভো-চানবু অঙাং অমনি হায়না লৌখিদে। মহাক্না তৌরিবা শীজিন্নরিবা ব্যবহারদুদি তোম্ভো-চান চহী য়াম্নবা নুপী অমগী মওংনি। মহাক্না নোম্বুরকপদা তোম্ভো-চাননা খঙবা ঙমখি মহাক অসি হৌন-লোনচৎ খঙবা মী অমনি হায়বসি। মতাং অদুদা য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা উনগী উনঙাক্তা ঙাইরমই মফমদু।

# লাইব্রেরীগী ডিব্বা

নিংথম থাগী ছুটি লোইদুনা অঙাংশিংনা স্কুল কারকপদা অনৌবা পোৎশক অমা উবা ফংলে, মদুবু মখোয়না য়াম্না হরাওনা লাউ-খোঙদুনা তরাম্না ওক্লমই। রেলগী ডিব্বাগী ক্লাসকী পরেংগী মমাঙদা অনৌবা ডিব্বা অমা লৈরমই-শঙলেনগী মনাক্তী লৈকোলগা হেক থংননা। মখোয়না স্কুল কারক্লিঙৈদা অনৌবা রেলগী ডিব্বাদু লাইব্রেরী ওস্থোক্লমই। স্কুলগী চৌকিদার 'রয়ো চান' অসিগুম্বা থবকসিদা য়াম্না হৈরমই। ময়াম পূম্নমক্না মাবু ইকায় খুম্নরমই। মহাক্না য়াম্না কন্না হোৎনখি। ডিব্বাদুদা লাইরিক থম্নবা রেক ময়াম অমা হাপচিল্লমই। রেকশিংদুদা মখল মখলগী মচু-মচুগী লাইরিক কয়ানা লৈতেংলমই। ডিব্বা মনুংদা চৌক্রি খরা, মেজ খরা লাইরিক পাবা য়ানবগীদমক্তা থৌরাং তৌরমই, ফমদুনা লাইরিক পাবা য়ারে।

"মসিনি নখোয়গী লাইব্রেরী" হেড মাস্টরনা হায়রকই। অঙাং অমনা অপাম্বা লাইরিক অমা হেক্তা পাবা য়াই। লাইরিক খরদি অতোপ- অতোপ্পা ক্লাসকীনি হায়বসি খনগনু। নখোয়না অপাম্বা লাইরিক অদু হেক্তা পাও। নখোয় মতম অমদা হেক্তা কাসিদা চঙলকপা য়াগনি। নয়ূমদা অপাম্বা লাইরিকসু পুদুনা চৎপসু য়াগনি। অদুগা য়ূমদা পুরুবা লাইরিক অদু অমুক হন্না পুরক্কদবনি হায়বসি কাউরোইদবনি। ব্রাফম অমনা নখোয়গী য়ূমদা মী অতোপ্পদা পাহন্নিংবা লাইরিক লৈরবসু মফমসিদা পুদুনা লাকউ। ঐহাক য়াম্না তরাম্না হরাওনি। নখোয়না ঙম্বমখৈ পারোকো।

"ঙসিগী অহানবা পেরোদদি লাইব্রেরীগীদমক্তা ওইরসি" অঙাং পূম্নমক্না চপ মান্নবা হায়রমই।

"অশেংবরো, নখোয়সু অদুম্না পান্নবরো" হেড মাস্টরনা মখোয়না থব্রায় য়াওবা উবদা হরাওদুনা হায়রকই। "য়াম্না ফরে, ঙসিদি অদুম্না তৌরসি।"

অদুগী মতুংদা তোমোএগী অঙাং য়াথ্বে-য়াথ্বে অমুক্তদা লাইব্রেরীদা চঙবা য়ারে।ময়াম পূম্নমক মা-মাগী অপাম্বা লাইরিক খন্দুনা ফমদুনা পারমই। অদুবু অঙাং তম্বায়মুক্তি ফমফম ফংলমই অতৈদি লেপ্লা তারমই। হৌজিক্তি ডিব্বাদু মী য়াম্না তোংবা রেলগী ডিব্বাগুম্না তৌরমই। মফমদুদসু মী অয়াম্বা লেপ্ন-লেপ্না পানরমই। য়াম্না নুংঙাইরবা দৃশ্যনি।

অঙাংশিং য়াম্না হরাওনরমই। তোত্তো-চানদি য়াম্না ফজনা পাবা হৈরমদে। মহাক্না লাই ফজবা ঙাক্তা য়েকপা লাইরিক অমা খল্লমই। অঙাং পূম্নমক লাইরিক্কী চেনা ফাক্লকপদদি ইখং-খঙহৌদনা ডিব্বাদু পুমচিক চীকলমই। অদুবু মদু য়াম্না কুইবগীদি নত্তে। ঙাইহাক লৈরগদি মখল-মখলগী মখোল থোক্লক্লমই। অঙাং খরনা হৌনা পারমই। খরনা ময়েক খঙদবা-খুদমগী ব্রাহম্যোক হংনরমই। খর'মনা লাইরিক শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌরমই। অঙাংশিংগী নোকপা লাউ খোঙবদা ডিব্বাদু পুমনিল নিল্লমই। অঙাং অমনা 'ঈশৈ শকপা লাই' কৌবা লাইরিক অমদগী লাই অমগী শক্লোনগী মতৌ তল্লমই। লাইরিক্তা ইরিবা শৈরেং অমা মখোল হৌনা পারমই।

অকোইবা অমা বিন্দি অমা, অকোইবা অমা বিন্দি অমা,
নাত্তেনগী মফমদা ক্রেস অমা, অদুগা উরু লৈবা অমা, বিন্দি অমা।
শমলাং অহুম, শমলাং অহুম, শমলাং অহুম, অদু হাৎলু,
মীৎকুপ্তা য়েংউ, অচৌবা হাউস ফ্রাও।

লাই য়েকপা লোইশিন্নবগীদমক্তা শম হাৎলু হায়বগা মায়গী অকোইবা য়েকপা তারমই। অদুগা মীৎনা কুপ্লদা য়েকউ হায়রগা 'অকোইবা তম্বায় অহুম য়েকপা। অদুগা অঙাংনা খুদম পূম্নমক চুম্না চুম্না য়েকলগদি, থায়নগী চৎনবীদা শম্বুল পুল্লিবী য়ুম পাল্লবী নুপী অমগী শক্তম ওইরমই।



তোমোএদা অঙাংশিংনা তোঙান-তোঙানবা হিরমদা মশা-মশাগী হৈনবী মওংদা থবক তৌবগী নীংখা-তম্বা লৈরমই। অসিগুম্বা মতাংদা অঙাং মশেল অপনবা পীনবা তারবদি মদুসু অঙকপা ব্রাফম অমা ওইগদৌরিবনি। তশেংবদি মখোয়বু থবক তৌবদা পূক্নিং চঙনা তৌগদবনি, নাক য়েংদা কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমা তৌরবসু থৌশারুগনু হায়না তম্বী তাকপীরমই। অদুনা হাউস-ফ্রাও য়েক্লিবৈদা ঈশৈ শক্লিবা অঙাংদুদা কনামতনা য়েংবীরমদে। অঙাং অম'নিদি মহাক্তা লোয়ননা ঈশৈ ঙংলমই তৌইগুম্বসুং অঙাং অয়াম্বনা লাইরিক পাবদা পূক্নিং চঙলমই।

তোত্তো-চানগী লাইরিক্তা ফুঙ্গা ব্রারী অমা য়াওরমই। ব্রারীদু ইনাক কৈরাক খুনবা মমা মপাগী মচানুপী অমগীনি। নুপীমচা অদু ময়ূম পানবা খঙলমদে। মরমদি মহাক মতম পুম্বদা মমোই থোক্তুনতা লৈরমই। য়াম্না ব্রানা থীরবা মতুংদা বর অমা ফংজরমই। লুহোংবগী অহিংদা মৌদুনা মখোল য়াম্না হৌনা মমোই থোকপদগী বর অদু ফমুংদগী পায়খিরমই। কা অদু তরেৎলক কোইপাই পায়রুরগা মহাক দোম লাউনা মখাদা তারমই অমসুং ব্রাম্থখি। ব্রারীদুগা লোয়ননা য়েক্লিবা লাইদুদা বরদু পায়দুনা চৎপগী শক্তমসু য়েক্লমই। অদুগী মতুংদা লাইরিক অদু ময়াম্না কোইতান তান্নরমই।

স্কুলদুগী অঙাং পূম্নমক রেলগী ডিব্বাদুদা টিনদা খজিং য়োকপগুম প্রীক প্রীক শৌরমই। অদুবু ময়াম পূম্নমক পূক্নিং চঙনা লাইরিক পানরমই। ডিব্বাদুগী থোঙনাওদগী নুমিৎকী মঙাল মখোয়দা তারক্লমই। হেড মাস্টরনা দৃশ্য অসি উরগা শোয়দনমক হরাওরমগনি।

নুমিৎ অদুমদি অঙাংশিংনা লাইব্রেরী কাদুদা লেপ্লমই।

মসিগী মতুংদা অতোপ্পা তাঞ্জাদা অমদি নোং চুবনা মরম ওইদুনা কোয়বা খোৎপা চখোকত্রবদি লাইব্রেরীদা পূম্নমক ফন্নমই। নুমিৎ খরনীগী মনুংদা লাইব্রেরীদু অঙাংশিংগী য়াম্না পামজবা মফম অমা ওইরে।

"লাইব্রেরী কাসিগী মনাক্তা খোঙ হামফম অমা শাবনা ফগদবা মাল্লি"। নোংমা হেড মাস্টরনা হায়বিখি। তশেংনা হায়রবদা লাইরিক পাবদা অঙাংশিংগী পূক্লিং চঙমনখিদুনা মপাল থোক্লিংলবসু খাঙজিন দুনা লৈবা তারমই। স্কুলদা খোঙহামফম লৈবদি লৈ শঙলেনগী মনাক্তা। খাঙবা ঙম্নক্তবদি মশাদু থেকতোক-থেকচিন তৌদুনা খোঙহামফমদু তাম্না চেল্লমই।

# মমৈ

নোংমা স্কুল ছুটি থারগা তোত্তো-চান ময়ূমদা হনগে তৌরমই। খুদক অদুদা ওএ চেল্লক্তুনা মনাক য়ৌবক্লমই। মহাক্না ফুসু ফুসু তৌদুনা তোত্তো-চানদা হায়রমই। "হেড মাস্টর কনানো অমদা য়াম্না শাউরে।

"কদায়দনো?" তোত্তো-চাননা হঙলক্লমই।

মসিগী মমাঙদা হেড মাস্টব শাউই হায়বসি কৈদৌঙৈদসু তাখিদ্রি। মহাক ঙক্লমই। ওএসু ঙক্লমই, অদু নৎত্রবদি মহাক অদুম্না চেল্লক্লোইদবনি।

"মহাক চাকশঙদা লৈহৌই"। পাখৎমনখিবদগী ওএগী মমায় মমিৎ শঙদোক্লমই অমসুং মনাতোন ফন্দোক্লমই।

"লাউনে"

তোত্তো-চাননা মহাক্কী মখূৎ পায়রগা মখোয় অনী হেড মাস্টরগী য়ুমলোমদা চৎলমই। হেড মাস্টরগী য়ুম শঙলেনগী মনাক্তা লৈরমই। মহাক্কী চাকশঙদু স্কুলগী মনীংথোঙ মনাক্তা লৈরমই। তোত্তো-চাননা অমাংশঙদা তাশিনবা মতমদা চাকশঙসিদগী ঈরুজফম তাম্না পুদুনা চৎলমই। চাকশঙসিদনি নুমিৎ খূদিংগী সমুদ্রদগী খরা, চীংদগী খরা থোঙ থাক্তুনা অঙাংশিংদা য়েল্লিবদো।

খুনিং কাঙনা চাকশঙলোমদা মখোয় অনী চঙশিল্লমই। থোঙ

লোন্দুনা লৈরিবা য়ূমদুগী মনাক য়ৌরকপদা হেড মাস্টরগী অশাউবনা থল্লবা খোঞ্জেল তারমই।

"অদোম্মা তাকাহাশীদা করিগী মমৈ পানব্রা পানদব্রা হায়না করিগী হংলুরিবনো ? হেড মাস্টরগী অশাউবা মীচৈ তারিবা মহাক অদো মখোয়গী ক্লাস টিচরনি।

"ঐদি চুম্না ফাগী তৌবনি" মহাক্না পাউখুম পীরমই।

"ঐগী মীৎনা খংপ্রেক খংনা উরুরে। মহাক কয়াদি নুংশিরুরে অদুনা মঙোন্দা হংলুবনি।

"অদুবু ঙসি অদোম্মা ঙাঙথোকখ্রিবা ব্রাফমদুগী অরুম-অয়াং, অফ-ফত্তদুদি ভাব তাবিরিব্রা? করি হায়না হায়সিগে ঐহাক্না তাকাহাশীগীদমক্তা কয়াম্মা চেকশিঞ্জবগে হায়বদো"।

তোত্তো-চান নিংশিংলক্লে, নুমিৎ অদুদা ক্লাসতা করি তৌখিবগে হায়বদু। মহাক্কী ক্লাস টিচরনা মী ওনলকপগী থায়নগী ব্রারী পীরমই। মহাক্না তাকপিখি, অহানবদা মী-শিংসি মমৈ পান্নরমই। অঙাংশিংনা তাবদা য়াম্মা নুংঙাইরমই। অহলশিংনা অমা ওইরম্লবদি হায়গনি ডরবিনগী মথং মথং চাউখৎলকপগী ব্রাফমদু অঙাংশিংদা তম্বীরিমানে। অদুগী মতুংদা ওঝা নুপী অদুনা হায়রমই, ঙসিসু 'মমৈ'গী মহুত্তা শরু মচা অমা য়াওরিবনি, মদুগী মমিং 'কোক্সিক্স' কৌই। অদুগী মতুংদা অঙাং খুদিংমক্না খল্লমই মহাক্কী 'কোক্সিক্স' কদায়দা লৈরমগনি। ক্লাস অদু পুমনিল নিল্লমই। মতমদুদা ওঝা নুপীনা ফাগী ওইনা হায়খি "কনানা খঙবা নখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বা অমগী মমৈ মপুঙ ফানা পাল্লম্বসু য়ারিপোৎনি। করিনো তাকাহাশী "নঙগীদি নমৈক-কাদি পান্দেকো?

তাকাহাশী থুনমক লেপখৎলে। মহাক নোক্লমদে। মঙক হাইরদুনা চিঙ লেম্না হায়রকই 'পান্দে, ঐগী ইমৈ পান্দে।"

তোত্তো-চান খঙলে, হেড মাস্টরনা হায়রিবসি থৌদোক অদুগী মরমদনি। মহাক্কী মখোল হাম্নদগী খরা হেম্না কনখৎলমই, শাউবসু হেল্লমই।

"তাকাহাশীদা নহাক্কী নমৈ পানব্রা" হায়না হংবদা মহাক করি খল্লমগনি হায়বসি অদোম ভাব তাবিব্রা?

অঙাংশিং ওঝা নুপীগী পাউখুম তাবা ফংলক্তে। 'মমৈ''গী ব্রাফমসিদা হেড মাস্টরনা অসুক শাথিনা শাউরিবসি করিগীনো হায়বসি তোত্তো-চান খঙবা ঙমদ্রে। করিগুম্বা হেড মাস্টরনা "তোত্তো-চান নঙগী নমৈ পানব্রা হায়না হঙলম্বা থোক্লবদি মাদি ফনদুম নুংঙাইরমগনি।"

মহাক্কি জ্ঞান লৈবী নুপীমচানি। অদুগুম্বা ব্রাহংদুদা করিতৌবগী শাউজরুদগে! অদুবু তাকাহাশীদি (কোলীনি) মী চাউবা হেন্দবনি। মরমসিননি হেড মাস্টরনা শান্নবগী নুমিত্তা মশান্না কয়া শান্নহনখিবা তাকাহাশীনা থোইবা য়ানবা। স্কুলদা অঙাংশিংবু মফি য়াওদনা ঈরুজহল্লমই মদুনা তাকাহাশীগুম্বা অঙাংবু ইকায়বা লৈহল্লমদে। তাকাহাশী নৎত্রগা য়াসুকী-চানগুম্বা নামা শোইবা অঙাংশিংবু ঐদি মীমান্নদ্রবনি হায়বা ব্রাখলসি খনখিদনবা হায়দুনা য়াম্না কন্না হোৎনজবা মীশক্লি। অদুনা হেড মাস্টরনা মহাক্না অসুক য়াম্না হোৎনজবিবশিংগী ওন্ন-তৈনবদা ওঝা অমনা করিমতা খল্বা তৌদনা তাকাহাশীদা মতৌ কবম্না হংলুরিবনো "নঙগী নমৈ পানব্রা" হাযদুনা।

তশেংবদি হেড মাস্টরনা ইখং-খঙহৌদনা মখোয়গী ক্লাসতা য়ৌরক্লমই। থোঙজিন মরুমদা মখোয়না ঙাঙনরিবা ব্রারী ময়ামদু লেপ্পুনা তাখিরমই।

তোত্তো-চান হৌজিক্তি ওঝা নুপীগী কপ্পগী মখোল তারমই। "ঐহাক লানখ্রে, হিক্কা-হিক্কা কপ্পুনা হায়রমই "ঐহাক তাকাহাশীদগী করম্না ঙাকপীয়ু হায়গনি"।

হেড মাস্টর করিসু ঙাঙলমদে। তোত্তো-চাননা মিংশেন ব্রাংমদগী হেড মাস্টরগী মায়থোং উবসু ফংলমদে, মখোয়গী মনাক্তা চঙলুসিরা খল্লক্লমই। ব্রাফমদু মহাকমুম্নদি খঙদে, অদুবু হেড মাস্টরদি অঙাংশিংবু য়াম্না লুনা চান্না তৌবিবা অশেংবা মরুপনি হায়না খল্লমই। মদুমক ওএসু খল্লমগনি হায়না খল্লি।

হেড মাস্টরনা মাগী ক্লাস টিচরগা ব্লারী শারিবসি চাকশঙদনি, অতোপ্পা ওঝাশিংগী মমাঙদা শাখিবা নত্তে। থৌদোক অসিনসু তাক্লে মদুদি মহাক অশেংবা ওঝা অমনি হায়বসি। তৌইগুম্বসুং মতমদুদদি তোত্তো-চান খণ্ডবা ঙন্নমদে। অদুবু মহাক্কী ব্রাহৈ খোনফমদি মতম পূম্নমক্তা তোত্তো-চানগী পূক্নিংদা থমোয়দা য়েক্কুনা লৈখরে।

বসন্ত য়ৌরক্লমই। তোত্তো-চানগীদমক্তদি তোমোএদা অনীশুবা বসন্তনি। স্কুলগী অনৌবা সেসনসু হৌগদৌরিবনি।

# তোমোএদা অনীশুবা চহী

স্কুলগী লম্পাক্তা হৌবা উপাল-হৈপালশিং অনৌবা য়েনিং হুল্লক্লে। ফৈদোম নাইনা থারিবা লৈরাং পরেং ফুগাইনা শাৎলক্লে। কুন্দা লৈ, ডেফোডিল অমসুং পৈনিগী লৈরাংশিংনা মকোক থিংগৎলদুনা ছাত্র - ছাত্রীশিংদা ব্রা হংবগী মতা মাল্লমই "হায়য়ু করম তৌরি নখোয়"। টিয়ুলিসকী মশাশিং ভিংলি য়াংলিদুনা মশা তেকখৎলদুনা চুমদ্রিংনা লৈবগুন্নমই। চীংপ্পাওগী অপোম্বশিং তপ্পা শিৎপা নুংশিৎতা তনিক তনিকলমই মদুদি মাগী শাহুম ফংবদা শাৎকে মতাগুম।

ঈরোইফম পুখ্রী মনাক্তা লৈবা কংক্রীটকী অপীকপা ব্রেসিনদা অচৌবা অমুবা ঙাগী মতুংদা 'সোন' ঙানা পরেং শাদুনা চারমই। মতু-মমান খিকতোক্কুনা নুংঙাইনা শান্নরমই।

"বসন্ত লাক্লে" হায়না লাউথোকপগী কান্নবা লৈরমদে, মরমদি নাক-য়েৎকী পোৎ খূদিংমক তগৎ-তগৎ তেক্লা অহিংবদৌনা তৌরমই। পূম্নমক বসন্ত লাক্লে হায়বসি খল্লমই।

ব্রাফম অসি হৌখিবা চহী অমা ফাগ্রে তোত্তো-চাননা মাগী মখূৎ পায়রদুনা ইহান হান্না তোমোএ দা খোঙদারকপা। মতম অদুদা মহাক্লা লৈবাক্তগী হৌরকপা উ, চাউরবা গেট উরমই। ক্লাসশিং রেলগী

ডিব্বাদা তৌবা উরমই। মতমদুদা মসি পূম্নমকসি উরগা হরাওবনা চোংলমই। মতমদুদগী হেড মাস্টর সোসাকু কোবায়াশীবু মাগী মরুপ ওইগনি হায়না মহাক্না থাজরম্মী। অদুগা হৌজিক চহী অমগী মতুংসিদদি তোত্তো-চান মাগী মরুপ-মপাংশিংগী অনৌবা লুচিংবা অমা ওইরে। হৌজিক মখোয় অনীশুবা ক্লাসতা কারে। অহানবা ক্লাসকী অনৌবা অঙাংশিংসু স্কুলগী মওং মতৌ য়েংলগা কাররুমই। হৌজিক তোত্তো-চান হান্না মাগী মরুপ মপাংশিংগা কারকখিবা চহীদুগা চপ মান্নরে।

তোত্তো-চানগীদমক্তা মাঙলমচৎকী চহীগী নুমিৎ খূদিংমক অনৌ অনৌবা থৌদোকশিংতনা থল্লমই। মহাক্না নুমিৎ খূদিংমকপু ঙাইঙমদনা ওকলমখি। লম্বীদা কোইনা চৎপা বেঙ্গুল খোংদুনা চৎপশিংবু মহাক হৌজিক্তি য়েংজবা পান্নমই। অদুবু হৌজিক্তি মহাক অতোপ্পা পোৎ মপৈ অমা থেংনরে মদুনসু অদুম পামজবা পোক্লমই। মখোঙ চাদবনি হায়দুনা স্কুল অমদগী তাম্মোক্লকপী পিক্রবী নুপীমচা, চহী অমগী মনুংদা তোমোএগী মতিক-মগুণ লৈরবী অমগী শক্তমদা থৌদাং পুবী নুপী অমা ওইনা ওনপ্রে।

অসিগুম্বা মমা-মপা কয়া অমা লৈরম্মী, তোমোএগী লাইরিক মতম্বী পাথাপ অসিদা চিংনজবা। মতম অমদদি তোত্তো-চানগী মমা-মপাসু তোমোএদা অঙাং লাইরিক তমহনবসিবু অচুম্বা খোঙথাং ওইরিবরা নৎত্রগা চুমদ্রবরা হায়না খনখি। মমা-মপা খরদি কোবায়াশীগী লাইরিক তম্বীবগী মওং অসি চিংনমনবদগী মচাশিংবু তোমোএদগী অতোপ্পা স্কুলশিংদা তমহনখি। মখোয়না মচাশিংবু তোমোএদা লাইরিক তমহনবসি য়াম্না মীপাইজরমই। লাইবক ফবদগী তোত্তো-চানগী ক্লাসকী ছাত্র অমত্তা হন্দক্কী চহীদা স্কুল হোংনদ্রে। অদুবু অৱাংবা ক্লাস অমগী অঙাং অমদি ও-খোংনা কপ্লমই। অঙাংদু নিংবা কায়মনবদগী মথ্বায় শোকনা হেড মাস্টরগী মনমদা খূৎতুমনা নোং চুবদৌনা শুরম্মী। অদুগা তুশিনবদগী খুকউ খুরাইসু হুবাৎলমই।

হেড মাস্টরসু কপ্পদা মমায় মমিৎ ঙাংশং ঙাংলমই। অদু ফনা ওইদুনসু মমা-মপাদুনা অঙাংদুবু চিংদুনা পুখিরমই। চৎনা চৎনা তুং হন্না য়েংলগা মখূৎ হাইর-হাইরদুনা চৎখি।

অদুবু অসিগুম্বা থমোয় শোকপা থৌদোকসি পঙনা থোক্লমদে। অদুগা তোত্তো-চান অনৌবা ক্লাসতা লাক্লদবা অনৌবা হরাও নুংঙাইবদু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরমই। মরু ওইবা ব্রাফমনা মাগী মনঙ্গলগা লাইরিক খাওগসু য়াম্না চান্নবা মরূপ ওইখরে।

## স্বান-লেক :

তোত্তো-চানবু হিবিয়া হোলদা স্বান-লেক হায়বা বেলে জগোয় অমা য়েংহনবা পুরমই। মপাবুঙনা মদুদা বায়লিন খোঙলমই অদুগা জগোয় শারিবা কাঙবুসু য়াম্না হৈবা ওইরমই। অমসিনা বেলে ডান্স য়েংবা মাগী অহানবা তাঙ্গানি। কাংঙাগী মহারানী শাবী জগোয় শাবী অমগী মকোক্তা পুমলং লংবা লুহুপ অমা উপ্লমই। মহাক য়াম্না ব্রাংনা চোং ফন্দুনা জগোয় শারমই। তশেংনমক কাংঙা অমগুম জগোয় শারমই। তশেংবমক্তি তোত্তো-চানদদি কাংঙা মানতা মাল্লবনি। ডান্স ড্রামাদুদা রাজকুমার অমনা কাংঙাগী রানীগা নুংশিন্নরমখি। মমৈথংদা মখোয় অনী পুল্লপ পুল্লপ জগোয় শারমই। ঈশৈদুসু তোত্তো-চাননা য়াম্না পামজবা ওইরমই। মহাক্না হায়রিবা জগোয় অদু অসুক্কী মতিক থব্রায় তাজখি মদুদি য়ূম য়ৌরবফাওবা কাওবা ঙমখিদে। মথংগী নুমিৎতা য়াহৌবগা চুমদ্রিং চাকশঙদা চঙলমই। মশম মনাসু হাৎলমদে। মমা মফমদুদা লৈরমই। মমাদা মহাক্না হায়রমই "ইমা ঐহাক্তিনে সি আই ডিসু ওইনিংদে, বেগু খোঙবসু ওইনিংদে, টিকেট বাবুসু ওইনিংদে। ঐদিনে বেলে জগোয় শাবী ওইগনি অদুগা স্বান-লেককী ডান্স-ড্রামাদা জগোয় শাগনি।"

"ওহো"! মমাদি থোইদোক্লা ঙক্লমদে।

মশামক চত্নুনা বেলে জগোয় অহানবা ওইনা উবনি তোম্বো-চাননা। অদুবু "ইসেডোরা ডঙ্কন"গী মরমদা মহাক্লা হেড মাস্টরদগী তাবা য়াবা তাথ্রবনি। ইসেডোরা অফাউবা আমেরিকাগী জগোয় শাবীনি। শ্রী কোবায়াশীগী মতৌগুম্না ইসেডোরাসু ডেলক্রোজদা থব্রায় তাজবীনি। অদুগা হেড মাস্টরসু ইসেডোরাবু থব্রায় তাজরবদি মদু তোম্বো-চানগীদমক্তদি য়াম্না ফরবনি। করিনা, মহাক্লা কৈদৌঙৈদসু ইসেডোরাবু জগোয় শাবা উখিদে অদুবু মহাক্লা মাবু মুম্না খঙবগুম তৌরমই। শম্না হায়রবদা জগোয় শাবী অমা ওইগে হায়বগী মঙলান অসি অঙকপা মঙদি নৎখিদে।

শ্রীকোবায়াশীগী মতাও অমা লৈরমই। মহাক তোমোএগী অঙাংশিংদা য়ুরিথমিক্স তম্বীবা লাক্লমই। তোম্বো-চানগী স্কুলগী মনাক্তা মাগী জগোয় শাফমদু লৈরমই। স্কুল ছুটি থারবা মতুংদা বেলে জগোয় তম্নবগী থৌরাং থৌশিল মমানা শিনবীরমই। মমানা কৈদৌঙৈদসু তোম্বো-চানদা "অসি তৌ, মদু তৌ" হায়বসি হায়খিদে। অদুনা তোম্বো-চাননা করিগুম্বা অমা তৌগে নৎত্রগা তমজগে হায়রকপদা মহাক ব্রাহং পাউখুম তৌরমদে। মশামক্লা থৌরাং থৌশিল তৌবিরমই।

তোম্বো-চান জগোয় শাফমদা জগোয় তম্বা হৌরে। হেক অহৌবা নুমিত্তগী স্নান-লেকতা কৈদৌঙৈ জগোয় শাবা ফংগদগে হায়না ঙাইবা হৌখ্রে। অদুবু জগোয় তম্বীরিবা ওঝাদুগী মশাগী ওইবা মওং মতৌ লৈজরমই। মহাক্লা মখল মখলগী য়ুরিথমিক্স শাজেল তৌহল্লমই। অদুদগী ছাত্র পুম্ন মক্তা পিয়ানো নৎত্রগা গ্রামোফোনগী ঈশৈদা তাল চানা খ্বাঙ নোমদুনা চৎনবা তাক্লমই।চৎনা চৎনা অঙাংশিংনা ঈশৈগী পরেং অমসু ঙঙলমই।

লাইশোল অমা লৈরমই "চীংদা ঙাম্লুরো অদুগা ঐগী থব্রায়বু শেংদোকপিউ।" হায়রিবা লাইশোলসি ফীজী চীংজাওদা লাই খুরুম্বা চৎপা মীশিংনা শক্লরমই। অঙাংশিংনা মসিগী লাইশোল অসিগী ব্রাহে পরেং "চীংদা ঙাম্লু" হায়বসি হম্না হম্না হায়দুনা চৎলমই। অদুদগী

খঙহৌদনা ওঝানা হায়রকই ""জগোয়গী ফিভম শেম্মু""। মদুদা অঙাং পূম্নমক শাথেক অমা শেমদুনা লেঙদনা লৈবা তারমই। ওঝা মশামকসু""আ -হ - হ চ "" গুম্না মখোল থোক্লা লাউরমই অমসুং শাথেক শেন্নমই। মখোয়গী জগোয় শাথেক অদু করিগুম্বদা ""স্বর্গবু য়েংদুনা"" শারমই, করিগুম্বদা নৈহৎপীরবা মীওইবগী শাথেক্তা। নৈহৎপীরবা মীওইবগী শাথেক শাবা মতমদা মখোয় মরৈ-মরৈ তাশিন্নদুনা লৈবাক্তা ফমথরমই অদুগা মকোক অদু মখূৎ অনী চঙদুনা পায়রমই।

অদুবু তোত্তো-চানগী পূক্লিংদদি অতোপ্পা অমা লৈরমই। মাগী ব্রাখলদা অরংবা লুহপ অমসুং জগোয় শাবীগী অঙৌবা ফিজোল শেৎলিবী কাংঙা অমোমগী মম্নি তারমই। চিংদা ঙাল্লু, নৎত্রগা আ... হ... হ চ... মাগী মপূক্লিংদা মম্নি তারমদে।

নোংমা অরৈবা থৌনা পুথোকচরগা তোত্তো-চান ওঝাগী নাক্তা চৎলমই। তোত্তো-চাননা মাগী মখূৎ অনীদু ফন্দোক্লুনা কাংঙগী মশা খপ্পগুমনা খপলমই।

""ঐহাক অসুম্না কৈদৌঙৈদসু তৌবা য়ারোইদরা?"" হংলমই।

ওঝাদু মশক য়াম্না ফজরমই, মহাক্কী মমিৎসু য়াম্না লাওই মনাতোন খরা খোইরমই।

""মদুগুম্বা জগোই খুশাদু মফমসিদা ঐখোয় শাদে""। মহাক্না হায়রকই।

অদুগী মতুংদা তোত্তো-চান কৈদৌঙৈদসু অমুক হন্না জগোয় শাফমদা চৎখিদে। বেলে জগোয়গী খোংউপ উপতনা মখোঙ ঙাক্তা চোংবদু মহাক পামজরমই। ব্রাখলনা শাগত্নুনা শাথেক কয়া অমসু শারমই।মপূক্লিংদা হৌজিকসু ইরং-ইরং লংবা লুহপতু উপতুনা অমুক্তং জগোয় শাবা ফংজরবদিকো খল্লদুনা।

""স্বান-লেক য়াম্না ফজবা ডান্স ড্রামানি"" ওঝানা তাকপীরমই। ""অদুবু ঐনা পামজবদি নখোয় পূম্নমক নশাগী অপাম্বা মতুং ইন্না নীংখা তম্না জগোয় শাবগী হৈনবীদু লৈহনবনি।""

চহী কয়া হৌখ্রবা মতুংদা তোত্তো-চান ওঝাগী মমিং খঙবা ঙন্নমই। মহাক্কী মমিং ব্রাকুশী কৌরমই। মহাক্না জাপানবু তম্বা 'বেলে' পীরমই। অতৈদি লায়রদুনা মহাক্কী মরমদগী লমদম অদুগী মমিং 'জিয়ুগাওকা'' (মুক্তি পর্বত) থোনখিরমই। তোত্তো-চানবু অপাম্বা মওংদা জগোয় শাবগী নুংঙাইবা তম্বীগে হায়না হোৎনখিবা মতমদু মহাক চহী য়াম্থে শুরে।

# লৌউ-শিংউবগী ওঝা

''মহাক অসে ঙসি নখোয়গী ওঝা ওইরবনি।'' মহাক্না অনৌ-অনৌবা ব্রাফম কয়া তাকপীগনি''।

মতৌ অসুম্না হেড মাস্টরনা অনৌবা ওঝাগী শক তাক্লমই। তোত্তো-চাননা য়াম্না মুন্না য়েংলমই। ব্রাফম অমনা মহাক্কী ফিজেৎ চাকশেৎ অদুসু ওঝাগী মওং মাল্লমদে। মহাক্কী অরাং তুরাংবা লংজমগী জেকেট মোজা ফুরিৎকী মথক্তা লীৎলমই। মাগী মঙকশমদা টাইগী মহুত্তা টাব্রেল অমা য়াল্লমই। শঙবান্নবা লংজমগী ফিনা শাবা তপনপ্পা খোঙগ্রাও অমা শেৎলমই। মাগী খোঙ মোজাসু অথাবা রবরগী, শিন্নীশিংনা উপ্পশুম্না উপলমই। অদুগা মখূৎতা চরতনা শাবা টুপী অমা পায়রমই।

অঙাংশিং মতমদুদা কুহোনবুত্সু মন্দিরগী মনাক্তা লৈবা লবুক অমদা লৈরমই।

তোত্তো-চান অনৌবা ওঝাদুবু য়াম্না মুন্না য়েংলমই। মহাক্না ওঝাদুবু হান্নানা উখিবগুম তৌরমই। কদাইদা ওইরিগবা? মহাক ব্রাখল তৌরমই। মহাক্কী খুইরবা মায়থোঙদু নুংশাগী মৈশানা কাহৎলমই। মখ্বাংদা পেটিগী মহুত্তা অমুবা থৌরী অমা পুল্লমই। থৌরীগী মতোন অমদা অমুবা পাইপ অমা য়াল্লমই। মহাকসু তোত্তো-চানবু খণ্ডখি উখিবগুম তৌরমই। অদুদগী

তাঙ্গাদুমক্তদা তোত্তো-চাননা চপ চানা নিঙশিংক্কক্লমই।

"ওঝাবু লৌখোঙ মপালদা লৌ উবদু নৎত্রা"? মহাক্না য়াম্না হরাওনা হায়রকই।

"অচুম্বনি" অনৌবা ওঝানা হায়রকই। মহাক্না মোমোন নোক্লকপদা মহাক্কী খুইথরবা মায়খোঙদু অমুক্তা হেন্না খুইথখ্রে। "নখোয় অঙাংশিংনা কুহোনবত্সুগী মায়কৈদা কোয়বা লাকপদা নখোয় ঐগী লবুক মনাক্তা চৎতবা য়াদ্রবনি। হঙ্গাম মপাল থন্না শাৎপা লবুক অদো ঐগী লবুকনি।

"ওহো"! অদুগা ঙসিদগী অদোম্না ঐখোয়গী ওঝা ওইবিগদৌরিবনিনে" অঙাংশিংনা য়াম্না থব্রায় য়াওনা হায়রকই।

"নত্তে, নত্তে!" মহাক্না মখূৎ হাইরদুনা হায়রকই, "ঐ ওঝা নোজা নত্তেকো। ঐদি লৌমী অমনি। নখোয়গী হেড মাস্টরনা নখোয়দা করিগুম্বা খরা তাকপীয়ু হায়বদুদা লাকপনি।"

"নত্তে, ব্রাফমসি অচুম্বা নত্তে। মহাক অসি তশেংনমক ওঝানি। লৌউ-শিংউবগী ওঝা"! হেড মাস্টরনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই। "অদুগা মহাক্না চানবীদুনা ঐহাক্না হায়জরুবদা য়াবীরকপনি। মহাক্না তাকপীগনি লবুক্তা মহৈ মরোং করম্না থাগদগে হায়বদো। হৌজিক মহাক্না অঙাং নখোয়দা তাক্কনি। মসুম্না লৌমীদা হায়রকই— "মরমদি হৌজিক থবক হৌনবা তৌবিয়ু।"

করিগুম্বা ইচম চম্বা অহানবা স্কুলদা করিগুম্বা খরা তম্বীদ্রিঙৈ মমাঙদা ওঝানা লাইরিক মতম্বীগী মতিক চাবা চেগী ওইবা তোইনা থেংনৈ। অদুবু শ্রী কোবায়াশী অসিগুম্বা পোৎশিং থৌশারমদে। অঙাংদি কনাগুম্বা করিগুম্বা খরা তৌরিবা অদু য়েংলবগী মতুংদা মতৌ তৌদুনা তমনৈ হায়বসি মাগী অয়াবনি।

"অদু ওইরবদি থবক হৌদুনা য়েংশি" লৌউ শিংউগী ওঝানা হায়রমই।

কুহোনবুত্সু পুথ্রীগী মনাক মক্তদা উখাদা পূন্নমক পুন্নম্মী, খল্লম্বদগী হেন্না অঙৈংবা মফমনি। হেড মাস্টরনা মফমদুদগী রেলগী ডাব্বা অমা হান্না থাখিরম্মী। মদুদা অঙাংশিংগী লৌউ-শিংউগী ওঝাগা কোয়নবা থুংলম্মী, য়োপাক অমসুং কুদালনচিংবা হাপখিরম্মী। ডাব্বা তথ্বায় অদু লবুক অমগী ময়াইমক্তদা থিল্লম্মী। মফম অদুদা অঙাংশিং থবক শূগদৌরিবনি।

ওঝানা হায়বদগী অঙাংশিংনা য়োপাক, গয়ন্তি পুরক্লে। ওঝানা মখোয়দা নাপী শেংনবগী মরমদা হায়রম্মী। মখোয় অসি য়াম্না ইকায় খঙদবা নাপীনি হায়বদু তাক্লম্মী। মহে মরোংগী মরক্তা মখোয় য়াম্না থুনা হৌগৎলি। অসুক্কী মতিক থুনা হৌই, ব্রাংলক্লগা নুংশা ফাউবা খল্লি। মখোয়গী মরক্তা মথল কয়াগী তিল কাংনা, শানা মকোল শাই। অতৈদি অতে ওইরদনা নাপী জাৎ অসিনা মশাগী লৈহাও চূপ্লনবগীদমক্তা লৈবাক্তগী ঈশিং অমসুং মচিঞ্জাক চূপথোকই। অনৌবা ওঝানা মসি পূন্নমকসি অমগী মথংদা অমা তাক্তুনা চৎলম্মী। অদুগা ঙাঙবা মতমদা মাগী মখূৎ অদু মীকুপ অমফাও লেপ্লমদে। মখূৎসু চপ মান্ননা থবক তৌরম্মী। মখূৎনা নাপী জাৎ অদু ফূকতোক্লম্মী, মদুগী মতুংদা মহাক্লা য়োপাক্কী শীজিন্নবা তাক্লমই। মরু হুন্ননবগীদমক্ত ফৈদোম করম্না শাগদগে তাক্লমই। লৈহাও করম্না চায়গদগে তাক্লমই। ব্রা কয়ামু তাক্লম্মী, লৌউবদা চঙবা পূন্নমক। মদু পূন্নমক্তু উৎলগা তাক্লমই।

তাঞ্জা অসিদা লবুক্কী কাচিন অমদগী পীক্লবা লিন অমা থোক্লম্মী। অঙাং অচৌবা তা-চানগী মখূৎতা চীক্লে তৌরম্মী। তৌইগুম্বসুং লৌউ শিংগী ওঝা অদুনা তাকপদগী, "মফম অসিগী লিনদি হু চেনদে। মীনা মাবু লক্লদ্রবদি মখোয় অমাঙবা চীকপা খোৎপা অমত্তা তৌদে।"

লৌউবগী নিয়ম তাকপদা নত্তনা অনৌবা ওজা অসিনা তিল কাংগী, উচেক-ব্রাইয়া, কুরাক অমসুং খ্বুতুগী মরমদসু নুংঙাই নুংঙাইবা ব্রাশিং হায়রম্মী। অদুগা থবক্তা মরৈ তারবা মাগী মখূৎ অদুনা ব্রাফম

খৃদিংমক অদু মপুঙ ফাহল্লম্মী। মহাক্না হায়বা খৃদিংমক মহাক্কী অনুভবনা চাং য়েংলবা ব্রাফম ঙাক্তনি।

অঙাংশিং হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে, মখোয় অনৌবা ওঝাগী মতেংনা ইংখোল কোইরে, ফৈদোম কাংখুল খরা ফৈদিং ফদাং তৌবা য়াওরম্মী। মদু খঙহৌদ্রবদি লৌফম অদু মওং চাদনা থাবা হায়বদু ওইরমগদবনি।

নুমিৎসিগী মতুংদগী অঙাংশিংনা লৌমী অদুবু ইকায় খুম্নরম্মী। লৌমী অদুবু হেক উবদা লাউরম্মী, আদা লৈরিবসি ঐখোয়গী লৌউ-শিংউগী ওঝানি। অদুগা মখোয়গী অনৌবা ওঝা অসিগী মনাক্তা হার লেন্নবদি মহাক লাক্কনি অমসুং অঙাংশিংগী লবুক অসিদা চায়ররগনি। অঙাংশিংগী লবুক্তা মতোল চোংলক্লে। পাম্বী তপ্পা তপ্পা ব্রাংখৎলক্লে। নুমিৎ খৃদিংগী অঙাং অমা নৎত্রগা অমা কোয়বা ওইনা লাক্লম্মী। হল্লক্লগা হেড মাস্টর নৎত্রগা মরূপ মপীজাশিংদা পাউ অদু তন্নম্মী। অঙাংশিংনা মথূৎ মচানা থাজবা পোৎ অহানবা ওইনা লৈনুংদগী পোকখায়রকপা উজে। নুংঙাইবনি অঙকপনি, অঙাং অনী অহুম পূন্না ব্রারী শাবা ওইরবদি ব্রারী অদু লবুক্কী মরমদা শোয়দনা ওইগনি।

মালেমগী মচী মচীদা অকিবা ফংলবা থৌদোক কয়া থোক্লম্মী, তৌইগুম্বসুং তোমোএগী অঙাংশিংগী মরক্তা মখোয় মশেল মখোয়গী লবুক্কী মরমদা ব্রারী শান্নদুনা লৈ। লবুক ইংখোলদা নুংঙাইবা, পোথাবা ফংই।

# লম্মাংদা চাকখুম

নোংমা স্কুল লোইরবা মতুংদা তোম্ভো-চান কনাগুম্বা অমগা ৱারী শান্নরমদনা, চৎকে হায়রমদনা স্কুলগী গেটতগী থোরক্লুনা জিম্নগাওকা স্টেসন রোমদা চেল্লক্লম্মী। মহাক মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, "খন্ডর কেয়্যান, অহাংবদা চাক থোংবা"।

পীক্লিবী নুপীমচা অমনা মসি নিংশিংবা হায়বসি য়াম্মা শাংণ্ণবা অমসুং লুপ্পবা ৱাফমনি। মহাক্না তন্নিবা কোমিক অদু পাবদা লুবা অদুম হায়না। ৱারীসি অসুম্ননি মদুদি— মী অমগী মমিং য়াম্মা শাংলম্মী, নোংমদি মহাক কুহাদা তারম্মী। মী খরা মনাক নক্লা শমদুনা চৎখিরম্মী। মমিং হংলম্মী। মমিং অদু অসুক্কী মতিক শাংই, মহাক্না হায়দ্রিঙৈদা মহাক কুহাদা লূপখ্রে।

তোম্ভো-চান হন্না হন্না ৱা অসি শোন শোন্দুনা চৎলম্মী। অদুগা কনাগুম্বা অমা মনাক্তা লেপ্পদুনা অফাউবা অশাংবা মমিং অদু হায়রবা 'জুগেমু জুগেমু' হায়বা হৌরকপদা মহাক শোয়দনা মানা শোল্লিবা মমিং অদু কাউই। অশেংবদি অসিনি, মহাক্না করিগুম্বা লৈখোম খোকপা কোম অমা লান্দুনা মসি হায়রবা, 'মসি এ... এ... চোংথরে' অদু ওইরবসু ৱা অসি মহাক কাউবা য়াই। মরম অসিনা মাগী ৱা অদু হন্না হন্না চিনফা পুবা নত্তনা অতোপ্পা পান্থৈ অমা মনাক্তা লৈরমদে। লাইবক ফবদগী নুমিৎ অদু ট্রেন্দা মহাক্না কনা অমত্তগা ৱারী শাৱমদে। করিগুম্বা পোৎ অমবুসু মহাক্না খঙনিংবা তৌরমদে। নোংমসু মহাক মথক্তা 'মদু করি ওইরমগদগে?' হংদে। তৌইগুম্বসুং স্টেসন্দগী থোরকপদা কনাগুম্বা অমনা মহাকপু মশক খঙলে। কৌরক্লম্মী 'হল্লো, কমদৌরিবগে? হল্লক্লবরো?' তোম্ভো-চান পাউখুম পীগে তৌরম্মী। তাঙ্গা অদুমক্তুদা মহাক্না মশাবু খামজরম্মী। মরম অসিনা শুপ্পগী মখূৎ হাইরদুনা পাউখুম পীরম্মী অমসুং থুনা য়াংনা ময়ূমলোমদা চেল্লক্লম্মী।

মহাক ময়ূমগী থোঙজিন য়ৌবা মতমদা মমাবু উরে। উবগা কন্না কৌরক্লম্মী, 'খন্ডর কেয়্যান, অহাংবদা চাক থোংবা'। মমা করিমত্তা খঙলমদে। মহাক্না অহানবদা খল্লম্মী,মসি জুদো শান্নবগী কৌবা খুকৌ ওইরিগনি। মহাক্না খল্লি, সৈতালিস রোনিন করিগুম্বা কৌনবী খুকৌ অমা ওইরমগনি। কাইনথংদা মহাক খঙলক্লে। জিয়ুগাওকা গী অহমশুবা স্টেসন অহানবদা য়াম্না ফজবা মফম ওইরম্মী। মফম অদুগী মমিংদি তোদোরোকী কেইকোপু হায়বদি 'খন্ডর কেয়্যান— ব্রজ তাবা লোক'। টৌকিও শহরগী মমিং চৎপা য়েংনিংঙাই ওইবা মফমনি মদু। মফম অদুদা চাউরবা ঈফুৎ অমা চেল্লম্মী। চাউরবা তুরেলনি, নাক য়েৎতা ফজরবা জঙ্গলনি। হৌজিক তোত্তো-চান গী ব্রা অদু খঙবদা লেমহৌরিবা শরূক অমদি 'অহাংবদা চাক থোংবা'। মসিনা তাকপদি মসি শোয়দনা ওইরম্লগনি। অঙাং ময়াম মফমদুদা চৎলবগা চাক থোংবা ওইরম্লগনি। তৌইগুম্বসুং কয়াদা শাংগ্রবা অমসুং লুগ্রবা ব্রাফমনো অঙাংশিংনা নিংশিংম্নবগীদমক্তা। অদুবু তোত্তো-চান নিংশিংলম্মী। মসিনা তাকপদি অঙাংশিংনা থব্রায় য়াওরবদি লুবদগী লুরবা ব্রাসু নিংশিংবা ঙমই।

নিংশিংদুনা লৈনবদগী ব্রাফমগী পোৎলুম কোক্লুনা তোত্তো-চাননা নুংশাগ্বর ফূইনা হোন্দোক্লম্মী। হৌজিক মহাক হাথু হাথুনা অমমম ওইনা ব্রা অমসু হায়রম্মী। মথংগী ইরাইদা অয়ুক্তা অঙাংশিং স্কুলদা পূনগদৌরিবনি। লোয়ননা ঐখোয়না সুপকী প্লেট অমা, চাক পুখম অমা, চাপস্টিক্স কী জুরা অমসুং চেঙগী পাত্র অমসু পুগদৌরিবনি। হেড মাস্টরনা হায়বদি মদুনা থোংলগা চাক তেংকোৎ অনী থোকহনগদবনি। হোই, মখোয় ওককী শদোংগী সুপ সু ফুৎকদৌরি। মরম অসিনা লোয়ননা শা অমসুং ইঙ্গ্লং নাপীসু পুগদৌরিবনি। অঙাংশিং নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা চনা-নুংনা শাইনিংলবসু পুবা য়াগনি।

মথংগী নুমিৎ খরনি ফাউবা তোত্তো-চান ময়ূমদা লৈরিঙৈদা মমাগী নাক য়েত্তা কোইইলে লৈদুনা মমাদা শরৈ তৌরম্মী। মা পূক্লিং

চঙনা য়েংলম্মী— মমানা কবম্না হৈজ্রাং পায়বগে অমদি ভগোনা (চাক চফু) করম হায়না থাঙ্গৎকদগে, চাক করম হাযনা থিগদগে। মমানা চাকখুমদা থবক তৌবা উবগা মহাক য়াম্না নুংঙাইজবম্মী। অদুগা মঙোন্দা নুংঙাইজবা অমনা মমানা অশাবা মখুম নৎত্রগা ভগোনা পায়করগা হায়বা "এ! মসি য়াম্না শাইনেহে" অমসুং মতম অদুদা থুনা মাগী খুদোনবীনা অমসুং খুবীনা মনা অদো পায়বম্মী।



"মসি অসুম হায়না করিগীদমক্তা তৌরিবনো হংবদানা হায়বসি মতম খুদিংমক্তা ঈংই।" মমানা মঙোন্দা তাকপীরম্মী।

তোত্তো-চানগীদমক্তা অসুম্না তৌবাসে চাউথোকচবগী খুদম্নি। য়াফম অসিগী প্রমাণসু মসিনি, চাকখুমদা মমা মতম য়াম্না শাংনা চাক থোংলক্লবনি। মহাক মশা মথন্তা হায়জরম্মী— "ঐখোয়না থন্তর কেয়্যানদা করিগুম্বা খরা থোংবা তারবদি ঐসু অসুম হায়না তৌগনি।"

মমৈথংদা ইরাই য়ৌশিল্লক্লে, পূম্নমক ট্রেন্দা থন্তর কেয়্যান য়ৌরে, হেড মাস্টরনা জঙ্গলদা তিল্লিবা অঙাংশিংবু মুন্না য়েংলম্মী। মখোয়গী পীক্লবা নুংশিরবা শাংলবা মমায়, অৱাংবা উরক্তগী

ফাউদোক্লক্তুনা য়েরক্লিবা নুংশানা লংলম্মী। মখোয়গী মনঙন্দা পোরিবা খাউ, পোংনা পীক-পীক থল্লম্মী। মখোয় হেড মাস্টরগী ব্রা তান্নবা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী হেক মতুংমক্তদা চাউরবা ঈচেল চেল্লম্মী। ঈচেল অসিনা মশাগী তাল-লয়দা চপ মান্ননা চেল্লম্মী।

"হৌজিক", হেড মাস্টরজীনা হায়রকই। "খ্বাইদগী ইহান হান্না ঐখোয় অপীকপা কাঙলুপ কয়া অমা খায়দোক্কদবনি। অঙাং খরনা লৈরঙ শাগনি, খরনা চেঙ চান্নগা থোঙৎলক্লি, মদুগী মতুংদা ঐখোয় সুপ থোংনবগী খৌরাং তৌগনি, করি হায়বগে, অসুম তৌসি।"

অঙাংশিংনা অদুদগীদি 'নুং, চে, কাঙি' য়েক্তুনা মশাবু কাঙলুপ কয়া থোক্লা খায়দোক্লে।

তৌবগীদি চাউরাক্লা মখোয় শুপ্পগী য়াংখৈখক্তনি, মরম অসিনা থুনমক মখোয় কাঙলুপ তরুক থোক্লা খায়দোক্লে। অদুদগী খরনা কোম তৌরে, চেক্লা লৈরঙ শারে, মথক্তা য়োংশিংকোং থম্রে ভগোনা থম্বা য়াননবা। অঙাং খরনা শিং খুন্নবা জঙ্গললোমদা চেনখিরম্মী। অদুগা খরা অমনা চেঙ চায়নবা তুরেলরোমদা চেনখ্রে। অঙাংশিং মখোয় মশেল থবক য়েম্থোক্লরে। তোত্তো-চানদি ইঙ্গ্রাং শেমগনি হায়রম্মী, পোর্ককী সুপ শেমগনি হায়রম্মী। তোত্তো-চানদগী চহী অনী হনবা নুপামচা অমনা ইঙ্গ্রং শেন্নম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা শোইবা মগুংশিং অদু য়াম্না চাউবা য়াম্না পীকপা অমা তৌরম্মী। অদু ওইরবসু মহাক তোকপা লৈরমদে, হুমাংনা মনাতোন লংলম্মী। তোত্তো-চাননা মমাগী মতৌ তমদুনা খামেন, আলু, তিক্লৌ, মংগ্রা, অসিনচিংবা মগুং মগুং শোইরম্মী। মহাক্লা শোইবা ইঙ্গ্রংশিংগী মওং অদু ফজরম্মী। মানা খামেন অমসুং মংগ্রা কৃপ্না-কৃপ্না শোইরগা থুম মোরোক হাপ্তুনা অচার শেন্নম্মী। মঙোন্দগী হেন্না চাউবা অঙাংশিংবুসু তাকপীরম্মী। মতম অদুদা তোত্তো-চান মমামক ওইরে খল্লম্মী। অশেংবদি অসিনি অঙাং পূম্নমক মহাক্কী অচার অদো য়াম্না পামখিরম্মী।

"ঐনা হৈব্রা হৈতব্রা য়েংনিংই" মহাক্লা য়াম্না নোল্লুক্লা

হায়রকই। সুপকী মরমদা অঙাং অমনা হংলকপদা মখোয়দা নুংঙাইবা অমা ওইখ্রে। মায়কৈ খূদিংমক্তগী 'এ! অঙকপনি' গী মখোল লাক্লম্মী। অঙাংশিংনা নোকপা খেবগী মখোলতনা নিল্লম্মী। উচেকশিংনা চেক-চেক খোংবসু অরাংবা মখোল অদুদা তিনখ্রে। মতম অসিদা উয়ানশিংদগী মনম নুংশিবা নল্লম্মী। করিগুম্বা পোৎ অমবু মুনব্রা য়েংবা হায়বসি অঙাং খরতনা খঙলম্মী। য়েনশাংশিংগী অশৌবা হেনবা-হেন্দবা য়েংবা তারম্মী৷ মসিগী জ্ঞান অসি মখোয়দা লৈরমদে। মখোয়দি মমাঙদা পুরকপা চাবা হায়বসিনি। থোংবগী অব্রাবা অমসুং নুংঙাইবা ফংবা পূম্নমক্কী মসিনা অহানবা থেংনবনি। মুনদবা পোৎ খূদিংমক্কী মচু মশক মওং মতৌ করম্না অমসুং কয়াম থোংলিবা মদু য়েংবা হায়বসিসু অঙকপা অমনি।

অসুম্না কাঙবু খূদিংমক্কী থবক থৌরম লোইরে। হেড মাস্টরনা অঙাংশিংবু কোয়শিল্লা ফম্নবা হায়রম্মী। ঙম্নমক্কী মমাঙদা সুপ অমসুং চাক্কী পাত্র খিল্লম্মী। অদুবু তোত্তো-চাননা মাগী কাঙলুপ্না থোংবা সুপতি পুহনখিদে। মখোয়না মপূক্লিংনা পেল্লিবা ফাউবা থোংসনু হায়রম্মী। মহাক্না অশাবা মখুম হাংদোক্লে অদুগা হায়রকই— 'মসিদি শাইনা' মহাক্না মখূৎ অনীগী খূৎশা অদু মমান্নবীশিংগী মনাদা পায়রম্মী। অদুগা হায়রকই— 'হৌজিক পুখ্রো অমসুং উয়ান অদু অঙাংশিংগী মরক্তা পুহনখিরম্মী। মহাক্না অসুম্না তৌবসি অঙাংশিংনা করিমত্তা করিসু থোইদোকপা খল্লমদে। তৌইঙম্বসুং তোত্তো-চানদি মপূক্লিংদা য়াম্না পেঞ্জরম্মী।

অঙাং পূম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা চাক লাল্লম্মী, মখোয়না অমুক ঙাইঙমদবগী মরমসু লৈরম্মী। চাক অসি মখোয়না থোংবনি হায়বসি লৈরমই। অদুদগীদি অঙাংশিংনা 'শাইয়ু, শাইয়ু, মুম্না শাইয়ু' ঈশৈ শক্লম্মী, লোয়ননা ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী। অদুগী মতুংদা ইখং-খঙহৌদনা জঙ্গল অদু উন-য়াইমুক চিকখিরম্মী, কুইনা লেপ্পুনা চেনবা ঈচেলগী মখোল তাবা ফংলম্মী।

# ‘‘নঙ তশেংনমক অফবী নুপীমচানি’’

‘নঙ তশেংনমক অফবী নুপীমচানি’ হায়বা ব্রাহৈ অসি হেড মাস্টরনা মতম খুদিংমক্তা তোম্বো-চান উবগা হায়রম্মী। হায়বা খুদিংমক্কী তোম্বো-চান মোমোন নোকই অমসুং হাইফেৎ খৌশারদুনা হায়রকই — ‘হোই, ঐহাক অফবী নুপীমচানি’। মহাক ব্রাফম অসিদা চেৎনা থাজরম্মী।

অর্থ কয়ামুক্তা তোম্বো-চান তশেংনমক অফবী নুপীমচা ওইরম্মী। মাগী মপূক্লিংদা পুম্নমক্কী মফমদা পূকচেল চাউবা লৈরম্মী। মরুওইনা নাম্মা শোয়বা মরূপশিংগী মফমদা। অতোপ্পা কনাগুম্বা অঙাং অমনা মহাক্কী মরূপশিং অসিদা অকনবা ব্রা অমসুং অয়াকপা ব্রা হায়বদা মহাক খৌনা লৈনা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লম্মী। কয়ারক হয়া মীব্রা মীশা তারবসু মমৈথংদা মহাক মথম্ভা কপচবা তারম্মী। মসিদা নত্তনা করিগুম্বা অশোক অপন, শা-ষণ থেংনবা মতমদা মহাক মদুগী সেবা তৌরম্মী। অদুবু মসি ওইরবসু মাগী ওঝানা অয়াম্বা মতমদা তোম্বো-চানগী চমদবা মতৌ অদুদা পূক্লিং চিংশিল্লম্মী অমসুং অনৌবা পোৎ খুদিংমকপু খঙনিংবগী অপাম্বা লৈবা অদুদা ইতৎ তৎতনা অঙকপা পোক্লম্মী মরমদি মহাক্না করিগুম্বা পোৎ অমবু মপূক্লিংদা খঙনিংবা পোকপ্রবদি মদুবু কনামক্তা থামবা ঙম্লমদে অমসুং মখল মখলগী খুদোংথিবশিং অদুদা মহাক তারম্মী।

মহাক মখল খুদিংমক্কী অঙকপনা থল্লবা থবক তৌরম্মী। সভাগারগী মায়কৈরোমদা পরেং লেংদুনা চৎপা মতমদা মপূক্লিংদা মসি পোক্লম্মী, পাম্বোমগী মখাদা শম অসি থাদদুনা চৎলবদি কয়াদা নুংঙাইগবা। খল্লকপগা মহাক থুনা মদু তৌদুনা য়েংই। নোংমা রেলগী ডব্বা শেংদোকপগী পাল্লি তারম্মী। মহাক্না লৈমায়দা অখূবা অরোনবা থোঙ অমা ফাৎপা থেংনরম্মী। থোঙ অসি রেল গাড়ীগী মনুংগী শরূক খরা মেশীন য়ারক্তবদা থোক্লনবা ফাৎপা ওইরমগনি। শেংলবা

মতুংদা মহাক্লা থুনাম্বা অমোৎপা থোঙ অদুদা লংথোকনিংলম্মী। থোঙ হাংদি হাংলে অদুদা লোনশিনবা য়ারমদ্রে, মী কয়ামুক্লা চঙদুনা কয়ারক হোৎনরবা মতুংদা থোঙ অদু থিংবা য়াখি। নোংমনা অসুম তৌই, মঙোন্দা কনা অমনা হায়রম্মী, শাগী মচেৎ করিগুম্বা হুক অমদা য়ানবা য়াই। হুকচাং শাজেল তৌননবা খ্বাইদগী ব্রাংবা য়োৎচৈবু মথূৎনা পায়রগা য়াল্লম্মী। খঙলমদে মসি কয়াম কুইনা পায়দুনা য়ান্দুনা লৈগদৌরিবনো। ইখং-খঙহৌদনা ওঝা লাক্লম্মী। মহাক্লা তৌরিবসি করিনো হায়বসি খঙবা পাল্লম্মী। মহাক্কী পাউখুমদি মসিনি ‘‘ঙসি ঐহাক শাগী শদুম মচেৎ ওইদুনা য়ান্দুনা লৈগদৌরিবনি’’। তৌইগুম্বসুং তাঞ্জা অসিদা মানা পায়রিবদু নাম্থোক্লম্মী অদুগা মহাক পদ্রাক লাউনা মখাদা তারম্মী। কয়াম কম্না তাবগে হায়বদা নুমিৎ চূপ্পা মচিন্দগী ‘এহ!’ হায়বফাওবা থোক্লমদে। মসিদা নত্তনা নোংমসু মহাক অমাংবা কোমদা তারুরম্মী অদুগা মসিগী মরমদা ময়ামনা খঙলিবদুনি।

অসিগুম্বা অঙকপনা থল্লবা থককশিংসি মহাক তৌদুনা লৈরম্মী। অদুবু হেড মাস্টরনা অমুক্তসু মদুগী ব্রাকৎনবগীদমক্তা মাগী মমা-মপাবু কৌরমদে। মহাক অতোপ্পা অঙাংশিংগী মপাবুসু কৌরমদে। অসিগুম্বা থৌদোক ময়ামসি মখোয়গী মরক্তা ব্রাতেমশন্দুনা লোইশিল্লম্মী। অহানবদা নোংমা তোম্ভো-চাননা পুং মরি চূপ্পা ব্রা ঙাঙবা মহাক্লা তাখিরম্মী। অদুমহায়না অঙাং খূদিংমক্তগী ব্রা অসি তারম্মী। অঙাংনা করিগুম্বা অমগীদম লাল্লবসু মহাক্লা মতুংদা লাল্লে হায়না খঞ্জরগদি মদু মহাক্লা ঙাকপীনবগী ঙাকপীফম থোকপা ফাওবদা থম্মী।

তোম্ভো-চানগী মরমদা অঙাংশিংগী মমা-মপা অমসুং ওঝাশিংগী ব্রাকৎপশিং হেড মাস্টরগী মনাকোংদা য়ৌরক্লমগনি। অসিনা ওইবা য়াই মহাক্লা মখোয়বু হেক উবা মতমদা মসি হায়বা কাউরমদে, ‘নঙ খ্বাইদগী ফবা নুপীমচানি’। কনাগুম্বা অচৌবা মীনা তারবদি থুনমক খঙগনি মদুদি ‘মহাক্লা অচুম্বদা মরুওইনা শাফু পী।’

মহাক্লা ব্রাফম অদু তোম্ভো-চানদা হায়বা পাল্লম্বসু য়াই মদুদি

মসিনি ‘‘মীনা নঙবু মরম খরদগী অফবা নুপীমচানি হায়না খল্লমদবসু য়াই অদুবু তশেংনমক্তি নঙগী অশেংবা মওংদি ফত্তবা নত্তে নঙোন্দা গুণ কয়ামরুম লৈ, মদু ঐ নীংথিজনা খঙই।’’ মহাক্না ব্রাহে পরেং অদুদা করি হায়বা পাল্লম্মী হায়বা ব্রাফম অদু তোত্তো-চাননা খঙই, মদুদা চহী কয়া হৌগ্রে। মহাক্কী ব্রা মতম অদুদা মহাক নীংথিজনা খঙবা ওন্নমদে। অদু ওইরবসু থাজবা অসিদি হেড মাস্টরনা মতম অদুদসু মঙোন্দা কামশিনবা ঙমই। মদুদি মহাক ‘অফবা নুপীমচানি’। মতম অদুদা মহাক মশাদা অনম-অহা চুরবদসু মহাক্কী পুক্নিংদা হেড মাস্টরগী অসিগুম্বা ব্রাফম অসে ইতৎ-তত্তনা ঙংদুনা লৈরম্মী। কয়ারক হন্নসু অদুগা মতুংদসু মশানা তৌথিবা অদুদা ব্রাখল খল্লক্রবদা ইথং-খঙহৌদনা মশা মতোমতদা হংজরম্মী, ‘হে ঈশ্বর করিবু তৌরুরবনো ঐনা’।

তোমোএদা লৈরকপা মতম অসিগী মনুংদা শ্রী কোবায়াশী হায়রিবা মরুওইরবা ব্রাফম অসি তোত্তো-চানগীদমক্তদি হন্না হন্না হায়দুনা লৈরম্মী অমসুং হায়রিবা ব্রাহৈশিং অদুদি মসি ওইবা য়াই মদুনা অরোইবা ফাওবদা মাগী পুক্সিগী ঙমখৈ অমা লেপথিরম্বা।

‘‘তোত্তো-চান নঙ তশেংনমক অফবী নুপীমচানি।’’

# মৌনুবী

তোত্তো-চান মথ্বায় ব্রারম্মী।

হৌজিক মহাক ক্লাস অহুমগুবদা তন্নে। তাঈ-চান মহাক য়াম্না মথ্বায় তাজরম্মী। মহাক হৈ-শিংই অমসুং মথৌনা লৈ, অংগ্রেজী পাবসু হৈ। মহাক্না মঙোন্দা ইংলিসতা লমহূই করি হায়বগে তাকপীরম্মী।

‘‘তোত্তো-চান !’’ মহাক্না হায়রকই, ‘‘নহাক খঙব্রা? কিতসুনে ইংলিসতা করি হায়বগে?’’ ‘‘কিতসুনে হায়বদি লমহূই হায়বনি।’’

‘‘লমহূই।’’

তোত্তো-চান নুমিৎ চুপ্পা অনৌবা তম্বা য়াহৈ অসিগী মখোলদা পূক্কিং লূপ্তুনা লৈরম্মী। মদুগী মতুংদা নুমিৎ খুদিংগী মানা য়েলগী ডব্বাগী কা অসিদা য়ৌরকপদা খ্বাইদগী হান্না তাঈ-চানগী উপুদা য়াওরিবা পেন্সিল পূম্নমক ইৎপীরম্মী। মাগী মনাক্তা অপীকপা থাগু মচা অমা লৈরম্মী, মশাগী পেন্সিলদি মহাক থৌশান্নমদে,করি করিগুম্বদা ময়ানা চিক্লগা শীজিন্নরম্মী।

মসি পূম্নমক অসি তৌরবা ফাওবদা মাগা তাঈ-চানগা য়ানরমদে। নোংমা তোত্তো-চান সভাগারগী মনীং থংবা পুখ্রী মন্নাদা চৎলিঙৈদা,

"তোত্তো-চান"

তাঈ-চানগী খোঞ্জেল অশাউবগী মশক ওইরম্মী, মহাক চিংনরপ্পা লেপ্পী। নুংশাপ্ত্রম্ফুইনা হোল্লদুনা তাঈ-চাননা হায়রকই, "নহাক্না চাউরগা নঙনা ফনা হায়জরবদসু নঙগা লুহোংলোই" অসি হায়রম্রগা মহাক মফম অদুদগী চৎখিরম্মী। চৎখিবা মতমদা মহাক্কী মমিৎ লৈমায়দা য়েংলম্মী।

তোত্তো-চাননা মাবু মাগী মকোক অচৌবা অদু মমিৎতগী মাংখিদ্রিফাওবা য়েংদুনা লৈরম্মী। কয়াদা ইকায়খুম্নজরিবা তোত্তো-চাননা মাবু। অতোপ্পা অঙাংশিংনদি 'তাঈ-চান কোকচাউবা' হায়রম্মী। মখোয়না মাবু 'কোক মীমান্নদবা' হায়নসু কৌরম্মী।

তোত্তো-চাননা মথূৎ অদু ফুরিংথাউদা হমজিন্নদুনা য়াথল তৌরম্মী, অদুবু তাঈ-চানগী শাউরিবসিগী মরম অদুদি মহাক খঙবা ঙম্রমদে। খনফম খোক্লদুনা মাগী মমাম্নবী মিয়ো-চানগা য়া-তান্নরম্মী। তোত্তো-চানগী য়াফমদু মূম্না তান্নবগী মতুংদা মিয়ো-চাননা অহল-লমনগী মতৌগুম্না হায়রকই, "এ, ঐ খঙলে, মহাক্না শাউরিবদি মরম অসিগীদমক্তনি, গুসি সুমো-মুক্লাদা নঙনা মাবু রিঙ দগী মপান্দা লংখোকপা অদুননি। মহাক রিঙদগী মপান্দা তান্নিবদো মাগী মকোক চাউবদুননি। অদুনা মরম ওইদুনা নঙোন্দগী মায়খিবনা মহাক শাউবা তাবনি।"

তোত্তো-চানগী মথপ্মোর য়াম্না নুংঙাইরমদে। শোয়দনা মদুনা ওইরক্লগনি। মহাক্না মহাকপু অসুক্কী মতিক পামজদুনা নুংতিগী পেন্সিল ইংলিবনি। করিনুংগী সুমো-মুক্লাদা মাবু থারুরবনো?

অদুনা হৌজিক তাদ-চানগী মৌনৌবী ওইবা কৈদৌনুংদসু ওইখোক্লরোই।

"অদু ওইরবসু মাগী পেন্সিলদি হৌজিকসু ঐনা ইংখিগনি। ঐনা মাবু অসুক্কী মতিক নুংশিরুবনা"।



## হস্তবা স্কূল

অহানবা মগী-স্কূলশিংগী অঙাং মরক্তা মতম অদুদা হায়রনবা ব্রাহে অমা য়াম্না ফাউরম্মী। তোত্তো-চানগী মমাগুগী স্কূলদা অয়াম্বা মতমদা মাবু ঈশৈ ওইনা শক্লরম্মী। মহাক্না স্কূলদগী হল্লকপা মতমদা হায়রম্মী,

অকামাতসু স্কূল থায়নগী অকবনি,

অদুবু মনুংদদি থায়নগী অমনবনি।

অতোপ্পা স্কূল অমগী অঙাংশিংনা অকামাতসু স্কূলগী মনাক্তা ফাউদুনা লাকপদা মখোয়না স্কূললোমদা ওনশিন্দুনা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়রম্মী।

"অকামাতসু স্কূল থায়নগী অকবনি,

অদুবু মনুংদদি থায়নগী অমনবনি।” .

মখোয়না মচিল অদু শুগৎলদুনা কয়া লাউরদুনা লক্লরম্মী।

চিনবুং পংহাই হায়বসিদা স্কূলগী ফত্তবা অমদি ফৈ হায়বগী অহানবা পান্দমদি মদুগী স্কূল বিল্ডীংগী অনৌবা অমদি অমনবদা ওইরম্মী। অদুগা চিনবুং অসিগী মরুওইবা শরুক্তি মদুগী অনীশুবা পরেং অসিনি-- মদুদা স্কূল মনুংদা করি ওইবা হায়বসি তাকপনি। মরম অসিনা অহানবা পরেংদা ফত্তবা অমদি অফবা হায়রগা করিমত্তা খেন্নবা লৈতে। চিনবুং অসি মতম খূদিংদা অঙাং মঙা-তরুক্লা পূম্না-পূম্না হম্না-হম্না হায়রম্মী। নোংমা নুমিৎ য়ুংবগী লাইব্রিক তম্বা লোইরবদা তোমোএগী অঙাংশিং শান্নদুনা লৈরম্মী, ছুট্টী থাবগী পুং য়েগ্রবা মতুং ফাওবা অঙাংশিং মানা-মানা পাম্বা তৌবা য়ারম্মী। অঙাংশিংসু মানা-মানা তৌবা হায়বসি হেড মাস্টরগী অয়াবনি। মরম অসিনা লাইব্রিক তন্নবগী মতুংদা শাংলবা পেরিএড অমা অঙাংশিংনা ফংলম্মী। নুমিৎ অদু অঙাং খরা কাংজৈ শান্নদুনা লৈরম্মী, নুপীমচা অচৌবা খরা মায়কৈ অমদা সীড়ীদা ফন্নদুনা ব্রারেম ঙাঙদুনা লৈরম্মী। খরনা উ কাবী শান্নরম্মী। হায়বদি মানা পাম্বা মখোয় তৌদুনা লৈরম্মী। তাঈ-চান অসিগুম্বা নুপামচা অমনি, মাগী ক্লাসতা ফমদুনা বোটানি ঔরাইদুনা লৈরম্মী। অঙাং খরনা লাইব্রেরীদা লৈরম্মী অমসুং অমাডেরা, মাবু শাশিংনা য়াম্না পামবনি, মূমদা য়োক্কবা হৌদোংনা মথক-মখা ওম্ব্রোক্লদুনা মাগী মনা য়েংলম্মী। ময়াম পূম্নমক মশাগী মওংদা ময়াই কাদুনা লৈরম্মী।

ইখং-খঙহৌদনা স্কূলগী মপান্দগী কয়া লাউরক্লম্মী,

তোমোএ স্কূল অমনবা হস্বা,

মনুংদসু অমনবা হস্বা।

“কয়াদা ফৎখিদ্রবা ব্রানো।” তোম্তো-চাননা খঙলম্মী। মহাক গেটকী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। তশেংবা গেট তোমোএদা লৈরমদে। গেটকী মফমদা উ অনী হৌরম্মী। মহাক মদুগী মনাক্তা লেপ্তুনা

তোম্তো-চান

লৈরম্মী। অমা ওইগে ওইসনু হায়রিবা ব্রা অসে মা শেংনা তারম্মী। খনগদবা ব্রাদি মসিনি, মাগী স্কুলবু মনুং মপান অনীমক্তা অমনবা ফত্তবা হায়খিরম্মী। মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা শাউরে। লৈরিবা অঙাংশিংসু ব্রাফম অসি তাশোন ওইরম্মী। মখোয় পুম্নমক গেট তম্না চেল্লক্লে। নুপামচাশিংগী কাঙবু অমনা তোমোএবু ফত্তে হায়খিরম্বা, মখোয়না অমুক্তা হেন্না কন্না লাউরক্লম্মী, "থায়নগী অমনবা স্কুল" অদুগা মখোয় থুনা য়াংনা চেনখ্রে।

তোত্তো-চান অশাউবা খাংবগী ঙমখৈ লাম্থোক্লম্মী। মহাক নুপীমচাশিংগী মতুংদা তান্নরম্মী, মহাক মথন্তা। মখোয় অমুক্তা হেন্না য়াংনা চেনখ্রে, অদুগা মনাক্কী লৈরক অমদা লৈশিল্লগা মাঙখ্রে। তোত্তো-চান হল্লক্লম্মী। চৎন-চৎনা মহাক ঈশৈ ঙংলম্মী।

তোমোএ স্কুল অফবনি,

খোঙথাং খরা অমুক চৎলবা মতুংদা মহাক্না অতোপ্পা মচেৎ অমমুক তপশিল্লম্মী।

মনুংদসু মপান্দসু অফবনি।

মহাক্না মহাক্কী শাজিনবা চিনবুং অসি ফনা খল্লে। মহাক্কী মস্থরন্নবা পূক্লিং তপ্না-তপ্না শাৎকাইরক্লে। স্কুলগী মনাক্তা মহাক্না অসুম্না নাটক তৌরম্মী, কনাগুম্বা অতোপ্পা স্কুলগী অঙাংগুম্না অমসুং মোংশোংগী মরুমদগী লোৎলগা কন্না শক্লম্মী, অসুক্কী মতিক কন্না মখোয়না তাননবা।

তোমোএ স্কুল অফবনি, মনুংদসু মপান্দসু অফবনি।

লৈকোন্দা শান্নরিবা অঙাংশিং ইহান হানবদি খঙবা ঙন্নমদে শক্লিবসি কনানো, ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা তোত্তো-চাননি হায়বসি খঙলে। মখোয়সু তোত্তো-চানগী মনাক্তা লাক্লে অদুগা লোয়ন-লোয়ননা কন্না কন্না শক্লমই। ঙাইহাক লৈরগা অমগা অমগা মথুৎ শোক্লরম্মী অমসুং স্কুলগী লম্বীদা ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা চৎলম্মী। অসুম অসুম্না মখোয়গী মথৌনা হেনগৎলম্মী।

তোমোএ স্কুল অফবা, মনুংদসু মপান্দসু অফবনি।

অঙাংশিংনা খঙলম্মী হেড মাস্টর মাগী ওফিসতা ফম্মী হায়বসি। হেড মাস্টরনা ঈশৈ অসি তারগা ঈশৈ অসি তারগা শোয়দনা নুংঙাইরমগনি।

অদুগা মহাক্তনা করিগী? কনাগুম্বা ওঝা অমনসু হায়রিবা ঈশৈ অসি নুংঙাইগনি। মরুওইনা মখোয় অদুনা অঙাংশিংবু লুনা তৌরিবা, মতম খৃদিংমক্তা অঙাংশিংগী মরমদা খল্লিবা। অদুগা মসিমসু অচুম্বনি অসিগুম্বা মীওইশিংনা নুমিৎ খৃদিংগী অনৌবা অনৌবা খৃদোংথিবা মায়োক্নে। অদুগা অমুক তোমোএ মখল অমগী অনৌবা য়ূলনি। মদুগীদমক্তা হায়রিবা ব্রাফম অসি য়াম্না চুমদ্রবনি। পারোল-পুরোনগী চৎনবীদগী হন্দোক্লা য়েংলগা মী কয়ামুক্লা মসিগী আলোচনা তৌই।

অসুম্নদি অঙাংশিংগী ঈশৈ অসিমক হেড মাস্টরগী অশেংবা খৃদোল অমনি।

তোমোএ য়ূল অফবনি,
মনুংদসু মশান্দসু অফবনি।
নুমিৎ অদুগী ছুট্টিগী কাংশি কায়নথংদা খিংলম্মী।

# শমগী রিবন :

নোংমা য়ুংবা মতুং চাক চারবা মতুংদা তোম্ভো-চান সভাগারগী মনাক্তা থৌরিন্নি চোংবী শায়দুনা লৈরম্মী। ইখং-খঙহৌদনা মহাক হেড মাস্টরজীগা মফমদুদা উয়রম্মী। 'উয়রম্বা' য়াই হায়বা চুমদবসু য়াই, মরমদি চাক চারিঙৈ মরক মতম পুম্বসি হেড মাস্টরজী অঙাংশিংগী মনাক্তা লৈগল্লি। অদুবু অর্থ অসিদা মহাক্তা উয়ৈ হায়বদি হেড মাস্টরজী মায়কৈ ওয়না লাক্রম্মী।

"ওহ হো, নঙ মফম অসিদা লৈরিবোইরে" হেড মাস্টরজীনা হায়রম্মী। 'ঐহাক নঙোন্দা করিগুম্বা খরা হংবা পাম্মী।"

"করি ওইবিরবনো ওঝা", তোতো-চান মসি খল্লগা খরা হরাওনা হায়রম্মী মদুদি মহাক হেড মাস্টরজীদা করিগুম্বা খরা তান্নবা ঙম্মী।

"নঙনা রিবন অসি কদায়দগী লৈ।" মহাক্না তোতো-চানগী মশমদা পুন্নিবা রিবন অদু য়েংলগা হংলক্সী।

তোতো-চান হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে, ঙরাংদগী রিবন অসি পুন্নক্লিবনি। মহাক রিবন অসি য়াম্না পামজরম্মী। মীনা উননবা হায়দুনা মহাক মখোয়গী মনাক্তা চৎলি।

"রিবন অসি ঐগী ইমাবোক্কী হান্নগী স্কুলগী ইউনিফোর্মদা কিরম্বনি। মহাক্না দ্রব্বরদা ফি থগ্রিঙৈদা ঐনা উরুরে অদুদা মহাক্না পীরকপনি। ইমাবোক্না হায়রম্মী-- নঙগী নমিৎসি থৌগ্রেদা।" তোতো-চাননা নাপলগা লোয়নননা হায়রম্মী।

"অদু ওইরে", হেড মাস্টরজী ব্রাখল খল্লপ তৌরম্মী।

তোতো-চান মশাগী রিবন অসিদা য়াম্না পোংজরম্মী। মানা মখা তানা তন্নকই, তাঙ্গা চাবদগী ইমাবোক্না ফি অমনবা নুংশা ফৌরিঙৈদা ঐনা উরুরে, ফিশিংগী মরক্তা থায়নগী ফি মখলগী খামেন মচুগী স্কর্ট অমা লৈরম্মী, মসি মতম অমদা মহাক্না স্কুল চৎপদা শেৎলম্বনি, মহাক্না স্কর্ট অসি থুপচিল্লিঙৈদা তোতো-চানগী মমিৎনা ঙমখৈ লৈতনা ফজরবা পোৎ অদুদা উখিরম্মী।

"অদুদি করিনো ইমাবোক?"

তোতো-চাননা হংলকপদুদা খংলেপ লেপ্লম্মী। মহাকনা হায়রিবা ফজরবা পোৎ অদু রিবননি হায়বসি মহাক খঙখিরম্মী। মদু স্কর্টকী মনিং থংবা পেটিগী শরুক্তা য়ান্দুনা লৈরম্মী।

মমাবোক্না হায়বদা মতম অদুগী চৎনবীদা খূৎনা শাবা লেস নৎত্রগা রেসোনগী রিবন শারগা স্কর্টতা তুংলোমদগী য়েংবদসু অঙাংশিং ফজনা উননবা হাপ্পরম্মী।

তোতো-চাননা য়াম্না পামজনা রিবন অদু য়েংই হায়বসি মমাবোক্না উরে, নঙনা পামজরবনিনা 'রিবন অসি নঙোন্দা পীরে,

ঐনা হৌজিক কদায়দগী স্কুর্ট শেৎলুরগনি।'

মহাক্না কাটি পায়খৎলদুনা অমসুং লংনা ফারিবা রিবন অদু স্কুর্ট অদুদগী ককথৎলম্মী। অসুম্না তোত্তো-চাননা রিবন অসি ফংখি। রিবন রেসোনগীনি, অপাকপনি। গুলাব অমসুং অতোপ্পা লৈ কয়াসু লোল্লম্মী। মমাবোক্না তাকপদা রিবন অদু মীরৈবাক্কী লংনা শাবনি।

ব্রা পূম্নমকসি তম্ন-তম্না তোত্তো-চান মকোক হাইরম্মী। অদুম্না তৌবদুনা মহাক্কী রিবনগী মখোল 'সুৎ-সা' অদু হেড মাস্টর তাবা ফংননবা। ব্রাফম পূম্নমক লোয়না তারবা মতুংদা হেড মাস্টর অসি য়াম্না লাংতক্নরে।

"অদুগী ব্রা ওইরে", মহাক্না হায়রকই, "ঙরাং মিয়ো-চানসু নঙগী অদুগুম্বা রিবন পাম্মী হায়দুনা ইনাক্তা লাক্নমই। ঐহাক্না জিয়ুগাওকাগী দুকান খূদিংমক য়েংলুরে, তৌইগুম্বসুং রিবন ফংবগী ব্রা লৈতে। মীরৈবাক্কী ওইবদুনা ওইরমগদ্রা?"

ব্রা পূম্নমকসি হায়রবা মতমদা হেড মাস্টরগী মায়থোং অসি হেড মাস্টর ওইদদুনা মপা অমগী মায়থোং ওইরম্মী।

"তোত্তো-চান, নঙনা স্কুল কারকপদা রিবন অসি কিরক্নবদি ঐ নঙগী তৌবীমল য়াম্না লৈগনি, নৎত্রবদি মিয়ো-চানসি মদুগীদমক্তা য়াম্না ব্রাহনগদৌরি। ইবেম্মা অদুম তৌবদা নঙ য়াম্না ব্বারগদ্রা ?"

তোত্তো-চাননা মখূৎ অনীদু লোনশিন্নরম্মী। ঙাইহাক খল্লম্মী, অদুদগী মহাক্না পাউখুম পীরকই, "ফরে ঐ স্কুলদা রিবন পুল্লগা লাক্নরোই"

"নুংঙাইরেদা ইবেম্মা", হেড মাস্টরনা হায়রকই।

তোত্তো-চান মথ্বায় নুংঙাইরমদে। তৌইগুম্বসুং হেড মাস্টরসু নুংনাঙলম্মী অদুবু মহাকপু করম হায়না থেমগনি, চহী য়ান্নবা নুংশিরবা হেড মাস্টরনা দুকান-দুকান্দা চঙদুনা থিগদবু উই, মদুগীদমক্তা নুংঙাইরমদে।

তোমোএগী চৎনবী নিয়ম অমসু লৈরম্মী, অমনা অমগী অব্রাবা নুংঙাইতবা খঙবা অমসুং ব্রারিবদুবু কোক্লনবা হোৎনবদা মতেং পাংনবা, মসি লায়না তম্বা য়াবা ব্রানি। চহী য়াম্রে হায়দুনা অদুক হাক্লা থিনদে। মসিদি ইচম চম্না চৎনবনি।

মথংগী নুমিত্তা তোত্তো-চাননা স্কূল চৎপ্রবা মতুংদা মমানা কা শেংদোকপা চঙলম্মী, তোত্তো-চাননা মখ্বায়না তাজবা রিবন অদু শওমগী মঙক্তা পুনবা উরম্মী। মহাক্না পামজবা রিবন অদু মতৌ করম্নাইনা হুনে দাক্লম্নগা চৎখিরিবনো হায়বদু মমা খঙবা ঙম্লমদে। মচু মখল মখলগী রিবন অসি কিবীরুবনা শওম অদু ইকায়বা ফাউবগুম উরম্মী।

# অশোকপা-অনাবা হংবা

মপূক্সিদা ইহান হান্না তোত্তো-চান লান্মীগী অশোকপগী হোসপিটালদা চৎলম্মী। শহরগী অহানবা ক্লাসতা তম্বা স্কূল কুম্ব্রাগী অঙাংশিংগা লোয়ননা মহাকসু চৎলি। মহাক্না খঙনবা কনাসু য়াওরমদে। স্কূল খূদিংমক্তগী অঙাং ২/৩ চৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং তোমোএ অপীকপা স্কূল অমনি। মরম অসিনা স্কূল অদুদগী অঙাং অমখক্তমক থারম্মী। স্কূলগী অঙাং পূম্নমকপু স্কূলগী ওঝা নুপীনা লমজিংলম্মী। তোত্তো-চান তোমোএগী মহৎ শিন্দুনা চৎলম্মী।

মখোয়গা লোয়নরিবী ওঝা নুপী অদুদি ময়াং কংবীনি। মহাক্না আনোক উপ্লম্মী। অঙাংশিংদু ব্রার্ড অমদা পুশিল্লম্মী। ব্রার্ড অদুদা পাইজমা শেৎপা অশোকপা লান্মী তরামঙা লৈরম্মী। খরা অমনা ফম্মুংদা হিপ্লম্মী, খরা অমনা চৎথোক-চৎশিন তৌরম্মী।

তোত্তো-চান লাকপদা অহানবদা মপূক্লিংদা য়াম্না মীপাইবা পোক্লম্মী, অশোকপা লান্মী হায়বদু করম তৌরিগবা হায়না খল্লম্মী।

মফম অদু য়ৌবদদি লাম্নীশিং অদু বেগুেজ পুন্দুনা লৈবা উরে। অদুগা অঙাংশিং'দুবু উবদা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরম্মী। মখোয়না মথূৎ হাইরদুনা অঙাংশিং'দুবু কৌশিল্লম্মী। মখোয়না অসুম্না হরাও-হরাও তৌবা উরগা তোত্তো-চান পেল্লম্মী।

ওঝা নুপীনা অঙাংশিংদু ব্রার্ডকী ময়াই মক্তুদা লেপহল্লম্মী, অদুগা লাম্নীশিংদুদা ওনশিল্লদুনা হায়রকই,

"ঐখোয় ময়াম অসি ময়ামগা উন্নবা লাকচবনি" মহাক্না হায়রমই। অসুম তৌবসিদা নোঙ্গরগা লাম্নীশিংবু খুরুম্নম্মী।

ওঝা নুপীনা অমুকসু হায়রকই,"ঙসি মেগী তারিক মঙাশুবনি- হায়বদি অঙাংশিংগী নুমিৎনি। ঐখোয় ময়ামগীদমক্তা নুমিৎ অসিগী ঈশৈ শক্তুনা তাহঞ্জগনি।" মহাক্না মথূৎ অদু কনাগুম্বা ঈশৈ ডাইরেক্টর অমগী মতৌগুম্না থাঙৎলম্মী। হংলকই, "অঙাংশা নখোয় শেম শারব্রা?, অমা... অনী... অহুম... মরি।" মহাক্না তাল থারম্মী। অঙাং পূম্নমক মখোয় অমগা অমগা খঙনরমদে অদুবু ঈশৈদি পূম্নমক্না খঙলম্মী। পূম্নমক্না পূক্লিং চঙনা ঈশৈ শক্লম্মী।

য়ূমথকশিংগী সমুদ্রবু লাল্লগা,
নোংগী সমুদ্রবু লাল্লগা।

তোত্তো-চানদি ঈশৈ অসি ফারমদে। তোমোএদা করিগুম্বদা ঈশৈ অসি শক্লমদে। মহাক তুমিন্না মনাক্তা লৈবা থৌজাল হৈনা য়েংলিবা লাম্নী অমগী মনাক্তা ফন্নম্মী। মহাক য়াম্না হৈনিংদবা পোক্লম্মী। ঈশৈ লোইরবদা ওঝা নুপীনা হায়রকই, "হৌজিক লাইখিগী কুম্মেগী ঈশৈ অদু শক্লসি"। ঈশৈ অসিসু ময়াম্না পুন্না শক্লে- তোত্তো-চান য়াওদনা।

লাও, লান্টেন চুখৎলসি,
অমমম ওইনা ময়াম চুখৎলসি।

তোত্তো-চান তুমিন্না লৈবা নত্তনা করি তৌবা ঙমগনি!

ঈশৈ লোইশ্লবদা লান্নী ময়াম্না খুবাক খুরম্মী, ওঝা নুপীনা মোমোন নোক্লা হায়রকই, "হৌজিক অমুক তত্তু অমসুং শগোলগী ঈশৈ শকচৌ হায়ব্রা? পুম্না...। অহুম মরি।" মহাক্লা অমুক তাল থারম্মী।

ঈশৈ অসি তোত্তো-চান খঙলমদে। ঈশৈ লোইশ্রে, তোত্তো-চাননা ফন্নিবা ফমুং অদুগী লান্নী অদুনা তোত্তো-চানগী মকোক্তা নাল্লদুনা হংল্লক্লম্মী, "নঙদি করিমত্তা শক্লরোইদ্রা?"

তোত্তো-চান য়াম্না নিংবা কায়রম্মী। লাকপদি মহাক লান্নীশিংবু হরাওহনগে হায়বগীদমক্তনি অদুবু ঈশৈ অমফাওবা মখোয়গীদমক্তা শকপা ঙম্রমদে! মরম অসিনা মহাক লেপখৎলে অদুগা ফমুংদগী খরা থাপ্না চৎলগা থৌনা ফনা হায়রক্লম্মী।

"চুম্মী, ঐনা ফাবা ঈশৈ অদু অদোমবু তাহনজৌ হায়ব্রা?"

হৌজিক মহাক্লা তৌরিবদু ওঝা নুপীগী প্লানগী মতুংইন্নদি নৎত্রে, মহাক পূক্নিং লৈতারমদে।

"করি শক্লদৌরিবা নহাকপো?" মহাক্লা হংলক্লম্মী। মতম অদু ফাওবদা তোত্তো-চান নুংশাশ্বর ফূইনা চিংখৎলদুনা ঈশৈ শক্লম্মী। লান্নী অদু তুম্মীনা লৈবা তারম্মী।

মরমদি তোত্তো-চান তোমোএগী মহৎ শীন্দুনা লাক্লন্নিবনি। মহাক্লা নুংসাশ্বর ফূইনা হোল্লদুনা তোমোএদা নুংতিগী শক্লিবা নুংশিরবা ঈশৈ অদু তাহল্লম্মী।

শাইয়ু, শাইয়ু নীংথিজনা শাইয়ু,

নঙনা চারিবা খরা অদু ...।

অঙাং খরদি ঈশৈ অদু তারগা নোক্লম্মী। মখোয় মশেল হংম্নরম্মী, "করম্বা ঈশৈনো মসিবো", ওঝা নুপী তাল থানবা হোৎনরম্মী, অদুবু লয় খঙদবনা মহাক্কী মখূৎ মালং মরক্তা হাইদুনা লৈরম্মী। তোত্তো-চান য়াম্না ইকায়জরই অদু ওইরবসু মহাক্লা পূক্নিং চঙনা শক্লম্মী:

শাইয়ু শাইয়ু নীংথিজনা শাইয়ু,

চাক-ঙা-শা।

ঈশৈ লোইখিরম্মী, মহাক নোম্থরম্মী, খুরুম্নরম্মী, মকোক থাঙ্গৎলকপদা লান্মী অদুগী মমিত্তগী মপী তারম্মী। অহানবদদি মহাক শোয়বা য়াওগদ্রা খল্লম্মী। অদুগদি মপাবুংদগীসু হেন্না চহী অহল ওইরবা লান্মী অদুনা অমুক হন্না মহাক্কী মকোক্তা নানবীরম্মী, হায়রকই-- "নুংশিপ্রেদা, য়াম্না নুংশিপ্রেদা"

লান্মীনা মহাক্কী মকোক্তা মখূৎনা নান্দুনা লৈরম্মী। মহাক্কী শিন্থবক্লিবা পীবাং খরুমদে। মতম অদুদা ওঝা নুপীনা লান্মী অদুবু হরাওসনু মতাগুম হায়রকই। হৌজিক অঙাংশিংনা লান্মীশিংগীদমক্তা পাদুনা তাহনজগনি।

অঙাংশিংনা হন্ন-হন্না মশা মশাগী অইবশিং তাহল্লম্মী। তোত্তো-চাননা লান্মী অদুগী মায়কৈদা য়েংলম্মী। মহাক্কী মমিৎ অমসুং মনাতোন ঙাংশং ঙাংলম্মী, তৌইগুম্বসুং তোত্তো-চান উবদা মহাক মোমোন নোক্লম্মী। তোত্তো-চাননা মপূক্লিংদা খল্লম্মী। বাহ! কয়াদা ফগ্রবা ব্রানো লান্মী অসি নোক্লে।

লান্মী করিগীদমক্তা কপ্লিবনো মহাক্তা মদু খঙলমগনি। ওইবা য়াই, তোত্তো-চানগুম্বী মচানুপী অমা লৈরম্বসু অদুগুগা ম্নসিমসু ওইবা য়াই, তোত্তো-চানগী ঈশৈ খুশক অদুনা মহাক্কী থম্মোয় অদু শোক্লম্বসু নৎত্রগা অমুক হন্না তৌথিবা লান অদু নিংশিংলক্নুনা মহাক্কী থম্মোয়বু নীকহনলম্বসু। করম্না লানফমদা চারাম্নবা লান্মীনা করি ফিভম ওইখিবগে। ওইথোকপা য়াই, মুন্না শাইবগী ঈশৈ অদুনা মাবু অব্রাবদু নিংশিংহল্লম্বসু চানবগী অনকপা তাঞ্জা অমুক ফংলরোইদ্রা? নৎত্রগা পীক্লবা থোৎ- নৌরবা অঙাংশিংগী পূক্নিদসু থুনমক লানগী অমঙবা মোং অমমুক মঙলরগদৌরে।

মশাগী অইবা তাহল্লগা পারগা তাহল্লিবা অঙাশিংনা মসি খঙদে মদুদি প্রশান্ত মহাসাগরদা লান অমুক হৌরক্কদৌরে। মসি নত্তে, লান থুনমক হৌরক্লে।

# হকচাং ফবা উকূ

মশাগা খঙনবা টিকেৎ বাবু অদুবু মঙক্তা য়ানবা পাস অদু উৎলগা তোত্তো-চান জিয়ুগাওকা স্টেসন্দগী মপান থোক্লম্মী।

মপান্দা য়েংবদা নুংঙাইবা থৌরম খরা তৌবা উরম্মী। নহা পাখং অমা ফক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। মাগী মমাঙদা উগী উকু ময়াম অমা পৈরম্মী। মী মঙা অমা তরুক অমা মাবু কোইশিল্লম্মী। তোত্তো-চানসু কোইশিল্লিবা অদুগী মনাক্তা চঙলম্মী অমসুং নহা অদুবু উরম্মী। মহাক্না ব্রাহৈ খরা হায়রম্মী। "ঐবু য়েংবিয়ু, মুন্না তাবিয়ু লেঙবিরক্লিবশিংনা" তাঞ্জা অসিদা মহাক্না তোত্তো-চানবু উরম্মী। হায়রকই, "হকচাং ফবা হায়বসিতনা মীওইবগী চাউরবা লন অমনি, অদোম্মা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা হৌগৎলকপগা নহাক নশা ফরিব্রা নৎত্রগা ফত্তব্রা খঙবা পান্নবদি উকু অসিনা খঙবা ঙমগনি। তৌবতদি উকু অসিগী মচেৎ অমা শোইদনা উমবিগদবনি। উকু অসি খারবা অদু ওইরবদি অদোম হকচাং ঙমদ্রে খঙলগনি, খাদ্রবা অদু ওইরবদি থোইদোকপা ঙমদবা তৌদে। মমলসু শুপ্পগী সেন কুনখক্তনি। ময়াম লেঙবিরকও, মাঙদা চখৎপীরকউ, অমুক্তং মহাও তংদুনা য়েংবিয়ু।"

পাতক শেতকপা নহা অমা মাঙদা লাক্লম্মী। চিংনরপ্না মহাক্না উকু অদুগী মচেৎ অমা ময়ানা শাইরম্মী। অমুক মকোক অদু নোম্থরদুনা ব্রাখল খরা তৌরম্মী।

"হোই, খরা খরা খাতক-খাতক্তি তৌইদা"

পাখং অদু ফন চোংলম্মী। "সাহেব, অদোম নশা ঙমদে শোইদনা করিগুম্বা অনাবা অমা নশাদা লৈরে, চেকশিনবিয়ুকো, অদুবুনে থোইদোক্না ব্রাবীগনু, ব্রাফম অসি খুৎতগী থোরকপা নত্তে। মেমসাহেব অদোমদি লৌবিরোইদ্রা শাইদুনা অমুক্তং য়েংবিয়ু।"

চাউরবা থুমোক অমা পায়রদুনা নুপী অদুনসু উকু অদুগী মচেৎ অমা লৌরম্মী। অদুগা কন্না শাইরম্মী। অদুগা নোক্তুনা পাউখুম পীরকই, "করিমত্তসু খাদেদা"।

"থাগৎচরি মেমসাহেব"

পাখং অদুনা হায়রকই, "অদোম নশা ফরি"। অদুদগী মাগী খোঙ্জেল অদু কন্না হায়রকই, "সেন কুন শুপ্পগী সেন কুন, নুমিৎ খুদিংগী ইশাগী হকচাংগী ফিভম খঙনবগীদমক্তা শুপ্পগী সেন কুনখক্তনি, লেঙশিনবিরকও ইবুংঙো ইবেম্মশিং, লৈবিয়ু ইবুংঙো ইবেম্মশিং।"

তোম্ভো-চানসু উকু অদু মহাও য়েংশিরা খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মী ময়ামশিং অদুগী মরক্তা উকু অদু পীয়ু হায়বা ইকায়রম্মী অদুনা মহাক্না অতোপ্পা ব্রাফম অমা হংলম্মী, "স্কুল লোইবা ফাউবা অদোম লৈবিরমখিগদ্রা"।

পাখং অদুনা পূক্নিং চঙনা য়েংলদুনা হায়রকই, "শোইদনমক লৈজখিগনি।"

তোম্ভো-চান স্কুলরোমদা চেল্লম্মী, মহাক্কী মনঙ্গা মাগী পোৎয়োম ফন ফন চোংলম্মী। মহাক য়াম্নমক থুরম্মী, লাইরিক তম্বা হৌদ্রিঙৈ মমাঙদা মহাক করিগুম্বা খরা তৌগদৌরম্মী। ক্লাস মনুং হেক য়ৌবগা মহাক্না মরূপশিংদা হংলম্মী।

"ঐ সেন কুনখক্তা থংবিবা য়াব্রা?"

অদুবু কনাগুম্বা অমগী মনাক্তা সেন কুন লৈরমদে। মতম অদুদা চোকলেট অমদা সেন তরাদা ফংলম্মী। হায়বদি সেন কুন পায়বা কনামত্তা য়াউরমদে। অদুনা কনামদগী সেন কুন হায়বদু ফংখিদে।

"ঐহাক ঐগী ইমা পাবুংদগী লৌরুচোরা", মিয়ো-চাননা হংলক্লম্মী।

অসিগুম্বা তাঙ্গাদা মিয়ো-চানগা তিন্নবসে য়াম্না কান্নরম্মী। মহাক হেড মাস্টরগী মচানুপীনি। সভাগারগা তাইনবা য়ুমদা লৈরম্মী। অঙাংশিংনা মখোয়গী মমাসু স্কুলদা লৈবদৌনা খল্লম্মী।

পাবুংনা হায়, "করয়া পৈশা পীগদৌরিবনো নঙোন্দা" মহাক্না তোম্ভো-চানবু চাক চাবগী মতমদা হায়রম্মী। "নঙনা পৈশা অদু করি মরমগীদমক পাম্নিবনো"

তোত্তো-চান ওফিসলোমদা চেল্লক্লম্মী।

“নঙ সেন কুন পাম্ব্রো?”, হেড মাস্টরনা আনোক অদু লৌথোক্লুনা হংলক্লম্মী। “করি মরমগীনো”

“ঐহাক উকু মচেৎ খরা লৈবা পাম্মী।”

“মদুনা হকচাং নাই নাদে খঙবা ঙম্মী”, মহাক্লা য়াম্না থুনা পাউখুম পীরক্লম্মী।

হেড মাস্টর খঙনিংবা হেনগৎলম্মী।

“উকু অদুদি কদায়দা য়োল্লি”

“স্টেসন মমাঙদা” মহাক্লা থুনমক পাউখুম খুন্নক্লম্মী।

“ফরেনে’ হেড মাস্টরনা হায়রকই। “লৈবা পান্নবদি লৈরুরো, অদুগা ব্রাফম অমা লৈ, ঐবুসু মচেৎ অমদি উমহল্লুকো, য়ারেদনা।”

মশাগী ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লুনা সেন কুনখক তোত্তো-চানগী মথূত্তা পীরম্মী।

“য়াম্না নুংঙাইজরে” তোত্তো-চান হরাওনা হায়রকই, “ঐহাক ইমাদগী লৌরগা অমুক পীজগে, ইমানা নুংতিগী লাইরিক লৈননবা পৈশা পী, থাঙ্গৈশেংবদি করিগুম্বা পোৎ অমা লৈবা তাবদা মঙোন্দা হংলম্মী। অদুবু হকচাং ফনবগী উকু লৈবদি ফত্তবা ব্রাদি নত্তে, ঐনা খল্লি মহাক য়াদবা তৌরোই।”

স্কুল ছুটি থারে। তোত্তো-চান সেন কুন মখূৎনা চেৎনা পায়দুনা স্টৈসন তান্না চেল্লক্লম্মী। উকু য়োনবা মফম অদুদা ফমদুনা লাউদুনা লৈরম্মী। তোত্তো-চানগী মথূৎতা সেন কুন অদু উবদা হরাওরম্মী।

“বাহ ! ইবেম্মা বাহ! নঙগী নপা-নমাদো হরাওহৌব্রা ?”

“রোকীসু হরাওরমগনি” তোত্তো-চাননা হায়রকই।

“রোকীদি কনানিনা”। মহাক্লা উকু মচেৎ অমা লৌখৎলদুনা হায়রকই।

“রোকী ঐগী হূইনি, জর্মন শেফর্ডনি”

নুপা অদুনা ঙাইহাক খল্লদুনা হায়রকই, “হূই, হূইদসু উকু অসি ফবা ফত্তবা খঙবা ঙমগনি। খারবদি মচিন অদু শুগৎলক্কনি, মসিনা তাকপদি মহাক নারে খঙগদবনি।”

পাখং অদুনা ইঙ্ঘি অমা পাকপা অদুগা চাউরাক্লা ইঙ্ঘি তরুক শাংবা উকু অমা লৌখৎলে।

“সে মসি অয়ুক খূদিংগী খরা খরা শাইয়ু। খারবদি নারে নৎত্রগদি করিসু থোইদোকপা তৌদে।”

তোত্তো-চান মশাগী মমল য়াম্নবা উকু অদু চেকশিন্না ময়ূম তান্না পূরক্লম্মী। ময়ূম য়ৌরগা খ্বাইদগী হান্না মশানা উকু মচেৎ অমা শাইরম্মী। উকু অদু খ্রুরং-খ্রুরং লাউনা কদ্রক-কদ্রক লাউরম্মী। তৌইগুম্বসুং খাদি খারমদে। “বাহ! ঐদি করিসু তৌদেনা”

“অদুদি করিসু তৌদবা” মমানা হায়রকই, “করি তৌরবগে নঙবু”

তোত্তো-চাননা মমাদা ব্রা খূদিংমক শুগাইনা তম্নম্মী। মমানসু উকু মচেৎ অমা শাইরম্মী।

“সিদি করিসু খাদে”

“ইমা, অদু ওইরবদি নহাক করিসু তৌদে।”

মসিগী মতুংদা তোত্তো-চান রোকীগী মনাক্তা চৎলম্মী, উকু অদু ময়াদা ইনশিনলম্মী, রোকীনা মনম নম্নমই অদুগা লেক্লমই।

“অদুম তৌগদবা নত্তে, শাইগদবনি” তোত্তো-চাননা হায়রমই। “অদুম তৌরগদতা নহাক নাই নাদে হায়বসি খঙগদবনি।”

তৌইগুম্বসুং উকু অদু শাইননবা হোৎনরমদে, মাদি খুজিন অদুনা মনাকোংদা হোৎলম্মী। তোত্তো-চাননা ময়াদা ইনশিল্লি।

“সে অমুক্তুং শাইদুনা য়েংউ, নশাদু ঙম্নমদ্রবদি কনানা খঙগনি”।

য়াম্না তম্না রোকীনা উকু মচেৎ অমা চিক্লম্মী। অদুগা মনম নম্লম্মী। তোত্তো-চাননা মঙোন্দা উকু অসি খাদবা মাল্লম্মী, মসিগী মতুংদা মহাক হাকাম চল্লম্মী।



"হেয়া রোকীদি করিসু তৌদেনা"

মথংগী নুমিত্তা মমানা মঙোন্দা সেন কুনথক পীরম্মী। স্কুল হেক য়ৌবগা তোত্তো-চাননা মদু চুত্রিংনা হেড মাস্টরগী কাদা চঙলম্মী অদুগা উকু অদু মহাক্কী মমাঙদা থল্লম্মী।

মিনিট অমাফাওবা ফারল্লোই হেড মাস্টরনা মঙোন্দা হায়নিংবা উরম্মী, "এ ! মসিদি করিনো?"

তাঞ্জা অদুদা হেড মাস্টরনা তোত্তো-চানগী মখূত্তা সেন কুনথক

উরম্মী। ঙরাংগীদু মহাক হন্দোককে হায়না লাকপা মাল্লম্মী অমসুং ব্রাফম অদু নিংশিংলক্লম্মী।

"শাইদুনা য়েংবিয়ুনে ওঝা", তোম্ভো-চাননা হায়রম্মী। "উকু অসি খারবদি ওঝা নারে।"

হেড মাস্টরজীনা উকু মচেৎ অমা থুদেক্লগা শাইরম্মী। মসিগী মতুংদা উকু অদু মানা মুম্না য়েংলম্মী।

"খাব্রনে" তোম্ভো-চাননা চিংননা হায়রম্মী।

"নত্তে, নত্তে, মসি মহাউ করিমত্তা য়াওদেদা"

উকু অদু তোম্ভো-চানদা অমুক হন্না পীরদুনা হায়রক্লম্মী, "ইবেম্মা ঐদি হকচাং য়াম্না ফরি।"

"বাহ! ওঝাসু হকচাং ফরি, ঐ য়াম্না নুংঙাইজে।"

নুমিৎ অদু তোম্ভো-চাননা অঙাং স্কূলগী অঙাং খূদিংমক উকুগী মহাউ তংহল্লম্মী। কনাগুম্বা অঙাং অমত্তা খাবা ফাওরমদে। মসিনা তাকপদি পূম্নমক মশা ফরি। তোম্ভো-চান হরাওরম্মী।

মসিগী মতুংদা অমমম ওইনা অঙাং খূদিংমক্লা হেড মাস্টরদা মসি হায়বা লাক্লম্মী, ঐখোয় থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওদে। খূদিংমকপু হেড মাস্টরনা হায়রম্মী। "ইস! অদু ওইরবদি য়াম্না ফবা ব্রানিনে।"

হেড মাস্টরজী হরুনা পর্বত চীংখোঙদা পোকপা মচানি, মফমদুদা চাউরকপনি, ব্রাফম অসি মহাক হান্নদগী শোয়দনা খঙলমগনি। তোম্ভো-চানগী মনাক্তা লৈরিবা উকু অদু করিগুম্বা ফিভম অমদসু খারোই হায়বসি মহাক্লা খঙলমগনি।

অদুবু অঙাং খূদিংমক মশা ফৈ হায়না খল্লগা তোম্ভো-চান হরাওই হায়বসি মহাক নীংথিজনা খঙই। মহাক্লা মসি খঙলগা নুংঙাইজরমগনি মদুদি অঙাংশিংনা উকু অসে খারবদি থৌজালগী মথল অমগী তোম্ভো-চানদা ঙমখৈ লৈতনা অন্নাবা পোক্কনি হায়বসিসু খঙই।

তোভো-চাননা লম্বীদা চৎচবা মপু লৈতবা হূই অমগী মচীন্দসু ইনশিন্নবা হোৎনরম্মী। হূইনা মহাকপু চিক্লমগদৌরম্মী অদু ফাওবদা মহাক হনবা লৈরমদে।

"ইস ! নহাক নাই-নাদে হায়বসি নঙনা খঙজগদৌবনি" মহাক্লা হূইবু কম্না চৈরম্মী। "লাও, মচেৎ অমত্তংদি নঙ চিকউদনা" নঙনা নশা ফজরগদি পূম্নমক ফরে।"

মমৈথংদা শকখঙনদবা হূই অমবুসু উকুগী মচেৎ অমা মহাক্লা ইনশিন্নম্মী। মাগী মনাক্তা চোংলদুনা হায়রম্মী, "বাহ ! নঙ করিসু তৌদেনা"

হূই মকোক লুকথরম্মী, মানা অদুম তৌবদুদা মহাক হন্নাওবনা থাগৎপদৌবগুম মাল্লম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক চেনখিরম্মী।

উকু য়োনবা নহা পাখং অদু নুমিৎ অদুগী মতুংদা কৈদৌঙৈদসু জিম্নুগাওকাদা উখিদ্রে, হেড মাস্টরনা অসুম্না খল্লম্মী।

নুমিৎ খুদিংগী স্কুল লাক্লিঙৈ মমাঙদা তোভো-চান মমল য়ান্নবা উকুগী মচেৎ অদু মাগী ভ্রোরবরদগী লৌথোক্লম্মী। মদু চিকপা মতমদা শন্দম্বগী মতৌঙম মহাক মাল্লম্মী। মূমদগী থোক্ল-থোক্লা মহাক্লা হায়রম্মী। "ঐহাক হকচাং করিসু তৌদে। "

অদুগা লাইবক ফবদগী তোভো-চান তশেংনমক মশা-মউ ফবী নুপীমচা ওইরম্মী।

# অংগ্রেজী ঙাঙবা অঙাং

তোমোএদা অনৌবা ছাত্র অমা লাক্লম্মী। মহাক অহানবা ক্লাসতা তন্নিবা অঙাংশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউ-শাংলম্মী। তোত্তো-চাননা অহানবা উবা মক্তদা মহাকপু তরেৎশুবা ক্লাসতা তম্বা মাল্লম্মী। ফিসু মওং অমা তৌনা শেৎলম্মী- অহলশিংনা শেৎপদৌনা।

নুমিৎ অদু হেড মাস্টরজীনা মীয়ামগা মশক খঙনহল্লম্মী।

"মসি মিয়াজাক্কীনি, আমেরিকাদা পোকপনি, মফমদুদা চাউরকপনি মরম অসিনা মহাক জাপানিজ নীংথিজনা খঙদে। মহাক্না তোমোএদা লাকপসি মফম অসিদা মরূপ মপাং থিগে লাকপনি অদুগা তপ্না তপ্না চৎনবী পূন্নমক তমগে হায়দুনা হৌজিক মসি নখোয়গী মরূপ ওইরে, করম্বা ক্লাসতা থমসিগে মসিবু, মঙাশুবা ক্লাসতা থম্বনা ফগদ্রা ইবুংঙো-- তা-চান, অমসুং অতে মরূপ মপীজাশিংগা।

"ফগনি", তা-চাননসু ময়াম্বা অহল অমগ মতৌগুম্না হায়রম্মী, তা-চান য়াম্না লাই য়েকপা হৈবা অমনি।

হৌজিক হেড মাস্টরনা মোমোন নোত্তুনা মখা তানা হায়রক্লম্মী, "ঐনা মসি তাকপ্রে, মিয়াজাক্কীদি জাপানীজ খঙদে অদুবু মহাক অংগ্রেজী খঙই, নখোয় পূন্নমক মঙোন্দগী অংগ্রেজ তম্বা য়াগনি। মহাক জাপানগী চৎনবী মওং মতৌ খঙদে, মসিদা নখোয়না মহাক্কী মতেং পাংগদবনি। মঙোন্দা আমেরিকাগী পূন্সিগী মরমদা হংঙু। মহাক্না নখোয়দা নুংঙাই নুংঙাইবা ৱা কয়া তমগনি, চুমদ্রনে হায়রিবসে। হৌজিক ঐনা মাবু নখোয়গী ননাক্তা শিন্নরম্লবনি।

মিয়াজাক্কীনা নোম্লদুনা ময়ামবু খুরম্লমই, অঙাং পূন্নমক মহাক্কী মমাঙদা য়েংবদা পীশক-পীশক পীক্লমই।

মহাক্না য়েংবদা তা-চানগী ক্লাসকী অঙাংতা নত্তে, স্কুল পুম্বগী অঙাংশিংনা নোনদুনা ওক্লম্মী।

নুমিৎ য়ূংবগী চাক চাবগী কাংশি য়ৈখরে। মিয়াজাক্কী হেড

মাস্টরগী ময়ূমলোমদা চৎলম্মী। ময়াম পূম্নমক খাগী মচুংইদ্রমী, য়ৌরবদা মহাক্না খোঙউপ উপ্না-উপ্না ইমুংদা চঙলম্মী। অঙাংশিংনা খোনফম অমত্তদা লাউরক্লম্মী, "খোঙউপ লৌথোকউ, খোঙউপ লৌথোক্লগা মনুংদা চঙু।"

মিয়াজাক্কী খংলম্মী, "এ! ঙাকপীয়ু" মহাক্না খোঙউপ লৌথোক্লুনা হায়রক্লম্মী।

মসিগী মতুংদা অঙাং পূম্নমক্না মঙোম্দা করি-করি তৌগদবনো হায়বদু তাক্লম্মী।

"কাশিংদা দারি থারবদি অদুগা সভাগারদা খোঙউপ লৌথোক্লগা চঙগদবনি। মশা মশাগী ক্লাসশিংদা অমসুং লাইব্রেরীদা খোঙউপ উপ্না য়াই।"

কুহোম্বুতসু মন্দিরগী অকোইবদা খোঙউপ তোংদুনা চৎপা য়াই তৌইগুম্বসুং মন্দিরগী মনুংদা চৎপা তারবদি খোঙউপ লৌথোক্লে।

জাপান্দা করি করম তৌই, মসিগা চাংদমনা মীরৈবাক্কী মওং মতৌ তম্বদা অঙাংশিং নুংঙাইজরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা মিয়াজাক্কীনা য়াম্না অচৌ অচৌবা লাইয়েকপা ইংলিস লাইরিক অমা পুরক্লম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুং চাক চারবা মতুংদা মাগী নাক-য়েত্তা কোইশিন্দুনা লাইরিক য়েংলম্মী। অঙাংশিং য়াম্না ঙক্লম্মী। তশেংনমক হৌজিক ফাওবদা মখোয়না অসিগুম্বা লাই য়াম্না য়াওবা লাইরিক অসি উরমদ্রি। লাইরিকশিংদো মচু অয়াকপা, অঙাংবা মচু অশংবা নাপু মচুদা নম্লম্মী। অদুগা লাইরিক অসি অঙকপনি। মসিদদি গুলাব মচু হাইফেৎ চঙবা অদুগা উনশা মচু মানবসু য়াওরম্মী। শংবাম্নবা মচু অমত্তনা অঙৌবা অমসুং শেন্লেতিগা লোয়নননা তিম্নরগা তোঙান তোঙানবা ফজবা উৎলম্মী। মসিদা মচু মপৈ অমা অঙাংশিংগী ক্রেয়ান মচু য়াওরমদে। পূম্নমক্কী মনাক্তা মচু শংলবা ক্রেয়ান কুনমরিগী উপু য়াওরম্মী, মদুদগীসু তোঙাননা মচু কয়ামুক্কী লাইরিক লৈরম্মী। তা-চানগী মনাক্তদি মচু নিফুনিপানগী উপু লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী

উপু অদুদসু মচু পূম্নমকতু মাওরমদে লাইরিক অদুদা মাওরিবা অদুওম্না। অঙাং পূম্নমক ওমখৈ লৈতনা হয়াওরম্মী। অদুগা শিকসদি অমুক পম্নবগী কামদ্রে। অহানবা লাইদা চুই অমা রেক্রম্মী। পীক্রিবা অঙাং অমবু মাগী অপয়েন্টমেন্ট পায়দুনা চিংলম্মী। অঙাংশিংনা খাই পূম্নমজগী ওকপদি অঙাংগী উমশা অদু অশেংলমক অশেংবা উমশা ওইনা উরম্মী। অসুক মান্না চউনা অমসুং অরংবা অখাবা লেং নক্রিবা লাইশিংগী লাইরিক মখোয়না কৈদৌঙৈসু উখিদ্রি। তোত্তো-চান খঙনিংনা মনাক্তা চঙশিন্নম্মী অদুক্তী মতিক মনাক্তা চঙশিন্নম্মী মিয়াজাকী মনাক নক্না ফম্লম্মী।

মিয়াজাকীনা অংগ্রেজী লাইরিক পাদুনা তাহল্লম্মী, অঙাংশিং ব্রেং ব্রেং লোনবা অংগ্রেজী অদু তারগা মুহল্লম্মী।

মসিগী মতুংদা মহাক জাপানিজগা খেংনাইরম্মী।

মিয়াজাকী লাকপগা লোয়ননা ফূলজা খৌদোক খরা থোক্লে।

অকাচান হায়বসি অংগ্রেজীদা বেবী হায়বনি, মহাক্না হায়বা হৌরক্লম্মী।

অঙাং পূম্নমক্না মহাক্কী মাকম অদু মতুং ইন্না হায়রম্মী।

"উতসুকুশি হায়বদি 'ফজবা' হায়বনি", মিয়াজাকী না মখা তানা হায়রকই। মহাক্না 'কু' দা ফনা হায়রম্মী, অদুগা 'ই' দা লেন্না হায়রম্মী। "উতসুকুশী হায়বদি ফজবা" অঙাংশিংনা শেমদোক্নুনা তাক্লম্মী। মিয়াজাকী মশাগী খোত্তোক লাগ্লে হায়বা খঙলে। "ওহ! উতসুকুশী হায়বোরে, হৌজিক্তি চুম্নব্রা?"

মিয়াজাকী অমসুং লৈরিবা অঙাংশিং মখোয় থুনমক চায়বা মরাপ ওইরে, মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অনৌ-অনৌবা লাইরিক পুরকই। অদুগা নুমিৎ মুংবগী হান্নতা অঙাংশিংদা তাহল্লম্মী।

মিয়াজাকী অসি মখোয়মক্কী ইংগ্রাজী তম্বীবা ওঝা ওইবগুম্নম্মী।

মিয়াজাকী নোংম-নোংমগী জাপানী মরোলসু হৈরক্লে। অতৈদি অতৈ লাইরদনা হৌজিক মহাক খুদোল পোৎ অমসুং লৈ হকপা য়াবা শেংলবা মফমদা ফম্বা মরমনা করিগুম্বা অয়ানবা অমত্তা তৌরমদে।

তোত্তো-চান অমসুং মহাক্কী মতারোইশিংনা আমেরিকাগী মরমদা মিয়াজাক্কীদগী য়াম্না খঙলে। তোমোএদা জাপান অমসু আমেরিকা মরূপ শাম্নরে অদুবু তোমোএগী মপান্দা আমেরিকা জাপানগী য়েক্নবা ওইরম্মী। তৌবগীদি অংগ্রেজী য়েক্নবগী লোল ওইরম্মী, মরম অসিনা স্কুল খুদিংমক্তা তগ্রিবা লাইরিকশিংদগী অংগ্রেজী লৌথোকখিরম্মী।

সরকারনা লাউথোক্লম্মী, "আমেরিকা হিংচাবনি" অদুবু তোমোএদা হৌজিকসু হায়নরি, 'উতসুকুশী' হায়বদি ফজবা"।

তোমোএদা মেঙনা নুংশা শাবা মরমনা মালংনা তপ্না চল্লম্মী অমসুং মকম অদুগী অঙাংশিংসু তশেংনমক য়াম্না ফজরম্মী।

# অহানবা নাটক

"ঐখোয় নাটক অমা শামগদৌরি।"

তোমোএগী ইতিহাসকী মসি অহানবা নাটক্নি। নুমিৎ মুংবগী চাক চারবা মতুংদা হৌজিকসু তশেংনমক তাবন পীনরম্মী। অদুবু মখতা লেপতুনা অয়েংবশিংগী মমাঙদা নাটক শাম্নবগী য়াফম্না অতোপ্পা অমনি। মখতা পিয়ানোসু য়াওরম্মী, হায়রিবসি হেড মাস্টরনা য়ুরিথমিক্সগী হকচাং শাজেল তৌহনবা মতমদা খোংদুনা শীজিন্নরম্মী। মসিমসু অশেংবনি, হৌজিক কাওবা কনাগুম্বা অঙাং অমনা করিগুম্বা নাটক অমত্তসু উরমদ্রি-- তোত্তো-চানসু উদ্রি। তশেংনমক স্বান লেক বেলে য়েংবা নত্তনা মহাক করিগুম্বদসু রঙ্গমখতা চৎলমদ্রি। মসিনা মরম ওইদুনা অঙাংশিংনা চহীগী ওইবা কুম্মোদা হন্দক্তি নাটক অমা শামসি হায়না লেপ্পরে।

তোত্তো-চানগী ক্লাস পুম্বনা মখোয় 'কাংজিংচো' (দান কলেক্সন তৌবা) হায়বসি লেপ্লে। নাটক থায়নগী কাবুকী নাটকনি।

মসি অসিগুম্বগী নাটক তোমোএদা শান্নগনি হায়বগী কল্পনাসু তৌরমদে। অদুবু নাটক অঙাংশিংগী জাপানীগী লাইরিক্তা য়াওরম্মী।

শ্রী মারুয়ামাবু অঙাংশিং তম্বীনবগী থবক অসি শিন্নরে। আইকো সাইশোবু 'বেনকেঈ' (অকন-অথৌ) শানবা খল্লম্মী। মহাক ক্লাস অসিদা খ্বাইদগী য়াংবা চাউবা মীনি। অমাডেরা শাউগনবা মাল্লি মরম অসিনা মাবু 'তোগাশী' (চৌকী কম্মাগুর) শানবগীদমক্ত খল্লে অমসুং য়ারী শাদুনা মসি লেপ্লে। তোত্তো-চানমকসু 'য়োশিতসুনে' (ফম্ন াইবা) শানবা হায়রে। নাটক্তা ফম্নাইবা শিন্নীগী ফিজেৎতা লোননা মপান্দা চেনগদৌরম্মী। ক্লাসকী লেমহৌরিবা অঙাংশিংবুনা ঘুমংতূ সাধু শারম্মী।

নাটক রিয়ার্সেল হৌথ্রে, রিয়ার্সেল তৌথ্রিঙৈ মমাঙদা মখোয় পূম্নমক মশা মশাগী দাইলোগ চিনফা পুবা তারম্মী। তোত্তো-চান অমসুং সাধুশিং ফিট ওইরম্মী। মরমদি মখোয় করিমত্তা ঙাঙগদৌবা লৈরমদে। তোত্তো-চানবু য়োশিতসুনে শাবসিদা খূউনা শৌদুনা অচৌবা টোপতা মমায় লোৎশিন্দুনা লৈবা তারম্মী। বেনকেঈ হায়বরিবসি তশেংনমক ফম্নাইবা য়োতসুনেগী মনাই ওইরম্মী। মাগী স্বামীবু চৈ থাংবা, ফু চৈবা তৌবা তারম্মী, মরমদি মহাক অতাকা চৌকিগী কম্মাগুর উহন্দনা মাগী স্বামী অমসুং সাধুশিংগী ফিজোলদা লোৎলিবা মরূপ মপাংশিংবু লাস্থোক্নুনা পুবা য়ানবা। মখোয় কাঙবু অসি মন্দির অমা হোঙনবগীদমক্তা দান খোমশিন্দুনা থোক্ললম্মী। আইকো সাইশোগী বেনকেঈগী শক্তমদা নমদুনা শাশিন্নরম্মী। চৌকিগী কম্মাগুরগা লোয়ননা মহাক্কী দাইলোগ য়াম্না ফজরম্মী। মসিদা নত্তনা মহাক্কী শরুক অসি ফরম্মী। বেনকেঈগী দানগী চে অদু পারগা তাহল্লম্মী। চেদু পাশিন্নবতনি তশেংনমক চেদু করিমত্তা ইরমদে। অদুগা খূদোংথিবা তারবদা মহাক্না ধর্ম অধিকারশিংগী মরোল মতৌ তন্নদুনা পূক্লিংদা শাজিন্নদুনা তারম্মী 'অহানবা তোদাইজী কৌবা লাইশঙ শঙ্গানবগীদমক্তা।'

আইকো সাইশো নুমিৎ খূদিংগী 'অহানবা দাইলোগ অসি চিনফা পুরম্মী।'

তোগাশীসু কয়ারক দাইলোগ ঙাঙবা তারম্মী মরমদি মহাক বেনকেঈবু থিংবা তারম্মী অমসুং মহাক্তা তর্ক তৌনবা তারম্মী। অমাডেরা হায়রিবা দাইলোগশিং অসিবু চিনফা পুনবগীদমক্তা নুমিৎ খূদিংগী হোৎনরম্মী।

মমৈথংদা রিয়ার্সেল হৌরে। তোগাশি অমদি বেনকেঈ মখোয় অনী মায়োক্লরম্মী। তুংদা পরেং শানা সাধু ময়াম অমা লৈরম্মী। তোম্ভো-চান য়োশিতসুনে শাদুনা মখূ নোল্লদুনা সাধুশিংগী পরেংগী ময়াইমক্তদা নোম্হদুনা লৈরম্মী। মহাক কৈদৌরি হায়বসি তোম্ভো-চান নীংথিজনা খঙলমদে। বেনকেঈবু য়োশিতসুনে ফুবা চৈবা তারম্মী অদুনা তোম্ভো-চান শাউগদৌবনি। মানা হঙ্গৎনা আইকো সাইশোবু ফুরম্মী,ওৎনৈরম্মী। আইকো কপ্লম্মী, মদু উবদা সাধু শারিবা অঙাংশিং নোক্লম্মী।

নাটক্তা য়োতশিসুনেবু চৈ চারদুনা তুমিন্না ইকায় ইকায়না লৈরম্মী। নাটক অসিদা অসিসু য়াওরম্মী, তোগাশীগী অশেংবা মশক অসিদা খরা খরা চিংনবা মী শাবা তারম্মী। বেনকেঈ মশাগী ফম্নাইবা য়োতশিসুনেবু ফুবদা কয়াম্না নুংঙাইতবা, মসি খল্লগা মমৈথংদা তোগাশীগী কাঙলুপ অদু চৌকি লান্থোকহল্লম্মী।

হায়বদি নাটক্কী ভাবকী ওন্ন-তৈনবদা য়োতশিসুনেনা শাউরক্লবদি নাটক অসি লৈখা তারগদবনি।

শ্রী মারুয়ামানা তোম্ভো-চানবু ব্রা পূম্নমকসি তশ্বীরগা জ্ঞান তাননবা হোৎনরম্মী অদুবু তোম্ভো-চান নিংঙাই তৌরম্মী। মহাক্না তশেং তশেং আইকো সাইশোনা মাবু ফুরবদি মাবু ওনশিন্দুনা হন্দুনা শোয়দনা ফুগনি। অদুদদি গাড়ী অসি মশানা পনবা তাবনি। কয়ারক হন্না সীন অসি শাননবা হোৎনরম্মী, তোম্ভো-চান হন্না-হন্না ওনশিন্দুনা খৎনরম্মী, মমৈথংদা শ্রী মারুয়ামানা হায়বা তারম্মী। "ঐবু ঙাকপীয়ু, তাঈ-চানদমক য়োতশিসুনে শানবা হায়বা তারে।

তোন্তো-চান ব্রাই শঙলম্মী। অসুম লেপ্লগা তুমিন্না ফুবা খাংবা অসি শুকপাম পান্নমদে।

"তোন্তো-চান সাধু শারো" য়ারুয়ামানা হায়রকই। মরম অসিনা তোন্তো-চান অতোপ্পা সাধুশিংগা লোয়ননা মখক্কী খ্বাইগী মনিং থংবদা লেপ্লম্মী।

শ্রী মারুয়ামা অমসুং অঙাংশিংনা খল্লম্মী, হৌজিক্তি করিগুম্বা অপনবা অমত্তা লৈররোই। অদুবু মসি ঐখোয়গী অরানবনি, তশেংনমক মখোয়না তোন্তো-চানবু সাধুশিংগী চৈশূ অদু পায়হনবা পান্নমদে। তুমিন্না লেপ্পা-লেপ্পা তোন্তো-চান ঙাইহাক্কী মনুংদা তম্মরক্লে। অহানবদা মহাক্না মনাক্তা লেপ্পা নুপামচা অমবু চৈনা মখোঙদা চক-চক থিল্লম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা মায়কৈ অমদা লেপ্লিবা নুপামচাগী শেগ্রাক্তা চৈনা থিল্লম্মী। অদুদগী অমুক মহাক্না চৈ অদু দৈশেগী ডাইরেক্টরগী মতৌগুম্না ওয় য়েংতা হাইরম্মী। বেনকেন্ট অমসুং তোগাশীগী দৃশ্য পূম্নমকতু শ্বাই মাঙখ্রে।

মমৈথংদা সাধুগী রোলদসু মহাক তোকপা তারম্মী।

তাঙ্গী-চাননা য়োতশিসুনে শাবদা মহাক ময়া চিক্কুনা নাবা খাংলম্মী। অয়েংবা খূদিংমক ফাউবা মঙোম্দা তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। তোন্তো-চাননা মরক অদুদা য়াওদবদা রিয়ার্সেল অদো চুন্নম্মী।

তোন্তো-চান মফম অদুদগী স্কুলগী লম্মাংদা লাক্লে। মখোঙদগী খোঙউপ লৌখোক্লে অমসুং মথন্তা 'তোন্তো-চান জগোই' শারম্মী। মশানা পাম্না জগোই শাবা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। মহাক কাংঙা অমুক শাই করিগুম্বদা অকিবা মী, করিগুম্বদা উপাল।

মথন্তা অহাংবা তম্পাক্তা তোন্তো-চান ফনা কুইনা জগোই শাদুনা লৈরম্মী। পূক্লিংগী কাচিন অমদা হৌজিকসু মহাক য়োশিতসুনে শানিংবা পোক্লম্মী। অদুবু হৌজিক মঙোম্দা তাঞ্জা অসি পীরবদা মঙোম্দা ফুবা অদো তুমিন্না খাংদুনা ঙল্লোই হায়বসি অচুম্বনি। ওনশিন্দুনা আইকো সাইশোবু ফুগনি শোয়দনা।

অদুনা অসুম্না তোন্তো-চান তোমোএগী অহানবা নাটক্তা শরুক য়াখিদ্রে।

# চোক

তোমোএগী অঙাংশিংনা কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা ফক্লাং নৎত্রগা সড়কতা চোকনা নৎত্রগা পেন্সিলনা হোৎচিন্দুনা য়েকশিন্দুনা মশক থিহল্লমদে। মরমদি চোক্লা ইবগী অপাম্বা মখোয় স্কূল মক্তগী মপুঙ ফানা হৌগ্রবনি।

ঈশৈগী ক্লাসকীদমক্তা সভাগারদা পূনবা মতমদা হেড মাস্টরজীনা মখোয় অমমমবু অঙৌবা চোক অমমম পীরম্মী। অঙাংশিং মতেক অদু পায়রগা সভাগারগী করিগুম্বা মফম অমদা ফম্নগা নৎত্রগা কূল্লগা লৈবা য়াই। অঙাং খূদিংমক্লা অঙাং লোইনমক লাক্লবা মতমদা হেড মাস্টরনা মঙ্গতা ফম্নগা পিয়ানো খোংলম্মী। মতম অদুদা স্বরগী মশক খঙলদুনা লৈমায়মক্তদা স্বর ময়েক ইরম্মী। তশেংনমক উগী অনানবা ব্রাউথাংনবা লৈমায়দা চোক্লা ইবা হায়বসি নুংঙাইবা মখল অমনি। তোত্তো-চানকী ক্লাসতা পূম্না অঙাং তরাখক লৈরম্মী অমসুং সভাগার অদু য়াম্না চাউরম্মী। শন্দোক্লা লৈরগা অঙাং খূদিংমক ইননবগীদমক্ত মফম য়াম্না ফংলম্মী। কনাগুম্বা অমগা য়েৎশিন খোৎচিন্নবা লৈরমদে। স্বর ময়েক্কীদমক্তা লাইন ইবা দরকার তারম্মী। স্বর চিহ্নবু অঙাং খূদিংমক্লা হেড মাস্টরগা তান্নরগা মতোম মতোমতা অমমম ওইনা মমিং ইরম্মী।

- বুবু ... অঙাংশিংনা চোংবা হায়রম্মী মরমদি চোংনবগীদমক্তা মসি নুংঙাইবা স্বরনি।
- মসিবুনা মখোয়না ফিরাল হায়রম্মী। খুদম অদুমক মাল্লম্মী।
- অসিবুনা মখোয়না ফিরাল ফিরাল কৌরম্মী।
- অসিবুনা হায়রম্মী- অনীরক হনবা ফিরাল।
- অসিবুনা অমুবা কৌরম্মী।
- অসিবুনা অঙৌবা কৌরম্মী।
- অসিবুনা অঙৌবা শজিক নৎত্রগা চা।
- অসিবুনা অকোইবা হায়রম্মী।

অঙাং খূদিংমক স্বর ময়েক নীংথিজনা খঙই অমসুং ইবা হৈরম্মী। ঈশেগী ক্লাস অসি মখোয় মথ্বায় তাজরম্মী।

লৈমায়দা চোক্লা অঙাংশিংবু ইনবগী য়াখল অসি হেড মাস্টরদা ফাউরম্মী। চে ওইরবদি মচেৎ অপীকপা অদুগা ইবা তাবনা পূম্নমকসি ইবা তারবদি অসুক চাউবা ব্লেকবোর্ড কদায়দগী ফংগদগে। মসি পূম্নমক খল্লবা মতুংদা মহাক্লা লৈমায় অসিবু ব্লেকবোর্ড শেন্নম্মী মরমদি ময়াম পূম্নমক অদু লায়না য়াঙনা ঈশেগী স্বর ময়েক অসি ইবা ঙম্নবা। অঙাংশিংনা স্বর ময়েকপু নীংথিনা তম্বতা নত্তনা অসুম অসুম তৌরকপদগী ঈশেগী মহাউ অমসু খঙলক্লে। ঈশেগী অভ্যাস অসি হৈরবদা লেমহৌরিবা মতম অদো অঙাংশিং লৈমায়দা লাই য়েক্লম্মী। এরোপ্লেন, লাইফদিবী নৎত্রগা অতোপ-অতোপ্পা। মখোয়না য়েক্লিংবা খরা, করি করিগুম্বদা অঙাংশিংনা মশাগী লাই য়েকপদা অমগা অমগা শম্না য়েকই। অদুদদি লৈমায় অদু চাউরবা লাই অমা ওইখ্রে।

ঈশেগী অভ্যাসনা মরক্তা লোইশ্রবদা হেড মাস্টর অয়াম্বা মতমদা অঙাংশিংগী মনাক্তা চৎলি। মখোয়না ইরিবা স্বর ময়েক মুম্না য়েংই। করিগুম্বদা অচুম অরান হায়রম্মী। "লাল্লে মফমসিদা ফিরাল ফিরাল ওইরোইদবনি, মফম অসিদা চোংগদবনি।"

অঙাং খূদিংমক্লা স্বর ময়েক খঙলবদা থূণ অমুক খোংলম্মী। মরমদি মখোয় মশাগী স্বর ময়েক অদু নীংথিজনা খঙজনবা অমসুং য়েংজনবা। হেড মাস্টরজী ফনমক চিল্লবসু ঈশেগী ক্লাসতি শোয়দনা লৌরম্মী। অঙাংশিংনা অসি ফাওবা হায়রম্মী, ঐখোয়দি হেড মাস্টর য়াওদ্রবদি করিমত্তা নুংঙাইতে।

স্বর ময়েক ইরবগী মতুংদা লৈমায় অদু শেংদোকপগী থবক অরুবনি। খ্বাইদগী অহানবদা চোকনা ইরিবা অদু ঝারোননা তৈথোকপা তারম্মী। অদুগ মতুংদা অঙাং ময়াম তিন্নরগা অচোৎপনা লৈমায় অদু নপথোক্লম্মী। মসি য়াম্না মতম চঙবা থবকনি। অদুনা মরম অসিননি তোমোএগী অঙাংশিংনা ফক্লাং অমদি সড়ক মশক থিহনবা মরম অসি

মুন্না খঙলম্মী। মখোয়না সভাগারগী লৈমায় নত্তনা অতোপ্পা মফম অমদা ইদুনা য়েক্তুনা মোৎহৎলমদে, অসুম্না চয়োল অমদা অনীরক মপূক্লিং পেন্না চোক্লা তকপা য়েকপগী মতম ফংবা মরমনা মখোয় তোমোএগী অঙাংশিং চোককী মশক মুন্না খঙলম্মী-- করম্বনা খ্বাইদগী ফৈ, মদু করম হায়না পায়গনি, করম হায়না ইবনা নৎত্রগা লাই য়েকপা ফজগদগে। চোক তেক্তুনবা করম্না হোৎনগনি। মখোয় পূম্নমক চোক মশক খঙবা ওইখ্রে।

## ‘‘য়াসুকী-চান লৈত্রে’’

কালেন ছুট্টীগী মতুংগী স্কুলগী অহানবা নুমিৎ অমনি। অঙাংশিং লম্পাক্তা পুল্লম্মী। হেড মাস্টরজী মখোয়গী মমাঙদা লেপ্লম্মী। মহাক্কী মখূৎ হান্নগী মতৌগুম্না ফুরিৎখাউ হুম্রম্মী। মহাক য়াম্না কুইনা মখোয়গী মমাঙদা তুমিন্না লেপ্লম্মী। মসিগী মতুংদা ফুরিৎখাউদগী মখূৎ শৎতোক্লদুনা অঙাংশিংদা য়েংলম্মী। মহাক্কী মায়থোং উবদা মহাক য়াম্না কপ্লুবা মাল্লম্মী।

‘‘য়াসুকী-চান লৈত্রে’’ মহাক্না তপ্না হায়রকই। ‘‘ঙসি ঐখোয় পূম্নমক মহাকপু লৈরোন চম্নুসি, নখোয় পূম্নমক্না মহাকপু য়াম্না নুংশি হায়বসি খঙই, মসি য়াম্না নুংঙাইখিদ্রবা অমনি, ঐসু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইতে।’’

অসি হায়ন-হায়না মহাক্কী মায়থোং ঙাঙলম্মী। অমসুং মমিৎতগী পী চেম্থরক্লম্মী। অঙাংশিং অদু পুংঙক ঙকপদৌনা তৌখ্রে, ঝা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনরমদে। মসিগী মমাঙদা তোমোএদা হান্নমা অসুম হায়না পুমচিক চিক্লমদে।

‘‘অসুক পীক্লা লৈখিদ্রবা য়াসুকী-চান’’ তোত্তো-চাননা খল্লি। ‘‘অদুগা ঐনা ছুট্টীদা পাননবা মঙোন্দগী লৌবা লাইরিক ‘অঙ্কল টামর্স কেবিন’ হৌজিকসু পাদ্রি।’’

মহাক্না নিংশিংলম্মী, নুমিৎ অদু তুম্ভি থাম্রিঙৈ মমাঙদা য়াসুকী-চান মহাক্না খূৎ হাইনরগা বিদায় লৌনরম্মী। মহাক্কী কোত্তক-কোত্তক খূৎশাশিং উবা ফংলম্মী। মতম অদুদা মহাক্না লাইরিক অদু পীরক্লম্মী। তোত্তো-চান য়াসুকী-চানগা অহানবা উব্রবা অদুসু নিংশিংলক্লম্মী। মতম অদুদা মহাক্না হংলম্বা, "নঙ করম হায়না চৎলিবনো"। য়াসুকী-চাননা পাউখুম পীরক্লম্মী, "ঐহাক পোলিও নাই"। তোত্তো-চানা মাগী অনেম্বা খোঞ্জেল অমসুং মাগী মমায়দা নোকফেৎ তৌরিবা মীনোক নিংশিংলক্লম্মী। নুমিৎ মুংবা হাম্ফতা মাগা তুমিন্না উব্রবা নিংশিংলক্লম্মী। উদা কাবা অদুগী মতাংদসু। য়াসুকী-চাননা মাবু কা হেন্না থাজবা তৌবগীদি মহাক মঙোম্দগী চহী হনবতা নত্তনা নোয় পেন্নি। য়াসুকী-চান মক্না মঙোম্দা হায়রম্মী আমেরিকাদা টেলিভিজন কৌবা পোৎ অমা লৈ। কয়াদা নুংশিজবা তোত্তো-চানবু মহাক্না। মখোয় চাক চামিমৈ, মশেল য়ারী শান্নৈ। লোয়ন-লোয়ননা স্টেসন্দগী হল্লকমিন্নৈ। হৌজিক মহাক লৈতবগী নুংঙাইতবা ফাউরম্মী। য়াসুকী-চান অমুক হন্না কৈদৌনুংদসু মূলদা লাক্লরোই, ইখং-খঙহৌদনা তোত্তো-চাননা খল্লক্লম্মী। মহাকসু য়েন্নাউগী মতৌঙন্না শিন্ত্রে। কয়াদা কৌজবা তোত্তো-চাননা য়েন্নাউশিংদুবু অদুবু মখোয় মচি ফাউবা ফৎ লেঙলমদে।

ডেনেংচোফন্তা য়াসুকী-চানগী মরী মতা লৈরম্মী। মদুগী মমাঙদা লৈবা চর্চ অমদা মহাক্কী অরোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোক্কদৌরি।

অঙাংশিং তুমিন্না পরেং অমদা জিমুগাওকা স্টেসনরোমদা চৎলম্মী। ঙসিদি তোত্তো-চান করিগুম্বা মায়কৈ অমত্তদা য়েংলমদে। মহাক্কী মমিৎ লৈমায়দা লুকথরম্মী। মহাক্না পাউ অসি তাবদগী হৌজিক্তি মহাক্কী পূক্লিংদা করিগুম্বা ময়াম অমা নঙখ্রবোই খল্লম্মী। তাবামত্তদা অহানবদা মহাক থাজদবা পোক্লম্মী। অদুগা মতুংদা অন্নাবগী ঈপাক পূক্লুংদা শনখিরম্মী। হৌজিক মহাক্কী পূক্লিংনা করিগুম্বা অমা পাম্মী, মহাক্না সুপ্নগী অমুক্তং য়াসুকী-চান অমুক কোইচৎ

চৎপা অদু য়েংবা পাল্লম্মী। মতম অদুদা মহাক্না অসুক্কী মতিক য়া ঙাঙনজহৌনবা...।

চর্চ অঙৌবা থরোগী লৈ-তনা ক্রিক ক্রিক ইল্লরম্মী। য়াসুকী-চানগী ফজরবী মমা, মহাক্কী মচল অমসুং লৈহৌরিবা মরী-মতা পূল্লমক অমুবা ফি শেৎলদুনা চর্চকী মমাঙদা লেপ্লম্মী। তোত্তো-চানবু উরগা মখোয় অমুক হল্লা কপ্লম্মী। তোত্তো-চান মসিগী মমাঙদা অমুক্তসু কনা অমগী অরোইবা সংস্কারদা চৎলুম্লি। মহাক অল্লাবনা থল্লম্মী।

চর্চতা কনামত্তা য়ারী শাল্লরমদে। আরগনদা লাইশোল ঈশৈ শক্লম্মী। মপান্দা নুমিৎ মঙাল থোক্লম্মী। নুমিৎকী মঙালনা চর্চ মনুংদগী মপান অদু ঙানবা উরম্মী। অদুবু করিগুম্বা মথল অমগী হল্লাও-তল্লাম্বা নুমিৎকী মঙালদা উবা ফংলমদে। তোমোএগী অঙাং খুদিং অঙৌবা লৈ অমা পায়রম্মী। মখোয় মথং-মথং নাইনা মোংফম অদুদা লৈ কৎকদবনি তাক্লম্মী।

মোংফমদা য়াতারিবা য়াসুকী-চানগী মমিৎ উইশিল্লম্মী, মহাক অঙৌবা লৈতনা কোইশিল্লম্মী। মহাক শিগ্রে তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মায়থোং হৌজিকসু হায়গী মতৌগুম্বা ত্তান তাবা অমসুং থৌজালতনা থল্লম্মী। তোত্তো-চাননা মহাক্কী লৈ মহাক্কী মখূৎকী মনাক্তা থল্লম্মী। মহাক্কী মখূৎ অদু তপ্না-তপ্না শোক্লম্মী। হায়সু কয়ারক হল্লা মখূৎ অদু পায়খিবনি। হৌজিক খূৎ অদু ঙৌবা মাল্লম্মী, মহাক্কী খূৎশাশিং হায়দগী শাংনা উরম্মী, হৌজিক কনাগুম্বা অহল অমদগী শাংনা উরম্মী।

"ফরে হৌজিক কায়নরসি", মহাক্না য়াসুকী-চানদা 'সুরু-সুরু' হায়রম্মী। "কনানা খঙগনি, চাউরগা ঐখোয় অমুক হল্লা উল্লবসু, মতম অদুদদি নহাক পোলিও নাবসু ফবা য়াই"।

তোত্তো-চান হৌগৎলে, অমুক্তং ওইনা মহাক্না য়াসুকী-চানগী মায়থোং য়েংলম্মী। "ইস! ঐদি য়া অমা হায়বা কাউরমলেদনা। 'অঙ্কল টামর্স' কেবিন শীবা কাউহৌরে। মসি ঐহাক থমজিল্লগে মথংদা অমুক উল্লবা মতম অদু ফাউবা।"

মহাক্না লৈখোরকপদা তশেং-তশেংনা য়াসূকী-চানগী খোঞ্জেল তারম্মী, তোত্তো-চান ঐখোয় লোয়ন-লোয়ননা কয়াদা নুংঙাইষিন্নরকপা, চুমদ্রো? ঐহাক নঙবু কৈদৌঙৈদসু কাউরোই। কৈদৌঙৈদসু কাউরোই।

খোঙ ময়াদা লেপ্লদুনা তোত্তো-চাননা লৈদুনা য়েংলক্রম্মী অমসুং হায়রকই, "ঐনা নঙবু কৈদৌনুংদসু কাউরোই।"

বসন্তগী নুমিৎনা মপান্দা থোক্রম্মী, তোত্তো-চাননা রেলগী ডব্বাদা অহানবা ওইনা য়াসূকী-চানদা উনবা নুমিৎ অদুগী মতৌগুম্না অদুবু ঙসিদি তোত্তো-চানগী খজাই পীরাংতনা পুন্নুপ লৃপ্লম্মী।

# জাসুস

মতম য়াম্না কুইনা তোমোএগী অঙাংশিং নুংঙাইতনা লৈরম্মী। মখোয় মতম খূদিংদা য়াসূকী-চানবু নিংশিংদুনা লৈরম্মী। মরুওইনা স্কূল কায়রকপা মতমসিদা। অঙাংশিংগী মকোক্তা ব্রাফম অসি মতম অদুদা লৈখিরম্মী। য়াসূকী-চান য়াহিপখিবদা নৎতে, মহাক স্কূলদা কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই, মখাগী ক্লাসকী অঙাংশিংদা অদুগহাক্না নুংঙাইতবা লৈতে অদুবু তাঞ্জা অসিদা মখোয়দা য়াম্না থিনা অরাবা অমা পোক্লম্মী। মখোয়দা ব্রাফম অমত্তং নুংঙাইবা পোক্লম্মী মদুদি অঙাংশিংগী হায়া ফম্নবগী মফম অমত্তা হায়া শেন্নমদ্রে। তৌইগুম্বসুং হাঙলিবা মফম অদো মখোয়দা নিংবা কায়বা অমা মতম খূদিংমক্তা পোক্লম্মী।

ইখং-খঙহৌদনা হন্দক্তসু তোত্তো-চান অমুক হন্না মসি খল্লম্মী, মহাক চাড়িরণ্যু করি ওইগদৌবনো। চহী খরগী মমাঙদা সড়ক্তা কোয়না চৎপা, ঈশেন্ড্রোংবা অদুগী কাঙবুশিংগী মরক্তা য়াওবা পান্নম্মী। অদুবু হৌজিক্তি বেলে শাবী ওইনিংলক্লম্মী। মহাক্না তোমোএদা ইহান হায়া

লাকপদা ঐসিবু টিকেট বাবু ওইসিরা হায়না খল্লম্মী তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি অতোপ্পা থবক অমা তৌবা পামলে। মহাক চাউরদুনা ইচম চমদবা থবক তৌবা পান্নে। নুপীগী থোৎ নৌবা শিনফম ওইবা অদু দরকার ওইরে হায়না খল্লি। অহানবদদি মহাক নর্স ওইবসু ফৈ হায়না খল্লম্মী। অদুবু নুমিৎ অদুগী ব্রাফম অদু নিংশিংলকপদা অশোকপা লাম্নীশিংগী মরক্তা চঙলুবা মহাক্না নর্সশিংবু ইঞ্জেক্সন কাপ্পা উরম্মী। ইঞ্জেক্সন কাপ্পা অসি অরুবা থবক্নি, অতোপ্পা করি অমুক ওইগনি মহাক্না, অদুদগীদি মহাক ইখং-খঙহৌদনা হরাওরম্মী।

"বাহ! মসিদুম ফরে" হায়না লেপ্লম্মী। ঐহাক্না হান্না খন্দুনা লাক্লবনি ঐহাক করি ওইবা পাম্মী হায়বসি।

মহাক তাঙ্গী-চানগী মনাক্তা চৎলে। তাঙ্গী-চাননা থামৈ চুখৎলম্মী।

"ঐহাক জাসুস ওইবা পাম্মী।" মহাক্না নাপলগা লোয়ননা হায়রকই।

তাঙ্গী-চান মঙোনলোমদা লৈথোক্লম্মী। মহাক্না তোত্তো-চানবু ফনা কুইনা মুন্না য়েংলক্লম্মী। অদুদগী মহাক্কী মমিৎ থোঙনাউরোমদা য়েংলক্লম্মী। মহাক করিগুম্বা খরা খনবা মাল্লম্মী। অদুদগী মহাক তোত্তো-চানলোমদা অমুক লৈশিল্লক্লম্মী, অদুগা য়াম্না চিং লেম্না তপ্না- তপ্না হায়রকই। "জাসুস ওইগে হায়রবদি য়াম্না শিঙবা তাই, লোন ময়াম অমসু খঙবা মথৌ তাগনি।"

মতম অদুদা তাঙ্গী-চাননা নুংশাস্বর ফূইনা হোল্লক্লম্মী। অদুগা মতুংদা তোত্তো-চানলোমদা মমিৎনা য়েংলদুনা হায়রকই, "অদুগা নুপীনা জাসুস ওইগে হায়রবদি মশক য়াম্না ফজগদৌবনি।"

তোত্তো-চাননা মমিৎ অদু লুকথরম্মী, মমায় অদু তাইফেৎ তাইশিল্লম্মী। খরা খল্লগা তোত্তো-চানলোমদা য়েংদনা তাঙ্গী-চাননা হায়রকই। "চবেঙ চবেঙ ঙাঙবা মীনা জাসুস ওইবা য়াগনি হায়বা নিংদে।"

তোত্তো-চান মশক থোক ওনখ্রে। মহাক ঙাঙবা লেপখ্রে। তাঈ-চাননা হায়রিবদু মানা নিংলিবা অদুগী ওন্ন তৈনবদা হায়বনি হায়না নুংঙাইতবগী ৱা নৎতে। তাঈ-চাননা খরা হায়রিবদু লোইনা চুন্নম্মী। মহাকসু হায়রিবা ৱাফম অদুদা চিংনরম্মী। জাসুস ওইবগী শুণ অসি মঙোন্দা লৈতে হায়বসি মানা খল্লম্মী। তাঈ-চাননা হায়রিবা পূম্নমক অদু অরানবা নৎতে হায়বসি মা খঙই। হৌজিক জাসুস ওইবগী ৱাখল অদু কাউথোকপা নত্তনা মাগী মনাক্তা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈরমদে। ফনদুম ফরে তাঈ-চানগা মাগা হান্না ৱারী শান্নহৌবসি ফরে হায়না খল্লম্মী।

"অঙকপনি, মানা মপূক্লিংদা খল্লম্মী। তাঈ-চানসু ঐনা চাউরিবা অসিগুম্না চাউরিবনি অদো মাদি পূম্নমকসি খঙইনা।"

অদুগা তাঈ-চাননা মঙোন্দা হায়রবা নহাক্না চাউরগা জুয়োলোজিষ্ট ওইবা য়াগনি হায়রবদি, অদুদা তোত্তো-চাননা করি হায়গদৌরিবা?"

মদুদা মহাক্না হায়রবদা, "নহাক মৈখেৎনা বর্নর নীংথিজনা থাগৎপা ঙমব্রা অদু ওইরবদি নহাক ভৌতিক শাস্ত্রী ওইবা য়াগনি।" অদুবু অসুম্না হায়বসিসু ৱাখল ঙকচানিংঙাইনি।

অদুগা মসি হায়রবদা "নহাক খঙব্রো, কিতসুনেবু অংগ্রেজীদা ফোক্ল হায়। কুতসুবুনা শুজ হায় অদুনা ঐগী ৱাখলদা নহাক অফবা ভৌতিক শাস্ত্রী ওইবা য়াই। অসুম হায়না হায়বদসু কদায়দগী ওইগদগে।"

হোয়, তোত্তো-চাননা অসিমদি মতম অদুদা খঙলম্মী, তাঈ-চান অসি তুংদা অচৌবা মী অমা ওইগনি, মরম অসিনা মানা জতৈ অমুক হায়দনা তাঈ-চানদা নুংশিনা অসি ৱাফম অসিখক হায়রম্মী, "থাগৎচরি, ঐহাক্তি জাসুস ওইরগোই, অদুবু নঙদি অচৌবা মী অমা ওইগনি ঐনা থাজে।"

তাঈ-চান মুরুম-মুরুম ঙংলম্মী, মকোক হোৎলম্মী, মমিৎ অদু মাঙদা তারিবা লাইরিক অদুদা য়েংলম্মী।

অদুগা মহাক্না জাসুস ওইদ্রবদি করিদি ওইগনি মহাক? তাঈ-চানগী মনাক্তা লৈরিবা বর্নরগী মৈঙাল অদু য়েংলদুনা ব্রাখল খরা খল্লম্মী।



# পাবুংগী বাইলিন

মাগী মমাঙদা তোত্তো-চান অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুংদা লানগী নোং মঙলরে হায়বসি নীংথিজনা খঙলে। নুমিৎ খুদিংগী য়ুম্লোন কৈরোম্নবা নুপাশিং অমসুং পাখং মচাশিংনা হাইরিবা ফিরাল অমসুং কন্না লাউরিবা 'বেনজার্ড' গী খোল্লাউগা লোয়না বিদায় তৌরম্মী। কয়থেলদগী তপ্না-তপ্না দুকানশিংদগী পোৎশিং মাংলম্মী। তোমোএগী নুমিৎ য়ুংবগী চাক চাবগী নিয়ম অসি 'সমুদ্রদগী খরা' অমসুং 'চীংদগী খরা' হায়বগী নিয়ম অসি ঙাকপা লুশিল্লক্লে। মমা ওইবীশিং হৌজিক করিগুম্বা অমা তৌদুনা অকংবা সমুদ্রগী খরপতন্নার অমসুং চুম্ব্রেগী হৈঙাননা মহৎ শিল্লম্মী। অদুবু হৌজিক মদু ফাওবা ফংলক্রে। পোৎ খুদিংমক্কী রাসন থিংগ্রে, কয়থেলদা মিঠাই ফংবা লুরে।

তোত্তো-চান য়ুমগী অহানবা স্টেসন ওকায়ামাদা সীড়ী কুমথরকপদা মেশীন অমা লৈরম্মী হায়বসি তোত্তো-চান খঙলম্মী, মদুদা পৈশাময়েক অমা থাদবদা কোইরক কোইবা মতুম-মতুম ময়াম অমা থোক্লম্মী। মেশীনদা হৌজিকসু মচু মখল-মখাগী অকোইবা মতুম তাবগী লাই অসি অসুক্কী মতিক ফজরম্মী মদু হেক উবদা চিন্দগী তীল তারক্লম্মী। সেন মঙাগী ময়েক থাদরুবা তারগদি থুনমক অকোইবা গুলিশিংগী অপীকপা পেকেট অমা থোরক্লম্মী। তরা থাদরগনা অচৌবা অমা অদুবু হৌজিক মেশীন অসি হাঙদুনা লৈরে। সেন অদুক্কী মতিক থাদরুরবসু মনুংদগী করিমত্তা তারক্রে। নোমদুনা নীক্লবসু করিমত্তা ওইদ্রে। অদুবু তোত্তো-চাননা মশাগী হোৎনবদি তোক্লমদে।

"ওইবা য়াই মনুংদা কাচিন অমদা পেকেট অমগা নপ্তুনা লৈরম্বসু", মহাক্না খল্লম্মী।

মহাক নুংতিগী মফম অদুদা কুমথরম্মী। সেন মঙা নৎত্রগা তরাগী ময়েক থাদরম্মী, অদুবু থাদরিবা খুদিংগী 'কোক-কাক' মখোলগা লোয়ননা সেন ময়েক অদু 'শ্রেং-শ্রেং' লাউনা মপান্দা তারক্লম্মী।

মতম অসিদা পাবুংদা কনাগুম্বা অমনা পাউ থারক্লম্মী। অসিগুম্বা পাউ মদুদি মীপুম খুদিংমক্লা তরাম্না ওক্লদৌবা। পাবুংদা হায়রম্মী, কনাগুম্বা নোংমৈ মরু অমসুং নোংমৈ শানবগী ফেক্টরিদা চৎলগা নহাক্লা বাইলিন্দা লানগী ঈশৈ খোংলবদি মদুদা চিনি, চেগু অমসুং চান-থক্লবগী অতোপ্পা পোৎ কয়ামসু ফংগনি। য়ামদ্রবদা পাবুং অসি মীয়াম্না মীশক খগুবা কলাকার অমনি অদুগা হন্দক্তা মহাকপু সংগীত পুরস্কার পীদুনা ইকায়খুম্নখিরম্মী। মাগী মরূপশিংনা হায়বদি পাবুংদি হায়রিবা পোৎশিংসিদগী হেন্না ফংবসু য়াই।

"নহাক করি খল্লি" মমানা পাবুংদা হায়রম্মী। নহাক মফম অদুদা চৎলগা বাইলিন খোংলুবা য়াগদ্রা"

সংগীত সভাশিংদি হৌজিক তৌদ্রে, মরমদি অসুম-অসুম মীয়ামশিং অসি লানবন্দা চৎখিরম্মী, ওকেস্ট্রাদা কলাকারশিং ব্রাৎশিল্লক্লম্মী। রেডিওগী থৌরম-পরেং হৌজিক সুপ্নতগী লানগী মরমদা পাগুথোক্লম্মী। পাবুং অমসুং মাগী লৈহৌরিবা মরূপ-মপাং লেম্না লৈরম্মী। অসিগুম্বা মতাং অসিদা মখোয়না হায়রকপদো তরাম্না ওকপনা চুমই।

পাবুংনা পাউখুম পীদ্রিঙৈ মমাগুদা ফনা কুইনা ব্রাখল তৌদুনা লৈরম্মী। অদুগা হায়রকই, "ঐগী বাইলিন্দা অসিগুম্বা ঈশৈদি ঐ খোংবা ঙম্রোই।"

"চুমই হায়রিবদু, ইমানা ব্রা-পাগুশিল্লম্মী। ঐনা ওইরবসু ঐসু য়াজরোই। চান-থক্লবদি ঐখোয় করিগুম্বা অমা নৎত্রগা করিগুম্বা অমা তৌনবা হোৎনগনি।"

পাবুং মসি নীংথিজনা খগুলম্মী, তোত্তো-চান চান-থক্ল বগীদমক্তা ইনখৎলক্লিবা অগুাংশিংনা চাবা য়াবা অদুগুম্না মতিক চানা ফংদ্রে। মহাক চৎল-চৎলগা অহাগুবা মেশীনশিং থির-থিরগা গুলি ফংননবা পৈশা থাদবা চৎলি হায়বসি মহাক্লা খগুলম্মী। লানগী ঈশৈ

খোংলবদা হায়রিবা খৌরাং পূন্নমক অসি ওইগনি মহাক্না মসিমসু খণ্ডলম্মী। অদুবু পাবুংনা মশাগী ঈশেগী মমল অসে হায়রিবা পূন্নমক অসিদগী য়াম্না য়াংনা লেপ্লম্মী। ইমা য়াফম অসিবু মুম্না খণ্ডলম্মী। মহাক্না পাবুংদা কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা অকনবা পীরমদে। "ঐবু ঙাকপীয়ু তোতম্বী", পাবুংনা নুংঙাইতনা হায়রকই।

তোম্বো-চান মতম অদুদা কলা, আদর্শ অমসুং কর্মগী পথাপশিংবুসু খণ্ডবগী চহী ওইরমদে। অদুবু য়াফম অসিমদি মহাক মুম্না খণ্ডলম্মী, মপাবুংনা মশাগী বাইলিন অসি য়াম্না নুংশি, অসুক্কী মতিক নুংশি, মহাক্কী ইমুং-মনুংনা মহাকপু থাদোকখিবদৌনা। মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিং অমসুং মরূপ-মপাং ফাউবনা মহাকপু মরী মতা ওইবদগী থাদোক্লে। মহাক্না মমাঙদা অরুবা মতম উরে। অদুবু মহাক্না মহাক্কী বাইলিনবুদি থাদোক্লমদে। মরম অসিনা লানগী ঈশে খোঙদবা হায়বসি মহাক্কীদমক্তদি অফবনি হায়না তোম্বো-চাননা খল্লম্মী। মহাক্না মপাবুংগী মনাক্তা কোইনা কোইনা চোংলদুনা হায়রক্লম্মী, "পাবুং করিমত্তা খৌশাক্লনু, ঐসু পাবুংগী বাইলিন অসিবু য়াম্না নুংশি"।

অদুবু মথংগী নুমিত্তা অমুক হন্না তোম্বো-চান ওকায়ামাদা চৎলম্মী অমসুং মেশীন পায়দুনা য়েংলম্মী। মনুংদগী করিগুম্বা খোকপগী ওইখোকপা লৈরমদে। অদুবু মহাক হৌজিক ফাউবা আশাদি থাদোক্লমদে।

## য়াশক

চাক চারবা মতুংদা অঙাংশিংনা মশাগী নাক-য়েন্তা কোইশিল্লিবা মেজ চৌক্রিশিং অদু লৌথোক্লুনা সভাগার অদু চাউথোকহল্লম্মী।

তোম্বো-চাননা মপূক্লিংদা লেপ্লে, ঙসিদি ঐ মরামদগী হান্না হেড মাস্টরগী মনজন্দা তোংগনি।

তশেংনমক মহাক নুম্বিৎ খুদিংগী অসুম্না তৌবা পাল্লম্মী। অদুবু মসি লুরম্মী। মদুদি অসুম্না খল্লিঙেগী মীকুপ খরসিগী মনুংদা অতোপ্পা অঙাং অমা লাকুনা মহাক্কী তম্পাক্তা ফমখিরম্মী। মরমদি খোঙগ্রাই চন্দুনা সভাগারদা লৈমায়দা ফল্লম্মী। অদুগা উনা উনা অঙাং মচা অনী/ অহুম মহাক্কী লেঙবান অমসুং মনঙন্দা তোংখিরম্মী।

"এ! এ! ঙায়খো কৃমথখো" হেড মাস্টরনা তাৎ তৌরদুনা চৈরম্মী। অদুবু মহাক্কী মায়খোং নোকপনা মমায় ঙাংলম্মী। মনঙন্দা কারিবা অঙাং অদুনা কৈদৌঙেদসু করিগুম্বা ফিভম অমদা মফম অদো থাদোকপা পাল্লমদে। হায়বদি খজিক্তং থেংথখিবনা মফম অদু পুংকোই কোয়শিনখিগদৌরম্মী। মরম অসিনা ঙসি তোম্বো-চান খ্বাইদগী হান্না কোয়শিল্লিবা অদুগী মরক্তা লেপ্লম্মী। হেক লাকপগা মহাক্না কল্লা হায়রকই, "সার, ঐহাক অদোমগা ব্বারী অমা শান্নবা পামজে"।

"করি হায়গদৌরিবনো ইবেম্মা", হেড মাস্টরনা হরাওরদুনা মখাদা ফল্লদুনা হংলক্লম্মী।

তোম্বো-চান মঙোন্দা মসি হায়বা পাল্লম্মী। হান্নন মহাক্না লেপখ্রবনি। হেড মাস্টরনা খোঙগ্রাই চন্দুনা ফমগ্রবদা তোম্বো-চাননা মনঙন্দা তোংবদি ফজররোই হায়না খল্লম্মী। মহাক্না হায়গদৌরিবা খরসি মমায় অদু য়েংদনদি করম্না হায়বা য়াগনি। মহাক মাগী মমাঙদা চৎলে, অদুগা নকশিন্না ফল্লম্মী। মহাক্কী মায়খোংদা মোমোন নোক্লম্মী। অমসুং মঙকশমদু কোনতক তৌরম্মী। মমানা হায়রিবা শক্তম অসি হৌবদগীসু 'য়াম্না ফজে' হায়রম্মী। মাগী 'নোংমাইজিংগী ওইবা মায়খোং' নি মসি। মহাক্না অসুম্না মোমোন নোক্লবদি মহাক্কী নুংদা আত্মা বিশ্বাস অমা পোকই। মতম অসিদা মহাক্কী চীনবান কাঙতক তৌরম্মী। মপূক্লিংদা হায়রিবা অপাম্বসি পোক্লম্মী। তশেংনমক অফবা নুপীমচানি।

হেড মাস্টরজী মঙোনলোমদা খঙনিংনা য়েংলম্মী, করিনো হায়না। মহাক্না খজিক নোল্লদুনা হংলক্লম্মী।

তোম্ভো-চাননা তপ্না ঈংনা খোয়থুম্লবগা লোয়ননা লৈরিবা মচে অহল অমা নৎত্রগা মমা ওইবী অমগী মতৌ ওইনা হায়রকই। "ঐ চাউরগা স্কুল অসিদা তম্বীজগনি। তশেংনমক মসি তৌবা পাম্মী ঐহাক।"

তোম্ভো-চাননা খল্লব্দি হেড মাস্টর নোক্কনি হায়না অদুবু মহাক্না চিংলেম্না হংল্লক্ম্মী। "ব্রাশকুনা হায়রবা নৎত্রো?"

তোম্ভো-চান মফম অদুদা তশেংনমক তম্বীবা পাম্মী হায়না মহাক্না খল্লম্মী।

তোম্ভো-চাননা মঙক কন্না কন্না নোম্লদুনা য়ানিংবা ফোঙদোক্লম্মী। "ঐ ব্রাশকচদুনা হায়জরিবসিনি" মহাক্কী মপূক্লিংদা তোমোএদমক ওজা ওইগনি হায়বগী সংকল্প অসি লৈরম্মী।

মহাক অয়ুক অদুগী মরমদা ব্রাখল খম্লনা লৈরম্মী, ইহান হান্না তোমোএদা লাকখিবা অমসুং হেড মাস্টরজীগা উনখিবা। যুগ কয়ামুক ওইনা খল্লম্মী হৌজিক। নুপীমচাদুনা চবে চবেং ঙাঙলিবদু হেড মাস্টরনা তারম্মী অমসুং পূম্নমক তারবা মতুংদা হায়রকই, "হৌজিক নঙ স্কুল অসিগী ছাত্রীনি" অমসুং চহী কয়ামুক্কী মতুংদদি শ্রীকোবায়াশী মাবু অমুক হেন্না নুংশিরগনি। মানা মশাগী সংকল্প অদু অমুক হেন্না চেৎশিনহল্লম্মী। মহাক হেড মাস্টরগীদমক্তা থববক তৌগনি। মহাক্কী মতম খুদিংমক্তা মতেং পাঙগনি।

মাগী ব্রাশক অদু তারবদা হেড মাস্টরজী হন্নাওদুনা মোমোন নোকই। ময়া য়াওদে হায়বগীসু ইকায়বা লৈরমদে। তোম্ভো-চাননা অপীকপা খুদোম্বী অদু মমাঙদা থল্লম্মী। হেড মাস্টরনসু অদুম তৌরম্মী। মহাক্কী খুদোম্বী কয়াম য়াম্না মপাঙ্গল কল্লিবা, থাজবা য়াই অসুক্কী মতিক মপাঙ্গল কনগনি হায়বসি। অমসুং মদুগী মতুংদা হেড মাস্টরজীনা অমসুং তোম্ভো-চাননা জাপানগী থায়নগী চৎনবী মতুং ইন্না মশা মশাগী খুদোম্বীশিং অদু লৌশিন্নরগা ব্রাশক্লরম্মী। হেড মাস্টর মোমোন নোক্লম্মী, তোম্ভো-চানসু নোক্লম্মী। মহাক তোমোএদা তম্বীরগনি। কয়াদা ফগ্রবা ব্রাফমনো?

তোম্ভো-চান

"ঐহাক টিচর ওইগনি হয়েং চাউরগা" মহাক্না অসিগুম্বা কলপ্না অসি তৌরম্মী। অদুগা মহাক্না খঙ্জরম্বা খরনা অসুম্ননি, "লাইরক তম্বীবদি য়াম্না তম্বীরোই। শান্নবগী নুমিৎতি ময়াম অমা পাঙথোক্কনি, চাক থোংবা, পিকনিক তৌগনি, কেম্পিং তৌগনি। অদুগা য়াম্না লম কোয়গনি।

হেড মাস্টর হয়াওরম্মী তোত্তো-চানবু অচৌবা নুপী অমগী শক্তমদা কম্ননা তৌবসি লুরম্মী অদুবু মহাক্না মসিমসু চেৎনা থাজরম্মী মহাক তোমোএদা ওঝা নুপীদি ওইবা য়াগনি। অসিদা নত্তনা তোমোএগী অঙাং খূদিংমক মতিক লৈবা ওজা অমমম ওইবা য়াগনি হায়বসি খল্লম্মী। মহাক্না থাজরিবসি অসুম্ননি, অঙাংশিং অসে মশাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদো নিংশিংবা ঙমগনি।

মীকুপ অমদা তোমোএগী হেড মাস্টর অমসুং মাগী ছাত্র চহী ১০গী মতুংগী যোজনা অদু চেৎনা থাজরম্মী। মপান্দা মীনা হায়নরম্মী, নুমিৎ অদু কুইত্রবনি আমেরিকাগী প্লেননা জাপানগী নোংমদোন থক্তা পাইদুনা জাপানবু বোমতনা লোইশিন্নবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরন্নগনি।

# রোকী মাংবা

লানদা চৎখিবা লাম্মী কয়া শিগ্রে, চানবগী পোৎচৈসু অন্নাৎপনা হেঞ্জিন্নক্রে, মীপুম খূদিংগী পূক্লিংদা অকি তুজুংবা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং কালেন থা খূদিংমক্কী মতৌগুম্না হন্দকসু কালেন থা য়ৌরক্রম্মী। নুমিৎনা অচান মীরাই লৈতনা মায়খিবা অমসুং মায়পাক্লিবা লৈবাকশিংদা থোক্রম্মী।

তোত্তো-চান, কামাকুরাদগী মাগী মপস্তোগী ময়ূমদগী হল্লক্তুনা তোকিওদা লাক্রম্মী।

তোত্তো-চান

তোমোএদা হৌজিক কেম্প তৌবা থিংজিনগ্রে, অদুগা অশাবা ঈফুৎ য়েংবা অসিগুম্বা করিগুম্বা কোয়না চৎপগী থবক হৌজিক লৈত্রে। অঙাংশিংগী পূন্সিদা অমুক কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা অশাবাগী কালেন থাগী নুংঙাইবা, হরাওবা তাঙ্গা লাক্কদৌবা মাল্লমদ্রে। তোম্বো-চান মখুরা মচিন-মনাওশিংগা লোয়ননা কামাকুরাদা লৈবা য়ূমদা ছুট্টী লেনবা চৎলম্মী। অদুবু চহী অসিদি মফম অসিদসু ব্রাফম খূদিংমক তোঙানবা মওং অমা ওইরম্মী। অঙাংশিং অহিং অহিংদা কীরম্মী, ভূতশিংগী ব্রারীশিং লীবা মরী মতাগী অঙাং লানবন্দা কৌথিরম্মী। হৌজিক অহিং খূদিংমক ভূতশিংগী ব্রারী কনানা লীবিগদৌরি? অমসুং মতম লৈবা খিবিস্তা আমেরিকাদা লৈবা মখোয়গী অঙাংশিংবু অচুম অরানগী ব্রারী তাহনবা মপনসু লানবনদা চৎখিরম্মী। মহাক্কী মমিংদি শুজী তাশুচী কৌরম্মী। মহাক অফাউবা কেমরামেন অমনি।

মপল ইবুংঙো অসি নিউয়োর্কতা নিহোন-নিউজগী ব্যুরোগী মরুওইবা মী অমা ওইনা লৈরুরে অমসুং আমেরিকান মেট্রো নিউজগী অথাপ্পদা মহৎ শিনবা ওইনসু লৈরুরে। মীশিংনা মাবু শুতাশুচি হায়না কৌরম্মী। মপাবুংগী ময়াম্বা অহলনি, তশেংনমক মপাবুংনা মহাক্কী চারোন শূরোন লৈননবগীদমক্তা মখোয়গী ইমুং মনুংগী মমিং অদু শীজিন্নরমদ্রবদি মখোয় পুম্নমকসু তাশুচি হায়না কৌরমগনি। মতম অদু মপন শুচিনা নম্বা 'রাবাউলগী লানফম' অসিগুম্বা ফিল্ম সিনেমা হোলশিংদা শান্নরম্মী। তৌইগুম্বসুং মপল ইবুংঙো লানবন্দগী চিঠি করিগুম্বা অমত্তা থারক্লমদে। সুপ্নগী থারকপদি ফিল্মশিংতনি। মরম অসিনা তোম্বো-চানগী মপল অমদি মচিন মনাও মাগীদমক্তা নুংনাংনরম্মী মরমদি পাউচেশিংদা লানগী ফিল্ম নম্মীবা খূদিংমক লাম্মীশিংবু মতম খূদিংমক্তা খূদোংথিবা ফিভমদা লৈবা অদু উৎলম্মী। অদুগা কেমরা মেন অমা ওইবা মরমনা তুংদা নমগদবা সিনেমা অদু মপলনা নম্বা তরম্মী। য়ামদ্রবদা ইমুং মনুংগী অহল ওইরবা মী খূদিংমক্লা মসি হায়রম্মী।

হন্দক্তি কালেন থাদা কামাকুরাগী সমুদ্র মপান্দসু পুমচিক চিকগ্রে, অদুবু মসি পূম্নমক ওইরবসু য়াত-চাননা মীয়ামবু নোকহন্নম্মী। মহাক মপলগী মচা অহলনি, তোত্তো-চাননা মঙোন্দগী চহী অমগুম্বা হন্নি। অঙাং ময়াম চাউরবা কাংহল অমগী মনুংদা তূন্নম্মী। অঙাংশিংনা তূমগ্রবদা মহাক্না কম্না হায়রকই, ““নিংথৌরেল য়াইফরে””।

অসিগী মতুংদা গুলিনা পান্নবা লাম্নী অমগী মতৌগুম্না শিবগী নাটক তৌরদুনা দোম লাউনা তুথরম্মী। অসূম্না মহাক কম্নারক হন্না তৌরম্মী। নুংঙাইবগী ব্রাফম অমনা অহিং অদু অসূম্না নাটক তৌরিঙৈদা মহাক তূম্না-তূম্না চৎলম্মী অমসুং উইনা-উইনা চৎনা-চৎনা মাঙ্গোন্দা তুরম্মী। মতম অদুদা ইমুং মনুংদা পুমলাং লাংলম্মী।

তোত্তো-চানগী মমা হন্দক কামাপুরাদা চৎলমদে। মপাবুংগা লোয়ননা তোকিওদা অদুম লৈরম্মী। মরমদি মপাবুং অসি মফম অদুদা থবক খরা লৈরম্মী। হৌজিক ছুট্টী লোইরদুনা তোত্তো-চান তোকিওদগী হন্নক্লে। তোত্তো-চানদা ভূতকী ব্রারী লীবিবা নুপা'দুগী মচননুপীনা তোকিওদা পুরক্লম্মী।

হান্নগী মতৌগুম্না ময়ূমদা হন্নকপগা তোত্তো-চাননা খ্বাইদগী হান্না রোকীবু থিরম্মী। মহাক মফম অমদসু থিবদা ফংলমদ্রে, য়ূম মনুংদসু ইংখোল মনুংদসু অদুদগীদি আকির্ডকী রির্সচ সেন্টরসু থিরম্মী, মহাক রোকীগীদমক্তা নুংশা থিরম্মী মরমদি খ্বাইদগী অহানবদা রোকীনা মাবু হেক হেক ওক্লম্মী। তোত্তো-চান সড়ক তাম্না চেম্ঘোরক্লম্মী অদুগা রোকীবু কৌরম্মী, পীতক-পীতক তৌবা মমিৎ নাকোং অমসুং অতেনবা মমৈ পানবা হূই তাম্না-তাম্না য়েংখিবদা উবা ফংলমদ্রে, অমুকসু ময়ূমলোমদা চেন্নক্লম্মী। রোকীগা ময়ূমদা লৈরমগদ্রা খন্দুনা তৌইগুম্বসুং মফম অদুদসু মহাক লৈরমদ্রে।

““রোকী কদায়দা লৈ””, মানা মমাদা হংলম্মী। মহাক রোকী কোইথি-থিগনি হায়বসি মমাদি খঙলমগনি। মহাক ব্রারে হায়বসিসু খঙঙি, অদুবু মহাক করিসু হায়রমদে।

“কদায়দা লৈবগে ঐগী রোকী”, তোত্তো-চাননা মমাগী স্কর্ট মচি চিংলদুনা অনীশুবা মথংগী থোঙজিন ময়াদা হংলম্মী। মমা পাউখুম পীবা লুরম্মী, “মহাক মাংখ্রে ইবেম্মা” মহাক্না পীহৌ-পীহৌ হায়রক্লম্মী।

তোত্তো-চাননা ব্রাফম অদু থাজবা কৌবা লৈরমদে। করম্না মাংখিগদগে রোকী, “কৈদৌঙে” মহাক্না মমারোমদা য়েংলদুনা হায়রকই।

মমা ব্রা মখা অমুক তারমদ্রে, “নহাক্না কামাকুবা চৎখিবদগী মহাক মাংখ্রে” মমা খুন্নক্লিবা পাউখুম অদুদা নুংঙাইতবনা থল্লম্মী, মহাক্না ব্রা অমুক মখা তারক্লম্মী, “ঐখোয় থিবা য়াবা থিরে, মফম খূদিংদা থিরে, মীঙোন্দসু হংলে, অদুবু মহাক থিবা ফংদ্রে, ঐহাক হায়ফম খঙদ্রে, নঙোন্দা করি হায়না হায়সিগে, ঐহাক তশেংনা নিংঙমদ্রে”। ইখং-খঙহৌদনা তোত্তো-চাননা রোকী শিরন্নগনি খল্লম্মী, ব্রাফম অসি মশানা ময়েক্লা তারবনি, অসুক য়াম্বা চহী অসিদা তোত্তো-চাননা মতম শাংনা মপান্দা লৈরুরবসু রোকী য়ূমদগী মাংদে, মহাক রোকী হল্লকখিগনি হায়বসি চপ য়ুংনা থাজবম্মী। “ঐবু তাক্লমদনা রোকী কদায় চৎলম্বা য়াই”, মহাক্না ব্রাখল তৌরম্মী, অদুগা ব্রাফম অসি চেৎনা থাজরম্মী।

মমানা মসি পূন্নমকসি করিসু হায়রমদে, মমা পূক্নুংদা করি ফাউরিবগে হায়বসি মহাক খঙলম্মী, মহাক মমিৎ লুকথরম্মী, ব্রাফম অসিখক হায়রম্মী, “কদায়দা লৈরমগনি রোকী” মসি হায়রন্নগা মহাক মথক্তা লৈরিবা মাগী কা তান্না চেনখিরম্মী। রোকী য়াওদনা য়ূম অদু য়ূম মানদ্রে, মাগী কাদা য়ৌরগা মহাক কপ্পা ফাউবা কপ্পমদে, থোকখিবা থৌদোকশিং অদু হৌবদগী নিংশিংলম্মী। রোকীনা নুংঙাইরোইদবা করম্বা থবক তৌখিবা য়াওবগে অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মহাক চেনখিবনো, মহাক খম্নরম্মী।

“শামুক-ঙামুক কৈদৌনুংদসু নুংশি হৈতনা ওৎপীগনু”।

শ্রী কোবায়াশীনা হায়রকই, “শা-না ঐখোয়দা কয়াম থাজবা

থন্নিবা!, মখোয়না থাজনা লুনা নিংলিবা অদু খক মাংহল্লোইদবনি, চারাম্নবা হূইবু থওইদনা করিমত্তা পীজদরবদি মহাক্না থমলিবা থাজবা অদু মাংখি। অদুগা মহাক লমসু হেল্লক্কনি।"

তোত্তো-চান মতম খূদিংমক্তা ব্রা অসি কাউরমদে, মহাক্না রোকীবুসু নমথাক তৌখিবা লৈতে, খল্লুবদা মহাক করিগুম্বা অরানবা তৌখিবা লৈতে হায়না খল্লুরম্মী।



তাঞ্জা অসিদা লৈমায় থক্তা তারিবা শওমগী মখোঙদা করিগুম্বা খরা নপ্পা মানবা উরম্মী, হৌজিকফাওবদি মহাক মশাবু খুদুম চনজরম্মী, অদুবু মহাক্না মদু য়েংলুরবদা মতুংদা মহাক তপথনা লৈবা ঙম্নমদ্রে, শওমগী মখোঙদা রোকীগী মতু চবূল অমা নপ্পমলে। কামাকুরা চৎত্রিঙৈগী মমাঙদা রোকী অমসুং তোত্তো-চান লৈমায়দা ওন-থোইনা শাম্নরম্মী, শোইদনমক মদুদা মাগী মতু অদু নপ্পা ওইরমগনি। মখূৎনা মতু অদু নোয়রদুনা তোত্তো-চান কপ্পম্মী। য়াম্না কপ্পম্মী। নোং খোংবমখৈ কপ্পী। মপীতনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। অমসুং হিক হিক লাউনা কপ্পা লেপ্পমদে।

অহানবদা য়াসুকী-চান অমসুং হৌজিক্না রোকী। তোত্তো-চাননা মহাক্কী মরূপ অমসু মাংজরে।

# চা পার্টী

রয়ো-চান তোমোএগী চৌকিদাররনি। অঙাং পুম্নমক্না মাবু য়াম্না লুনা নিংই, হৌজিক রয়ো-চানসু লানফমদা চৎপা তারম্মী। মাবু কৌখিরম্মী, ফনা য়াম্নসু অহল ওইরবনি মহাক, অদুবু অঙাংশিংনা মাবু হৌজিকসু অঙাং ওইরিঙৈগী মমিং কৌরম্মী। অঙাংশিংনা করিগুম্বা খূদোংথিবা অমা নংবদা মহাক দুতকী মতৌগুম্না মখোয়গী অৱাবা কোক্লনবা খুদক্তা য়ৌরক্লম্মী, মহাক ৱা য়াম্না ঙাঙলমদে, অদুবু করম্বা মতমদা করি তৌগদবা হায়বদু থুনা হেক্তা খঙলম্মী। মতম অমদা তোত্তো-চান অমোৎপা কোমদা তাবা নুমিৎ অদুসু মানা মাবু লৌখৎখিরম্মী। চৈ থাংবা চবেং চবেং ঙাঙবা খোৎপা মহাক তৌরমদে, তুমিন্না তোত্তো-চানবু চামথোক-খোৎতোক্লবা হায়রম্মী।

“রয়ো-চানগীদমক্তা ঐখোয় চা পার্টী তৌগদৌরি।” হেড মাস্টরনা হায়রম্মী।

“চা পার্টী?”

চা অশংবা জাপান্দা নোংমদা কয়ারক হন্না থক্লে। অদুবু মী লাকপদা নৎত্রগা থুংলবা মতমদা মফম অসিদা চা শীজিন্নদে। হোই অতোপ্পা মখল অমগী চা, করিগুম্বা কুক্কে-হরাও শাগৈগী ওইবা থৌদোক্তা শীজিন্নে। মরম অসিনা তোমোএদা “চা পার্টীগী” ৱাফম অসি অনৌবা অমা ওইরম্মী। অদুগা অঙাংশিংদি অনৌবা হায়বসিদি অদুম পামজে। অঙাংশিংগী অপাম্বসি খঙলবদা হেড মাস্টরনা অনৌবা পুথোরকপা ৱাহৈ অসি থবক ওইনা পাঙথোক্লম্মী। মহাক্না হায়রকই, ‘সাবাকাই’ (চা খাঙবা)। ‘সোবেতসুকাই’ (কায়নবা থৌরম) হায়বা ৱাহৈ অসি খঙন-খঙনা থাদোক্লমগনি মরমদি কায়নবা হায়বা ৱাহৈ অসি নুংঙাইতবা ৱাহৈনি। কায়নবা হায়বা ৱাহৈ অসি মহাক্না হাপ্পন্নবদি য়ামন্নবদা অচৌবা অঙাংশিংদি শোয়দনা খঙলগনি-- মখোয় রয়ো-চানবু তশেংনা ‘বিদায়’ তৌরমগনি মরমদি লানফমদা চৎলবগী মতুংদা

কনাগুম্বা লাম্নী লান্দা থবক শীজিন্নখিবসু য়াই। অদুগা 'চাক খাংবা' হায়বসিদি অতোপ্পা য়াফম অমনি, অদুগা অঙাংশিংনা কৈদৌঙৈদসু মীগী চা পার্টিদা চংনবগী পথাপ লৈরমদে, মরম অসিনা মখোয় পূন্নমক হন্নাওরম্মী।

নুমিৎ অদু স্কুল লোইশ্লবা মতুংদা অঙাংশিংনা কোবায়াশী সাহেবকা লোয়নননা সভাগারদা মেজশিংবু চাউনা কোইশিন্দুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা হেড মাস্টরনা অঙাং খূদিংদা অয়াইবা সমুদ্রগী মচেৎ অমমম য়েন্নম্মী। লোয়নননা চা অশংবসু পীরম্মী। লানগী চিন্নবা মতম অসিদা মসি য়াম্না চাউরবা পাঙথোকপা থবক অমনি। মদুগী মতুংদা রয়ো-চানগীদমক্তা সাকেগী গিলাস অমা থম্মদুনা মখোয় ময়ামসু মহাক্কী মনাক্তা ফম্মে। মরম অদু সাকেগী য়াশননি, শুপ্নগী লানফমদা চংলিবশিংগা উন্ননবগীদমক্তা সাকে।

"তোমোএদা মসিনা ইহান হানবা চা পার্টীনি", হেড মাস্টরনা হায়রকই, "নখোয় ময়াম হন্নাও তয়ামজহৌ, হোই, রয়ো-চানদা হায়নিংবা লৈরবদি মদু চিংনদনা হায়বা য়াগনি। অমগা অমগা হায়নননিংবা লৈরগনা শোয়দনা হায়হৈবা য়াগনি। অমমম ওইনা ময়াইদা লেপ্নগা য়া ঙাঙগদবনি, নখোয়না।"

নুমিৎ অদুগী য়াফম অদু অনৌবা ওইনা থোক্লম্মী। তোমোএদা অয়াইবা সমুদ্র ফেনী, চাননবগী অহানবা তাঞ্জানি, অদুগা রয়ো-চানসু ওঝাগা লোয়নননা অহানবা ওইনা ফম্মীন্নদুনা সাকে থক্লম্মী।

পূন্নমক মথং মথং ওইনা হৌগৎনরে। রয়ো-চানা মমাঙদা লেপ্লম্মী। ময়ামগা য়ারী শান্নরে। অহানবদা অঙাংশিংনা মঙোন্দা পাউতাক পীরম্মী। মশাগী য়াফম থন্নবা হায়রক্লম্মী। নাদা য়েক্তা লৈনবা পাউতাক পীরম্মী অদুগী মতুংদা তোত্তো-চানগী ক্লাসতা তন্নিবা মিগিতা হৌগৎলক্লে। মহাক্না হৌগৎতুনা হায়রকই, "ঐহাক ইখুলদা লৈমিন্নবা মীনা চংখিবদা মাগীদমক্তা মফম অদুদগী মৃত্যুভোজগী চয়োম পুরক্কনি।

অঙাং পূন্নমক ব্রা লাউনা নোক্লম্মী। তশেংনদি চহী অমুক্তী মমাঙদা মিগিতা মখুলদগী হন্নক্লম্মী। মফম অদুদা কনাগুম্বগী মৃত্যুভোজদা মহাক্না মালপুৱা চান্নম্মী। হন্নক্লগা য়াম্না হাউবগী ব্রাফম অদু ফোঙদোক্লম্মী- চারক্লিবা মালপুৱা অদুগী মরমদা। মসিগী মতুংদা কনাগুম্বা অমগা থেংনদুনা পুরক্কনি হায়রিবা ব্রাফম অদু পন্নম্মী। তৌইগুম্বসুং ব্রাশকপদি কৈদৌঙৈদসু মপুঙ ফারমদে।

হেড মাস্টরনা মিগিতানা মৃত্যুভোজগী মালপুৱাগী মমিং পন্নকপা তাবদা খংপ্রেক খংলম্মী। বিদায়গী মতমদা অশিবা পন্নরমদে। ফৎতে হায়না লৌনরম্মী, অদুবু মিগিতানা ব্রা অসি অপং-থৌনা ওইনা তরাই-তরাইনা হায়দোকখিরম্মী। তশেংবদি মহাক্না হায়নিংবদি মহাক্না চাবদা হাউবা মালপুৱাদো মাগী মরূপ রয়ো-চানগী কায়নরমদাই অসিদা য়েন্থোক্কনি। মরম অসিনা অঙাংশিংনা নোকপদা হেড মাস্টরসু নোক্লম্মী। মিগিতানা মঙোন্দা কয়ারক হন্না ব্রা অসিগীদমক্তা ব্রাশক্লম্মী।

অদুদগী ওইয়ে লেপখৎলক্লে, মহাক্না ব্রাশক্লম্মী। ঐহাক্না চাউরগা জাপানগী খ্বাইদগী চাউবা ফোরেষ্ট বৈজ্ঞানিক ওইগনি। ওইয়েগী মপা তোদোরোকীগী খ্বাইদগী চাউবা পৌধশালাগী মপুনি। মসিগী মতুং কাইকো আওকী লেপখৎলক্লে। অদুবু হৈনবীগী মতুং ইম্না মহাক ব্রা ঙাঙলমদে। লেপ্ন-লেপ্না মোমোন নোক্না ইকায়দুনা লৈরম্মী। অদুদগী মহাক লুকথরদুনা হনখিরম্মী। মসিগী মতুংদা তোত্তো-চান থুনা ময়ামগী মমাঙদা লাক্লম্মী। কাইকোগী মহুৎতা মহাক ব্রা ঙাঙলম্মী- "কাইকো-চানগী য়েন্নাউ মচা পাইবা হৈরে। মতম খরগী মমাঙদা ঐনা উরম্মী।"

আমাডেরানা অমুক হায়রকই- "হূই হৌদোং অশোকপা লৈরবদি মদু ঐগী নাক্তা থাবিরকউ, ঐহাক্না মখোয় অদুবু বেগুেজ পুনদুনা ফহনগনি।"

তাকাহাশী থিক নেম্বা মীওইনি, মহাক মেজগী মখাদা

লীৎথোক্লুনা লাক্লম্মী। মহাক মীৎনা কূপ্পদা কোইশিল্লিবা অদুগী ময়াইদা য়ৌরকই, মহাক্লা হয়াওনা হায়রকই, "রয়ো-চান থাগৎচরি, পাঙথোক্লিবা খরা অসিগীদমক্তা থাগৎচরি। পোৎ খুদিংমক্কীদমক্তা থাগৎচরি।"

হৌজিক আইকো-সাইকোগী পালি লাক্লে, মহাক্লা হায়রকই, "রয়ো-চান ঐনা তুবা নুমিৎ অদুদা মহাক্লা ঐবু বেগুজ পুল্লম্মী, মদুগীদমক্তা ঐনা মাবু থাগৎচরি। ঐহাক্লা ব্রাফম অসি কৈদৌঙেদসু কাউরোই। আইকোগী মপাল অফাউবা এডমিরেল অমনি, মহাক রসিয়া জাপানগী লানদা শরূক য়ারম্মী। মহাক্কী মরী-মতাগী নুপী অমা অতসুকো সাইশো নিংথৌরেল্লগী দরবারদা কবিয়ত্রী ওইরম্মী। অদুবু আইকোনা হায়রিবা ব্রাফমশিং অদু নৈনরমদে। কনানসু থাগৎনরমদে।

হেড মাস্টরগী মচানুপী মিয়ো-চাননা রয়ো-চানবু য়াম্না নক্লা খঙলম্মী। মপী ইরা চেল্লদুনা "রয়ো-চান নশাগী ব্রাখল তৌকো, মসি কাউগনুকো, ঐঙোম্দা চিঠী ইরকউকো, ঐসু পাউখুম পীরককেকো।"

তোত্তোচান রয়ো-চানদা হায়নিংবা কয়া অমা লৈরম্মী। হায়নিংবা য়ামনখিবনা কদায়দগী হৌগদগে হায়বা খঙলমদে। মহাক কৈদৌনি। মহাক্লা লেপ্লা অচিকপদা হায়রকই। রয়ো-চান নঙনা চৎপ্রবা মতুংদসু ঐখোয় পূম্নমক নুমিৎ খুদিংগী চা পার্টী অসি তৌগনি।

ব্রাফম অসি তারগা হেড মাস্টর নোক্লম্মী, রয়ো-চানসু। মসিগী মতুংদা অঙাং ময়ামসু তোত্তোচানসু কম্না নোক্লম্মী।

অদুবু তোত্তোচানগী ভবিষ্যব্রাণী মথংগী নুমিৎতা তশেংনমক থোক্লম্মী। মরমদি নুমিৎ অদুগী চা পার্টীগী মতুংদা অঙাংশিং মতম লৈবা খিবিক্কীদমক মখোয়গী অহাংবা মতমদা চা পার্টীগী শান্নবসি শান্নবী ওইনা শান্নরম্মী। চানবা করিমত্তা লৈত্রবসু মখোয়না উচেৎ

নৎত্রগা চাগী মহৎতা ঈশিং গ্লাস অমা পায়। করি করিগুম্বদা মখোয়না কল্পনা অসি তৌরম্মী, গ্লাসতা সাকে হাপ্পবনি। শান-শাননা ইখং খণ্ডহৌদনা অঙাং অমমা হায়, ‘‘ঐ মৃত্যুভোজগী মালপুয়া পুরক্কে’’, অমসুং অঙাং ময়ামদো য়া লাউনা নোক্লম্মী।

চা পার্টীগী শান্নবগী মতম অসিদা অঙাংশিং অমগা অমগা য়াথল থম্ন-থম্না য়ারী শারম্মী। চানবগী করিমত্তা ফংদ্রগসু চা পার্টী অসিদা মখোয় য়াম্না নুংঙাইজরম্মী।

রয়ো-চানদা পীজখিবা চাক অসি মখোয়গীদমক্তদি মপান নাইদনা ফজবা খুদোল পোৎ অমা ওইরম্মী। নুমিৎ অদুদি কনামত্তনা মসি খণ্ডলমদে। তোমোএগী মসিনা অরোইবা পীজবা অমা ওইগনি। কনানা মসি খণ্ডলমদে। মখোয় পূম্নমক থুনমক কায়নগনি হায়বসি। মশা মশাগী লম্বীদা মখোয় চৎখিরম্মী।

সোমদা রয়ো-চান তোয়োকো য়ৌবা রেলদা বিদায় পিখ্রে, অসোমদনা আমেরিকাগী এরোপ্লেননা লান্দারক্লি। মখোয় তোকিওদা লৈনা লৈনা পাইশিল্লক্লে। নুংতিগী বোম থাদরক্লে।

## ‘‘সায়োনারা সায়োনারা’’

অহিং অমদা তোমিও চাকখ্রে। মিয়ো-চান মহাক্কী মনাওনুপী মিসা-চান অমসুং মখোয়গী মমা, পূম্নমক স্কুলগা তাইনবা য়ুম অমদা লৈরম্মী। তোমোএদা মৈ চাক্লবদা ময়াম পূম্নমক কুহোনবুতসু মন্দিরগী মনাক্তা লৈবা লবুক লম্মাংলোমদা চেল্লক্লে। পুথ্রীগী মনাক্কী মফম অসি মতম অদুদা খুদোংথিনিংঙাই ওইরমদে।

বি ২৯ লড়াকু প্লেনশিংনা স্কুলদা ক্লাসশিংগী মওংদা শীজিন্নরিবা রেলগী ডব্বাশিংদা বোম কয়া নোংগী মতৌগুম্না চুথরক্লম্মী।

হেড মাস্টরজীনা মং মংদুনা থম্লিবা স্কুল মৈরীতনা য়োমশিনখ্রে। অঙাংশিংনা নোক খেজরিবা মখোলগী মফমদা বুং বুং মৈখূ কাদুনা

অমাংবগী মশক ওইরবা মৈরীতনা অকাই-অতোইগী ঈশৈ তাবা ফংলম্মী। মৈ মুখৎপা ঙন্নমদে। পূম্নমক চাক্কুনা উফুল ওনখ্রে। জিউগাওকা পূম্নমক মৈরীতনা কোইশিনখ্রে।

মৈরীগী অমাংবগী লীলাগী মরক অসিদা হেড মাস্টরজী সড়ক্তা লেপ্লদুনা চাক্লিবা তোমোএ য়েংদুনা লৈরম্মী। মতম লৈবা খিবিক্কী মতৌগুম্না মহাক হৌজিকসু মশাগী মল্লবা অমুবা শুট অদো শেৎলম্মী। মহাকী মথূৎ ফুরিৎখাউ হুন্নম্মী।

"ঐখোয় হৌজিক করম্না স্কূল শেমগৎকনি" মহাক্না মনাক্তা লেপ্লিবা মচা অহল তোমোএদা হংলম্মী। তোমোএ বিশ্ববিদ্যালয়গী ছাত্রনি। মপাগী ব্রা অসি তারগা মহাক পূমঙক ঙক্কুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

শ্রীকোবায়াশীগী অঙাংশিংগীদমক্তা নুংশিবা অমসুং শিক্ষাগী মফমদা কৎথোকপা মৈরীশিং অদুদগী কয়া হেন্না মপাঙ্গল কল্লিবা। মদুদা কোইশিন্দুনা তোমোএগী স্কূল মৈনা চাক্লি। হেড মাস্টরজী হৌজিক ফাউবসু হল্লমদে।

তোত্তো-চান মীনা ক্রুক ক্রুক ইন্নরবা রেলদা তোকিওদগী চৎলম্মী। ক্রুক ক্রুক ইন্নবা অসিদা পীক্লিবা তোত্তো-চান মরক অসিদা তাহৎলম্মী। রেলগাড়ী তোকিওদগী অথাপ্পা অৱাং নোংপোক তম্না চেল্লম্মী। মহাক থোংনাউগী মপান্দা অমম্বদা য়েংথোক্লম্মী। মহাক্না হেড মাস্টরজীগী অরোইবা ৱাহৈ নিংশিংলক্লম্মী, "ঐখোয় অমুক হন্না উন্নখিসি।" লোয়ননা মসিমসু হন্না হন্না নিংশিংলক্লম্মী মহাক্কী হন্না-হন্না হায়খিবা ৱাহৈ, "তশেংনমক নহাক অফবী নুপীমচানি!" হায়রিবা ৱাহৈশিং অসি মহাক কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙন্নমদে। মপূক্লিংদা থাজবা অমা কোনশিল্লদুনা থন্নম্মী মদুদি মহাক থুনমক হেড মাস্টরজীগা উন্নগনি। মহাক তূমথখ্রে।

রেলগাড়ী অৱাবগী ৱাখলনা থুক্কৎলবা যাত্রিকশিংগী পোৎলুমগা লোয়ননা শুক্লা মল্লবা অমম্বদা মাঙলোমদা লেপ্তনা চেল্লম্মী।

# ব্রারোইশিনবা

**ঐগা লোয়ননা 'রেলগী ডিব্বা'গী কাদা 'চৎমিন্নরিবা' ঐগী মরূপ মহাক হৌজিক করি ওইরিগবা?**

**অকিরা তাকাহাশী :**

তাকাহাশী মহাক্তা শান্নমিন্নবা নুমিৎ অদুদা মনা ময়াম অমা ফংখিবা মীওইনি। কৈদৌনুংদসু মব্রা তাখিদ্রে। তৌইশুব্রসুং মহাক জাপানগী অসিশুব্বা হায়স্কুল অমদা মীং চনবা ফংখিরম্মী। হায়রিবসি 'রগবী' (ফুটবোল) টিমগীদমক্তা মমিং চৎখিরম্মী। মতমগ মতুং ইন্না মহাক্না মাইজী বিশ্ববিদ্যালয়দগী ইলেক্ট্রোনিক ইঞ্জিনীয়ারগী ডিগ্রী লৌখিরম্মী।

হৌজিক মহাক ময়াই থংবা জাপানদা লেক হমানাগী মনাক্তা লৈবা চাউরবা ইলেক্ট্রেনিক কম্পনীদা কার্মিক শিল-লাংবা ওইরি। শিন্মীশিংগী মরক্তা চিন-চান্না লৈমিন্নবা মাগী ব্রাখল্লোনি। মহাক্না মখোয়না ব্রাকৎলকপা অমসুং অব্রা-অনা তাবা মতমদা ব্রাতেন্নম্মী। মশানা অব্রা-অনা থাংলকপা মরম্না অতোপ্পগী অব্রা অনাসু মহাক মুন্না খণ্ডলম্মী। মাগী তোরোৎ খোদানবা অমসুং মী খোনবা মীওই ওইবনা মহাক্কী মীওং মীতৌসু মতেং পাঙনিংবা ওই। টেক্নিক স্পেসিএলিষ্ট অমা ওইবা মরমনা মহাক্না নহারোলগী অসিশুব্বা চাউরবা মেছিনশিং চলাইবা তশ্বী, মদু সমেকিট সেক্রেতরীদা চৎলি।

ঐহাক তকাহাশী অমসুং মাগী নুপীগা উন্নবা হামামাতসুদা চৎমিন্নরম্মী। মহাক অফবী নুপী অমনি অমসুং তাকাহাশীবু মুন্না খণ্ডই। মহাক তোমোএদা তন্নকপদৌনা য়াম্না মুন্না মাগী মরমদা ব্রারী তারম্মী, ঐহাক্না মঙোন্দা তাকাহাশীগী মীওই চাদবা অসি নত্তনা করিশুব্বা ফত্তবা অমা লৈতে হায়না মবূক ফাথরম্মী। ঐনা থাজে মহাক্ন অদুম্না

হায়রিবদু অচুম্বনি। মরমদি পেন্দবা অদু লৈরবা ফাউবদা হায়স্কুল অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়দা মহাক অসুম্না লৈবসি নীংবা কায়রমগনি। অমদি মানা তৌরিবা ক্রামিক বিভাক্তা তৌবা ফংলিবসি অদুম তৌরি।

তোমোএদা অহানবা মহাক্না চঙবা নুমিৎ অদুগী মরমদা তাকাহাশীনা হায়রম্মী মদুদি অতোপ্পা মীওই চাদবা অঙাংশিংবু উবমক্তদা মহাক খুদক্তা পুময়াং য়াংখিরম্মী। মিকুপ অদুগী মতুংদা মহাক চিংনবা লৈখিদ্রে, মহাক নুমিৎ খুদিংগী অসুক নুংঙাইবা পোক্লম্মী, স্কুল থাদোক্লগা মহাক মমুমদা লৈবা হৈনরক্লে। মহাক্না হায়বদা মহাক অহানবদদি ময়াম্না অয়োকপা পাৎকী ঈশিংদা ফি য়াদনা ঈরোইবা ইকায়রম্মী অদুবু অমমম ওইনা অসুম অসুম মফি থোক্তুনা কূমথখিবা উবদা মহাক ইকায়বা, হঙোইবা উনশা খোকপদৌনা খোকখিরম্মী। মমৈথংদদি ময়ামগী মমাঙদা চাক চাবদা লেপ্তুনা য়া ঙাঙবদা করিসু চিংনখিদ্রে।

মহাক্না হায়বদা মতৌ করম্না শ্রী কোবায়াশীনা মাবু মঙোন্দগী য়াংনা চোংবা শগোল (বার্ন্টিং হোর্স) চোংঙু হায়না থৌনা পীরম্মী। মখোয়না মঙোন্দা মহাক্তি শোয়দনা চোংবা ঙমগনি হায়না থাজহল্লম্মী। অদুনা তাকাহাশী হৌজিক মখোয়না মতেংদসু পাঙলক্কবা হায়না খল্লম্মী। অদুবু শুপ্নগী অরোইবা মিকুপশিংদা- মহাক অথিংবা অদু মশানা লাম্বোক্কনি হায়না নীংলম্মী। শ্রী কোবায়াশীনা মাবু মশাগী আত্মা বিশ্বাস হৌদোক্লম্মী অদুগা ফংলিবা খরা অদুগী ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফাওবা মশক অদু খঙহল্লম্মী। মানা মদু লূপশিন্নবা হোৎনরম্মী। হেড মাষ্টরজী মাবু মমাঙদা পুরক্লে। করিগীদমক হায়বদা পান্নবসু পামদ্রবসু মঙোন্দা পুন্সিগী মফমদা মান্নবা মীৎয়েং অমা পুরকপা ঙম্নবা হায়দুনা, ঙসিসু মঙোন্দা অসুক য়াম্বা মনা ফংবগী হরাউবসি নিংশিংহল্লম্মী। অরংবা মমিৎ অমসুং হান্নগী মতৌশুম্না জ্ঞান তাবা তাকাহাশী নুংঙাইনা তোমোএবু নৌথোক্লা লৈবম্মী।

অফবা মীওই অমা ওইবদা য়ূমগী অফবা য়াতায়রণ য়াম্না চঙই অদু ওইরবসু মসিদা করিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে, কোবায়াশীগী ঐখোয় অঙাংশিংগা লোয়ননা অঙকপা চপ মান্নবা মীৎয়েং অমা শোয়দনা থম্মী। অদুম হায়না মহাক্না হায়রম্মী,"নঙ খঙব্রা, নহাক তশেংনমক অফবা নুপীমচানি", অদুম্নমক মহাক্না তাকাহাশীদা হায়রম্মী "নঙ থবক অদু তৌবা ঙমগনি।" অমসুং মসি মহাক্কী পূন্সিবু শেম্বদা অচুম অরান লেপ্পগী থৌদোক অমনি।

ঐহাক হামামাতসু দগী হল্লক্লে, মতম অদুদা তাকাহাশীনা ঐঙোন্দা নিংশিংল্লক্লম্মী মদু ঐহাক তশেংনমক কাউরম্মী। তোমোএ লাকপগী লম্বীদা অতোপ্পা স্কুল অমগী অঙাংশিংনা মাবু অয়াম্বা মতমদা লক্লরম্মী অমসুং মহাক্না স্কুল য়ৌরকপা মতমদা মহাক য়াম্না মথ্বায় নুংঙাইরমদে, মসিদা ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী, করম্বা অঙাংশিংনা নহাকপু লাক্লবগে অদুদা থুনমক মাগী মতুংদা চেল্লক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা হল্লক্লগা ঐনা মাবু পূক্লিং ফাথৈ মদুদি মতুংদা মখোয়না অমুক হন্না অসুম তৌরক্লরোই।

"নঙনা ঐঙোন্দা মতম অদুদা অসুক্কী মতীক হরাউহল্লম্মী" মহাক্না কায়নরমদাইদা হায়রম্মী। অদুবু ঐদি মসি পূম্নমকসি কাউথোকখিরম্মী, নিংশিংনবগীদমক্তা থাগৎচরি তাকাহাশী।

## মিও-চান (মিওকানেকো) :

শ্রী কোমায়শীগী অহমশুবী মচানুপী মিও-চান না কুনীতাচী সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়গী শিক্ষা বিভাগতগী গ্রেজুয়েট পাস তৌরে। অদুগা হৌজিক মহাক হায়রিবা মহাবিদ্যালয় অসিদা লৈদুনা প্রাথমিক পাঠশালাদা তাকপী। মপাগী মতৌঙম্না মহাকপু অপীকপা অঙাংশিংবু তম্বীবা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। মতম অদুদা মহাক্না চাউরাক্না চহী ৩মুক্কী ওইরিবৈদা শ্রীকোবায়াশী মহাক্কী মওং অমসুং ঈশৈগী লয় গা লোয়ননা মহাক্কী হকচাংগী শাথেক অমদি ঙাঙবা তম্নবগী হোৎনবশিং অদুদা

মুন্না য়েংশিল্লম্মী। অঙাংশিংবু তম্বী-তাকপীবদা মদুদগী মঙোন্দা য়াম্না মতেং ফংলম্মী।

## সাক্কো মতসুয়ামা (হৌজিক্কা শ্রীমতী সাইতো) :

সাক্কো-চান, মমিৎ তরাউ তরাউবী নুপীমচা, মহাক তোমোএদা ঐনা অহানবা চঙবদা ঐঙোন্দা থেব য়েকপা লৈরোংগী ক্রোক শেৎপা উথিরম্মী। মতুংদা স্কূল অমদা তম্মী। মতম অদুদা নুপীশিংগীদমক্তা স্কূল অসিদা চঙবা য়াম্না লুনা থোকপা স্কূলনি। স্কূল অদু হৌজিকমকতি হায়স্কূল হায়না খঙনৈ মমৈথংদা মহাক্না তোকিও কৃষ্টিয়ন ইউনিভর্সিটিগী ইংলিস বিভাগতা তম্বী অমসুং ৱাই.দব্লিউ.সি.এ. তা ইংলিসকী ওঝা ওই। মহাক হৌজিকসু অদুম লৈরি। কালেন ছুট্টীগী মতমদা কেম্পশিংদা মহাক্না মশাগী তোমোএগী এক্সপরিয়েন্সশিং অদু ঙমখৈ লৈতনা শীজিন্নৈ। মহাক্না অসিগুম্বা নুপা অমগা লুহোংই, নুপা অদু জাপানগী মাউন্ট হোতাকাদা চীঙ্গারোই অমা ওইনা থবক তৌই। মহাক্না মাগী মচাগী মমিং য়াসুতাকা হায়না থোল্লম্মী। মাগী মীংগী অরোইবদা মহাক্না লৈরিবা চীং অদুগী মমিং লৌদুনা থোল্লি। মফম অদুদা মখোয় অনী উন্নখিরম্মী।

## তাঈজী (য়ামানাউচী) :

তাঈ-চান, মহাক্না ঐঙোন্দা হায়খিবদা ঐ নহাক্কা লুহোংলোই, জাপানগী অথোইবা ভৌতিক বৈজ্ঞানিক অমা ওইগ্রে। ঙসি মহাক আমেরিকাদা লৈ। 'ব্রেন ড্রেন' গী খুদম অমনি। মানা তোকিও ইউনিভর্সিটি ওফ ইডুকেসনগী সাইন্স বিভাগতগী ভৌতিক বিজ্ঞান্দা এম.এ.সি. পাস তৌরম্মী। এম.এস. সি. পাস তৌরবা মতুংদা রোচেস্টর বিশ্ববিদ্যালয়দগী ডাক্তরেট ডিগ্রী লৌই। অদুদগী মহাক মফমদুদা অদুমক লৈগ্রে। প্রাক্তিকেল 'হায় ইনর্জি ফিজিক্সতা রিসার্চ তৌরি। মহাক হৌজিক ইলিনাইস তা লৈবা, পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওবা

মমিং লৈরবা ফার্মিং নেসনেল এক্সেলেটর লেবরেটরীদা জোইন্ট ডাইরেক্টর ওইরি। আমেরিকাদা লৈবা বিশ্ববিদ্যালয় য়াম্থেহমদোইগী খ্বাইদগী অথোইবা বৈজ্ঞানিকশিং থবক তৌই। হায়রিবা চাউরবা সংগঠন অসিদা ১৪৫ ভৌতিক বৈজ্ঞানিক অমসুং ১৪০০ কর্মচারীশিং লৈ- মসিনা তাঙ্গ-চান বিৱান ওইবগী অশেংবদু তাকচবনি। হায়রিবা লেবরেটরী অসি চাউরাক্লা চহী চামঙাগী মমাঙদগী পৃথিবী পূম্বদা মমিং চৎলক্লিবনি। মফম অসিগী বৈজ্ঞানিকশিংনা ইলেক্ট্রান ভোল্টস গী হাই-ইনর্জি বিম ক্রোর চামঙাগী পোথোক পুথোকপা ঙমই।

হন্দক্তসু কোলম্বীয়া বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রোফেসরগী মতেংদগী তাঙ্গ-চান না 'আম্সিলোন' গী মরমদা থিবদা মহৈ য়ানখিরম্মী। ঐনা থাজে নোংমদি তাঙ্গ-চান নোভেল প্রাইজ ফংগনি।

তাঙ্গ-চান রোচেষ্টর বিশ্ববিদ্যালয়গী স্কোলর ছাত্রী অমগা লুহোংলম্মী, মহাক অসি অঙ্কদা পোষ্টগ্রেজুয়েটনি। মশাগী স্কোলর ওইবা মরমনা তাঙ্গ-চান অহানবা ক্লাসতা চঙলবসু অদুম চাউখৎলি। তোমোএগী চৎনবী অসিগী মতুং ইন্না অঙাংশিংবু মানা পাম্বা বিষয়শিংদা থবক তৌনিংবা অদুদি অদুম থাদোক্লম্মী ঐনা অসুয়া খল্লি। মশাগী হৈ-শিংবনা মরম ওইনা অথোই অহেনবা অদুমক ওই। মহাক্লা ক্লাসতা একোহল ব্রনর দা ফ্লাক্স নৎত্রগা টেষ্টট্যুপ শীজিন্নবসে ঐনা নিংশিংদে অমদি বিজ্ঞান্দা য়ায়া হেন্না লুবা লাইরিক পাবা নত্তনা মহাক্লা অতৈ অমা তৌদে।

## কুনিয়ো ওয়ে:

ওয়ে হায়রিবসিনা ঐগী বেণী চিংখিবা ঙসি অথাপ্পা নোংপোক থংবা আর্চিস্ড তা জাপানগী অথোইবা স্পেসিএলিষ্ট ওইরে। মহাক্কী অর্চিস্ড ব্লব অমমমগী মমল ডোলর লিশিং কয়ামুক ওই। হায়রিবা অহেনবা অথোইবা লম অসিনা মরম ওইদুনা ওয়েবু য়ায়া তান্নৈ। অমসুং জাপান অপূম্বদা কোয়না চত্তুনা লৈ। হায়রিবা কোয়না চৎপা

অসিগী মরক অসিদা খূদোংচাদবা কয়ামুক নঙলবা মতুংদা মঙোম্দা ফোনদা য়ারী শাবা ফংই। মাগা ঐগা য়ারী শান্নবগী অতেনবা খন্না অসুম্না :

"তোমোএগী মথংদা নহাক করম্বা স্কুলদা তমবগে?"

"ঐহাক অতৈদা চৎল্লে।"

"অতোপ্পা স্কুলদা অমুক চৎল্লে? তোমোএদনা নঙতগী স্কুল ওইরব্রা?"

"অচুম্বা য়ানি"

"হে ঈশ্বর নহাক করিগুম্বা মিভল স্কুল অমদা তমথদ্রে?"

"হোয়, ঐখোয়না ক্যাশে চেনবা মতমদা থা খরনিগীদমক্ত ওইতা সেকেণ্ডরী স্কুলদা তম্লম্মী।"

"অদুবু সেকেণ্ডরী স্কুল ফাওবদি কম্পলসরি ওইদনা"

"চুমই হায়রিবদু, অদুবু ঐদি মদু তৌদ্রে।"

"বাহ! কয়াদা নুংঙাইথোকপা হৈবা মীওইবনো", ঐনা খল্লম্মী। লানগী মমাঙদা ওয়েগী মপা চাউরবা নসরি বাগান অমদা লৈরম্মী। হায়রিবা বাগান অসি তোকিওগী খা নোংচুপতা লৈবা তোদোরোকী হায়না কৌবা লম অদগী মনুং চল্লম্মী। বোম পোকখায়রকপদগী লম অদুসু মাংতাকপ্রে। ওয়েগী ফজরবা লমচৎ হীরম কয়াগী য়ারী শান্নরবা মতুংদা হায়রিবসি তশেংনা খঙবনি।

"নহাকপু খ্বাইদগী মনম নুংশিবা লৈ মশক খঙব্রো? ঐগী য়াখলদা হায়রিবসিদি চীনী স্প্রিং ওর্কিত নি। মালেমগী মনম নুংশিবশিংদগী ইহেন হেনবনি।"

"মদুবু য়াম্না মমল য়াম্নমগনিদা"

"খরদি ওই, খরদি নত্তেদা"

"য়েংবদা কমদৌবগেনে?"

"মরু ওইনা য়াম্না মীৎ থকপদি নত্তেদা। তৌবতবু খন্না তাশিনবা ওইনা তৌই। অদুবু য়াম্না য়েংনিংবদি পোকই।"

তোমোএগী মতমদগী ওয়ে করিমত্তা হোংলমদে। মহাক্কী ঈংলবা মখোল তারগা ঐনা খল্লম্মী, "লাইরিক নীংথিনা তমহৌদবগীসু মঙোন্দা করিগুম্বা নীংবা কায়বা লৈতে, মাদি মপূক্না নীংবা তৌই অমসুং মহাক মশাবু চেৎনা থাজে।" ঐহাক মহাকপু খন্দনা লৈবা ঙমদে।

কাজুও অমাডেরা:

অমাডেরা, মহাক শা-যনবু য়াম্মা নীংজবা, চাউরগা শাগী লায়েংবা ওইবা পাল্লম্মী। মরাইবক থিবদগী মহাক্কী মপা ইখং খঙহৌদনা লৈখিদ্রে অমসুং মহাক্কী পূন্সিগী ঈচেল হোংখিরম্মী। নিহান বিশ্ববিদ্যালয়গী শা লায়েংশঙ অমসুং শা য়োকপা বিভাগপু থাদোক্লগা কিও হোস্পিটালদা থবক তৌরম্মী। হৌজিক মহাক আত্মা রক্ষা ফোর্সকী কেন্দ্রীয় হোস্পিটালদা ক্লিনিকেল টেষ্ট তৌবগী থবক তৌরি।

আইকো সাইশো ( হৌজিক শ্রীমতী তানাকা) :

আইকো সাইশো মহাক মরী মতা ওইনদি এদমিরেল তোগোগী মশূনুপীনি। আওয়ামা গ্রাকুইন গা মরী লৈননা প্রাথমিক শালাগা ফম শিন্নরবা মতুং তোমোএদা লাক্লম্মী। ঐনা মতম অদুদা মাবু ব্রাজরবী "নুপী" অমাগুম উরম্মী। হায়রিবসি করিগীনো হায়বদা মহাক মপা নৌনা কায়নখিরম্মী, মাগী মপাবুং থার্ড গার্ড রেজিমেন্টতা মেজর ওইরম্মী অমসুং মৈচুরিএন্টগী থৌদোক অদুদা মহাক লৈখিরমদে।

কামাকুরা বালিকা হায়স্কুলদগী লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা আইকো বাস্তুকার অমদা ময়ূম পাল্লি। মাগী মচানুপা অনী ঙসি অচৌ অচৌবা ফম পায়গ্রে। অয়াম্বা মতমদা আইকো শৈরেং ইদুনা লেল্লি।

"হায়রিবসিবু নহাক নহাক্কী মমিং লৈরবী নিংথৌরেলগী দরবারদা কবিয়েত্রি ওইবী নমাবোক্কী পারী-পুরী ঙাক্না চৎলিবরো?" ঐনা হংবা পাল্লম্মী।

"এ! অদু নত্তে" মহাক্না ইকায়না হায়রকই।

